# পুনশিগী শক্তম

( লারোল অমা )

অশাংবম শ্রীমীনকেতন সিংহ

শ্রীইগী কুমজা

# উৎসর্গ পত্রিকা

## ইবেন থোইদিংজাম্বীদা

ইবেন !
কাউক্লবে, কাউথোক্লবে নংবু কুইনা।
পুনশিংগী লানফম্না কম্মনথিবননি,
য়াবোংগনু নশূবু ।
য়াচঙবদা ফুগায়বকপগুম মল্লিকানা মনম
ফুগাযবক্লি নঙ্গী স্মৃতিনা নুংশিবা ননম
গুসি পুনশিংগী য়াচঙবসিদা ।
নীংসিংলক্লে নংনা ঐগী হোৎনখিবা ময়াম
অয়ুক খূদিং,
ঐনা নঙোম্দা নৈখিবা ওৎখিবা ময়াম
ছুমিং খূদিং,
নুংশিবনা "চোথে নংবু কমদোসিগে"
হায়বদগী হেনখিদবা ।
সোরো নশূগী

পুনশিংগী শরুম
( লারোল অমা )

কোক্রোকো লম্বল,
য়ারেদনা !
য়ারেকো ইবেন নুংশিবী, নত্রা !

নশূ
চোথে পাথংবা

# সূচীপত্র


| অধ্যায় | বিষয় | পৃষ্ঠা |
|---|---|---|
| অহানবা মতাং | ৱাহৌ | ১—৭ |
| অনীসুবা „ | পুনশি শৈরাংবা | ৮—১০ |
| অহুমসুবা „ | পোকফম | ১১—১৮ |
| মরিসুবা „ | ইপা পোকপা ইপু | ১৯—৩৩ |
| মঙাসুবা „ | ঐবু পোকপা ইপা | ৩৪—৪৯ |
| তরুকসুবা „ | যজ্ঞ | ৫০—৫১ |
| তরেৎসুবা „ | লাংগোনভম | ৫২—৫৬ |
| নীপালসুবা „ | ভক্ত ভকপা অভকপা অমা | ৫৭—৬২ |
| মাপলসুবা „ | ঐখোয়গী য়ুম | ৬৩—৬৮ |
| তরাসুবা „ | ঐখোয়গী ইমুং | ৬৯—৭৬ |
| তরামাথোইসুবা „ | ইমুংগী লোক্লং | ৭৭—৯০ |
| তরানিথোইসুবা „ | নুঙাইবা কৃষ্ণে অমা | ৯১—১০২ |
| তরাহুমদোইসুবা „ | পুনশিগী অহানবা মনা | ১০৩—১১৭ |
| তরামরিসুবা „ | অরাবা নংবা অহানবা | ১১৮—১৩৬ |
| তরামঙাসুবা „ | সংসার মশক খঙবা হৌবা | ১৩৭—১৪৪ |
| তরাতরুকসুবা „ | ইধৌদা পানবা চৈনা | ১৪৫—১৫৭ |
| তরাতরেৎসুবা „ | ইশৈ অমা | ১৫৮—১৭৪ |

# পুনশিগী শক্তম

## লাইরোল অমা

### অহানবা মতাং

## ৱাহৌ

পুনশিগী শক্তম য়েকৈ মীনা অচৌবগী—লৈবাক্তা ফিদম পীনবা ; য়েকৈ অচৌবা মশানসু অচৌবা মশাগী—লৈবাক্তা তাকীংবা উৎনীঙবা ময়েক শেংনবা। ঐখোয় মীচমশীনা য়েকই কাব্যকারশিংনা। মীকোক য়েনা, মীপুম শেংনা য়েকপদি নত্তে ; কাব্যগী বিষয়বস্তুদা, চরিত্রগঠনদা, পূর্ণাঙ্গ ওইনবা খোয়াংদা মীচম সমাজগী অপুনবা শক্তমগী অচঙবা শকফম খয় খরদং কল্পনানা লংকুনা য়েকপগনি অদুক মমি লাম্মি। খণ্ডদে লাদা তাউ তম্ময়মদবারা নত্ত্রে কায়নিঙ্কাই থোইদা লৈত্তে—লৈরোই. খন্নখিবনরা, মীচম অমগী পুনশি-শক্তম উদে তাবা লাদা খক। চচ্চরো ফনমক ফনা মীচম অমা মপুনশিচুপ্পা, থানবিরো ফনমক নীংথিনা কৈরোয় লৈকাই কোক্লায়মনা, মতিক্রমো লৈবাক মায়ক কাবক মীশক অমা মওইনা, মওইনরো ফিদম্মক্ লৈবাক্তী মঙ্কা অমা তরা অমনা, তাদে অদুবু কদৌ লাদা মহাক্তী মপুনশিগী মশক্তম। নোংমা ফাদোক মী মঙ্কা অমা তরা অমনা লৈপুং ফগদা নত্ত্রে করিঙ্গা মরম অমগী অঙক তিয়খোৎনবদা ৱাগী ৱাগী মতাং অমা চাক্ল মখোয় অমনা, মীচমতুনা লৈরিবা থোক্লগনা "ফবনি মাদি" লৈখিক্রবা থোক্লগনা "ফবনিদ মহাক্তো" হায়রগা মহাক্তী অদুম মরোই, লোইরবনি অঙনা মহাক্তী পুয়োই। ঐখোয় মীচমগী পরেংসিদি হিংনা হিংনা, চৎনা চৎনা ইশক ইখিং অদুম মশায়বনি, মময়বনি—অদুম মকাউনরবনি, কাউ-থোক্লরবনি। বিশ্বকবিগী "ওসিদগী চহী চাম্মই তুংদা" হায়বা তেংথাদা

ঐখোয় চন্দ্রবনি, ভুসি ভুসিমক অকাউ ইরোম অহুম মচল্লবনি, চল্লিবমক্তি। অহুনদি তারুগনি করম লাদা ঐখোয় মীচয়গী পুনশিশক্তম। তাদে রারু-নিঙাইস্‌ লৈতে, থোইনা রারৌরুনিঙাইস্‌ লৈবা নত্তে। অতিয়া মকোয়দা মায়কৈ মরি, কারল মরি, ময়রো নীপাল, হাইরো তরাগা তরুক থুংনা লৈরীক লৈরাক থন, চিংলু চায়রু চন্দনা থোক্লিবা থবান কোটি কোটিদা থৃত্তা থেকপদা খরদনি, খিত্তংদনি শাংথানরিবা। লাইজ ঈপুং ইমু মপুংদা ঈওল থুদিং চাংজোদবা ঈমায় ঈরীক ঈরাক থুং চিংলু চায়রু চন্দনা থারিবা কোংগোল, তাক্লিবা তুমিন তুমিন খিরুই কনানা, নাংশিংলুই কনানা!

মীচম্মনি ঐস্‌। লৈরুবা নত্তে ঐগী ভোঙানবা লাইবক অমা। লৈরোই, খঁভি, কনামত্ত ঐগী পুনশিশক্তম য়েকপগী অরাভম লৌবিনবা। ইশানস্‌ য়েক্লীংলুদে, য়েক্রমগেস্‌ খল্লুদে, খঁভি মরিং মরাংগনি। "করি থোক্ত্না" খঁভি হায়নগনি। নোক্তভম অমা ওইবদি শোয়রোই খঁভি ইশানা মুয়া। অদুদা ইখুং ফাহুনা "য়েক্তবা য়াদে" হায়বগুবা দাবী অমনা কনখীবনা ইশানা ইশাগী ইশক ইথঙ খঙনা য়েক্লবদা মতারে।

চহী নিফুগা মাথোইনি ঐনা ওজা ওইবা। হাইস্কুল তরুক পোলি-টেক্নিক হাইস্কুল অমা, কলেজ অনী, ইউনিভর্সিটি সেন্টর অমা পোস্ট গ্রেজুয়েট স্টডিজ অমা—শিক্ষাগী কেন্দ্র তরাদনি। মতম অসি হাইস্কুল, কলেজ য়ায়া তাঁভি। ইস্কালগী ময়োম্দা লমথৈনুংদা শরদ মরৈ—লোইরে অহুনা অহুম। অরৈবা খরহুদা চীং, ভম, অনিমক লোইনা নয়হুনা ভম্বদি। স্কুল থুদিংমক মশা নোয়, ক্লাস থুদিংমক সেক্সন য়াম্মি। ওজা অয়াম্বা, ওপ্ল-নেলগীবুদি ওপ্পনেলগী ওইরে, ছাত্র লোইনা তুনা থেংনবা ফংনদে। ঐহাক ইশামকীদি, সবজেক্ট য়ায়া শুবা ওজা ওইনা লাকপনা স্কুল অয়াম্বদা লোইনা তুনা থেংনবনা নয়া হেক্ক হেক লাকই। গবর্ণমেন্ট কলেজদা লাক্লফাওবদস্‌ সবজেক্ট অমত্তগী ওজানি হায়বহুমঙায়, ছাত্র তুনা থেংনগনবিহুদি তোক্তে। মতম ফনা কুইনা শাংনা ডিপার্টমেন্টতা ইতোমদা য়ুংবনা চহী থুদিং ছাত্র, ছাত্রী পুয়া লৌশিং অনী অনীদগী কনা নৌংথিনা হেয়া হেয়া হেক হেক থেংনৈ। কাইনথংদা সেকেণ্ড য়োম অমগা ট্যুটর

অমগা মথং মথং লাক্লবফাও অঙাংশিংগী পোইরৈ য়েং, হায়ুগী হায়ু, অহুম লোইনা খুৎকোয় অমুক্তংদদি মথেংনবা ভাখি, থেংনখি। থর মতুংদা বি. টি. ক্লাস হাংজিল্লকপনা চিনগা চিন চিনগী শাত্তোনগা লিং হায়বহ চপচানা ভাখি। থোকখি অমুম ঐহাক ইশাবক্তা হেক হকথেংনবা ছাত্রছাত্রী মরোল মরোল চঠী থুদিং চাম্মা চাম্মনা থুজিং ওই।

লোয়নখি মখোয়বু নুংশিনা ঐনা। পুখি ঐবু মখোয়নসু নুংশিনা—মরোল কয়া কয়ানা "ইক্লপি ঐখোয়গী চায়বা", কয়া কয়া অমনা "ইয়াম্বনি, ইবুংনি ঐখোয়গী নুংশিবা" অমুক কয়া কয়া অমনা "ইপানি ঐখোয়গী পাম্মবা"। মতমগী মতু ইন বিদায়গী মতাং হেক হেক লাকপা কাল মখোয়না হায়খিবা বা নীংসিং, মখোয়না তমুবা, তম্নকপা প্রেমগী পোৎসমশিং উ থল্লী ইদোম তুমিন থম্মোইনুং "ওজা অমা ওইনা ঐবু সেবা মপুং ফাখিবয়া।"

উরৈ তত্তে. খোঙফম থুদিং মখোয় অমগা নত্রে, অমগা, হংজি উবদা হেক্ত "ওজাগী হকচাংবু" তরাম তরাম নুংশিনা। "ফরি, নুঙাইরি—ঈশ্বরগী কৃপানি" পী ঐসু পাউখুম হয়াউ হয়াউ নুংশিমা। সানৈ হাক বাবী বাতাই অরানুঙাইগী; ভাই মত্তোল মখোয় অয়াম্বনা "পাম্মুই তুমিন মুংখিবা ওজাগী শজুম, থখিরম্মু লাদা অমত্তং, ঐখোয়সু পেজগে তুংনসু ফংজহৌসনু। মচৈ মশিংদা মশক নীংথিনা নাইবা, লৈবাক্তী ময়োন ফজশিংনসু খিৎপু হেন্না লুনা তৌবঙম. তকপঙম তৌই, থঙদে মখোয় মশানা গুণী ওইবনিনা ওজা গুরু মশক থঙবা, নীংবা, নুংশিবা থরহুম হেনবয়া! থঙহৌদে থম্মোয়না তৌখি হেক্ত মঙ্গল আশিষ মদোম তুমিন।

থল্লুই অহুবু, অংক মহায়বয়া। নংলমদরে, ওইরম্লে মথম্মোইগী তশেংবা মপাউ। উয়বা থুদিং কাউদে মখোয়না থক, নীংসিংজি হেক্ত ঐঙোন্দা বাগী মতাং চাবদা "কমদৌবিরিবগে নীংসিংজখিবগবু, হকচাংনা শিত্তং নুংঙাইবিরিগৈ পামজৈদকো অমত্তদি।" থল্লকই অহনোং করি করিগুরা নোং "করিনো ঐনহুম বাংলবয়া প্রেম।"

মখোয় অদ্রিদসু নত্রি, লৈরি অতৈ কয়া অমসু। ঐগী বাবেং শৈরৈং

অমনী থেংনরুবা, পারুবা, পুক্তিনরু খোয়দানরুবা পরেং ; নোংমা ফাদোক খোঙফম তিন্নরু বারী রাতাই মতেম্মা করিম্মা তৌনরুবা খোয়-দিন্নরু খোয়দানরুবা, নুংশিনরকপা পরেং—মখোয় অসিনসু পাম্বি অদুম ঐগী লাদা তাবা শকুম অমা, নীংসিংই, তৎপা লৈতে, ঐতোম্বা 'কদায়" ।

খল্লুই অসিমসু অদুক মহায়বনি—থৌশারুদে থোইনা হায়দি। খঙলে অদুবু হৌজিক্তি মথম্মোইগী তশেংবা মপাউনি। খল্লুই অদুনোং করি করিগুম্বা নোং "চুমদ্রবরা ঐবো তুম্মিন চৎপা পীরমদনা মখোয়গী প্রেমগী দাবীসি।"

খল্লুবদা অসুম প্রেমগী দাবী অসিগী উরকপগুম তৌই, উরকই বারী রাখোঙ কয়ানা মতমগী লাকোম্বা অরেম্বদা তারুনা লৈরিবা । খ্রীষ্টাব্দ তরাগা মাপনগী অরোইবা চহী তরাদগী হৃসি খ্রীষ্টাব্দ কুনগী চহী হুম্ফুগা তরামাপল ফাওবসিদা চংলক্লিবা জাতিগী পুনশিখোঙফমগা মরী লৈবা ঙাকি খোমজোমগী লান, জাতিগী নীংদমকোয়বৌনা মরায় চায়বা—মুৎখিবা খোমজোম তুরেন্দা ; বৃটিশগী ইউনিয়ন জেক্‌কা পাইরবা কংলাদা—পাখংবা ফিরাম্না তাখিবা লৈখা ; লৈবাক্না বৃটিশগী শেগা থানা পানবা ; সমাজ, ধর্ম, অর্থ, রাজনীতিগী ক্ষেত্রদা অপোংবা অমা লাকপা—কৃষ্টিদা মৈরকপা ; ক্ষেত্র খুদিংদা অরি, অনৌ অনীনা কেৎনবা ; কেৎনা কেৎনা নোংমা নোংমগী অনৌবনা লাকশিল্লকপা ; পৃথ্বীগী অহানবা লানলাউ—থুংলকপা শরুক, তাহৌবা মনীং, অনীশুবা লানলাউ—থুংলবা শরুক, তাহৌবা মনীং ভারতকী স্বতন্ত্রতাগী লাল—লৈবাকী শরুক ; স্বতন্ত্র ভারত-লৈবাকী য়াওল—খোঙফমশিং অসিদা পোকখিবা, জাতিগী ইতিহাসনা লাচনখিবা বারীগী মনীং তাহৌবা, তাথরকপা ঙাকি। করিগুম্বা লাচনবা থোক্রবা পরিং চৎপা, পলাউ শুবা ইতিহাসগী থোইনা হেন্না মপুং ফানগদবা, তাবদা নুঙাইগদবা, খঙবদা কায়গদবা ঙাক্তনি।

বারীশিং অসিগী কোন্নায়মদি ঐহাক ইশাগী পুনশিগা মরী ফনা নীংথিন্না লৈনৈ। খল্লুই অদুনোং করি করিগুম্বা নোং ঐগী নুংশিরোয়শিংগী প্রেমগী দাবীসি পীরম্বা ওইনা লীহুম লৌরম্লসিরা পুনশিম্বা মরী লৈনবা থরগী মথৈসিদি ।

অসি খিবিক অসিসু অসি খিবিক ওইরে, লৈরি অমুক অমগসু। রাস্ত্রী খরসিবু ঐহাক ইশাগী পুনশি লংলাদা লেং পুথোকপা ঙম্বা, খল্লুই— ওইবা মাই অরানবা রাখল. "থোক্তনি কাব্য অমা নীংথিরপ্পা, পিক্তকপা; ফজ্জগনি ফনা অথম্বা লৈ খবদ থা লুনা শেম্বা মাম্নোক লৈকোল মতম।

উগনি পটভূমিদা কাব্যসিগী জাতিগী চহী মরিফুগা মাপলগী পুনশি-খোঙভম; বিষয়বস্তুদা জাতিগী ইতিহাসনা খল্লোকপিরবা, ইতিহাস মশানা খণ্ডবফাও খণ্ডবিদ্রবা, কন্নিনুংদা কদৌনুং খণ্ড বিররোইদবা, জাতিনমু অঙ্গনোং থোইনা থোশাবিদ্রবা রাস্ত্রীগী পরেং। লৌবগী শরুক্তা মাগনি ঐ ইশানা, লৌগনি ইশাগী পুনশি-লংলাদা লেং। লৈরেংবীনা লৈরেংবদা লৈশক লৈচু য়েং, খম্না খম্না লৈরেং চানা লৈরেংবঙম লেংগনি ঐসু য়েংনা য়েং পরেং চানা রাস্ত্রী পরেং। তাগনি রাস্ত্রী অবাবা, নুঙাইবা, কপ্নীংবা, নোক্লাংবা, অকিবা তুক্নুংবা,অঙকপা, নুংশিবা কম্না কম্না, ফংগনি মপাউসু তাগনি খরগী মথেদি নামৎ মাঙ অকাউ ঈরোল চল্লবা ওজা, গুরু, অশৈবা, মরৈবাক ২জাতি নুংশিজবা মীওই মীখল কম্না কম্নাগী নোংমত্ত শরুসোয়-বিদ্রবা শরুখিগনি সোল্লখিগনি হায়বগীসু থাজনিঙাই থোইনা লৈত্রবা।

লৈগী মতম ঙাক্নি রাস্ত্রীশিংসি। চঙদে লৈদা লৈতেং। চঙলোই কদৌ মখোয়দা মকে সেম্বী কল্পনাগী খুং। লেপচগনি মখোয় অহুম মশাগী অওইবি শরুমদা অশেংবা। লৈ চেঙ্গে অহুম মশানা লৈহী, লৈনম; থোক্নি মালং, গুন্নি খোইমু। মখোয়সু অহুমঙায়. চেঙ্গে মশানা নুংশিবা মনম্, অথুম্বা মহাউ; হুগনি মনম্না পুক্নীং, ওমগনি মহাউনা থম্মোয় ভাবুকী।

রসদা য়েংঙি রাংলোই; বাদদা য়েংই তারোই; লৌগনি রীতি নীতি কম্না; শকনি তত্ত্ব কম্না। ওইগনি, শোয়রোই কাব্য অমদি নীংথিরপ্পা, পিক্তকপা।

অমরোমদনা,সনাগী নীংথিবা লীকল্লাল পরেং মতম থোক্তনি ভাবুক্তা নীংথিবা সংকলন অমঙম; ফংগনি ফজবা রারেং, মুঙাইবা রাস্ত্রী মচা, অরুবা ঈ পাউ, অথুপ্পা বারোল কম্নাগী পরেং—ওইননি ভাবুকী ঙহাক পোথানিঙাই পুক্নীং, হকচাং তুনা থম্মোই। অমুক অমরোমদনা, রারেংগ লৈরেংগা অনী পুম্না চৎ তাপনি মমি হাইরপ কাব্যসিদা ঙাক্তোয় তক্তা

অনীগী অপুনবা মনীংথি, উপাল উরী অনীগী অপুনবা মফম ; থোক্তনি ভাবুক্তা নীংথিরম্লা চম্পূ কাব্য অমত্তম পিক্তকপা। অমরোমদনা অমুকমু, জাতি অমগী যুগান্ত অমগী পুনশিখোক্তভম—হিগৃম হিগা, নোংম্বু মুংশা লোইনবা, জাতি মশানা খত্তক উজদুনা মশা মশক খঙনা পুনশিখোক্ত-ভম্লজনবা, কৃষ্ণৈশোংদা চল চলচ্চিত্রনা ফিগম্ খরদা মুনা উংপত্তম উংকনি কাব্যসিনা মশাগী লামায় খরদা লৈরি কৈদা জাতিগী খোক্তভম তম্লি কদোম, থোকই থাভম কদোম পাং।

নীংসিংলকই মতাং অসিদা বেতরেও লালবিহারী দেগী "বেঙ্গল পেজেন্ট লাইফ্"। শ্রব্যকাব্যনি। বিষয়বস্তুনা বঙ্গগী লৌরোয় পুংশি শক্তম্লি পটভূমিনা জাতিগী যুগান্ত অমগী পুনশিখোক্তভম্লি। পলাশীগী লান ; নবাবী লোইবা ; বৃটিশনা পানবা; সমাজ, ধর্ম, অর্থ, রাজনীতিগী অনৌবা খোক্তথাং, অরিবা কৃষ্টিনা খুনগংদা অনৌবনা সংরদা ; টেম্পরেরী, পার্মেনেন্ট সেট্লমেন্ট ; জমিদারগা খুদোং ; লৌরোয়সমাজদা বামনগী খোক্তভম অহুম —মশাদা অমা, মরম্ভা অমা, মথবায়দা অমা ; পটভূমি অসিদা মচাম্মনাও লোইনা পুম্না চাবা বদনগী লৌরোয় ইমুং ; রানা নোম্বা, নংনা চিংবা, চম্না পানবা, অরাবা মপুং মুক্তাইবা নচেং, পুনশিগী নোংঙ্গু নুংশা, হিগৃম হিগা—কবিনা হৈনা মথবায় হাপ মমি তানা য়েকপা শক্তম, অপাবগী থম্মোই হেক্তা মচুই—হেক্তা মত্তম্মি। অয়েকপা শক্তমগী রাকং, অয়েকপা শক্তমগী অরাতেংথাখোল য়ৌথবরা খঙদে লৈবাক পুবশিংগী মনাকোং, লাকখি তপ্লে তপ্লা, লৌউসমাজগী কাবক কোয়া হিংজনবা টিনেন্সি এক্টনচিংবা আইন কোংগায়, মতুং ইনবা থৌরাং কয়া।

খনবা য়াই কনাগুম্বা ভাবুক্তা হন্দকী মতাংসিদা "কৈরবরা খোংজ্ঞে-সিবো লম"। কৈবা নক্তে-কৈদে, পাউদম্ বদনি লাইরিকী, ইশৈ, লাই অয়েকপা খঙদে অশাবা, লৈ—লৈজৈ মশাগী রাকং, মশাগী খোল্লাউ ; লৈজগনি অহুম ঐগী খুংগ্নেকীসু মশাগী থোকপা রাকং, মশাগী অভাবি খোল্লাউ।

রাকম অমতংদগা, ওজা অমা ওইনা মতম কুইনা লৈবাকী সেবা তৌজরম্বল, খোজ্ঞে পূবা পামজক রায়েং শৈরেং লাইরিক অমনীদং

ইঙ্কুমল, ইরৈবাক ইজাতি মুংশিজক মনুং অমসুং মপালগী ধর্মগী, সাহিত্যগী, শিক্ষাগী, সমাজগী সংস্থা কয়াগা মরী খয়দং থমজক্লমল, খঙদে মাইথি মাইক লৈবাক্তা মীশক কাবকপা অমা ওইনা লৌবিক্লবরা, ঐগী অমুক্কা পুনশিল্লীখোঙ তাক্লি, তাক্লকই মনুং মপাল অনীমক্তা মীপুম কয়া কয়ানসু সংস্থা কয়া কয়ানসু হেক হেক। থম্লুই অসিনোং কবি করিঙবা নোং "ঙসি মখোয় চানবিবা কোজায়মনা, মীপুম খঙদে সংস্থা, পাম্মীরিবা অসিঙম তুংগী কোজায়মনসু পাখিরবা মতাং মরাকপা মাই, অঙ্গনদি অমত্তং থম্লত্তম থোকপরা"।

থম্লু, থম্মক্ক অসি পুম্মক অসুম অসুম মথং মথং য়েক্লবনি, য়েক্লবসিনি ঙসি ইজাতিগী মুগাম্ভ অমগী পুনশি খোঙতম্লা মুদাডম ওই ইশাগী পুনশিগী শক্তম মতমগী চহী হঙ্ক্লগা তরামরিগী লাকোল থুংনা কোল।

ওঁ শিবমস্ত

অনীশুবা মতাং

# পুনশি শৈরাংবা

পুনশি,

ঐগী পুনশি,

নাউরা ওইরৈ পুনশি,

নীংসিংলকই নহক্বু চাসি,

নুংশিরকই নহক্বু ঐনা ওসি।

মংনা সেম্খিবা ঐগী কোরু অতেনবা

মঙলান্দনা সাবা, থবিদুম নৌংথিবা—

লাইরেমগী খুদম মাঙেমদ, থাবা

নীংসিংলকই চাস মঙ্গী লম নুঙাইবা।

থোকখি নুমিথা

মঙ্গী পন্দুদা

শঞ্জিক থবা থরাঙ্মিচা—চানখি থোইন

নীংথিজখি তিয়া, লংখি থোইনা হেয়া।

লোনখি মরোল লোইনা হৈ হৈ,

খঙনৈ হেঙ ইরোল মরোল!

শান্নখি ঐথোয়,

সান্নিখি জগোই!

তারখি উচেক কয়া ইনুংদা

মচু মচুগী ঐগী কোরুদা,

লীক্লাচুম্নি লৈহৌচুম্নি

পিক্তক. পিক্তক ঐহাকুখি।

লৈ'রৈ মরোল হেক্ত চৌরৈ,
খঙনৈ চেক্ত ইরোল মরোল।
শাগ্নখি ঐখোয়
হৈখোঙ লৈখোং তন কোয়।

লাউরকখি উনানা উপাল্লগী কেল্লক
"সারক্কে ঐ জগোই লৈনা লৈনা তারক"।
থুখি ঐনা থুবাক জগোই য়ে না য়েংনা
ফন ফন তান্না নেংনা খোঙৈগ মাগী চানা।

বাংখিদে পোংলম ইকে সেম্বা
সেমখি উফুম্না সেম্নীংবা ইকে।
নংখিদে চরৈ নমদা খোংনবা,
খোংখি মায়লৈনা পামজবা ফিগে।

লৈপাল থুদিংদা শাংখি পারিজাত,
হৈপাল থুদিংদা পানখি অমৃত,
লাইজ থুদিংদা চেনখি অমৃত—
থকখি চুপখি অমৃতনি ঙাক্ত।

শকখি ইশৈ—চেক্লানি অপিথক,
থেকখি জগোই—শীঁঙেন্নি অপিথক,
চোংখি ফনখি—মল্লাউনি অপিথক,
মখি মঙদ—মঙত্র'নি অপিথক।

লাক্রয়ে ফনা শাং
লৈরয়ে ফনা তাম
নীংসিংলুই নঙবু খঙদে করিনো ঙসি,
নুংশিরকই নংবু নাউবা ওইগে পুনশি।

পুনশিগী

থিজ্লোরে নংনা মতমদা,
থাররে ঐনা থাইবংদা।
লৈত্রবনি ঙমূক উম্নরখিগনি
লোইরবনি পুনশি হন্দক্মিমগীদি !

পুরকপগুম মালংনা চন্দনগী মনম !
পুরক্লিয়ে স্মৃতিনা নুংশিবা ননম !
নীংসিংলকই নংবু নাউবা ওইবা পুনশি,
নুংশিরকই পাম্ব্রকই নংবু ঙসি !

পুনশি,
ঐগী পুনশি,
নাউবা ওইরৈ পুনশি,
নীংসিংলকই নংবু ঐনা ঙসি,
শিম্ফুরি করিগীনো খত্তদে পি !

## অহুমশুবা মতাং

# পোকফম

হাংখৈ অশাংবম লৈকাইদা পোকপনি ঐ। পোক্নবা ফুংগানা অশাংবম ফুংগানি। কুম, থানা খ্রীষ্টকীদা হায়রগা ১৯০৬ কী মেরী তারিখ ২, শকীদা হায়রগনা ১৮২৮ গী সৌর বৈশাখগী ১১ নি চনবনি। ঐখোয় মৈতৈগীদনা হায়রিবা কুম অসিগী কালেন ৯ নি পানবনি। নুমিৎনা য়ুমসাকৈসনি, পুংভয়া নোংমাই চবুক লোনবা মতুং পুং অনীরোম তারমদাইনি।

ঐনা তাক্লরিবা লৈকাই অসি হৌজিক্তি লৈতবগুম তৌরে। মহারাজ চূড়াচাঁদ সনা হাক্লকপীদি মবাইবুঙো অতোমচৌবা, অঙোম নিংথৌগী মঙাক্লা অঙোম লৈকাই হায়না অহুম মচংখরে। সরকারগী চিঠা তৌজিনচিংবদা মমিংগী মখৈ অহুক মুত্তবদ মঙায়রে। চংখিডমসু থোক্লনা অহুম মচংখিবনি। নোংমা লৈকাই অসিদা লৈরীক লৈরাক থয়া লৈরবা অশাংবম শাগৈদা ঙসিদি চিপক য়ুমদোম অমথক্কংদনা লাম্লিংখৌ অশাংবম পাখংবগী খুডম শেন্দুনা মুংজবদ মঙায়রে। মুংলিবা, মুংজবা ঙম্লিবা অসিমক ঐখোয়গী ইমাবোকশিং অমা পোকপা ইপুশিং অমগী মচাগী প্রেমদগীনি।

ঐখোয়গী ইনাওশিং অমা, অঙাহল কৌই, হৌজিক লাইথংনরি। মাবু পোকপা ইমাবোক দশমী নাক্লংবা তোলেন শেনাক থনবনা পোকপনি। "ইচাদি কোকহল লাইহম্লি" হায়রহনা ইমাগী ইংখোল শরুক তম্লি। তম্লবা ইংখোন্সিদনি ঙসি লাম্লিংখৌ পাখংবগী খুডম য়ারিবা। মখুডম কায়রুরবা লাইরিংখৌনা মখুডম অমুক হজিনবগুম উরিবা— হজিল্লবা, অসি টপু শেনাক থনবনা ইমাবোক মুংশিবদগীনি। অহুনা, ঐখোয় অশাংবম শাগৈনা ইপুসিগী শিংঙমদবা লমল অমা তোম্লবনি।

•লম্মল অসিগী দমক ঐনা ইশাগীসু ঈহৌশিংগীসু—অনীমক্তী সুপ্পা, ইপুসিগী স্মৃতিদা ওসি ভক্তিগী অর্ঘ্য কৎলি। অরাকপা ইচা, ইপু-শিংনসু তম্নবা, কৎলবা ওইসনু।

ঐহাক পোকপা নুমিৎ তরাগা নীথোইনি সুবক্তাওদং ঐগী পোক-ফমসিদা রানা খাঙলম্বনি হায়। মতুংদা মতাং চানা মরোল অহুম মরাকচগনি। মফম অসিদা অ'নবা কোরৌ মঙান উবনি খক্কবা অা কাইনথংদনি—ফমদা নীংথিনা চাউরবা তুংদনি। খঙলকপদগীদি থম্মোয়দা নুংশিবা অমা পোকখি। হৌনবি ওইরবরা খঙদে, অচৎ-অথোক্তা, করি করিগুম্বা তাক্কাদা, মপা হেক হেক য়েনৌরকপনা, খঙদে হেক্ত য়েংনীংঙি, লেপ্লি, য়েংঙি, পেক্কবদি পোক্তে থম্মোইদা খিত্তফাও। হৌজিক চহী হুদিং শজিবু লাক্কয়েন্দা লাম্লিংথৌ পাখংবগী চাক্লোং কৎপা হেক হেক চংলবসিদদি ঐখোয় অশাংবম শাগৈদা মীবৈকাই ওইনা থোক্লবা, তারবা ইরম্ভু পেম্না পেম্না য়েংজরে। পারোল, পুরোলশিংগী খুনায়া মাগী লৈর্মীক খুদিং ঐখোয় চারোল, শুরোলশিংদা শেংনা থোক্লবী ইরম্ভু উজনা, মঙোন্দা প্রেমগী মরীক্কতুং কচ্চবা, কুম অমগী নোংমতুংদগী ওইরবসু হেক হেক ফংজরবসিদা পুক্কীংদা অপেনবমদি মপোকচরে। অদুদা, মাগী মতম্বাক্তা তারুমল নুমিৎ শীংবুম তরাগা নীথোইনি মৈখিমল—লম্মন অসীমদি অসুম তোন্দুনা চংপা মতারে—অরাবনি!

অসিমসু অসিনি, লৈরি অমুক অমসু। লাম্লিংথোগী লুক খুনবা লোই, রারী রাতাই সা ওহাক নুঙাইনরবা তুং, ঐগী ঈহৌশিংনা মাগী মাগী ইমুং মনুং মচা মশুশিং হৌন-হৌনদুনা লাম্লিংথৌ হেক হেক খুরম্মম, পরেং পরেং মরী মরী চংনখিবা, ঐহাক ইশামক্ত চংলগে ইখোঙ থাঙগৎলক্কুম হেক তৌরকপা, মন্দিরনা মদোম তুমিন চিপক য়ুংহৌবা—অহুম য়ুংহৌবা তাবা, উরকপনা থম্মোইদা চৈনা অমা কয়া কাওরকপগুম হেক হেক তৌই। পারোলগী পরেং পুরোলগী পরেংনা য়ুগনি কয়া মথং মথং লাক, লাম্লিংথোগী সেবা চৎলম, মথং মথং তারুখিবা অমুক উরকপদা থাঙভমদা থাঙ নোংপগুম চৈনা থোইনা হেজিন্নি। পোয়েট টেনিসনগী "দি ক্রক" নীংশিংলকই।

ঈরোল্লা কবিগী নাকোংদা মীওইনগী তেন্নবা পূনশিংখাংডমগী, মশাগীনা, মীয়োল মথং মথং, নুংশি নুংশি কায়নরকপগী মৈশা লাংলবা, য়ুম য়ুম খুদিং মৈচাক হেল্লবা মথঙ্গোইগী—অনীমকী ভূনা তেংথাখিবগুম, ইপা ইপুনা কোইরবা লাইরিংখোংগীনা মখুত্তম ঐহাক ইশাগীনা খোয়রী লিনশাং তাহোত্তম, নুংশিবী পোক্লম তেংথারক্নুম তোই ঐগী নাকোংদা—

লাকই মী

চৎলে মী

লৈদো ঐদি তাই য়ুম ।

রাখল্দা লঙ্গাওনহনা হল্লি চহী খুদিং হেক হেক য়ুম ।

খ্রীষ্টগী কুমজা ১৯৩০ না তংখাই চয়ীং চন্নাও তৌরকপা অহনবাই ওইবা তাই, থাশক থাবানমক্তি হায়বা ওমদ্রে—কাউরে, ঐনা ওজা ওইবা হৌবা। মণিপুর ইনষ্টিট্যুসন্দনি। জেক্কর হাইস্কুলনি। লৈবাকী অনাসুবা, অনীসুবদ মঙাম্বরিবা, মশাগী মখুত্তম অরেম্বা খত্তরিবা, মইরবাক মজাতি নুংশিজবা, শিক্ষাপাম্বা মীকোক খরদনা হৌবা হাইস্কুলনি

পনখিসি চহাক্তং মতাংসিদা বারীগী পরিং। লৌরুসি জাতিগী ইতিহাসনা মকুম্নি খঙোকপিরবা রাক্ষম্নত্তং। পঙবদা কাম্নবা, খঙদবা য়াদবা রাকম্নি। শিক্ষাগী ইতিহাস পূবা কাওবুগীনা মিৎ নাকোং ফনা নৌংথিনা ওইনিঙ্গাই ওইবা রাক্ষম্ননি।

খ্রীষ্টাব্দ ১৯২০ গী রানি। ঐখোয় চান্নমুক্লা, খর হেনবরা—অহনম ওইরবা য়াই চহীসিদা উচ্চ প্রাইমারী ছাত্রবৃত্তি পরীক্ষা পাস তৌবা। মতম অসি, সেকেণ্ডরী এডুকেসনগী চখভম থোইনা নৈতে। জোনস্তৌন স্কুলদংদনা মিডল ইংলিস স্কুলদি ওইরগা জুনিয়ার হাইস্কুল ওইনা চখে—মহৃদনি অহক নৈবা। লৈবাকী অমখক্ত য়ুংবা স্কুলসিনা পাস তৌবা অপূম্বা লোইনা লৌবা ওমদবদগী ঐখোয় মকোকী য়াখেথক্তং লোই। অসিদগী য়াখেখনবি পথাপ অমা চৎপা হৌখি, চখি—চখখি ফনা কূইনা। চহী খুদিং অতাং ফনা য়াম্না য়াম্না মাঙ্কি, লাইরিক তম্বা কংদম্না কোয়-ঙাওনৈ।

মতাং অসিদা চোংথোকখি মরৈবাক মজাতিদু নুংশিজবা মীকোক খরা। নোংমৈকাপম গোপাল, খুমন্থেম মহেন্দ্র, অকোইজম অমুবি, লাইময়ুম ললিতমাধব, গুরুময়ুম বঙ্কবিহারী, নিংথৌজম লৈরেল, অঙোম তীরামণি—মখোয়শিং অসিনা মপুংনি। মখোয় অসি সমাজদা মীশক অমমম ওইহনা লৈবা ঙাক্তি। অহবু, মশা মশাগী মশক লোইনা কাউ, মথৌ মথৌ নাকন্দা থম,, ইকাই ইকি কৌবা অমত্ত থমদ, মপাংগল্লা ওয়না মপাংগল্লা, মরম্না ওয়না মরম্না, মরোশিংনা ওয়না মরোশিংনা, নোংজু নুংশা থাক্তনা নোম লিংখৎখি স্কুল, খোনশিনখি খত্তোকপা অঙাংশি'বু, পীখি মহৈ। ফুকখি অসুম শিক্ষাগী পল, চাংখি লম্বী মথং মথং।

মণিপুর ইনষ্টিটুাসন মখোয়গী অহানবা থৃৎফম্ভি। স্কুল অসি হৌজিক্তি মণিপুরেশ্বর মহারাজ চূড়াচাঁদগী সনা মিংথৈদা চূড়াচাঁদ হায়ার সেকেণ্ডরী স্কুল হায়না সনা উরোং ওইনা লেপ্লিবসিনি ঙসি।

য়েংখি তল্লা মথংদা নুপীগী শিক্ষাগী লম্বী, লিংখৎখি নুপীগী স্কুল। ঙসি মহারাজ কুমারী তম্ফাসনাগী সনা মিংথৈদা সনা উরোং ওইনা লেপ্লিবা তম্ফাসনা হায়ার সেকেণ্ডরী স্কুল মখোয়গী অনীসুবা থৃৎফম্ভি।

অহুমসুবা থৃৎফম্না মখোয়গী মহারাজকুমারী তোম্বীসনাগী সনামিংথৈদা তোম্বীসনা হায়স্কুল হায়না ঙসি সনা উরোং ওইনা লেপ্লিবা স্কুলসিনি।

অসি শিবিক অসিদ নক্রি মখোয়না মরৈবাক মজাতিগী তোরথা সেবা। লম্ফেলগী লমথৈদা লেপ্লিবা গুরুকুল, ঙসিদি হাইস্কুল, রেসিডেন্সিয়েল স্কুল অমতং থোকপা য়াগত্রা, জাতিগী কল্যাণগী অঙাং সেমগৎপদা খুদোং অমা লৈগনবা স্কুল লিংখিবনি মখোয়না। ঙসি সংস্কৃত টোলনা ফিডম শিন্থং তাবগুম তৌনা লেপ্লিবা মখোয়গী থোয়াংদগীনি।

মণিপুরেশ্বরী মহারাণী ধনমঞ্জরীগী সনা মিংথৈদা সনা উরোং ওইনা লেপ ঙসি জাতিগী চারোল চারোল খুদিংদা বিদ্যাদানগী শরুক মপুং য়ারিবা কলেজ অসি লিংখৎপদসু অহুমতায় শরুক অহুম চাউনা য়ারবা থৃংলি মখোয় অসিদি।

থোক্লরবা জাতিগী শিক্ষাগী ইতিহাস অমা, তারমগনি লানা সনাগী ময়েক্তা মখোয়গী মিংফম। অদুবু অরাবদি, ইতিহাস থম্বা হৌদোকপা ফুংগাদা পোকপা ঐখোয়গী শিক্ষিত সমাজনা মশাগী মনাং কাউরিবসিনি। ঙসি ফাওবদা ঐ থম্বদে মী থম্বদে, কনামত্ত ইতিহাসদা খুং নাংথিনা থাবা উদ্রি। মতমগী ঈচেল্দা, তোরৈ তুথুপ খুদিংদা মাঙহৈদবা, মাঙফদবা পোংলম কোঙ্গায় কোঙ্গায় কোংগোম্না তুমিন তুমিন, মদোম মদোম, চিপক চিপক তাঙলিবঙম লোইনা মুংখিবা, খুপখিবা তারিবরা। ঐহাক ইশাগীদি, অদুমকপু, সেবাধর্ম্মগীদমক্ত সেবাধর্ম্ম চংখিবা, মরৈবাক মজাতিনা জগংকা মীমায়বা ঙমজনবা, অরাবা কোঙ্গায় মকোক থোং মতমগী শিক্ষাগী লম্বী য়াল্লবা য়াম্বশিংগী স্মৃতিদা প্রেম অমসুং ভক্তিগী অর্ঘ্য কচ্চরি ঙসি।

নুংঙাইবমদি লাইঙরু থম্বা মচাঙাক্ত পোক্লবনা ঙসি লক্ষেলপাঙ্গা "নোংমৈকাপম গোপাল কলেজ" হায়না লৈবাক্তা নুংশিনখিবা মীশক অমগী উরোং খিল্লিবসিনি।

ঈচাই চেল্লুবা তারসি হৌজিক্তি তুথুন, হজিল্লসি বারি পল্লিংদা। ঐনা চঙবা মতমদা জ্যোৎস্নাময় দত্ত চৌধুরীনা হেড মাষ্টর ওইরম্মী' সায়েন্স গ্রেজুয়েটনি। সিলেট্টগীনি। চাউ শাংই, মশক মতো ফজৈ, চীং লেম্মী। শিক্ষাদীক্ষা নীংথিনা ফংবা মীওইনি। ওজামক ওইয়ু তম্বা মীশক্তি। মহাক্তী মঙগ্না স্কুল অসি ফিভম তাথিবনি। মরৈবাক মজাতি নুংশিজবা শিক্ষাবিংশিংগী বাজমল, নোমজমল, খুংমল মাখিদবনি। স্কুল অসিগী ইতিহাসগী লাদা মমিং সনাগী ময়েক্তা লাচনফম থোকপা—লাচনগদবা, ওজানি।

ঐ স্কুল অসিদা কুইনা লৈতে—চহীযুক্তনি। অদুবু, পূনশিগী কাউঙমদবা মতাং অমা ওইখি।

হেড মাষ্টরগা ঐগা য়ায়া নুংশিনে। অহানবা উন্নবদগী অত্তম নুংশিনরবনি। কলেজ অমত্তদগী তৌরকপা ঐখোয় ছাত্র ইশেমি থঙনরকপদা নুঙাইনখি—"ঐখোয় ইমা অমত্তগীনিনা।" "উম ইচিন ইনাওনি, হেক পোক্লিল্লবনি।" বাঙাং হায়বসি নুংরে, থম্মোইগী মশক অত্তম মতাকপনি।

মহাক্কী "We're of one and the same alma mater." ঐগী "Yes, brethren, nay, brothers we're." হায়বা মতেক অনীসিদনা মশক ইশক অহুম থঙনখি পুনখি অতম ইচীন ইনাওগী ভাব। নুংশিনবা মচীন মনাও অনীনা থোং মায়না পুবা ইমুংগুম থোকখি স্কুলসু, থুনমক নোংমা নোংমগী ফিভম তাশিনবা হেনখি মশা।

হেড মাষ্টরনা লাক্লবদা বারপ থোক্লবা অঙাং অহুম য়াওরম্মি। যোগীন্দ্র, মণিরাম, জ্ঞানেশ্বর কোই। মঙাও থীনা ভাওবা অঙাং ভাক্লি। ফর্ষ্ট আরারদা এট্রেন্সে লোরগা অহুম ভুমনবা মপান থোকশ্রবনি, হোরেন লাষ্ট আরারগী লোইরমদাইদা লাক্কদবনি। মরক অসিনা মচি অমদা চুরুট খর থক, হৈ-রা কবোক নুংবোক পরা চা, খবর খরা পা, খরা তুম কৈগদোরিবনি। অঙাং অহুম অসিবু প্রেমতনা নোংমা নোংমগী খর খর অসুম অসুম ফাজিল্লক, চাং নাইনা ক্লাস য়াওহনবদগী ওজাশিংনা ঐবু ওজানি খনখি। ঐচাক ইশানসু ইশাগী ইশক হাইরপ খঙজবগুম তৌখি। নুঙাইনা অমনা খজ্ঝি প্রেমগী মশকসু হাইরপ। অঙাং অহুমা ঐহোন্দা হাপখিবা পুনশি চুপ্পগী প্রেমনা তাকখি প্রেমগী গুণ, প্রেমগী জয়।

থেংনখি অসিদা অঙাং অমগসু অমুক। যোগেন্দ্র কোই। মাগী শাজংনা থায়দগী তোপ্তোপই। মশম তেল্লি, শিখা থাকই, ফিজম শেং-কল্লি, খড়ম তোংগল্লি। মশা ঈশিং মনম নম্মি, চন্দন খুংনা চাউনা খিল্লি। ঈংনা তপ্পা উই, উবগুম তৌই অরুবা থম্মোয়গী মঙাল অমা মাগী মায়-থোংদা। নোক্লে, নোকফেং তৌরে নুংশি। শরৎকী অহীংগী অঙৌবা নোংদা, নোং মতুমদা নোংথাংনা মঙাল পিক্লা হাইফেং শায়বগুম তৌই। চনবগুম তৌই ঐহোন্দা হেক হেক মাগী মতৌনা পাখোঙ অমা। গুম-খিদে ফোঙবা, খোকশি অহুম ঐহোন্দা লৈবাকলোকপি অমগুম। ওই-রম্নে ভসিদি যোগভ্রষ্ট অমা। হেল্লো হৌজিক্কক হরিদ্বারদা। তারি আশ্রম-গীনা মণ্ডলেশ্বর সন্ন্যাসী অমংকোনা পরমহংস শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী যো-গেন্দ্রানন্দ গিরি। য়েংলি লমী স্বামীজী নোংমা-অমগী মরৈবাক মজাভিগা জ্ঞানগী লম্বী য়ামবা, তখিরক্লি নীংখিবা খুদোল—"ভক্তিগী লম্বী", "জ্ঞানগী লম্বী"।

য়াইফবী সংস্থা অমনি মণিপুর ইনষ্টিট্যুসন মতম থরদগী ওইরবসু কোনবা ফংখিবা পরমহংসবু অস্তাং ওইরিবে। য়াইফবনি ইশামকসু, খল্লবা ওমদে মতম থরদং শয়খিবা।

ঐখোয়গী স্কুলসি ক্লাস থিদগা হৌই—ক্লাস মণীং য়াম্মি। ওজাদি ক্লাস মণীং চি লাউনা কোয়ে। অয়াম্বনা মথক্কী ক্লাস চঙবা ওমদে। চঙলিবশিং অহুসু অহুক মচঙবা চায়বহুনি, সনজেক্টি অমত্ত মায়পুননা মপুং পুবা ওখা য়াওদে। হেড মাষ্টরগা সংস্কৃত পণ্ডিত অমগা ঐগা ঐখোয় অহুম্না মপুংনি। চয়োলগী বার্ক লোড কুম্ব্রাগী অহুবাইদগী পংতা তাদে। অহুগা ফিল-অপ্সু তোয়না নপ্পিবনি। অফিস লৈবনা হেড মাষ্টরদনি ফিল-অপ্তগী হিংলিবা, বার্ক লোড খিত্তংদং অহুক তারিবা। অহুবু, থৌগী জ্ঞান, পুক্নীংগী থৌনা, থম্মোইনা সেবাগী নুঙাইবা—পুম্নমক্কা থোং মায়না পুখিবনা থবক্কী অবাবা থোইনা লৈতবগুম তৌই—অচৌবা মরম অমগী সাধনা ওইনা থোকখি।

লাইবক ফবা অমনা ঐখোয়গী সহকর্ম্মী, ঐগীনা মিত্র, কোংব্রাই লাংপম লালহরি শর্ম্মা অসি সংস্কৃততা নত্তনা হিন্দী বাঙ্গলাগী জ্ঞানদসু মপুং ফাবা পণ্ডিত অমনি। জ্ঞানীসু ওইবা রসিকসু ওইবা পণ্ডিতনি। হৌজিক্কং পোথাখিগ্নবদা মহাক্কী রস চেনবা ৱারী, ৱাঙাও, ফাগী পুম্নমক্কা অমূত থিকপগুম চোকথরবা, চোক্লবা হকচাংদা নৌহৌ পাংগন হেক্ত হাপ্পি। চরা বারুদবগুম ক্লাস পুই, য়ুমদা হল্লি। থবক্কী থোঙভমদা জ্ঞান লৈবা, রস চেনবা মরুপ ফংবসি ঈশ্বরগী চ উরবা, চাউথরবা বর অমনি।

লাক্লে পরীক্ষা মতম। লেপ্লে কুয়েসন শীবগী মতম। কুয়েসন্সু য়াম্মি সেংগদবা। মতম কক্লবা নুমিৎ অহুগী নুমিদাংমক্তদনি। কুয়েসন অমা পায়থংলি। চংশসু জর জর অহুম মচংলি। নিবন্ধগী মতাংদা "নরৈকাইগী নক্রে নথুনগংগী মরমদা রচনা অমা ইসি" ইগে তৌবদ ঐগী কলম থক পল্লি, তাবগুম তৌখি নুংদা "পোক্লভম নরৈকাই শক-খঙদবা, মশক কৌবা সুকখঙ খঙদবা নংনা ৱাহং অসি হংভম থোকপরা, খঙ্গনি, য়েংগনি করম!" নুংবংনখি থম্মোই, ওইখি ঐঙোন্দা অবাবা অচৌবা

অমা ; হোনখি খঙহৌদে, অরাবা সোর অমা। ফমখি তুমিন ফনা কুইনা ; থম্মে কলম, চঙলে অহুম ফম্মুং কপ্পীংবোই লাউনিংবোই।

মসি বিধাতাগী শাপ অমনি। অসিগুম্বা শাপ কন্নানা থল্লবা, চীংগুম শীরবা ঐগী ইপোক্কি। উরক্লমি, উগনি মতাং মতাংদা। অদুবু, শাপ শাপঙাক নংলমদ্রে, বরগী মশক লৌবসু, লৌরকপসু মন্নাওই। মসিসু মমৈ থংদা বরগী মশক লৌরকখি। শাপ অসিদগী কংপা ঙমখি, কংখি প্রেম কংলৈ সনাপুংদা—অপুনবা ইরৈবাক, ইরমদম, নুংশিবী মণিপুর। শরৈ, শকপা ঙমখি নোংমা কাংচুপ চীংগী নাপোম্মদা ফম, মীংকী পীনা খৈ,

নুংশিদ ইমা কংলৈপুং  
পলেম ঐগী অপোকপি,  
চীংদা য়েংউই মনুংশি,  
ভমদা য়েংই মনুংশি,  
নতু তুবুম খুনিংদা  
ভাজৈনে থবায় অপোকপি।

## মরিস্সুবা মতাং

# ইপা পোকপা ইপু

ঐগী ইপাপোকপা ইপুদি ফুরাহোংবা কৌই। ঙসি কোনুং অমনবিদা লৈরিবা শ্রীগোবিন্দগী মন্দিরসি খ্রীষ্টগী কুমজা ১৮৪৫ দা নরসিংহ মহারাজ সনা হাক্তক্তা চোঙবনি। মন্দিরসি হোঙবা নুমিত্তা পোকপদগী কৌবনি হায়। মশক মতো ফজৈ, চাউ শাংই, চুন-ফিরাল চায়। মচৌশিং অমগী মরীদগী সনা ঈচিল অমগা ঙাই ওই। মতুংদা মতাং চানা অহুম পল্লকনি। মরীসিগা নিংথৌ লাইবক য়ুমদিগী খর ভমলকপগা নহা ইওই ওইনা কুৎ ওই। কুৎ হায়বসি হৌজিক্কী হাবিলদার মেজর হায়রিবসনি। খোমজোম লালগী মতাংদদি সুবেদার কাখি। খোঙহৌদগী অবাং লমথৈগী থানা অমা, মম্লাংখাং পুবগী শরুক য়াড়না অহুম লাকই। খোমজোম লালগী খোঙহৌদা য়াখি শরুক—শরুক্কি অচৌবা অমা।

চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ খ্রীষ্টগী কুমজা ১৮৮৬ তা নোংগায়। য়ুবরাজ শূরচন্দ্রনা নিংথৌ ওই। মনাও ইবুংঙোশিং মাপন্দা অহল নহা থায়না মতিক মতিক চাবা ফম হাপ্লি। অনীমদি ঙল্লপ ঙল্লপ লৈখিদে। লৈতৌবা খিবিক্তি চায়-চিয়না মতম খরা পাম্মিগে। মতোল ইবুংঙো য়াইস্কুল লাকপা নিত্যাইবাত ভাবা, মচা ইবুংঙো বাংথৈরাকপা কাঙজেবুং মপান্তাবা, সনা যোগীত্রগী লাল; নিংথৌ সেম্বগী থোরাং কয়া, চৌংগী লাক্লো কয়া কয়া থোক্লবমু মচীমনাও নীপাল্মক্লা পুকচেল তিংনা, থুৎমায়না লেপমিয়খিবনা লোক্তাক্লা নুংশিং পাম্বাদা নুংশিং অতা থুদিং ঈওয়বসু অহুক থর ঈওয়িঙাই ঈওয়গা ঈকমদা। অহুম তুমিন হেক হেক হজিনবওম. লৈবাক ঈরাং হৌভম থোক্তুনা অহুক হেক হেক মহোরবসু অহুম হেক্লক লৈতাই। অহুবু অরাবনি শক্তিগী ঈথো, কবালগী মিহো। মচিন্দনা য়াম্বুং য়াম্বুং ঐজ্জা ঐজ্জা মথুত্তনা কবাক

থাঙ—নিংথৌমচাশিংগী তমথিবা শাক্তং, ইতিহাসগী লামায়দা তমথিবা ঈঙাং ইমুগী ঈফম ! কায়নরে মচৌম্মনাওশিং তানরে নাকপাক। কুলচন্দ্র, কোয়রেং, অঙৌসনা, মায়পাকসনা লৌতুনরে মচৌম্মনাও মরি, তাঙ্খোক্লে ময়াম্বুং মুল্লে মথুভম। কারে সিংহাসন যুবর জ কুলচন্দ্র খ্রীষ্টগী কুমজা ১৮৯০ গী ফত্রবা পুংভম অমদা—নিংথৌ মশাগা, মনাও ইবুঙোশিংগী, লৈবাকী মাঙ্ভু—লৈথা তারো তমথ্রবা।

মহারাজ শূরচন্দ্র, মথুভম অমুক্তং চঞ্জিনবা য়ারবদি, চঙলে কলিকাতাদা বড়লাটকী মফমদা। অদুবু, চৈগে ক্লা মশানা খোঙভম অমা পোন্দশিবনা, বড়লাটনা যীচঙ লেঞ্জিবা তমদ্রে। পোলিটিকেল এজেন্ট গ্রীমউড সাহেবনা থাম্না থাম্না নিংথৌগী সনা থুংশু থাঙ থুভমগা কোয়না মনাওইবুংঙোশিংনা লাঙ্খোকখিবনা বড়লাট্রা চঙনুমল তরেবা তাখি। মহারাজ নীংবা কায়-বনা অমাবা লোয় কলিকাতানা তন্না অহুম লোইখি।

মণিপুর জয়সিংহ মহারাজ সনা চাক্তক্তগী বৃটিশগা শম্নবা হৌই। মতোল ইবুংঙো চিংশাইনা মথুভম হঞ্জিন্নবা থোৱাংলি, ত্রিপুরা মহারাজ নারায়ণগী মতেংনা চট্টগ্রামগী চিফ্ কমিশনারদা চঙলে, বৃটিশগী মতেং নিংহি হায়না পাঙ্ভ তাবনগী হরিদাস গোসাইবু লৈবাক নিংথৌ পন্দগী এজেন্ট ওইনা চট্টগ্রামদা থায়। চিফ্ কমিশনার মিঃ ভেরেল্ষ্টকা সন্ধি অমা তৌনৈ, মণিপুরগা বৃটিশগা শা লাল তেঙবাংনবা য়ানৈ। বাঙ্গলাগী গবর্ণর মিঃ ভন্সিটার্টকী কাউন্সিলনা সন্ধিসি লৌই। মণিপুরদা অরা ডাকুবা সিপাহী কম্পনী তরুক সন্ধি থুংমাবা মিঃ ভেরেলষ্টতা কথাগ পীহনা থারকই। লম্বাদা অশি অনা থোক্সনখিবনা ম্নৌরকপমক্তি ম্নৌরল-খিদ্রে, লমথাঙদগী বাঙ্গলাদা হন্দবা য়াদ্রহনা অহুম হনদ্রে। অদুবু, লেকপাউ তাংখুল লান্দদি বৃটিশগী মতেং থর অহুম মফংখি।

মচা ইবুঙো অতোম্বা গম্ভীরসিং সনা হাক্তক্তদি মশীসি য়াম্না চেংশিনখি। খ্রীষ্টগী তরাগা নিপাল মুবা শতাব্দীগী অহুম মুবা শরুক অহু-ম্নাইদগী তরাগা মাপল মুবগী অহানবা শরুক লোইবকাওবগী মনুং অসি অম্বাগী অঙকপা ফংবা মপাল কবা মতম্নি। মপুংমক্তি নিংথৌ বোডো পায়াগী হাক্তক্তনি মথোয়গী লালগী শক্তিনা কাখিবা বাংল বাংবা থাক।

মখোয়না অকোয়বা য়ুমলোয়বা লম পুন্নহন্না লাক্লবি। মণিপুরমক্তদা মহারাজ গৌরশ্যাম সনা গাম্ভীর্যগী মচা ইবুংঙো মারজিং সনা হাক্তক—নিংথৌরোল তরক্লা, মরিরকি লান্দারকপা। মরিরক মুবা লায়া লাক-পমি খ্রীষ্টগী কুমজা ১৮১৯ দনি। মৈবাক খীনা কায়, তাক মাংহি। মৈবাক লোকপা, লন-থুম খোবা. মীনাই চুম্লা কাবা নত্তনা তমথিবা মীহিংচাগী শাজক্লা অকিবা মীহাং শাম্রবি। নুপী অহাং খোঙ লোয়গা য়োরোক থাগ্নুনা হাংখি, নিপা মথুক্লা য়াইরগ লেংহনা লিশিং লিশিং নাই কাখি। মৈবাক চহী মতম কুইনা খুত্তাকখি। জাতিগী ইতিহাসনা চহী তরেৎ খুত্তাকপা হায়না লাচল্লি তেংথাটৈ। মখোয়না আসাম অমসুং পূর্ব্ববঙ্গগী লমখৈ পায়শিল্লকপা, বঙ্গ মপুং তমখিল্লকদবা উরকপদগী বৃটিশ তুমিন মৈবা য়ারক্করে। খুৎপাই পায়রে। মণিপুরগীসু মরায় কাংত্রু হায়বা মতমহ লাক্লে। বৃটিশ সরকারগা য়ানবা অমগী মতুং ইন্না মহারাজ গম্ভীরসিংহ মনাওইবুঙো নরসিংহ সেনাপতিগা মীকোক ৫০০ গী মণিপুর লেভিগী মথক্লা কেপ্তেন গ্রান্টগী কমাণ্ডগী তেংগোলগা পুন্না আসাম অমসুং মণিপুরদগী অরা তকথায়শিন্নরে। মৈতৈ তেংগোলগী লান্দা থোবা উবদগী—কেপ্তেন গ্রান্টগী কমাণ্ড মথাদা মণিপুর লেভি মীকোক ২৬০০ কারে। য়াণ্ডাবু সন্ধিগী মতুংদা বৃটিশনা মখোয়গী সীমান্ত পরিরক্ষণ নীতিগী মতুং ইন্না মৈবাক্সিবু মিত্ররাজ্য অমা ওইনা থম্লে। লর্ড বেলেসলীনা হৌদোক্লবা নীতিগী মতুং ইন্না মৈবাকী রাজনীতিগী ক্ষেত্রদা তাখোক তাশিন তৌনবা, মৈবাকী মনুং মপাল শেন্নবা মৈবাক মথানা শেল পুজবা তেংগোল থম্বগী মশক্লা হায়না মৈরবা লেভিনা অহুম ওই তনৌবা সন্ধি তৌনরে, তেংবাঙনবগী বাকম য়াংনহনা মরী চেংনা নীংথিনা থম্লে। মণিপুরসু বৃটিশবু খাসিগা, চীন হিলসগী লান্দা অচৌবা তেংবাঙ পী, বৃটিশনসু অম্নাবা মরম পুম্নমক্তা পাং মিত্ররাজ্যদ মিত্ররাজ্য ওইনরে। মতুংগী নিংথৌরোলশিংগী মতমদসু পবিং কায়দনা অহুম চয়নখি।

মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তকনা মরী অমুক হেন্না চেংশিনখি। থোদোক কমামদনি মণিপুরগা বৃটিশগা তেংবাঙনখিবা। অহুবু মতাংনা লোইনা থাক্লনিঙাই থোইনা মৈতে, খল্লি অমত্তং অনীদংনা অহুম মন্নাপনি।

কোহিমাদা নাগাশিংগী পন্নোন্দগী বৃটিশ তেংগোল কল্লি, কবো তম্পাক্তা অহুমসুবা অরা লালগী মতাংদা সাহেবশিং কল্লি। ভাইসরোয় অমসুং গবর্ণর জেনেরেল লর্ড নর্থব্রুক্তা মহারাজগা কাছারদা উন্নরৈ—বরাক তুরেন্দনি ভাইসরোয়গী হিথক্তা। মহারাজ; কে, সি, এস, আই মিংথোল্লা ইকাইখুম্নখি। সনা পুন্নাদা "জিলা দরবার" হায়না লাচল্লিবহুনি।

বৃটিশনা নিংথৌরোলশিংসিদা চংলিবা তৌরিবা পুম্নমক অসি সীমান্ত পরিরক্ষণ নীতিগী মথা পোনবনি হায়রবা অদুম মথক্তনৈ। ঐখোয় মণিপুর-গুম্বা সীমান্ত দেশনা লৈত্তানা পানবা, মখোয়গী মীচঙ তশেংনা লেপ্পা লায়বসি সাম্রাজ্য লৈত্তানা পানবগী পেংচত্ত রু অমা ওইবনা লর্ড লেন্স-ডাউন ভারত সাম্রাজ্যগী য়েংহুনা মণিপুর রাথোক্তা মথুং থিংজিন্দবা য়াখিদে, থিংজিনবা তাখি। অংসামগী চিফ্ কমিশনার মিঃ কুইন্টনবু রাইফল মীকোক ৪০০ পুন্থনা মণিপুর থোক্লবা য়াথং পীখি।

খ্রীষ্টগী কুমজ্ঞা ১৮৯১ নি। লৈবাক্কী ফত্তবা কুম্নি। লৈবাক নিংথৌ মরায় চায়উ, মাঙ তাকউ তম্বা চহীনি। চহীসিগী ফত্রবা থাবান মার্চকী তাং ২২, ফত্রবা কোরৌ নোংমাইজিং—নুমিংসিদা থুংলৈ চিফ্ কমিশনার ইম্ফালদা; লেল্লি, পোথাই নোংমত্থ কূটনীতিগী তম্বাক্তা; তারৈ, শীরৈ মরৌ মথংগী নুমিত্তা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ ফানবা কোয়া রেসিডেন্সিদা। নোংঙালে। শীন্নবা পুম্বা অরেম্বা তারে। মরৌ চত্রবদা লেপ্পরে "থুং থোক্লসি।" শত্তদে করবা লাইগী থৌইনশিন্নো, চহ্লে অশ্তারদা। তৌখি লাল অহিংহুমক্তা লালগী নীতি কায়না পীবা তৌদ লালগী পাউ। চমখিদে, অদুবু, থোইনা চাকশিনবা। নোংনা ঙানফুংদ তৌবদা লেফ-টেনেন্ট ব্রেকনবরি ৪৪ নং গোরখা রাইফল্স্কী তেংগোল পুন্থনা চত্তলে কোনুং যুবরাজ ফানবা, লাইবক য়েংবনি, তুরে মশামক নোংংৈদা। লান্না কায়বোইদোরে উরে চিফ কমিশনার, বাহৌরে তেশিন্নবা—য়ানরে।

মার্চকী তাং ২৪ গী নুমিদাংয়াইনি। সনা কোনুং দরবার শত্তদনি। চিফ্ কমিশনার মিঃ কুইন্টন ৬২ নং গোরখা রেজিমেন্টগী লেফ্টেনেন্ট কর্ণেল স্কিন, ৪৩ নং গোরখা রেজিমেন্টকী লেফ্টেনেন্ট সিম্পসন, এসিস্টেন্ট সেক্রেটারী মিঃ কোসিন্স্, পোলিটিকেল এজেন্ট মিঃ গ্রীমউদ—

অঙবা মরিনা থোগল তৌহনা লেঙলকখি। যুবরাজসু থাংগাল জেনেরেল-নাচংবা অহুবা কয়ানা থোগল তৌহনা লেঙথোক্লে। ঙাঙনবা য়াবমথৈ লোইনা হাঙনরে, য়ানদরে—দরবার কায়নরে। যুবরাজ লেঙশিনখরে।

নীতি কায়বা লালগী মৈখুনা ঈ কানবা মতম্নি। থিঙেলগী শরুক নাশি-খোংদা তাইনরে। অয়ানবা অরঙবা পূম্নমক লৈমিয়রকপা পোলিটিকেল এজেন্টকী মকোক্তা লোইনা থোক্লিরে, খঙজীরে। মৈ থোক্লরে লোইনা। কাললা মৃত্তি পান্দুনা ঈ থক্কে চোংথোকপা মতম পুখ্রম্বা কিঙাং (কাঙ্গাউ) দরবার শঙদগী হেক কুমথবদা পোলিটিকেল এজেন্ট সাহেবপু তানা অহুম লোইশিল্লে। কাললা উমংবিনা অনীসুবা রাখল চঙদনা, লোইশিনবা হৌরবদি লোইশিল্লো মতা, চিফ কমিশনারনাচংবা অতৈবুনা কংলাগী শা মমাঙদা শতরাল নোংথোনবা ত্রিলোকী ময়াথংনা লান্মী শগোলশেম্বা ধননা মীহাং তেম্দোং থাঙনা মথং মথং অহুম লোইশিল্লে।

নুমিৎ অসিমক্তা, অহিংদা, ময়াংখাং থানাদা যুবরাজ পন্দগী পত্র অমা চংলি—শগোল পাউনি, ই "সরাইদা লৈবা টেলিগ্রাফকী সাহেবশিং তাম্মোকখো, য়াদ্রে, লোইশিল্ল"।

থানা ইপুবোক্লা পুই। পাউ হেক ফংবদা খুনশিংদা পাউ পীহনা লানগী থৌরাং তৌই। কায়োং থানাগী মীপা পুম্না মথংগী অহিংদা সরাই চঙি। সিগ্নেলার ও' ব্রাইয়েন, সুপারিন্টেণ্ডেণ্ট মেলভিল, চাপ্রাসী হুসেন বক্স মথরায় পুহনা চেনবনি। অহুবু, ময়াইবক থীবনা ও' ব্রাইয়েন খুল্লাকপা চিরাই নাপাগী মখুত্তা তাই—অহিংহুমক্তা মথরাই মাঁঙি। মেলভিলসু নোংঙানবদা খুল্লাকপগী মখুৎ চল্লি—মথরায় থায়। অরাবনি, মীপী নুংদা থুপ্লিবা হিংচাবীচৎ সাই হেক্ত খুদোংদবু ফংলবা তমথিবা জগোট য়েংবদা ভুজুংবা।

চলে চৌকিক্তি নুঙ্গোইবিদা অঙোবা মকোকশিং। খঙদে করম্বা লাই-রেম্মনা চিতোরেশ্বরীগুম ঈ অহুক থৌরাংলুরিবা, "পৌরাংলে" লাউরক্লিবা।

লাকখি তম্না মায়পৈ অহুমদা লম্মল খুত্তা লাল—

নোংপোক্তা ব্রিগেদিয়ার জেনেরেল গ্রাহামগী কমাণ্ড মখাদা

(১) রোয়েল আর্টিলারী সেকেণ্ড মাউণ্টেন গেলেরী।

(২) অক্সফর্ডসাইয়ার লাইট্ ইনফেন্ট্রি সেকেণ্ড বাটালিয়ান ;

(৩) কিং'স রোয়েল রাইফল কোর ফোর্থ বাটালিয়ান ;

(৪) ফোর্থ গুর্খা রেজিমেন্ট সেকেণ্ড বাটালিয়ান ;

(৫) মাদ্রাজ ইনফেন্ট্রি টুয়েলফ্‌থ রেজিমেন্ট (সেকেণ্ড বর্মা বাটালিয়ান);

(৬) মাদ্রাজ ইনফেন্ট্রি থার্টিসেকেণ্ড রেজিমেন্ট (থার্টিফোর্থ বর্মা বাটালিয়ান)।

নোংচুপ্তা লেফ্‌টেনেন্ট কর্ণেল রেণিক্কী কমাণ্ড মখাদা

(১) এইথ বেঙ্গল মাউন্টেন বেটারী ;

(২) কলকত্তা ভলন্টিয়ার রাইফল্‌ কোর ;

(৩) বেঙ্গল ইনফেন্ট্রি থার্ড রেজিমেন্ট ,

(৪) ,, ,, এইটিন্থ ,, ;

(৫) সেকেণ্ড গুর্খা রেজিমেন্ট ফার্স্ট বাটালিয়ান ;

অরাংদা ব্রিগেদিয়ার জেনেরেল কলেটকী কমাণ্ড মখাদা

(১) এইথ্‌ বেঙ্গল মাউন্টেন বেটারী

(২) থার্টিন্থ বেঙ্গল ইনফেন্ট্রি রেজিমেন্ট ;

(৩) থার্টিসিক্সথ ,, ,, , শিখ রেজিমেন্ট ।

এপ্রিলগী তাং ২৫ নি। পোক্লরে অকাবা লাল। খুংনাইশং. মীশিংদা, মতমগী অনৌবা লালোংদা অকিবা কংনা হেনবা রেক্লবগী তেংগোন্নি। খুভমদমু কক্লবা—থক্কা খাপা পানবনি ; বৃটিশনা চাংথক্ক মৈতৈনা চীংথং-দা। লেম্পুগনি, থাঙলুগনি কক্লম য়েক্লবগী মায়োক্কা মৈতৈগী তেংগোলন্না তুরে চাংলেনসনা, হৈরাংখোংদা, পাউনং, মথং মথং মৈতৈগী অখোবং লংলোয় কয়া কয়া অতাঙবা, পাম্মুবা। মখোয়গা লোয়ননা তাঙ্গে অহুম মৈতৈগী নীংদম কোয়ৌ খোংজোম তুরেলগী খোঙনুংদা। মতুং নীনি কোনবা, জাতিগী য়াইথৌবা নুমিৎ—এপ্রিলগী তাং ২৭, য়াইথীবা পুংতম অয়ুক্কী পুং ৭ চঙলে কংলা মেজর মেক্সুয়েলগা লেফটেনেন্ট কর্ণেল রেণিক চাইগৎলে লানঙম ফিরাল-ইউনিয়ন জ্যোক। তারে মৈখা পাপংবা ফিরাল কোয়ৌ মীশিং অমগা চানীপাল য়াম্বোমাপল শকথঙনরক্লবা।

য়েংঙে তৌজিক্কি বৃটিশ লান যঙ্ক লোইশিন্নবা থোরাং, পীয়ে পূর্ণা-হুতি মথং মথং চক্কা কোন্নোয়, খঙদে ধর্ম্মরা অধর্ম্মরা,

গেপী তাং ২৫ দা পুম্ববা কিঙাং ;

জুনগী তাং ৮ দা নিরঞ্জন সুবেদার ;

আগষ্টগী তাং ১৩ দা

যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ,

জেনেরেল থাংগাল ;

অক্টোবরগী তাং ১৩ দা চিরাই নাগা।

মৃৎনরে মৈ লৈবাক্তী শিনা, ঈংনরে মৈফম মরায়বক থীরবা মীকোক কুনগা হুমদোইগী নৌহৌনা ডাবা লৈবাক্তী শিনা অমুক—

চংঙে পুনশিগী লোই আন্দামান্দা—লাইজ ঈপূংয়ায় ইমু মপূংয়ায়,

(১) মহারাজ কুলচন্দ্রধ্বজ ;

(২) মনাও ইবুঙো অঙৌ সেনাপতি ;

(৩) ,, ,, মায়পাক বাঙ্খেরাকপা ;

(৪) চোংথা নীলমণি আয়াপুরেল ;

(৫) মাইস্না শামু লুরাংনিংথৌ ;

(৬) চোংথা মিয়া মেজর ;

(৭) য়েংখোইবা অবুংজাউ লালুপচিংবা ;

(৮) উশবা উরু লালুপচিংবা ;

(৯) হৌদি চাউবী মচাহল ;

(১০) নেপ্রা নোনে মচাহল।

(১১) নোংথোনবা ত্রিলোকসিংহ শঙবান।

(১২) লাইশ্রবা খম্বা ;

(১৩) খোমদ্রা খন ;

(১৪) ময়েংবা ধ্বজ ;

(১৫) শগোলশেম্বা ধন লাম্বী।

... ... ... ...

(১) চিংগুবা নিংথৌবা মেজর ;
(২) থৈক্লুজাম্বা চাউগতোন সুবেদার ;
(৩) অশাংবা ফুরাহোংবা সুবেদার ;
(৪) ইস্বুজাম্বা ঘন জমাদার ,
(৫) ফাঙোৌবা থৌবা জমাদার ;
(৬) মংশাঙাবা তাঙো জমাদার ;
(৭) গোকনি নাগা ;
(৮) গোহো নাগা ;

অসিনি মীওইবগী পুনশি থোঙচৎ ; অসিনি জাতিগী পুনশি থোঙতম ; য়াংলুগনি, থঙলুগনি, কনানা করি করম মথোয়গী মরম ।

লোইগী পরেং অমৌনি—চহী তরাগা তরুক্কী অমা, কুনগা মঙাগী অমা। অকোনবগী পরেংসিদনি ঐগী ইপাপোকপা ইপুনা তারিবা। মথংগী চহীনা হেক হৌরকপা, জানুয়ারি তাং ৪ দা থুংখি পোর্ট ব্লেয়ার, থাদ্বি রারবা, শাংথরবা পুনশিগী চহী কুনগা মঙা, মীওইবগী পুনশিগী অথোইবা মতাং, কালাপানীদা—লাইজ ইপুংয়ায় ইমু মপুংয়ায়, মরৈবাক্কী- দমক্ত পুঙমদবা চৈনা, পুনশি কোক্লোয়া নোংমা তুমিন তাকপা ঙাই পিরিক্লনা থৈ, পক্কদবনা মশাদা মরীক্লগুং আশাগী "উরখিগনি ইরৈ- বাক ইরমদম নুংশিবা চেংলৌশিং"। লাক্লবরা থঙদে, লোইবদি লোইরৈ মপুনশি মরৈবাক, মরমদম, কংলৈ সনাপুঙরোম্পিদা। হৌরে ঙৌনা মহাকপু হিংনহিং বিধাতানা চহী কুনগা মঙা—পুনশিগী নুঙাইবা মতাং, লংনবিখিদে মহাক্কী মকাদা নুংশিবা তম্বাক, নুংশিবা মিংকী পি থৌরাংনবা থরায়না পুনশিগী অরোইবা বিদায় লৌরমদাই। মচা মশু খিবিক্লা পুমকোয় কোয়না ফম শেল, মিংকা মিংকা মিচ্চানা, পিগা পিগা চিল্লোক্লা তানখি লালোয় অরোইবা য়াহিপ।

লংকখিবনি থরায় অসে মপুনশি লোইরমদাই—লোইরমদাইমক্লা। নৈলশাং লোইরবা নৈলনি, হৈমুন লোইরবা হৈনি—কেনগদবদ মঙায়রবা। লাকপগা পক্কই কুইরমদরে, অতুম হেক্ত মচংশঙম তৌপ্রবনি। থঙদে নোংদম মাগী নোংদয়ুকুরা, নপ্রে, মহাক মশাগী শাংপ্রবা, ঘাপ্রবা চহী

কুনগা মঙাগী কপচমম্মক্করা. হজিল্লবদনি মহাক্না লাইজ ঈপূংম্নায় ইমু মপূংম্নায়দা পুক্লবা ইমা কংলৈ সনাপুংগী অশেংবা লৈরীক। অদুবু, লালোয় মাগী পুনশিগী মঙান্দা ইরৈবাক্তী ইজাতিগী কুক্তিগী শক্তমগী নীংথিবা শককম থরদি চঃহোই ঐগা চগী ভরামুক্ত মঙারক্লিবা মিৎনা কাবক শেংনা।

তায় ঐখোয়না দীনচন্দ্র বাংলৈরাকপা কাঙলৈবুং মপান্তাবগী লালগী বারীদা—বাংলৈরাকপা মশাগা মচীম্নাও, মপা মচা থরগা লান্দা তুরবদা, কুফাং চম্না পোংলোই। পোংলোইবদা, অয়ুক অঙনবদগী নুমিৎ লৈথরক্ল-কাও হকচাংশিংদা যৈরাইদে; অথঙ অহৈশিং লাক্তুনা হৌনখি ভোরয়-বতদা যৈ বায়। শৌদে বাহু হৌজিক কনানমু; হায়নৈ "যৈনা বায়নবা পোৎপু লৈবরা. পঙহায় মহায়সাবনি"। তায় অয়ুক্ত ঐখোয়না "নাওলসিং ব্রজবাসীগী মঙক্তা চঙথিদে থাঙ. মশাদা নোংমৈ মরূ"। হায়নৈ অদুদমু অদুম "অদুক মহায়সানা হায়বহুনি, থাঙনা তানা চঙদবা নোংমৈ মরুনা পান্নবদা চঙদবা লৈবা হৌনবরা"। দুপী লালোয় আমা-জোনশিংগী বা ঐখোয়না গ্রীসগী বারী বাখোঙ কয়াদা তায়। "মখোয়গী থোৎ নৌরবা মথবাক্তফাও অকনবা লালোয়শিংনা মপাঙল থানা থাঙনা তানা খিনবা য়ানবদা চঙদে—করিমত্ত শোক্তে"। থম্নে, হায়নৈ অদুম "লায়রোলগী বা হায়বহুনিদ"। অদুবু পূম্নমক অসি অদুক মহায়শাবা, মহায়শিনবা নত্তে অচুম্বা—অওইবমক্তি, হায়বসি অহল ওইরবা লালোয়-সিগী মঙক্তী থাঙফম্বনা অদুম মতাকই। ঙক্তী থাঙভম অদু য়াম্না শাথিনা শোকপনি হায়বা তারিবা মমি, চোইরপ তোবা ঙকফম্না অদুম প্রমাণ মওই।

লী হংবদা—

"ঐখোয় কালাপানীদা কাদোক বানা তারুগনি" খল্লমী। তারুদয়ে, নোংমা নীনি অদুক শেম্নদা পল্লরবনি। থুনমক লম অদুম মপায়ে ঐখোয়দা, ঐখোয় ঐখোয়না অপাম্বা, অঙবা শরুক পোল্লা য়াই। অখোল্লা লমগী থাজনা চহী অনী য়েংতি, অহুমসুবদা তাই। যণ লোক লৈনবা. হৌদোক্লবা শেল থুম পী। ঐখোয় ইনোং তম্বা প্রজাওম হিংতি। ঐখোয়গী পল হায়বদু পোর্ট ব্লেয়ার কুম্বা য়াদে, চিঠি পত্র চৎপা য়াদে।

চিংতবা মেজর ঐনা নিংথৌ পল চঁঙেদগী য়াম্বা ওইনা লাকপনি।

লৈবাক নিংথৌ পন্দা অরা-নুঙাই শরুক হেক হেক য়াম্মিন্নরকপদ নঙনা পুন-শিগী পন্দসু অহুম লোইনা য়াম্মিন্নরকপনি। চহীসু থংম নাউমনি, নুংশিনবা মরুপ্নি। ইবানী শক ভংনথানরক্তে। কালাপানীগী অরাখোঙভমদসু অহুম মথোকখি, মথোকলুই লাই লৈভবা নত্তে, ইবানী কায়নদবংদা, ইবানীমক খিত্তং মপোংথাই। লম পুম্না অহুম খোপমিম্নৈ, লৈমিম্নৈ, চামিম্নৈ, হিংমিম্নৈ। ইবানিসি লৌউ শীংউ, ইংখোল নুংখোল কোইবসিদা কম্না পকশিনবা চুশিনবা ঙমদ্রে। তাম্নৈ, লেপ্পৈ "যণ খুঁটি থম্লসি, পল্টনগী শঙ্গোম হুল্লসি"। কমেসন সাহেবতা হায়জবদা য়াবিরে। সরকারগী মতেংনা যণ খুঁটি অমা থম্লে, পল্টনগী শঙ্গোম হুল্লে। থাগী পম্নলা পম্নলাদা শেল লৌবা হেক হেক চংলি।

অমুক্তি মেজর সাহেব মশা ঙমদহুনা ইত্তোমদ চংলি। খোঙভম থীক্লরমাল্লে, চীঙ্গোল অমদা, লু থিবা কাঙবু ওইবা তাই, মীতিংচা শর থেংনৈ। ঐবু উবদা লাল্লাউ লাউহুনা ফুজিল্লকই। মপোয়দি লোইনা থাঙ পায়, ঐদি ইকোম কোয়্না চৈশু অমত্ত পায়হুনা চংপনি। অহুবু, মখোয়গা ঐগা পানবদা মখোয় ঐনা থীনা ফুদেক্লে। খিত্তং পোকফাত্তবা অমা চেস্থোকখিহুনা চীঙদোঙ অমদা খেক্লুই। মিংনা কুপ্পা অমদা লাল্লাউখোম্না চীংমায় নীংখায়গদোবগুম নিল ফুধরকখি মীতিংচাশিং ফনা য়াম। কোয়খি ঐহাক মখোয়না পুমকোয়। তিংপনি হায়বা উখিদ্রে, অহুবু, লালগী নুংশিংনা অকিবা লৈতনা থেংনখি। থেংনা থেংননা মীশীংনা য়ামখিবগা, হকচাংনা পাম্বোম্নগা চোকশিল্লকপগা চৈফু চৈচাই ফনা লং-শিল্লক্লে। তাঙ্গাসিদা তুংলোমদগী চৈথা অমগা পানখিহুনা তুরে ঐহাক অহুম। মীহিংচা অমা চোংশিল্লকহুনা ঙক্তা থাঙনা য়াম্বরকপগুম তৌখি, জ্ঞান মাঙখিবনা অতৈ করিসু খঙ্খিদরে। ঐনা জ্ঞান তারকপদা পোক্তা লৈরম্মী। মীহিংচাশিং অহনা ঐবু করিগী লোক্তা হুম্বরম্লিবা অহুসু হায়বা ঙমদে। মখোয়গী থাঙদা ঐগী ঙকসিনা হেক তুপ্তবহুদা নামুংবগুম্বা অমা তৌবনরা, নত্ত্রে, মখোয়গীদমক্ত ঙহাক লৈতনা লাঙ্গাবা চংপা সিফাইগা লাকপগী ইনিল অমা ফংবনরা—অমনদি মওইরম্নগনি। ঐগী খোঙ্গুল লীয়কপা সিপাইশিংনা ঐবু হাসপাতালদা পুই। হাসপাতালদা থা তরুক্কি ঐনা তাহুনা লৈবা। শিরুরবদগী শ্রীগোবিন্দনা নখোয় ইচাইপুশিং অসুম্না

অমুক্তং উগ্নরগা "শিজো" তম্বনা ইপূ হিংহ্নুনা লাক্লিবসিনি। ইপুগী ওক্না চোয়ব্লিবা খোম্না পেল্লিবসে অহুদগীনি।

লূখোই সনা সনাখ্যা চন্দ্রহাস, মরাম্ন্বংতোন হৈনৌমখোঙ তাবনা পোকপনি। ইদুঙোসিবু পোকপা ইচেবেম্মা করাউবী (করাম চনু) অসি ইপুবোক্না লূনা তৌগবা মশূশিং অমনি। অহুনা ইবুঙোগা ঐপা, ঐখোয় ইকু ইমাক অনীসি ইপুবোক্না ম্নাম্না লূনা চান্না তৌই। ইপুবোক্কী কবোক্লি, কবোক্তবু নত্তে, মকুপ্লি—ম্নাম্না নুংশিবা থানঙমদবা মকুপ্লি। ইবানিমক্লি চায়. নত্রে, অমনি চান্ন উগ্রবদা ইপুনোক মশাগী নোংমগী পুনশিসি মশাদা পুঙমদনা থোকপগুম তৌই। মহাকবি সেক্সপিয়ারগী "মপা মপু ওইবশিংনা মচা মশূ ওইবশিংদা মশা মশাগী অতাং ওইরিবৈগী শকফম উবনা মখোয়বু মথল্লায় কংনা নুংশি" হায়বা রাফএসি কল্পনা নত্তে, অওইবনি, অওইবমক্লি হায়বা তশেং খঁঙি। ইকু ইমাক ঐখোয় অনীসু খিত্তং হেক চাঙবদা ইপু-বোক্কী মনাক্তা হেক্ত য়েৌই। অহুনা, ইপুবোক্কী নোংমগী পুনশি খোঙভমগী মতেক থব্নগী মথৈদি মুল্লপ অহুম মখঁঙি।

ইংখোল ফনা চাউই - লৌরাক্স্ক ওইগনি। য়ুম্না কা মরিগীনি। ইপুবোক লাকপদগী নৌনা লৈবনি, য়ুমসু অহুম সাবনি—শঙ্গোয় লূকোয় অমত্ত য়াওদে। মতম থব্নদি, খুড়াশিং লৈতবা নত্তে, অহবু, খঙদে কব্নি-গীনো, মথন্দ মরৈ। অয়ুক্ত ইংখোল হেক হেক শূই, য়োং মখোক ম্নাম্না শাংঙি, লৈপাক য়ানবগা খ্নাঙ নোন্দে। অয়ুক কয়া ঙম্না হৌবা, হায়বা ঙমদে—খঙদে। থবক্কী মওংনদি য়াম্না ঙম্না হৌই হায়বা তাকই। ইংখোল পূম্বা এনশাং নাপীনা লেক লেক লাউই। পূং তরাগফাও শূই। ঙহাক পোথারগা ইরুই—লাই খুরুম্মি। চহী ৭০ গী মথক্লি, অহবু মশা অহুম খিংখিং লাউই, কুচু কুমেন মাঙদে। নাবসু উদে, শিব্নমদাইদা মতম থব হিপ্পহুনা লোইরে।

কৈথেল নুংথেলগী থবক অবোকশিং অমনা তৌই। ঐখোয়গী ইধৌশিং অমগী ইমুংনি। ইপুবোক্কীনা ইবেনবোক্কা হেক পোকমিন্নবা মশানা য়াইফরিঙৈদা কোল্লকপা মনাওনুপীনি। ইমূং মনুংগী থবক ইনথাং-নচিংবসু অবোক্কী মচাগা মমৌগনা, অশং অশংবা অহুম তৌই। চাক্তি,

অয়াবা মতমদা, মথুংনা থোংজৈ। চায়া অমত্তু মচায়। ত্তা চাবদি থক উদে, চায়না হেল্লি হেন্দেদি থঙদে। হয়াই অমা, শংজোম অকবা থরদি নোংমগী কায়দে—অতৈদি অতৈনি নোংমা নোংমগী থোক্লুবা চানীংলুবা চাকচা তোকপগী হিদাক ওাম্বক অমা ফমজনা থকপা লোইবগা ওহাক ফমদা পোথাবা থক কায়দে। তাঙ্গা অসিয়াইদা ইকু ইমাকসু য়োৌপল্লি। ইকু ইমাকী দশানি। মী পোং লাকপিদ্রবদি কৈ লাকপা থোক্লবদি হৌদোকপা তাবনিনা ঐখোয় অনীগী অবাবা অচৌবা অমা অগম মওইরে। ইপুবোপ্পা। তুম্বদবু তুমথরবদি চুমথাঙ মতেক্না হেক্ত থল্লি—অহনি ঐখোয়নীন কিরিবা। অহনা, হৌদোকপা চঙবসি ইবানী কন্না ঈমৈ। অয়াবা মতমদা ইবানী ঈয়বা তাবদগী হৌগংলকই হায় “করি কিরিবা, কিক্লনু, নখোয়দা কৈসু তোৱোই”। অঙাং ওইবা থম্মোইদা ইমম ময়া, পালগী জগং অসিগী মুংদা থুপ্লিবা জগং অমগী মশক মনি তাবঙম তৌখি মমি শামি।

সনাখ্যা পূর্ণেন্দ্র, কোম্বাগী সনাখ্যা হায়না থঙমৈ। যুবরাজ টিকেন্দ্র-জিংকী মচা ইবুঙো অহম্নি। সনাখ্যা পোকপা অবোইবেম্মসি ইপুবোক্পা লুনা তোজবা মচলশিং অমনি। মরীসিদগীনি ইপুবোক্পা নৈবাক নিংথৌ পন্দা মীশক কাবকপা অমা ওইখিবা। মমা মরীগীনি হায়বঙম তোই। মপা মরীগা মমা মরীগা—অনীগী মচীম্নাও, মচেম্মচলশিংদা, অয়াবদা, মমা মরীগীনা কনশিনবঙম তৌবসি হৌনবিয়া থঙদে, ইপুবোক্পা অবো-ইবেম্মগা অনীসি প্রেম ফনা নীংথিনা লৈনৈ। ইপুবোক্পা হেক থোরকপগা মমা মরীগী হায়া লোইনমক থিক্লবঙম তোই। অবোইবেম্মগা মচীন মোপ্পা উমখিবা নুমিত্তগী সনাখ্যানা চৈরাপ কে টি ছুটি ওই-ওইবা নুমিত্তা চাকী পাউ হেক হেক থারকই। সনাখ্যাসু চয়োম্দা অমুক অনীরক্তি কোর্টতগী হেক হেং লেঙলকই, “অবোক্পা মাম্মবু য়েংলুচো লাক্লিংনি” হেক হেক হায়।

নুঙাইবমদি, সনাখ্যানা অসুম হেক হেক লেঙলকপসিদা, মকু মমাক থাঙ্গী, তাগী, শাগী লালগী য়ারীনা মপুং ওইনা হেক হেক সাই। অরিবা মুগগী অকল অথৌ, অরিবা মুগগী অখঙ অহৈ, অরিবা মুগগী লোঞ্চং মুংজং, ফিজেং চাকচা—অরিবদনি ইপুবোক্পা থাবা, য়াবা, অনৌবা মথৈ চঙদে, চন্দ মতোম্দা। “স্টে গ্যপ্রার অব্ কিক্টিন”: দা

নুংশিবা পোকপগুম পোকই থম্মোইদা নুংশিবমা শৃঙ্গবদা। করি করি-গুবা মুমিত্তদি সনাখ্যানা থেঙথরপ শঙ্গরগা মকু মমাক থাঙলোন অমনীসু মনীংসিংনৈ। মরক মরক্তা তাসু মনীংসিংনৈ। নুংশিবা অমনা থাঙসু তাসু চুংসু চুঙ্গোয়সু অমত্ত য়াওবা নত্তে লৈতবনিনা, বাচেংনা য়েংথৌনা শিন্নুনা তৌবা ঙাক্নি। মসিদা কুপ্পে অমনা—মহা ওইরিবা সনাখ্যাগা অহল ওইরবা ইপুবোক্তা অনীদা ইপুবোক্তা চকচাং খিংবা য়াংবা, খুং শিংবা হৈবা হেনবগুম হেক হেক উই। ই.ঙো লুখোইসনাদি ঙাওনা হৌবা অঙাংনি, লাউরুই হেক্ত, খাম্বা নংহৌদে "পাবুংবুদি ইপু-বোক্তা ঙম্লে"। হেক হেক নোক্তনা লৈ।

চহী মরিক্ফু তামশিল্লরুবা হকচাংনা নোপকম থোক্লবা পাংগল্লা সুপ্রোপ নোপ্তবা উবদা লালোয় পুনশি খোঙকম্লবা মৈত্রবাক্তী যুগ যুগশিংগী অথোবা লালোয়শিংগী শক্তম পরেং পরেং মিত্তা হেক হেক তাবগুম তৌই মশেল মরাং, মশেল মরাং—কুপ্পৈনি, মঙলাম্নি নুঙাইবা।

চৌংগী পল্লোয়ংসিদা চিপক ঙাক্লবী মণিপুর ইমাগী অবাংবা কুন্তি—অথোবা মচা কোঙ্গায়না সাধনগী গুপ্ত থাঙ তাগী মচীল মম্না গুম, মৈ উশিং নুংশিংকী মতীং থেক যুগ যুগান্ত কয়া কয়াদা মরৈবাক মজাতি ঙাক, নীংদম ফিরাল শেল পাল্লকপা শক্তম লালোয়সিগী গুণগী মঙান্দা, উবগুম তৌখি। উখিবঢুমক্তা তুংগী জ্ঞানগী লম্বীদা লমজিং-মৈরা অচৌবমা ওইরবা উ ইপাপোকপা ইপু, মৈত্রবাক্তীনা নীংদমলালগী লালোয় অমা মাগী মখোঙ খুয়াখাদা কচ্চে হেক হেক ভক্তিগী অর্ঘ্য।

লাক্লে মতম ইপুবোক্তী, তারে ক্ষমদা অয়োইবা, হায় "ঐ ইখুংনা ভাগবততা পুষ্পাঞ্জলি কংনীংই, সংকীর্তন ইশানা খুরন্নীংই, ইনাকোংনা নাম শ্রবন তৌনীংই, গৌরচন্দ্রদা লুক অমত্তং ইশানা থঙনা কংনীংই, মহাপ্রসাদ ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবনচিংবা খরনা থুনবা পাম্মি"। মথুং থেক্তনা নুমিৎ পাই, তাই মত্তোল 'থোক্লবা হোৎনৌ, লৈত্রবনি মতম, ঙসিদগী মঙানিগী মনুংদা", য়েংঙি ময়ামদা—মমিত্তদি শিয়াং।

ইপুরোক্কা পোকপা নিঙোল অনী পিবা অহুম্নি—অনম্ভ ভেকত্রি, কামত্রি। হোৎনরে, লাঙলে খোক্লবা সূনা। হান্নবা মরিনি সূবা নুমিত্তনি। তাক্লে, চরাউরে ইপুরোক, হায় “নুমিত্তুদনি ঐনা নাম ফংগদোবা।

নোংমা নীনিদগী বানি, য়োরে নুমিৎ অহুম। ফংলে নাম; তানা তানা ফক্তা অহুম—মশাদা নাপুগী ডোর কৌপীন বহির্ব্বাস, খুন্নয়ে ভাগবত, কংলে পুষ্পাঞ্জলি খুনয়ে সংকীর্ত্তন, তোরে নামশ্রবন। লোল্লে অহৌংহু, ওইরে যাত্রা মোংনা ফুংদ ঙানবদা।

উরি মিত্তা ঙসিফাও শাংথ লেংথ ইঙৌ ঙৌ তাবনো ফক্তা—মশাদদি ডোরকৌপীনবহির্ব্বাস। ঙকই উবদা জাতিগী অরাংবা কৃষ্টি, সাধককী সাধন—মশানা খঙনা মতম খঙনা চৎপা ঙম্বা অঙকপা সাধন। খল্লুবদা অসুম শক্লীংলকই ইমাগী গুণ মতেম্মা—

ফজেদ ইমা নহাক্কী চায়োক,
নীংথিদ পলেম নহাক্কী নাউকোন।

পায়উ খুৎশু থাঙ চেৎনা খুৎশু তা
চিঙ্দ্ কিনু লাল থংউ মাঙজীল লাল
শোক্লো নরৈবাক নজাতিগী লাল
পীয়ু পাম্মুক্লনু খরায় পোম্বা
ইমা নজী শিক্লানি নীংথিবা।

পূনশি খোঙাই লোই চৎলনি নোংমা
লম্দ্ক্লনি হৈয়ু লম্বী শোয়
চিঙ্দ্ খর্ম্মদা ফংগনি খোঙলোয়
চৎখো নুঙাইনা পূনশিগী বাংমা
ইমা নজী দীক্লানি অরুবা।

ফজেদ ইমা নহাক্কী চায়োক
নীংথিদ পলেম নহাক্কী নাউকোন।

ঙসিদি কৈদা চংখরে ইমা
নহাক্কী শিক্ষা নহাক্কী দীক্ষা ।

চারে ইমা ঙসিদি মীনা মী
চুপ্লে পলেম ঙসিদি ঈনা ঈ
কাউরে মরৈবাক কাউরে মজাতি–
চৌপংলো পলেম পীররো নৌহৌ
নঙ্গী শিক্ষামন্ত্রনি নীংথিবা !

অচুম্বা চংপা তারে অংপঙবা
অপৈবা চংপা লক্লে অশিংবা
থুপবরে শান্তি মাঙথরে লৈতাবা —
চৌগংলো ইমা কাম্বরো নৌহৌ
নঙ্গী দীক্ষামন্ত্রনি অক্নবা !

মাঙকদে ইমা ফজবা চাক্লোক,
নঙ্গী নীংথিবা অক্নবা নাউকোন ।

### মঙাম্বুবা মতাং

# ঐবু পোকপা ইপা

ঐবু পোকপা ইপাগী মমিং জীবন কোই। লৈবাক মীয়ম্না মতিক্কবা মচীঙাক্না মচাজবা মপাগী মমিঙ্তা অহানবা উবা মচা ওটবনা কেনা নোনা য়োকই। মশকা মতৌগা মীনা মুংশিনবা, মমা মপা ওইবশিংগীনা লেমজ-নিঙাই ওইবা অঙাং মতা থোক্লবনা অমুক্না হেন্না লুনা তৌই। অবাবা কৌবা মশক খঙলুদ, নুঙাইবদ মশকক ওই লাকখি অঙাং ওইরিবৈ মতম; অরুবা, নীংথিবা মহৈদ তম্লকই। কুশ কায়. পুং-ইশৈ তশ্মি, নীপামচা পালা য়াওই। গৌরলীলা, মজেনবদা চুমম্না মশক নাইনম্না য়াওই, য়াস্গী কৃষ্ণ সাই। মশাদা সংস্কার থরদং লৈরবতগ তৌবরা, লাইরিক্কস্না নীংথিনা মম্নেক অত্নম মচংপা, পুং-ইশৈদস্না অত্নম মচুশিনবা মীওই মতা ওইনা তৌই। অত্নবু, মশাদা বিধাতাগী শাপ অমা চেনবনরা খঙদে, শাংলমদাই উনখা থেংনবা লৈনা লৈওইদবতম. হৈজীং কায়মদাই খোই তোংবা হৈনা হৈওইদবতম, মশাস্না মহৈস্না অনীনা মচীল হেক তুম-খংলকপা মতম্মদা শাথিবা অরাবা অমগী তমথিবা চৈনা কং মপুনশিদা মীওইনা হিংবদা বাবতম্বা, নত্তে, বাদ বাবা অমা ওইনা থোকখি। বানা নংনা পোক, বানা নংনা প্যাল, বানা তোম্না হিংবা মীদদি অবানংগী চৈনাসি, খঙদে হৈনখিবনরা নত্রে পঙথখিবনরা, কাওনা কাওনা পঙন কপ-বতম মউই। তাইনা য়াইফনা পোক, বানা নংনা পাল. বানা তোম্না হিংবা মীদনা, পঙদে খর হেন্না শাপিনা থোকপতম তৌবরা, মশাগী মপুনশিচুপ্পদা মথম্মোইগী থুপ্পবা কাক্তম্মদা চৈনা অমা ইপুদ পুবতম্বা অমা উই। মসিমক থোকখি ঐবু পোকপা ইপাগী মপুনশিদস্না।

অপোকপনা তায়মত চংপা মতমদা মশাগী চহী তরাগা তরুক তরেত মহায়রি। মপু পাম্রবা য়ুমদা তারিবা মচল মনাও অপিথকশিংগী মমক,

মপুরোইবা হিংনা লুপ্পা শীংদা চনবা তাঁরবী—চন্নবী, মমাগীদমক স্কুল তোক্লনা ইমুং মনুং য়েংশিনবা তাখি। লৈবাক ফংই কাং খোং, ইমুং ফংই কাং খোং, মশা ফংই কাং খোং—কাং খোং মমামসিগী মরক্তা বানা চৎলি মখি মত্তা কনাগী মতেংমু য়াওদনা মমাম্বচানা লৈরী সাগুনা য়ুমেপ্পবা হোং-নখি—চোংনজমল য়ুমমু অদুম মরেপখি। ইমুংগী ফিভম হাইরপ তাব্রবদা, য়াইফরপ লোকচরকপা অরুবা মহৈদ মতমজরকপা, মথম্মোইমু হাইরপ মরাংজবা। অমরোমদনা অমোংপা খিনফমদি শক পাম্মক্তবা—পৃম্মক অসিনা "সরকারগী থবক মচা অমত্তং ফংলবদি" য়েংজখি, ফংবগী আশামু তোজখি। তোক্লবগী মরমমু অদুম নীংথিনা মরৈ। লাইরিক্তা মাইনরগী থাক য়োরবনি। মতম অসিদদি মাইনর পাশ হায়রবদি লাইরিক হৈবগী লোইরবনি।

মিডল ইংলিশ স্কুলবু মতম অদুদা মাইনর স্কুল হায়না খঙনৈ। মাইনর স্কুলগী শিক্ষা ফংলবা, লোইরবা মীবু মাইনর পাশ কৌনৈ। হৌজিক মতমগী ক্লাস সিক্স পাশ তৌবগা অমত্তনি। অদুবু খেন্নবদি আকাশ পাতালনি। মাইনর পাশ তৌরবা মীদি ইংরাজী ইবা খোংপা, ভাঙবা শকপা মনীং তম্না ওম্মি। চিঠি পত্র মথল সুনা হৈ। চুম্নগী অর্জী খঙদে দরখাস্ত খঙদে, লোইনা নীংথিনা ড্রাফট তৌবা ঙম্মি। দলিল পত্র-নচিংবা পুম্নমক লোইনা কোম্না শূই। প্রকৃতিবোধ, ফনা নীংথিনা তম্মি। পাটিগণিত, জ্যামিতি, জরীপ, পরিমিতিনচিংবগী জ্ঞান নীংথিনা লৈ। সাহিত্যগীমু অদুমত্তায়। ইংরাজী, বাঙ্গলা সাহিত্যগী মশক ক.রক নীং-থিনা অদুম মখৈতি। শম্না মখোয় মীপুম থুদিংমক জ্ঞানগী শরুম অপিথক অমমম্মি—সারস্বত ওাক্লি। মথক্তা ক্লাস রান. টু পাশ হায়বা পরেং অনীমগা লৈরি। মখোয়দি তোমথিল্লি। হায়রিবসিনা হৌজিকী ক্লাস সেভেন, এইট পাশ তৌবগা অমত্তনি। খঙবা হৈবদা থাক য়াম্না ফংথিবা কাখিবগী বাদনি। মখোয় অসিমক্তি মতিক চাপ্রবা ইনফোরমেসন অমম্নুং নোলেজ মুম্না নীংথিনা লৈপ্রবা গ্রেজুয়েট কুখা ওাক্লি। ঐখোয় ইশাগী মতমগী গ্রেজুয়েটশিংনা মখোয়বু শোক্লুবা রানা, য়াম্না রানা খোকই।

ঐগী ইপাদি মরাম্নবক থাহুনা বৃটিশ সরকারগী য়েরুবা, ডায়মণ্ড চৎপা

মপাগী মচা শীংদা চঙ্বনা, লাইরিক হৈরে হৈনা থবক্তক ক'খিদে—পীখিদে, মীংবা থীনা কাম্নখি। কান্নরে ক'ম্ননা শিবদি য়াদবনিনা অপোকপনা থম্লবা লৌ শীং, শেন শুম পোং চৈ থরগী মথক্তা পুন্সিগী ফিভম অমা তানবা য়েংবা তাখি—য়েংখি। মতেক অমদি ফিভম কাবক অমা তানা পানবসু অদুম মপাঙখি। লৈবাক্তা মীশক অমা ওইরুব্রবসু লৈকাইদদি কাবক নোংখিবা অদুম মওইরখি। মসিদকাও ইপাগী মকাদদি তমখিবরা বিখাতানা মবুক্তা পেন্নদবগুম তৌবরা হায়দে, ইপাগী নোংমদা পুম্নং মুৎলবা, মমুম মকৈ লোইনা মুত্তনা মীগী শেগা তাংনবা, মপুন্সিচুম্না চীংদা মান্দা' তানবা মরম অমা থুনা শীন্নকপগুম তৌখি—শীন্নকখি।

ওইনাম তোম্বী ইপাগী হৌমিন্নবা মমান্নবনি ; মরৈকাই, মুয়োম্নবা মচানি। অঙাং ওইরিভৈদা শাম্নমিন্নরকপা, চাউরবদসু অদুম মরোম্নন-রকপা মরুপ্নি। মহাক্তা মেম্নুয়েল বাজারগী বৃন্দাবনদাস হায়বরা, ব্রজ-কিশোর দাস হায়বরা, অরেম্বা হায়বা গুমত্রে—কাউরগ তৌরে, বাঙালী দোকান্দার অমগী গোলাঘাট্টা চেঙ থাবগী ঠিকা লোই। মচাক মরল কাবক পান্নবা, মচীঙাক কাবক চাবা মীশক অমগী জামিন চঙি। মবুক কবা মিনুংশি থঙবগী হোনবা "লৈকাই মচা হৌমিন্নরকপা অমনা মবুক থিজং থজরবদি" হায়দে হায়রবরা ঐগী ইপানা জামিন য়াবিরুই। নীপা অসি মরাম্নবক থীবদগীনি হায়দে ওক্তবদগীনি হায়দে, ঠিকাসিদা মুৎলি। কেরার ওইখি, কুইনা মমুম হন্নকখিদে। গোলাঘাটকী ঠিকাসি অদুম রাক্তা থোকলি, নীপাসিগীদ নত্তে। ঠিকাদার মশানা ওক্তনা মুত্তারবা মুৎপা অমা, নত্রে নোং মুংশিং লেন তাহনা মথ লোক তুম্না শিবা অমা নাক্লাক্তে হডি য়ানবা কাঙবু থেংনকুম্না হনা লৌবিখিবা অমা—অসি-ঙবা থুদোং থীবসি মরাম্নবক লৈতবশিংদা য়াম্না তোম্ননা থোকলি। তোম্বীগীসু অসিগুমবা থোক্লবদি য়াই অদুবু, অঙাঙমদি জামিন্দারনা তাবা শোম্নদবনি। মহাজনগা বাঙালী ওইশিনে, বাঙালীদনা শাসনগী চুপ্নি পাম্নবা মুগপা ওইশিনে, মৈতৈনগা আইন কানুন পঙথঙ থঙনা হিংনবা পঙপান্দ পানবা মতমগা ওইশিনে—পুম্নমক অসিনা চুম সাথিহনা এজেন্সি কোর্টনা মুমদা দম ক্রোক চখি। লৈজবা সম্পত্তি, স্থাবর জঙ্গম, পুম্নমক

লোইনা মংখি। ইমুংদা মশা মশা কোন্নবা অমুক মুংথিলগী কিরোম নত্তনা কপিক্লচেং অমত্তং, অমুংবা মচেং অমত্তং তাহোবা লৈখিদে। লোংমদা, পুক্নোমগী মমুংদা—তেন্নবা পুক্নোম অমত্তংগী মমুংদা বানা তানখত্তক্লবা পুম্নমক পুম্নং মুংখি—লৈখা পুমত্তা তাখি ঐগী মরাম্নবক থীবা ইপা, ইমা লোইনা ইমুং। হায়নৈ চংনৈ "দোবঙণ অনীবা ঙমা মী মী ওইনৈ, দোবনা মী মী ওইঙমদে—মাঙনৈ"। মসি লাইবক্কী মতুং ইনবনি। লাইবক করুবদা মী দোবনা মী অচুম মওই, লাইবক থীরুবগনা মী ঙমা অচুম মমংখি—মী ওইবা ঙমদে। মসি সমাজ অমগী পুনশি খোঙভমদা তত্তনা উবা, তত্তনা খোকপা ওাকি। "লাই অকবনা শরুক থাঙবা, লাই কত্তবনা মবুক থনবা" হায়না, অচুনা, পাউরোনব্বিবসিনি। ঐগী ইপাদি বিধাতানা ওয়ওইনবা ময়াম্নবক থীবা হায়বতু ওইবনিনা মবুক কবা, মিনুংশি থঙবা কোবা নীংথিবা ঙপশিংনা ওইখি মতোন্দা অমুক হন্না হোৎপা মাদনা লৈখা তানঙাই।

লৈত্রে হৌজিক্তি মন্নম মকৈ, লৈত্রে মশাগী মশাইগোন্দা খোঙথাভম, মথুঙমদা থুদাভম। উচেক্তি নত্তবনিনা হেক পাইবদি মাদ বানা মমায় থুনা, অতাংবা মতম, থাম্মি তোন্না নুমিৎ শীংবুম থয়দং। ফুকতি মখোঙ তুথীনা, তম্নবনিনা শাইদাংউ, মমাগা পোক্কিনবা মাম্নগী খোঙজীল তম নোংমা—অবাবা নোং। কায়রে মন্নম, পুনশিগীনি, চক্তিনহোই অমুক—কক্নবনি বিধাতানা লখী পুম্নমক। থাইরে শমজি ইনাপা ঐপা—তারে মচেং ইমুং। লোইখিদে, অচুন্ন, অবাবা। মন্নী চংখি শাংনা—চংখি।

মুক্নোংবা পচুই কুইত্রিতৈগী বানি। মচেত্তা থা তরুক হায়নকপা মতমদনি। লৈবাকী অচোবা অবাবা অমা খোকই—খোঙহাবনি। মী তোন্না তুনা শি। তুরেল কাঙপ থাভম মৈথুনা মমখিবনা সত্তা মী চংপা উদনা শিবা অনাবনি। অনাবসিনা ময়াম্নবক থীন্নবা ইপাদা অবাবা পহেং পীখি। নুংশিন্নবী মমা, চহী মরিদ চঙলিবা, মমিত্তা অহানবা উবা, নুংশিন্নবা মতমগী মচা—নীপানি, কান্নৈ অনীমক। ওইখি সংসার ইশাগী কাদা চাক্নবা মৈকম।

থাঙবা ঙরুক্ত্রবনা থঙদে চৈনা থেংথাং থেংথাং অম্নম চাশিন্নকপা।

থাদিং—থাদোকখি হুম "কৰি তৌরগনে"। মপাংগা পোক্লিরবা মতোন পণ্ডিত কমলাকান্তগী মচা সাহুনা এমুংলেন্দা মখিং চন, চৎখি আসামগী-আবর লান্দা। অবা-অনং, নৈভ-লাইরা—মবুক থিবা চৎপা লংকৈ কয়া কয়াগী চঙনভম অমা সেম্লগে থক্ত্রবা থগদে দৱিন্দ্রনারায়ণা, শিবা মাবা, শিঙম থোকপা থোঙভম কয়া কয়াদগী কন্নুনা পুরক চীং, ভম অনীগী লমদাই কাংলোকপিদা ময়ামগী মফম চান থিনখি ইপাবু মপুনশিচুম্না।

লাল লোইরে। আসাম গবর্ণমেন্টনা লাল চৎলুবা সিভিলিয়ানশিংগী মাগী মাগী মতিক চাবা, মশা মশানসু পামজবা য়েং-য়েংহুনা থবক পীবা হৌরকই। ঐগা ইপাগীদি "নঙী অপাবা থবক রাজ সরকারদা ইবিগে" হায়রকই। হৌমিন কাম্নিরকপা মমাম্নবা, য়াইকবা অপাল অশিল, অঙম অথৌ মচা মশুশিংগী মমাঙদা পিদোম্না চঙলুগদবা ইকাইবগা, পাখোঙ থিরক্কুনা অকায়বা অমসু লাকদবা কিক্লবগা গবর্ণমেন্টকী থবক নিজখি। এম্বুলেন্সদা চৎলুবগা মশানসু মরৈনাক মরমদমসিদা লেঙদনা থম্বিনবা হায়জবগা, গবর্ণমেন্টনা মখোয়গী কাংলোকপি পি, ডব্লিউ, ডি, ডিস্পেন্স-রীদা লেঙদবা ফার্মাসিষ্ট অমা ওইনা থম্বিখি। নোংময়া থীখিবনা পীরুবা, শীংথানদ্রবা থবক অমা তৌহুনা মপুনশি লেনবা তায়বসু অবা-অনং, নৈভ-লাইরা, অচং-অথোক—মবুক থিবশিংগী মফমদদি মিনুংশিনা মুক্তি পান্নুনা মখোয়গী চোংথোকপিবগুম থোকখি। লাইগী দৃতকুম নীংনখি।

মতম অসি খোঙ, খোঙপাড়ী, যণগাড়ীগী যুগনি। বস, ট্রকচিংবা চেন্নক-পদি ঐখোয়না য়াম্না চাউরবা হাইক্লস তম্লরুব মতমদনি। খোঙভম থুদিং পয়াউ নৈনা চংলি। সরকারগী ডাক্নু পয়াউ নৈনা চেন্নি। নৈভ-লাইরা, অচং-অথোক, মবুক-থিবা লংকৈ অয়াম্বনা ঐগী ইপাগী চেঙ মরু অমত্তং চাদবা, মহাকী কন্নিগন্বী মতেং অমত্তং লৌদবা য়াওদে হায়বদা, মতমনা অতৈ চঙনভম মৈতৈমচা অমত্ত নৈভবনা, হায়মনবা ইথোক থোক্তুবনি। আসাম পি, ডব্লিউ, ডি গী মোহরর কেরানী ঠিকাদার পুম্নমকীসু পোথাকম, নৈভম্মি। অচৌবা পুম্নমকীসু বাইথেংভম বাইথুংভম্মি। শম্মা, অনেম-অবাং পুম্নমকী চঙনভম্মি। মহাকী মুংশিচাউবা মবুকচেন, মুংশিবা লৌচং শাজৎ মুংশিবা মবাহৈ থোনভম অপুম্বসিনা থগোয় থুদিং লম্ন তৌখি।

মীপুম খুদিংনা নুংশি, মরা মপাউনা নবী তেৌরে। চৌংমীশিংসু অদুমতৌর। ডাক্তর মশামক ডিস্পেনসরীদা লৈরে লৈনা মহাক্তবু থি। মখোয়দদি ঐগী ইপাদি ধ্বনন্তরীনি—ধ্বনন্তারীমক্তি। অনা অয়েক পুম্নমক মহাক্তা লোক্লগদ, মহাক্তা পীবা হিদাক চারগদ ফগদোবোই নীংবে। থাজবনা লাৱে হায়বসি চুমদবগা নত্তে, মখোয় অরাবা অহুম মৈফে—ফবে। মখোয়না মহাক্তী প্রেমনা মহাকপু মপাদ মপা, মচাদ মচা ওইনা থল্লী। অঙকশনি প্রেমগী গুণ, প্রেমগী সেবাগী মগুণ।

মীপুম খুদিংদা নুংশিনা চৎপা, অঙবা মতে' হরাউ হরাউ নুংশিনা পীবা. অঙবা সেবা মথরাম্নমক য়াওনা তৌবদগী ঐগী ইপাসি মনামথক্ত ওইথি। মহাক্তী জীবন হায়বা মিংফমসি শয়ক্রবা মীপুম খুদিংদা জীবন্দ জীবন ওইথি। অহুম অহুম ওইনমক, থাদা মায়ছিং কাবগুম মযায় মায়-থোংদা অরাবগুবা অমগী মমি অমদি ইতাদ অহুম মতাই। কনা লোক্লগা ভোয়া হিংবগী চৈনাখোল অমা নহা ওইবা মথম্মোইদা পানখিবহু অহুম ইচেন্দ চেম্নবগুম উই। ইপাগী অরাবা পুনশি খোঙডম্না, "সংসারসি অরাবগী মশক্মক্তি" হায়বা ঋষিগী মপাউ অসি তশেংনমক তাকপরা থল্লদবা গুমদে। অরাবা ইশৈ পাম্মি—ঙংই, ভজনগী ইশৈ পাম্মি—শকই। য়াগিণীদা পূরবী মখোয় তাই—শকই. যন্ত্রদা পান্নুনা খোংই। ইসপেস্কন বাঙ্গলাগী লৈকোন-দনি হায়, চৌংগী অচিকপা মফমদনি হায়, নুমিংদা চৌংগী নয়োল হেক হুমকপদা, সেতার পূহনা থোকই, তুমিন ঙহাক ফম্মি, য়েংই মিথন্মনা য়াচঙবগী জগৎ। অহুদগী তার কাপ্নুনা য়েংই, সেম্নী, শাল্লি পূরবী, খোংত্তি পিরোয়ননা গৎ অমা। নীংসিংলি নোংমগী ইশৈদি—শকথি বাঙ্গলাগী য়াচঙ ইশৈ নুংশিরবা অমা—

দিবা অবসান হল
কি কর বসিয়ে মন!
আয়ুসূর্য্য অস্ত যায়,
দেখিয়ে দেখনা তায়!
ভুলিয়ে মোহ মায়ায়
হারায়েছ তত্ত্বজ্ঞান!

দেবর্ষিনা বীণা থল্লগা সেতার পাল্লগুনা মনশিক্কা পান্দ, সংসারগী অরেবা মায়ামোহংগী মশক তাক্লিবোই নীংই—অসুকী মতিক পুংশিনা থোকই।

কাংপোকপি ডিস্পেন্সরীনা মতম অহনদি আসাম গবর্ণমেন্টকীনিনা ডাক্তর মপাম্নগী তাক্ত লাকই। অয়াম্বা বাঙ্গালী তাক্তি। অসমীয়াদি অমথক্তবু নীংশিংতি। অমা থক্তদে অমা থক্তদে. অয়াকপা খুদিংমক্কা ইংরাজী থক্তদে বাঙ্গালা থক্তদে লৈনা ফজন ইন্টোনেসন কাও চুরা তাক্তবা, আদত কায়দা ফজনা চংপা, সঙ্গীত কলাগী জ্ঞান কাবক লীংখিনা লৈবা, শকো-রকপা মতমদসু লোক লৈবনা ইশৈনা মথলায় হেক্ত পানবত্তব তৌবা—গুণশিং পুম্নমক্কি ঐগী ইপাদা লৈবমা, মখোয়গী মথাদা লৈবা পীক্লবা মীশক অমা ওইরবসু মহাকপু লুনা তৌই, তুম্মি তোমা কাও শীজিন্নদে। পুনশিংগী লীথোং থক্তলক্লবা মতমদনা অমুক্তা হেন্না মুংশিনা তৌশিনবা হাক্তি। ঐনা হাইস্কুলদা লৈরিঙৈদা সোমকেস হায়বা ডাক্তর অমা লাকখি। নহানি, মশক মতো হায়জিন্নাই লৈতনা কৈজ; কনা য়ায়া পাম্বা মীওইনি। কাংপোকপিদা ফয়বসু বাবুপাড়াগী রঙ্গমঞ্চদা হেক হেক কৃষ্ণ। নহা ওইবগা মশকপা ইংনা থেত্তনা নৌনা ফজবা শকফম ওইবগা মূলগী ভূমিকাদা কৃষ্ণগনি। মাগী শক্লক্তি পান্দবা লৈতে—অংক হৈ, নীংখি। মহাক্না থায় পুন্নমজ্জগী ইহেন হেন্না লুনা তৌই। সাখি নোংমা মহাক্না হায়রী:

"কাংপোকপি অচিকপা চীংগী লম্বি পি. ডব্লিউ. ডিগী ওভরশিয়ার অকপা মোহরর অমনীগা লেনর থরদংগা তরক তরক লৈবা মকখি; মিসন অমা লৈবসু অমা চীংদোক্লনি; লৈবদা য়ায়া হাবা এমিনিটিকপা অমত্ত ফংদনা মফম্মি" তাবদগী. ঐহাক ইশানগা মহামগী মচা ওইবগা, কিরুরবনি য়ায়া "কম্মি থোক্লগবা"। অদুবু, ঈশ্বর লৈতবা নত্তে, নংবু পোকপা জীবন না। কংনরম্মে। মহাক্তি থবিগা অম্মানি। মহাক্তী মতাম্না ঐ মর্গগী নুংঙাইবহুম চাম্মে। মহাক্তী মিনুংশি, মহাক্তী মরাহৈ মথোনতম মহাক্তা মীপীদবক্ত অচৌবা-মচা, ঈহী-ঈতোপ থায়দনা বাম্বিবা—পুম্মক উবদা কক্লকপা পোক্তথা হমদে থম্মোইদা। থোক্লনা মুংশিক্লিবা করিনো। য়াচৎবগী পুরবী তাবদা আম্বা অদে লোংমগী লক্তমুবা পাপ হেক হেক

শোংনোকখিনা তঙ্ক তঙ্কন্নগুম হেক হেক তৌই। নরাম্নবক ফৈ হায়দবা ওমদে নংনা জীবনবাবুবু অপোকপা ওইনা ফংজরুবা। মাগী মপাউদগী ফনসু মুন্না থম্মি ইপাগী মশক। কাউবা ঙমদে পুনশিদা মথম্মোই লৃরবা চাওরবদু থক।

ঙাস্টগী কুমজ্ঞা ১৯১৬ কৌবা চহী অসি মরাম্নবক থীরবা ইপাগী পুন-শিগী থিঙ্ক পোশাঙম অমা ওইনা থোকখি। নিংথমগী ইপাল শিরবা ঈচেম্না শক্তিরবুগী কুমদম নোং থিক্ত চাউ ইপাল খিত্তং কা ঈখোল খিত্তং নাই ঈচেল্লবগুম ইপাগী পুনশি ঈচেন্দসু থোকখি অতুগুম্বমা। চহীসিগী লোইরমদাইদনি. চহী কুনগা মভা কায়নরুরবা, অমুক হন্না উন্নরখিনি থল্ল-দ্রবা, ইরেশ চনম্নবা নৈনুম মতম মপাউখোল অমত্ত তাশিদ্রবা নুংশিজরবা মপানা. শিকরবনদগী হল্লকপা মতম, ইথঙ থহেীদনা কালাপানীদগী হল্লকখিবা। মতম কুইনা মথম্নোইগী কাজুম্মদা, গঙ্গানা ব্রহ্মাগী কমণ্ডলুদা ওপচিন্দুনা লৈবগুম লৈরুরবা মপাগী শেংলবা প্রেম. নিংথম উন্না লোকচপ্তা হিমালয়গী নাপোমদা কাম্লেল লাকউ ঈরী তম ঈচেল্লকুম অসুম অসুম লিরি লিরি ঈচেল্লকখি লিরি লিরি অসুম অসুম ঈরী তম। খিত্তং হত্নরুবরা থডদে চৈনা, মমাম্ন মায়থোং মকা লাম্নপ উবগুম তৌখি খিত্তং। ম্নাইক্কলদা ইংখোল অমা তন্না লৈ, য়ুম মচা অমা তন্না সা কৎখি মপা ওইবদা থাজদনা হল্লক্রবা, নীংসিংলুবরা থডনে ঋষিশিংগী মপাউ—

ইপাদি ধর্মগী মশক্তি,
ইপাদি স্বর্গগী মশক্তি,
অথোইবা তপঃসু ইপানি।
পেম্লো পেনবিচরা ইপানা
পেনবি লাইমাম পৃম্বা লোইন্না।

কোকহৌরগে মতানি পিতৃঋণ। লাপ্লে লাপ্না লাকখি থবক মক্কমদগী তোম্নবা তোম্ননা শগোলনা হেক হেক। চাব-থকপা পৃম্নমক্কী মরম কুপ্না কুপ্না য়েংশিনখি, শীনখি রাত্তনবা শেল থুম। কুইনা লৈরম্নোইদবনি থডনা শীনখি সেবাগী মরম পৃম্নমক শোয়দনবা লোইনা। মচা ওইবা অমনা মপা

মগী মমাড়নি। উচেক্কি নত্তবনিনা খোঙ্ থংফুক তেক ফুকপা য়াদবগা ঐগী মতম য়েংনবগা তবানি মড়ানিদং রানা পন্থনবনি। ঐগী য়ুম শেংবা নুমিৎতুদি নুমিৎথা চায়বা য়েংনদ্রে। শা লান, মৈতৌ লাংপোক, ঈচাউ ঈবাক্নো কনবা নুমিৎথা থি, থিরুনি করম! ঈমাপোকপা ইথৌনা মায়-বোং কয়া য়াই। ইনুং মশেল য়ানদে, ইকাইনৈ হংগোইনৈ। ইবেনবোক্কা পোমিয়নবা ইপুশিং অমগী শাই তাংবদা লৈপ্লে, মহূদা চৎপদা লৈপ্লে। ইপোনা ইমগা ঐনোয় ইচিল ইনাও অনীগদি "মীগী ময়ুমদা করম তাংবুগনাগে" থিংগে। ইন্নাখ্বদি অড়াং ওইবগী তৌনবা ইবেনবোক্কা কুইনা কোম্নরবনিনা মশানা মবেল থানৌ চায়বা য়াদ্রে—ময়ামগা অতৈম লৈথিবা ডাক্তর, ইঞ্জিনিয়র, নত্তে, চৎথবে। ইমাগা ঐগদি শমজি থাইহৌরে—লাক্লে হংলোম্বা শমজিনা। করম্থা কালবেলাদা থাইনশিবনো থঙদে শমজি! ঈশাই তোমদিবা ঈবাই অনীনা পহনা ভিন্নবদবগুম অমুক হল ঐথোয়গী ইমুংগী-দমু থোক্লবে অদুম। অমুক ভিন্নবা কৌবা লৈথিদরে—কায়নরে অদুম পুনাশগী।

ক্রোংভা অও অউল, মরাক মকোল, মফি মরোল, মপোৎ মচৈ, মবল মহূন—অমতু থ ভুন লোইনা তক্রুনা য়াওথিবনা ইমানা ইথৌগীদা ঐইহ্ন পুনা লাকপসি নউন্দগা লাকপনি। ইপাগীদি মমায় থুবগী অরোইবনি। মশাসু মীনা থীনা পাউথোক্লবমা ওইরবনি। কনানা অপঙবা শীংদা, কনানা ওওবা শীংদা, কনাম্বনা মীরক ভিন্দবা শীংদা চনবি য়োনবদা থংবি-রবা মতাক্লি। মশা তারবা থাক্কী মীচঙ লৈবরা! অহূনা পাক্লবা জগৎসিদা মমায় থম্মুম মচেৎ অমা ফংদ্রবা মীশক্মা ওইরবনি তোল্লবা। মপাল কৌবা থোক্লে, মনসু মম্লি অহূদা অমুক্লু লোয়নরিবা জীবশিংগা করম তিংবা। কক্লে ইকাইবা নুঙাইতবা অনীতু ইথৌগী থোড়জীল মশানা অদুম। থোক্লক্লে থুরেমখৈ লৈবাক্কী অনাবা অচৌবমা, কায়নরে নুংশিজবা মচা, নুংশিজবী মমা অনাবহূদা—ডাওরে, তৌভম থঙদরে; চৎলে মরৈবাক রাংমদা মরায়বক থিবা, থেংনরে লাইকু অমদগী থবক মরম অমা—চঙলে আবর লানগী এম্বুলেন্সদা। চৎলে লাল, ফংলে চক্রুমল লেঙদবা থবক মচামা কাংপোকপি পি, ডব্লিউ, ডি, ডিস্পেন্সরীদা। মচীল মনাওশিং

য়েংঙি, মশাদি মী ওইদ্রি। উৎলবা ঙমদে, ঙমদ্রি মমায় ইধৌগী থোঙজীন্দা কাংপোকপিদা লৈরে, থবক মচামা তৌজরে, মচল মনাও য়েংবা লাকই মরক মরক্তা, তানরে লোইনা অসোমদদি— হায়রৌনরে "আঃ নোংমত্ত হন্না য়েংলদেদা, ওন্থোকপনিদ"। চাল থোক্লদ্রবসু তৎলে.তৎনরে নুংদদি।

ইপুবোক লাক্লে, ইংখোল অমা লেপ্লে য়ুম সারে। ইতোল অনৌদনি— অতোপ্পনা লৈকিন্থবি তাথরে য়াইমন। হান্নগী য়ুম্ফমদা মচেৎ অমা লেপ-শিল য়ুংলি। মচা লৈকিন্থবি তাবদি মী কাবক মওইজবে, ইম্ফাদদা য়ুংলিবহৃমদি মী ওইবা রারপ চৎলি। অহৃবু, মচা অহলগী ফিডম অমঙ তানবা হান্না অহৃক য়েংখিগে থল্লুবরা থঙদে কৌশিন্দ্রি ইপুবোক্তা। য়ুংসি য়ুমদোম্পোক্তুদা থাশীং থাবৃম ফনা য়াম্না মদোম।

লাক্লে নোংমা ইপুবোক, হংগৎলরে ইধৌদা ইমাগা ঐগগী চায়অবনা মাঙ ওই। লৌনরে মশেল মবাই থোকদিবা কম্না, পেনখিদবা কম্না লোইনা মথং মথং। জ্ঞান লৈনবা মশেন্নি, তেশিন্নব শীন্নরে। ঐগী য়েং পেন্নদবা পুম্না ওয়দা থম য়ারে ইমাসু ঐত্তাসু। চংনা থোক্তা ইপু-বোক্তী য়েংশিনবা য়াবা পুম্নমক য়েংশিল্লে ইমানা। ইপুবোক্তী মবুঙং ফনা লৈতাজনা উরে। অৎবু মীনা নাংবনা অমনি লাইনা, তম্বনা অমনি, লাকখি তন্না অকায়বা অনা মপোক্লিমগী অমুক শমজিনবা য়াদ্রবা।

লাকদি নোংমা কাংপোকপিদগী পত্র অমা ইধৌদা। য়াম্না নোঙ্লুক্তা ই। মরোল অহৃ নীংথিনা নীংসিংলি। রাইদি মতম্না কুইত্রবনিনা না পুদা খর শোয়নবদি য়াই, মশানসু শোয়নভম অহৃম মথোকপনি। পত্র মশাঙদি তৌজিক্লু মিত্তা তাবগুম তৌরি খঙদে ইশাগী পুনশিগা মরী কন্না লৈনরুবনরা। কাউদে, থক কাউদে, কাউবা য়াদে, ময়েক ফাঙবা ফনা নীংথিনা নীংসিংবগুম তৌই।

তাবগুম তৌই ময়েক অসুম ঃ

পরম পূজনীয়

শ্রীযুক্ত ইকু ইবুঙোগী চরন্দা ননাই তোল্লবনা কোটিরক হন্না খুরমজখিবনি শ্রীযুক্তা সনাখ্যাগী চরন্দসু ননাই তোল্লবনা কোটিরক হন্না খুরমজে।

ননাই তোল্লবা ঐবু চানদিরকপা, হৌজিকফাওব লঙবদ থংলনা

ননাইদু চানবিবগী লম্মন হন্দক্কী মপোক অসিমদদি শিংজবা ওয়্ন-রেইদবনি। অঙু, ননাই তোল্লবনা লৈশিনবদ থংগদৌরে। লাইবক থীমনশিনবদগী হাওহনা সঙ্কল্প অমা তৌথোক্লুরে। "ংপোপ্পিমগীদি ইম্ফালদা তাররোই, চীংনু মানু অসিদা পুনশি অসি অসুম মরোইরগে" লেপগরে। ননাই ঐখ নকুবদা নচা ইবেম্মা ওইররোই, তোল্লবা ঐগী ঠ থ পিথক অমত্তং লৈজরি-বংসু মী ওইতৌবা য়ারবনি। চানবিবগী চানবিবা, শ্রীযুক্ত ইকু ইবুঙোগা শ্রীযুক্তা সনাথ্যাগা অনমক ইবেম্মা মমা মচা অনীবু কোনবিবকপগী কোনবিরকপা অঙম কোনবিনবা দণ্ডবৎ প্রণামগা কোম্বনা শংকোটি প্রার্থনা তৌই। ইতি

শ্রীচরণগী ননাই
শ্রীঅশাংবম জীবন সিংহ।

কক্রগনি করম নোংদম মাগী নোংদমখোল! লাম্লি তাইবংপাল, পোনি তাইবং মী, শান্নবনি উদবা থুংফম অমনা পুনীংবা পোরম পু, শান্নীংবা মওং শীল। লৈ পোগা করি মনীং! তংখি, তংলে মরী লোইনা। ঠ ওইরুবগী মশিং অমত্তংদনা য়ান্নবদ মডায়বে য়ান্নবদবা য়াদবনিনা। অমম্বনি মীওইবগী পুনশি থোঙচং, থঙনি—থংলুগনি কনানা করম!

ইপুবোক্কী নীংবা থেংনা কায়খি, তাখি মমিত্তা মপি। মশাগী নত্তবরা খত্তদে কৌশিনখিদে ইতোন্মত্ত, য়ুংখি অঙম মনোম। ইপুবোক্কী মপা ওইবগী প্রেম, ইপাগী মচা অমা ওইবগী ধর্ম অনীনা শরদং নোপথখিবরা ইপাগী খথমেই. ইপুবোক্কা মশা লৈবোইদৌবা চহীদা. থা তরুক তরেং লৈরিউ অঙ-বাইদনি, "ঐ অমা লৈত্রবা মতুংদা চাংদা থমগে থম্মু" পুরকপা য়াখি। মশক মতৌসু ফজে মশাসু কাণ্ঠাগী লৈমা শিজনি, য়ুম পানগদৌবসু ওইনা তৌবা মীওইনি। অঙবু, মশানা ইম্ফাল তাররোই লেপখিবা অঙমকুরা নত্রে বিধা-তানা "নংদি নপুনশি থোঙভম চীংদা মান্দা লোইগদবনি" তমখিবমক্রা, থোঙভম অসিমদসু লাকখি অকায়বমা। লাক্লিবী ইমাঙ পেন্দিম্নবী ওইরম্লে. শাগৈদা লাংনরনি কিনখি। কিনবহনা নুঙাইত নুঙাইত থাইদোকুবা তাখি—

থাইদোক্লখি। নীঁঙমদবগী মথক্তা নীংবকায়বা, নীংবকায়বগী মথক্তা নীংবকায়বা, মহুগী চৈনা, হেনগৎলকপা মথং মথং অসুম অসুম, মঙ্না থরবু থুজিনখিবরা থঙদে ইপুবোক্কা পুনশি খোঙভম! কুইবনদরে, লৈখিদবে অসুম তাখি ইপাগীনা, মশানা নোংদম থীনা পোক্ররব্রা মপোক, হান্নগী খোঙ-ভমদা অতুম।

ইপুবোক্কনা লাং ওইনা ফাবম্ব ইপানি। লৈরবনিনা তৌজিক্কি কোম্লে মশা পূমকোম। ভৎলে পূমভং—ইম্ফাল কোঙ্গাই। শিন্নবে য়ুম মনাও য়াইমদা, পাক্তরে মশানা হানগী মতম কাংপোকপিদা মদোম। ইপাগী মফমদা ভমথিবদ থং লাক্রবা বিধাতা, মবুক খিত্ত ওরুবরা, "রামল্লে, মতেক খিত্তং পোথ্রাজবসনু" থল্লক্রবরা থঙদে, পানখি, ইপুবোক লৈখিদবা ফনা কুইববা মতুংদা, পুনশিগী খোঙলোয় অমা। ইমা অসিমসু লৈমশিক্ত মচা অমনি—শাইশিং অমগী ধারানি। ফাজখি ইচলশি ইনাওশিং মতুম মতুম। পোথ্রাজখি মখোয়বু যেং পুনশিগী হেক্লনা মতেক অমক্ত। মখোয় ইচল অনী, ইনাও অনীগা মবক্তা ইচল অমদি, ইপানা কৌক্ত বাধে "রাধানি ইচাদি," "তায়েং ইপানা নাংবকায়বনা, মমায় হুবনা মপুনশিগী থ ঙনভন কাংপোকপি অসিগী মথাদা পুনশিসিংগী পোথা ভূমথুন ভ লবদা মদোম চিপক ভাতৌরবনি" কিরুবগুম, থঙদে লাইনবু ভাকপরা, ঙন্না লৈশাৎ তম্নকপদ ঙায়রিডে, ইপানা নোংমা য়াতিপ তাল্লগদবা ঈরোম্বগী মপান্নক্তা য়াতাখি—থুপখি। অচৎ অথোক্তা ইশাগী পুনশি খোঙভমদা ইনুংগী ভিংথৌ মথক্তা শিংগারেনা তদেক তনৌ লিক্লা চা তাবা মতম ঈরোক্তুগী খোঙবান্থক তনৌ তনৌ য়া তাবা উবগুম তোই তেক তেক।

খ্রীষ্টগী কুমজ্বা ১৯৩৭ কী রানি। থানা অক্টোবরনি, দুর্গাপূজা মতম্নি—মনুংমক্তি। ইপাগী "ইশাসি য়াম্না ঙমদে, তোমচা বাবু কৌরু" হায়। কৌরুই, যেংই, ডিস্পেন্সরীদগী অফ অফবা তিদাক লোইনা থাই—কান্নদে, করিমত্ত ওইদে। নোংম নোংমগী অনাবনা অসুম অসুম লাকশিল্লক চিংন-নিঙাইগী থাক য়েংবক্রে। "ইবুঙো, খুডাইবুঙোসি থরা রাগদৌরিবরা" হায় য়াম্না নুংশা থানা তোমচা বাবু। বাবুসি ঐখোয় লাইরিক তম্মিন্ন-রকপনি, ঐঙোন্দগী থর হল্লি। অঙাং ওইরিঙৈগী মিংগৌ তাদদি হায়রগা

মমিং ফান্না কৌবা মিংগোঙ্গ নুংশিনবদগী থাদোকপা ভমদনা তাতোমচা অহুম কৌই ঐনা বাবুসি। "তাতোমচা, ইফাল য়োরসিরা" হংঙি ঐসু নুংশা থীনা। নাবা মরিনি মঙানি সুরকপগী রানি হায়নরিবসি। "ইচাশা লাউ ঙসি একাদশা নপ্রা, নুংশা ওঁনু, ফবনি ইপা" হায়—তারম্নমাল্লে ইচীমাউগী রা। "খুডাইদুভো, ইফালদা লেনবা তৌসির" হংঙি তন্না তাতোমচা। "হু" মতোন ত কে—খঙলে ইফাল থোক্লীংদে। টেম্পারেচর, ঙচাক লৈতে, য়েংই তাতোমচা। থীন ন য়—ঙ য় "কোলাপস্রুম—কিদা ইবুরো"! ভাউনা ভাউনা, ঙশাক্ত তুমিন লৈতে, কদায়দা করি য়েংই, পোখাদে, কে হৌন।

নুমিং য়াচঙনরক্লে। ডিস্পেন্সরী ঙচাও চেন্না য়েংলুবদগী কল্লক্লনা ফমথবন মঙায়রি চাকে মচা, য়েংই টেম্পারেচর। "যাচঙলমাল্লে ভোমচাবাবু, ননাওদে, ইপা য়ান খিত্ত তৌগে" হায়বকই। খোল শেল্লপ তৌই। য়েংনৈ তাতোমচাগা ঐগা। "য় বোই, তৌরো" হায় তাতোমচা মঙক্লা। ক্ষাশাদি ইশান শাঙনা অহুম লৈরকনি। তৌবে য়ান ঈশিং অশেংবা অঙংবা থবা অমুক নিক্লনা চৈনবা খান সোইবে য়ানগী। তিলয়ু প্রপ প্রপ তৌবে ঐনা য়াম। ময়ুং দোকানগী বা থক্লা সেম্বনি, ফি অশেংবা শিল্লে,—নিল্লে। "ইপা না পাউ ঙনফ্রবনিনে, নং খরা তৌ—য়ায়া তপ্না ভঙা মরোক শোনা শেনা, ইপা অসুম প্রবন তৌগে" হায় হিপথ হিপথনা। তৌরে পাউ—গোপাল সংক্রনারি। লোইবে। ঙচাক তুমিন লৈ, চিনবান থরনি লেঙবগুমসু তৌই, লাই শোনবগুম্ব তৌবরা খঙদে। ইচীন্নাওসু অহুম তুমিন য়েংই। নিং পাঙথোকই, হায়বকই "ইপাদা হৈ মরী খিত্ত পাথকউ"। য়েংই ঐ তাতোমচাদা, মাসু ঙকচানৈ, করিমত হায়দে। "অপঙবশা তৌ ঐনা হায়রা" তাই মতোল য়াবপ।

দোকান্দগী অরাং খিওং চংখংলগা চীংথওা লম্বী ময়াদা এক্স হাবিলদার অমা লৈ, গুরখানি, নেপাল বাবু কৌই। ঐখোয় খায়গী মরুপ্নি। মাগীদা চম্পু। য়াম্না পাল্লি। ঐ ইশামক চত্নূনা মরি মঙা হেক্লুরে। লাকপগা তনগুম শুমহ্ননা ঈশিং লুম্ব লুম্ব শাবদা সেমহ্ননা ইল্লে। খিৎ খিত্তং থৈরোইদা অহুমক চুপ্পি। "ওক্লে, ইপা পেল্লে, নংবু সেবা ফংহৌ তৌবনি;

য়াইফনা পাম্ভে, নঙোন্দা "পঞ্চপদী পঞ্চনাম" পীরম্বা ওনম্রে—থিগৌ ; ফি চিংখৎলকউ অশেংবা, অঙৌবা, ইক্ষালদা পুন্নু ; কদায় য়াহিপ সেম্ব-গে ইপা" । খঙ্খি লাক্রে অরে ইবা মতম, ফাঙমখিদে থম্মোই, শিম্মখি পি অহিক তম। শোকখি, খঙ্গৌবে, কোক্লা, শেংখি মিংকৌ পিনা ইপাগী চরণ। খঙহৌদে থোকখিবা ইতেম্চা। বোকম্লে ব্রাহ্মণ, লাকখি ওন্না ব্রাহ্মণমগা।

শংলাকপম য়াইমা নীংথিবা ব্রাহ্মণ মচানি, থাংমৈবন্দগীনি। নাম শোম্বা মানি। নোংমা ফাবে ক কর্ণ অমন নাম পোনবা অমক ময়াও-রুবা, খুদৈ অমা লাংলা অমা ফংলকপা—অংনদি ঈশ্বর সেবা পুবা ওমদবনিনা কাংপোকপিদা মতম খবদং লাকপনি। তেংটেল মচা অমা তৌহনা লৈজবনি। লৈরবসু পঙ্কুই কুইদ্রি। ঐজ্ঞাসিনা কাংপোকপিদা লেঙলকপসি বিধাতানা ইপাগী মহাযাত্রাগী মঙ্গলগী থৌরম কায়বা য়াদে মতা থারকপগুম থোকখি। তাতোমচাগা ঐজ্ঞা মশামক্তা অনীনা কোয়শীন শীন্নৈনা তেল্লবা মিকুপ খবাগী মনুংদা মঙ্গলগী থৌরম ফনা নীংথিনা থোকখি।

ঐজ্ঞানা পাঠ তৌরি ইমুংদা, তাতোমচানা লাঙলি মপান্দা মী অম-নীগা শঙ্গী। ঐনা শেল্লি ফম নত্তে মন্নি—মংগি অরাবা মঙ, মঙদা মঙলোন। পাঠনসু লোইরকপা শঙনসু লোইবকপা তাঞ্জা অক্লমক্তনি চিংখিংশক ঐগী মিং, লাউখি "করিনো" শ্বাই। য়েংই ইপাগী মায়থোং, খঙলে তাকপনি ইপাগী যাত্রা—মহাযাত্রা। লোইবে পূম্লোই ইপাগীনা, কায়খি থম্মোই শেং ঐগীনা। সিনি মী, সিনি পুনশি।

মপুনশিদা চঠী কয়া তংপা লৈতনা অচং অথোক লৈত-লাইরা, অরা-অনং, সেবা তৌজরক্লগ দরিদ্রনারায়ণগা পেনবিরুবনরা নত্রে চৈং তম অনাতবু নত্তনা জাতি বিজাতি থায়দনা থেংনরুবা মীপুম খুদিংমকপু ইপাদ ইপা, ইচাদ ইচা ওইনা নুংশিনা চঙ্করক্লল লোকজনার্দ্দনা চানবিরুবনরা নহিলক্রে মগুণ লৈবা কনাগুরুগী "পঞ্চপদী পঞ্চনাম" ফংজরুবনরা, খঙদে. পুনশিগী মহাপ্রশ্নগী মৈচাক পঙলাং লাংবা লৈরুদ, মশাগী মহাযাত্রাগী

পুংভম ক্ষেণভম খঙনা তানখি ইংনা মহাপ্রয়াণ বানা খাঙনক্লবা, নোংদম থীরবা পূনখি।

উনিংথো চৌংশাংগী চৈক্লোন্দা, ইয়োক অশিথক অমগী ইপান্দা, খাদশীগী ইনুংগী তেল্লবা পুক্নোয়মগী মনুংদা তুমখি বানা পুরক্লবা মহকচাং। পূনশিগী খোঙহৌদা মথম্মোইদা কাওখিবা খাখিবা নোংদমগী তমখিনা চৈনা মপূনশিচুক্লা বানা পুখিবা পোম্না পোম্না কপ, মাচঙনকৈ পুঙমদ তুমিন থবক্লা হাও, সেতারদা মাচঙ তেংথা পুরবী পান হেক হেক তেংথা-খিবা পিয়োয়নবা তেংথা অহিকথোন তাহৌবরা খঙদে ইয়োক মানা অশিথক, খোকখিবরা মথম্মোই, চেনখি—চেন্নি হৌজিমক্ অহুম হীক্লা হীক্লা ইখোয়োম, তম্নিবোইদো অগত্তা" সিনি থঙ্ পূনশিগী থককম অমা।

তরুন্নুবা মতাং

# যজ্ঞ

মেয়া থানি। পাল্লে তয়াগা নীথোইনি। ইনুং ঙানবদ মঙায়রিবা মতমগী ভাঙানি, নিংথমগা চঙলে, চীংনুং মায়ুংগা ওইরে, থায় লৈচিল ফনা কুংনা। ভাই লীক্লা, লুপ্পি য়োম্পি লিক্লানা উপাল বাপাল লোইনবা; চোংলি লৈমায় থুংনবা; য়োম্পি নাপী শীংবী ভিংলোই ভিংথো খিবিক্লক লীক্লানা মতুম মতুম। উই চীংগী লময়ুংশি কপ্পগুম হাকপু নুংশিজখিবা মচাগী।

ভোরে মৃতগী অরোইবা স্নান। পীরে পিণ্ডদান। পুরে যজ্ঞম ফমদা। ইল্লি, চংলি ঐ মঙদনি মঙলি মঙ অবাবা কয়া, মঙলোয়া অমুক অবাবা কয়া কয়া।

য়োরে যজ্ঞ মফম। উবগুম 'ভৌখি মিস্ত' অঙাং অমা শিংগারৈ মতম তনৌ তনৌ কেনবদ ঙায়রিনা তিংথোথক্লা। থহলে মশক, ইচম্রি। শিম্থখি নৌহৌ পি, থাক্লম্বরা লৈরম্বরা থঙদে মাগী শক্লক। সোনখি থম্মোক মনোম তুমিন—"ঙাইরিবোই—বোইদো মপলবু থোয়াং"। বাকুরনু ঙসিদি লাক্লে নংগী নুংশিজবা নপন, লোয়রনি নংবু মতমদা" ভাখি মত্তোল।

লাক্লে মতম মুখাগ্নিগী। পায়রে খুত্তা মৈহুম, থোংলে লেংদা ঈশিং, কোয় থাভম য়েংওইননা তরেংলক, চুই মৈ অংকোয় থুন্সিং। থুরয়ে, ফয়ে ঐ, মঙদনি। ভাই মিস্তা, তংশা লৈত্তে, পি। থঙদে কপ্পাগীনো। ইচলগীয়া, ইপাগীয়া, লৈখিম্রবা মথোয় নুংশিবশিং খিবিক্লীয়া? নত্রে লৈহৌরিবা ইচল, ইনাও নুংশিবশিং মথোয় অপুনগীয়া থঙদে ভাই, লেংগু, থক্কে পি অজুপ্পক।

চঁজি শীংদা ভাভোম্চা। হুম্পি হুমাই থেয়া থেয়া মৈ। চাকই, চাকথংলি মৈ; বায় শীংলোল অসুম মথং মথং। চাকথংলে হৌজিক্তি থোংনা লাউ, য়োমথরে পুময়োম মৈয়ীনা ইপাগী মশা।

ফাওরকই নুংদা মৈশা, লাংলকই থম্মোই মৈ। কায়কই, ভায়কুম ভোই মৈভাল। থাঁঙমদনা থাঁজি বানা থবায়।

"পীরবো কাঠ, পীবা মাবে" কৌরকই ঐঙ্গা মাইমনা। পীরে অরোইবা শীং, খুরয়ে। মাখৈনরে কপ্পা কপ্পা, হন্দক্লিমগীনি, মৈত্তালগা মৈত্তালগা; লোরে বিদায়, কারে ঐনা হান্না মং—মঙদনি। মংঙি মঙদনা অবাবা অমূক মঙলোন কপ্পা কপ্পা অবাবা।

খল্লুই "সিবা মাওইবা, মাওইবা নঙ্গী নপোক, ইহমদা খাবা কোংগোল ইখিল্পনা তাকপা—অরুম লোইবা, সিবা"। খল্লুই, খহক্লই মথং মথং, লোইবা নাইদে, তাওই কোক, তাওই অরুম।

চাকত্রে মৈনা ইপাগী মশা, তুমত্রে পূমতুম, তাত্রে উৎ। চৎলত্রে অমূক মাহদা। মুংলমত্রে অহবু মহাক্তী নুংশিবা শকক্ম। খল্লে কোক্লনা স্মৃতিনা চেংনা মথাদা। উক্লরে প্রেমগী কৈ, মাবখিরয়ে খীনা মতম প্রেমগী মফমদা।

নাংসিংলু নুমিত্তু, নুমিত্তুগী অবাবা, শকখি নোংমা শৈরাংখি প্রেম:

কোয়রি মৈ মঙদনি তাই লেপ্তে চরুম চরুম পি,
খঙদে মুগ্না তম্লিবা পিনা থম্মোইগী মপাউ।
চঙদে ঐঙোন্দা ইনুং মঙাল—পূম্মরি পূমকাউ,
শল্লি সিদ লোইরেদো হন্দক্লিমগী ওসি।
মুরে কোয়বা চুরে শীংদা মৈ—ধর্মনি।
হুম্লি হুমাই খেয়া খেয়া মৈ হু-হু হু-হু লাউ,
চাক্লি বায়রি মৈ শীংলোন মথং মথং খোংনা লাউ,
লাংলি মৈশা কারি থম্মোই তারি মৈতাল—তারি।
পীরে অরোইবা শীং লোরে খুরম কপ্পা বিদায়,
মাখৈনরে কপ্পা কপ্পা মৈত্তালগা মৈত্তালগা।
কারে মং খোঙথাং খোঙথাং থুদিং থম্মোই শেং শেং কায়
কপ্পুই থম্মোই পারুই পুনশি নৈরাং অতিংতাগা।
খঙলে হুবু প্রেম মায়থীরয়ে মতম নঙ্গী কা
মুংলমত্রে ইপাই শকক্ম স্মৃতিদা নংনা হকপা

### তয়েংম্বা মতাং

## লাংগোনভম

পোকই অগংসিদা অঙাং কয়া। ময়াম্বক থীবনি হায়বা তাই মখোয়সি। নংঙি, নংগলি মখোয়দি, পোকপদনি হায় পোক্লপনি হায়, অরাবমা। থোক্লিনবি অরাবদু মপোয়দা হেক্ত। চায়, অদুনা, মখোয় অথীবা মিংকম। নংলো অঙাং অমা মপা শিবা, কৌবি মাবু মপাচাবা; নংলো মমা শিবা কৌবি অদুম মমাচাবা। পোক্লো অঙাং অমা, মপা চানা ইমুংদা অরাবমা ভাবা মতম কৌবি মাবু মাঙ-ভাকউ-চঙবা, মাঙ ভাকপা অঙাং। লোইবা নত্রি অসিনা, লৈরি ভতৈ কয়া কয়াসু। মপা-মকোক-চাবা, মপু-মকোক চাবা, মমা মকোক চাবনচিংবা অথীবা, ভাবদা তুহুংবা মিংকম চাবা অঙাং থাংপা নত্তে অগংসিদা।

ঐনা পোকদোবা নোংমা নীনিদগী মমাঙদনি ঐখোয়গী ইমুংনা দম ক্রোক চারিবা, থংমুং মুংলিবা। অদুনা, ঐহাক অসি ইমুং মাঙ-ভাকউ-চঙবা, মাঙ-ভাকপা অঙাংশীংদা অদুম মতাবনি। অসিমসু অসিনি, লৈরি অমসু থায় অতৈপা সুস্থান মায়দবা মওং। ঐনা ভাক্লবা য়ুমসি মীগী ওইত্রবনি, ঐখোয়গী ওইত্রবনি। মপোয়না অওক ময়াক্লিবা ঐখোয়না অওক মরৈরিবা—অদুদনি। ত্রিশঙ্কুনা থক্ত কাদ থাসু কুমদ মরক্তা ভাবঙম ঐসু মরক্তা ভাবনি। পাক্লবা অগংসিদা লম নাইদনা পোকপা ঐনি তুলসীদাসজীহোয়গী মুগত্ত থোক্লয়বা, ঐ লয়োঙ-দা কংই হায় হিংঙি হায় অমদি থোক্লমগনি। চুয়া ময়া সুনা হৌত্তনা লাকপগী ভক্তকবিবু হন্দোক-পনি তরাই। লাক্কেদ তৌবদা ইমুং লোগংপা য়াদনা মাঙবা, ভাতম অসিদনি থঙদবা ঐহাকপুদি করি হন্দোক্লোই! মাতুমক্তি থোকখিদে ঐত্তোন্দা, লাইকু অমদগী ওইরবা ভাই।

য়েংবা হৈরবা, কুমৈগী কুমৈ ভাক্তি মীওইবগী পুনশিসিমক্তি। কনা পোক্লে, কগনি লৈত্তে; কত্তনা পোক্লে, কয়রোই লৈত্তে। পোককয়া, পোকপা মঙংনা থক চংনদে। কউ হায়বা মীগীনা কনবা লমীমা অদুম ময়াকই, কনু হায়বদুগীনা কত্তনবমা অদুম হেন্নক মখোকই। য়াংলকপনি থঙদে

রাজ্যবসি থরবে, মীপুম থুনিংমকী মশা মশাগী লমদাও অমমম লৈবগুম অদুম মত্তোই। লায়রোল্দা য়েংলে অত্তুমতার, মাঙ্গী মীরোল্দা য়েংলে অত্তুমতার, হৌজিক হৌজিক্কক পাম্মিররিবা, হিংমিররিবা ঐখোয় ইশেন্দা য়েংলে অদুম মউনি, মখল্লনি। লায়রোল্দা য়েংলে মতীক মগুণ হল্লনখিবনা মহাক পোকপদা পৃথ্বী থুদোল অরাপা মরি নমথে হায়না তেংথানবা অথোবনা মমাগী অশোয়বা বাখল অমনা মথায়দা মূক নম শূদ্র ওইনা হিংখিবা, শূদ্র ওইনা পানখিবা, শূদ্র ওইনা শিখিবা, কোয়ো মশেক মতম পৃথ্বী লৈকোয় তাম্না তাম্না মমায়দা তাখিবা মূতী মতং খোঙকম থুদিং মমায় থুনা পুনশি খোঙকয়খিবা অদুম মউই। ঐখোয়গী সনা পুন্না কাপ্পে, সনা ঈশেংনা থাংগাল চীংদা তা, পাখোঙ পুখোঙ মূংলু মতম থর, ওসি থওদবা কোন্দায়-মগী চিংননিত্তাই ওইবগুম খোক্লরিবা অদুম মউই। ভারতকী ইতিহাসদা য়েংলে ইচম্মনা রাজপুত নিংথো অমগী ঈশেং ওই, মতাকথংনা ভারতকী লাম্লাউ, সিপাহী বিদ্রোহগী মরম মপুং অমা ওইরবা অদুম মউই। পৃথিবীগী ইতিহাসদা অসিগুম্বসিদি থরদগা নত্তে, কয়া কয়ানি—মশীং লাকত্তমদবনি। ফ্রান্সগী রাউণ্ডশেনবমগী মচানা পাকচাউরবা সাম্রাজ্যগী মপু ওইরবা, জর্মনগী কোরপোরেল অমগী মঙমা পৃথ্বী পুম্বা থক থক নিকখিবা লোইনা অদুম মউই। অসিমক্কনি "নিপা ওইবগী লাইবক" হায়না অথও-অউশিংনা শরুরম্লিবা।

তুলসীদাসবু ময়া গুনা হৌদ্রনা লাকই—হিংচাবনি, হন্দোক্লসি হন্দোক্ল-রিবা মমা মপা অনীত্বুগী থল্লুবদা ফনবু বায়। মচাদি হিংচাবা ওইরমত্রে, ভক্ত মহাকবিত্বুম ওইরম্লে। কবিগুরু মহর্ষি বাল্মীকিনা অদত্তা রাম উপা-সনা ভথীগে লাকপনি মখোঙদা তুনরে লোইনা মীপুম থুদিংমক। অনীত্বুনা হিংলবা খোক্লো, কয়া বারিগবা। মপাত্বুগীদি মপা ওইরে—নিপানি, অকন-বগী শক্তম্রি। মমাত্বুদি নুপীনি, মমানি—অংথাংপ অনৌবগী শক্তম্রি। কুন্তীনা মশক্তি তাক্লীং ইকাইবদি মরমচংকী থেংনা ইকাই, থাম্বিকগুম কন্না বানা থাঙলত্তম পোকই। অরাবনি মীওইবগী অমম্বা, কৈলনবা মিংয়েং, নাম্বশিবা বাখল।

ঐ পোকপা তরাপানীথোইনি সুবা, যুম্নাশংবা সুম্বিংনি। সুম্বিংসি-

ফাওদং য়াম্না বানা হায়রকুনা লৈনবনি। চত্তবা য়াম্রবনি। চক্লে, নোঙানবগী পুলিশনা তাল্লগদৌরিবনি ; ইকাইবা নুঙাইতবা অমুক হেন্না নংগদৌরিবনি। চংকদৌরিবা, নত্তে, শাইদাংডম থিগদৌরিবা মীকোক্না ঐগী থানা ভরেংনি।

ইবোনা ময়ামক, ফিডম অমা তাগ্রিকাও, শজারদা থম্মীংভি, লমক্রোক চঙবা নুমিত্তগী অচুম মতাকপিরবনি। ইমানসু ময়ামগী 'চংসি, লৈকসি পাবুংশীদা, মীগী মশাই তাংলুববুদি পাবুংগী শেগাদা থুম্মুবনা ঐখোয় পুম্নমক হেন্না য়াইফগনি" য়াম্না হায়বনি। অদুবু, য়ানদে—য়াদে অমত্ত। য়াদবসু লানবা নত্তে, অচুম মচুমদৈদে। অমনা—ইমাগী অঙং অউন, সনা লুপা ক্রোক্ত: লোইনা তকা য়াওখিবনা ইমুংনা মমায় পুহনা ইবোগী থোঙ-জাল লেপ্পা ইকাই—হজোই। অমুক অমনা—ওইরিবা ফিডম্না মশা মশাদা অনীসুবা কি অমা পঙ্গ্রবনিনা শয়া নাথুপ্পসু লৈবা পাংদৈ—লৈনীংভি। অমুকসু অমনা, ইবোগী কোল্লুপ্তি য়াম্না চাউই। তাদবু কোল্লুপ হায়রক-বদনি, ইমুং অমত্ত ওইনা পাম্মিরবনি, নিংথৌ মচামশু ভাক্তনি। লৈমিন্ন-বদা লৈবাকী লোক্কংনা মথুঙগী ঈশিং ফাওবা লৌবিরোই থঙি—হংগোই। মখোয়দা থোইন। লুনা থোকপা অমসু লৈরি, সনা ঈ অশেংবশিংগী মমি নুংমি খোঙনা থুংনা শোকপকাও, হৈত্রগা, লাইথুংফাও পক্লে কিনৈ।

ইবোনা ফনা থম্বিনীংলবসু ময়াম্রবনিনা কারক্লে। লমজিদি শাইনবা মতারে। ঐখোয় ইমা ইচা অচুম্না ইবোগী শজারদা, মখোয়না ইবেন-বোকা পোক্মিরবা ইপুবোকশিং অমগী মুমদা চংনবা তারে। অদুবু ইয়ামদি "ঐদি ইবেনবোকা লৈগনি" হায়রকুনা শিথাঙ থাম্মিবনা অচুম লৈহৌবদা তারে। ঐগা ইমাগদ ইবোগীনা লাকপা তাখি।

লাকখি অমুন ইমাগা ঐগা য়াইকুপ শোপাইজন লৈরক মাইবা লৈকাইদা, ইবোগী শজারদা। ভুংওইনরম অনংকোন পানথি য়াইফকোন্দা ইনীং তম। অমম্বনি, অমমগক্তি মীওইবগী পুনশিখোঙডম। য়াইফনা পোকই ইপানা, হিংই শিদোয়া ; শিদোয়া পোকই ঐনা, হিংই য়াইফনা। নোংমা, ইমুং মাঙ-তাকন্ত-চঙবা, মাঙতাকপা অঙাংনি হায়না পাওথোক্ল-খিবা ঐনা ফুংগা লেপ্পরি, থাদৈগী মায়রোং ওইবঙম তৌয়রি। সংস্কার লৈ, লেম্না মাঙলোই, নোংমা লৈবাক মীরক তিল্লগনি হায়নবা ইপানা

শীঁথেল অরেম্বা লৈরাও অতিঙ্কা তাহনা চীংনুং মায়ুংগী চিপকপা কাজুম্বদা কমধি, কেম্মুনা ত্তোকখি মদোম তুমিন। নোংসিংনু ইপাগী অয়েম্বদা মাওখিবা মপুনশি, নোংসিংলকই কবি শ্রেণী অরাবা তেংথা মতেম্মা—

তওপ তরেং নীংথিরবা মশিনিদ কয়া
তারি অমম্বা অরুবা সমুদ্রই লোকচেপ্পা।
শাংলি, কয়ি চিপক চিপক শীঁথেমিসু কয়া
তিন্নি লৈনম নুংশিরবা লমজাউগী মালংদা।

খোয়োংলকই অশৈবগী পরেং অমনা অমুক্ম—

চীংদা শাংপা ইঙেল লৈ
চিন্নদনা কেনখিবা—
কল্লকই, কল্লকই,
আঃ কল্লকই-ও-দে!

খওলুগনি, য়াংলুগনি কনানা মীওইবগী পুনশি খোঙভম!

পোক্লে বাংখৈদা, লাক্লে য়াইক্কুলদা—ওইরে য়াইক্কুল মচা। ঈচেম্মা ঈহৌভম ঈরোক তাখওম তায়ে বাংখৈ, কাউবওম কাউরে বাংখৈ। তাক্লকখি অহবু, মতম্মা পোকভম্মা বাংখৈনি চাউনভম্মা য়াইক্কুলনি; তাহৌবনি খঙ্ নংগী খোয়রী লিনশাং বাংখৈদা, কোল্লিবনি পীবুক্নুং ওসিগীনা অতোম লৈকাই নহাল নোংগীনা অশাংবম লৈকাই। নুংশিরকই বাংখৈ—ঐগী খোয়রী লিনশাং তাহৌভম, কোয়ে অহানবা উরকফম। নুংশিরে নুংশিনা বাংখৈ, নুংশি, নুংশিজ অহম নুংশিন্নি য়াইক্কুল, ঐগী লাংগোনভম, ঐগী চাউনভম। অমনা ফল্গুনি, অমনা গঙ্গা। করম্বনা হক্লিবা ঐতোম্দা। খওদে হায়ভম খওদে ঐ। অহুদা, অমদি লৈ। দৈবকী কৃষ্ণ পোকপী মমানি' যশোদা কৃষ্ণ য়োকপী মমানি। কনানা হক্লিবা কৃষ্ণনা। অনীমক হকই চপমায়ে। অহবু, অনীমক মমাগী অমুবা শকফমদি নত্তে, শকফম অমমমতনি। অমনা লৈরীক্লি অমনা ঈরীক। অহুনা অনীগী জয় নাকপাক নাকপাক চংলৈ। নোংসিংসি কুরুক্ষেত্র মিলনগী কুমৈ। দৈবকীগী জয়না কৃষ্ণগী মশা-হকচাং, লৈরীকী শরুক—গর্ভগী মমল। যশোদাগী জয়না

কৃষ্ণগী থম্মোই, কৃষ্ণগী প্রেম—ঈশ্বরগী শক্তি—খোল্লাংগী মমল। অদুগী অনীমক্না
পুক্নিং মোংঘায়াগী জগৎ পোকপী—কৃষ্ণগী চঙনতম। নীংসংসি শ্রীমুখবাণী

ধর্মমনা মরায় হেক হেক চায়থরকপদা ভারত
সেমজৈ ঐনা ইশা হেক হেক চঙহনা ইশাই মায়াদা।

ঊখি, থঙখি অহনা, পোক্লভম, চাউনভম—অনীমক্কী মথক, অনীমক্কী
অপুনবা শক্তম—ঐগী পোক্লভম, চাউনভম, ইরৈবাক ইরমদম—অপুনবা
মণিপুর। কংপা ঙমখি, কংখি অহনা ইমাদা অপুনবা প্রেম, শকপা ঙমখি,
শকখি—শৈরাংখি নোংমা ভক্তি প্রেমগা লোয়ননা :

জৈ মা মণিপুর,
জৈ মা নঙ্গী জৈ।

পীনবে হকচাং মহাক্কী লৈরীক,
চেক্লনখিবে ঈ নহাক্কী ঈশ্বরীক
জৈ মা মণিপুর,
জৈ মা নঙ্গী জৈ!

হাম্বিবে থবায় নহাক্কী মুংশিং
নহাক্কী নহে মরোংনা পাংশন,
জৈ মা মণিপুর,
জৈ মা নঙ্গী জৈ!

যুগ যুগ যুদ্দিং পশেম চাম্বা শারোনখি,
কংলৈ খোঙজীল থৈনা পাখি নযোম খোল্লাংখি,
জৈ মা মণিপুর,
জৈ মা নঙ্গী জৈ।

... ... ...

### নীপালম্বৰা মতাং

# ঙক্ক ঙকপা অঙকপা অমা

সংসার অঙকপগী মশক্কি। থোকই অহুনা মাগী ইমুং মনুংশিংদা অঙকপা কয়া। অঙকপশিংহুগী মনুংদা ঙক্ক ঙকপা, ঙকথরবা কয়াসু অহুম ময়াওই। হৌজিক ঐনা লীগদৌরিবা তারীসিসু ঙক্ক ঙকপা, ঙকথরবা অমনি। অসিমনা লোইবা নত্রি, লৈরি য়াম্না লীরকখিগনি মতাং মতাংদা।

নোংমা, শজিবু লাকয়েনগী অহুবাইনি মতমহু, অয়ুক্কনি, ফনা নীংথিনা ঙক্লি, নুমিৎ ফক্লাংদা বাংনা লৈরি। ঐহাক ইশাগী ওইরিবা মতাংনা যৎ সাহুনা চৎপনা মপুং ওইরিবা. পোচ্চে পায়রগসু, অহুক ময়েপ্পা খোঙতম অমনী অহুক থাংহুনা মচৎপা মতমহুনি। ইমানা ঐবু খোম পীথক্লগা কক অমদা ফক্কল্লম্মি, মাঙদা শেম্বাক অমদা কবোক অফাবা থরসু থল্লম্মি। খুবীগা খুদোম্বীগা অনীনা ভবঙ ভবঙ কাবোক মক্ক অমনীদ ফানবা কয়া হোৎনরি। ভাজ্ঞাসিদা মাংগোন্দা ভাবা উ মমি ময়াম ভ-প্-না ভ-প্-না লেঙবা হৌরকই—হাইরকই। ঐঙোন্দদি নুঙাইবা কৃশ্মৈ অমা অহুম ওইরে—কবোক কাউরে। নুঙাইশ্রবা কৃশ্মৈসিদা খোমজীল্লকখি কৃশ্মৈ মথং মথং নুঙাইশ্রবঙাক। ককচেং কোকচাউবি অমদি হাই হন্নিবা উ মমি মরক অহুদা অমুক থর চেন্স. চপ সেপ্ ফং গাই, অমুক চেল লাকই; হন্নিং অমনীসু অমুক হেক পাইশিল্লক, মমিং মমায় হেক তা, অমুক হেক পাই-থোক ভৌরি। ঐগীদি কৃশ্মৈ মক্তনি নুঙাইশ্রবঙাক। মমিদা, কক্কচেংলা হন্নিংলা—অমত্তং ফাবা ঙম্নবদি হোৎনরি কয়া থুবাঙনা ভবঙ ভবঙবা।

ভাজ্ঞাসিদা তারকই খোম্লেস অমা শোরাংনা কৌবা "ইমোভোবী ঘমা"। য়েংই ঐ থংলৈ খোজেল মতুং ইন। উই মীকোক অনী লেপ্পম্বা, থঙবঙম ভৌখি মশক উবদা হেক্ত, য়োনিংখি থংয়ো মনাক্তা। য়েংই ঐ ইমুংদা হাইফেৎ, ইমা মনীং থোঙলোমদা চাকথুম শঙতপ্লোমদা থোক-খিবা উই; কৌরিবহু করিমত্ত ভাদবঙম ভৌই।

চেপ্লে ঐ যগ সাহ্নুনা দাৱী মপান কাও। ইশানা দাৱী অমুক্ত কুমথাক্রি ঐ। অহ্নবু, নুমিত্তুদি মীকোক অনীহ্নগী মনাক য়োনীংযনা কিখিদে কুহঙ ঐ। নীংনা চান্না লৈথঙ্গনা কুম্নগা চেনখি য়োনবা মঙোম্নগী মনাক।

অনীহ্‌—অমনা চগী অহুমগী অঙাংনি। মচু পাম্নি—ঙৌরু শংদানৈ। মমাম্নদা শাংনা নাপাঙদগী লুমাঙ শমখোঙ কাওবা অশিরৈ শংম্রিক শংনা ফজনা শাংলি। কৈংজাম মপান মূনা চনবঙখমা শেংপোই ইনবোই ঙোই। অমনা মীম্নাম্ন চল্লগী নুপীনি। মচু পাল্লী—ঙৌরু শংদানৈ, মশা শাবান ফজৈ, হোংগানবা শাওংনি। ফনেক অঙৌবা মখুনবা অমা শেংলি, ইনফি অঙৌবা মখুনবা অমা মকোক খুম্না ইল্লি। ঐনা চেনশিনখিবদা অহল ওইবিহ্নুনা অঙাংহুগী মরেংবান মখুং ওম্ননা প্যাম্ন, য়েংকৌ থুদোক্ষীনা ঐঙোম্মা থিন, মঙক লৈথহ্নুনা “লাক্লিবসি উরবম্না” ঙাকপঙম ঙোরি। ঐনা মখোম্নগী মনাক হেক য়োবগা অঙাংহুদা পাম্নহ্নুনা ভপ্না ভপ্না লেপ-খংলি। অঙাংহুনা ঐঙোম্মা হাইরপ য়েং মখুং, অনীনা নুংশিনা কোনশিল্লি। কোনশিন কোনশিন ঐ য়েংই খোম্নাংনা অমুক মুম্নোমদা হাম্নগী মঙম, ইমা লাকপম্না য়েংবোইনা উই।

নীংসিংলি অসিফাওবদি বাম্নী, খঙম্রে অতৈ নঙোন ভাবদি। অহ্নবু. ভাহোই—ভাখি, শকফম অনী অহুদি মম্নেক শেংনা, লানা থম্মোইগী লাম্নমদা। মিং হেক উইশিনবদা, হৌজিকফাও, শংশং শংশং অহ্নম মউই। কোম্নবদা ফাওখিবা ঈনিল হৌজিক ফাওবদসু ফোঙ ফোঙ শানা ফাওবঙম, অহুম মঙোই। করিগীনো খঙদে অহুদি।

শকফম অনীসি খঙবঙম ঙৌক্রবদনি, থম্মোইদা নুংশিনা খোম্নাংনা খোক্লবদনি, মশক্লক খঙবদি নঙে। ঐনা মখোম্ন অনীসিগী মশক ভশেংনা খঙলকপসিমক্তি অা কাইনথংদনি, পূজক চাউরবা মীম্নোল খঙলবা মভম-দনি। ইমানা করি করিঙবা মভমদা মচামগু কাম্ননম্নবী মরুপ মপিজাশিংগা অবা পোখোক্লবা মভাংদা মপাউ ভাম্নকপদগী মীশক অনীসি ঐগী ফনানো হাম্নবা মশক খঙলকপনি।

ঐনা কালেম্মা পোক্লগা মেম্নাদা অনাবা অচৌবা অমা থোকই। অহ্ননা ঐনা থা ভরুক হাম্নবা মভমদানি লৈবাক্লা খোঙ হামহ্ননা শিনম্নি-

থসি। অনাবসি কুইনা থা অনৌ অহুম চৈথ। অনাবসিদা ঐগী ইম্নাখগা ইবেনগা অনীমক নোংমা নীনিদ কাননা লৈখিদে। ইমানা মমাম্নবশিংগা বারী অমুম সারকপদা, করি করিগুম্বা মতাংদা বারী সাম্নি হায়বা থংগা কাউথোকপগুম হেক হেক তোই, থংদে মমা ওইবগী শ্রেম্না থুম্মংখিবনরা সোল্লকই মদোম মমিত্তগী পি মতুম মতুম "ফজবনিদ ইমাইবুঙোদো, অশিরৈনা শাংনা শংগ্রিক মমায়দা অঙোবা, শিন্নবনিকো ইবোহল নং।" ইমাগা কানখিবদগী ময়েন্নৌখিবা, ইমোতোম্বীগী মমানি হায়খিবা—পেহ্লো-লেমকো ইমানা"। "ইচানা জয়পুর ফৈজোম মতোমদা শেংপোই ইনবোই শাম্লনদো নুংশিবনিদকো ইমানা"। করি করিগুম্বা মতমদসু "নুংশিরকইদ ঐগী ইনেমদো, মশক্ত ফজরিবা, মবুক্তা ফরিবা...।" সোল্লকই হেক হেক। থডশকই, থিম্নি অমুম মুম্না ঐনা উথিবা অনৌদুগী মশক।

থকুলকপদগী মখোয়বু ম্নাম্না খোৱাংখি। অদুবু, মপোম্ন অমুক লাকপা তৌখিদ্রে—উখিদ্রে। পোকখি থাংং অনৌখক্তি অহাং ওইবা থম্মোইদা "লাকখি করিগী মখোয়, লাকখিদ্রে করি তৌহনা মখোয়"। লাক্লে অদুবু ফনা চাউবফাও মম্না মম্না অতুম।

নোংমা তারৈ তম্নাডদা লমথুনু অমা, খোংলৈ মুম্নোমদা ওনশিন "কুকু-কু-কু"। চেঙ হবাই হুম্নি, ঈশিং হৈ ঐখোমগী ঐজ্ঞাগী মপীনা। "করিগীনো" হংদি ঐনা। "অশিরমদগী লাকপনি" ফংদি পাউথুম। "উদু লৈবোইয়ে অশিরম" পোকখি থম্মোইদা থাবল অমা অহুম ইমম মম্না।

হংগাম মতম্নি। ঐখোম্নগী ইংখোলদা হংগাম ফৈদোম অমা থাই। মপাল সাম্নে। মচু মচুগী কুরাক অচোবা, মচা, অপিকপা, পরেং পরেং পাইরকই, তোংলৈ। ঐনা ম্নাম্না পাম্নুই, "লোইনবা অমমী অমনীদং ফাগে কম্না হোৎনৈ। অবোকশিং অমনা "ফাহৈদে" কম্না থাম্নৈ। "করিগীনো" হংদি ঐনা। "অশিরমদগী ম্নাথোক্লকপনি, ফারুনু, থাদোকখে" হায় । চেংশিন-খি ঐঙোন্দা অশিরমগী বাখল। পোকখি থম্মোইদা থঙনীংবমা অশিরমগী মরম।

নোংমা ঐ, পুংগক চাউরবা মতম্নি, ঐখোয়গী মাম্মোগী তুং ইম্মুনা মাম্মোশিং অমগীদা চংলি। পেনা শক্লম্নি। থম্বা থম্নু মচীন মোপ্‌না

পাঙ্গরাকপদা ফি ৱাইরবদা মীচৈ চাত্নুনা হল্লকপা, খম্নুনা মমাহৈৈমগা মপাল্ল পুরেনবগা অনী কোত্নুনা কপ্পকপা মতাং অত্নুমক্তা ঐখোয় য়োই। তাংখৈমগা পুরেনবগা অনীনা কোয়ো নোংথোং হাংত্নুনা কুম্লকপা থোংলেপ ফিরোয় শিন্নরবা তাল্লকপা মতাংদু ঐ য়ুম্না তায়, চানখি পুক্তা লৈদনা অশিরম অমা, লাকইদনা শিগ্রবশিং"। নীংসিংখি ঐত্তোম্মা থোকশিবা অয়ুক্সগী থোদোক, খনখি "অঙইবমক্লি অনীত্নুনা লাকখিবদো"। থোকখি তানিংবা খঙনীংবা অশিরমগী মপাউ থোইনা হেল।

<u>খ্রীষ্টগী কুমজা ১৯২০ দা ঐহাক উচ্চ প্রাইমারী পরীক্ষা পাস তৌই।</u> পরীক্ষা হায়দোকপা মতুং নোংমা কোনবদা জোনষ্টোন এম. ই. স্কুলদা মিং চনবা কায়। নুমিৎ অসিদা স্কুল অসিগী হেড মাষ্টর, মিঃ জে. সি. উইল্স লৈত্তে। রাজ সরকারনা বিলাট্টগী ওজা অমা চেল্লি। লণ্ডন মচামক অমা লাকখি। মশাদি ওজা ওইনা হৌরগা পৃথ্বীগী অহানবা লাল্লাওগী ক্লাসগী টনেল ৱারগী মতাংদা কেপ্টেন ওইনা লাল চঙলুবদগী কেপ্টেন এ. আর. ফিলপথস্ হায়না খঙনৈ। ওজা অসি থুংলত্রিক্তৈ মতম খর হায়গী এসিস্টেন্ট হেড মাষ্টর, শ্রীযামিনীসুন্দর গুহনা হেড মাষ্টরগী চার্জ্জ পুই। ওজা অসি ওজা ওইনা পোকপনি। ছাত্রনা মমিং পাঙলগা লোইরে চৎলি। মশাগী অৱাবা কৱিন্মও থিদে। স্কুলগী লাইব্রেরিয়ান লৈনা লৈনা ঐখোয় অনৌবা কাবা ছাত্রশিংদা লাইব্রেরী হেবিত পীনবা মশানা অৱাভম মবুক থোক্পা অত্নুম পুই।

মিং চনবা লোইত্নুনা ক্লাস হৌবা নুমিৎ নীনি হুম্নি সুরকপা অত্নুৱাইদা ঐখোয়গী হেড মাষ্টরসিনা ক্লাসদা হায়রৈ "নখোয় য়োল নং মতুং ইম্না মীকোক তরা তরা স্কুল ছুটি হেক থাবদা লাইব্রেরী রুমদা ঙসিদগী ঐগী ইনাক্তা লাকদবনি, শান্নবা নুমিত্তা তাবা কাঙবুনা মথংগী নুমিত্তা শোয়ফদে"। নুমিৎ অত্নু ঐখোয় ফার্ষ্ট চৈন চঙি। লাইরিক মচা মচা তরা খক পুথোক্নুনা লৈরম্মি। ঐখোয় তরাদা অমমম ইমু রেজিষ্টরদা চন চম্নুনা পী। হায়, "ঙসিদগী চয়োল অমা হেক ফাবা নুমিত্তা হল্লকদবনি, শোয়বা য়াদে, নোংমাইজিংগা ছুটিগা তায়গনা মথংগী নুমিত্তা কাউগনু, কাউবা-য়ারোই"।

চয়োল ফারে। লাইরিক হিল্লে। মীপুম খুদিংদা মানা মানা লোৎখা

লাইব্রিক তত্নদগী রাহং অমনী অমনী হংত্নুনা টেষ্ট হেক হেক তৌই। লাইব্রিকশিং অত্নু ঐখোয়দা অমুক ওয়া ওয়া ইসু তৌই।

ঐঙোন্দা ইহান হায়া ইসু তৌবা লাইব্রিক্সি "শিশের বলিদান" কৌই। শাবদা থম্মোই থুক থুক লাউই, মিত্তা পি হেক হেক তাই। ওজানা চ'বদা মতাং অমদা থুক লাউখিত্নুনা খোঙ্গেল খর ওল্লপ তৌখি। ওজানা শংদ্রিক য়েংই, হায়বদি করিসু হায়খিদে, লূনা তৌবদি অত্নুম হৌখরে, শঙদে করি খাবিশবনো। লাইব্রিক ইসু তৌবদা ঐগীনা তোঙান তোঙান হেক হেক থম্মশি। টেষ্ট লৌবদসু খর খর হেক্লিন্না লৌবগুম তৌই। ওজানা য়ায়া নুংশিনা তৌবত্নু উবদা ময়ায়া ওজাগা ঐগবু "মপামচা" হায়না খোল্লি। •

অসুম খরগী মতুংদদি ঐগী লাইব্রিক্তি ইশানা অপাম্বা খঙ্গবা থোইনা শিংশিদ্রে। সেলফ্‌তা চঙলগা জগৎগুরুশিংগী জীবনীগুম্বা অচৌ অচৌবা লাইব্রিক্কাশিং লৌবা হৌরে। ওজাসু অত্নুম ময়াই, চাউমল্লি লূমল্লিগা থক হায়দে। চঙ্খিবদা অতৈগীদি ওজানা অত্নুম হায়া খন্দোক্লম্মি, ঐগীদি "খঙ্গরুচো" হেক হেক হায়। নোংমদি ঐগী নীংবা খরা থুংজরো মতা সুরেন্দ্রমোহন ভট্টাচার্য্যগী 'জন্মান্তররহস্য কোক থেংনরুরে। পুথোক্লনা ওজাগী মাঙদা থম্মি। হাইফেং য়েংই ওজানা, হায়দে করিমত্ত, অতৈগী ইসু লোইনবা অত্নুম হোংলৈ। লোইরে লোইনা চংনখরে—ঐগদ্ ওজাগদ মঙায়রে

"নং জন্মান্তর রহস্যগী অর্থ খঙলবরা' হংডি ওজানা। "চপচাবা হায়বা ওমদ্রবসু শিরবা মতুংগী বানি নীংঙি ওজা" খুম্মি ঐনা। "নং অঙাংনা করিগী পানীংলুই" তাই মতোল। ঐনা ঐঙোন্দা থোকখিবা থোদোক, অশিরমগী মরম খঙনীংবগী ঈখো অমা ইচেন্দ চেন্নবগুম তৌবা বাসি তম্মি। ওজানা য়েংই ঐঙোন্দা চহাক শংদ্রিক, হায় ত-প্-না "ফরে, পারুরো"। ইসু তৌবিরে। ইসু তৌনা তৌনা চায় "অহিংদা, অচিকপদা করিদা পাগনু, নংনা অঙাংনিনা করিসু নত্তবদা কিবা য়াবা বা থেংনবা য়াই"।

ওজাগী বাকমসিনা ঐঙোন্দা পানীংবগী ঈখো থোইনা হেনগংখি। য়ুম হেক য়োবগা পরপ পরপ ঈরুরে, চয়া ভগবান বাঙ্গে। হেক লোইবগা

হূৎ কংবা ঙাক্তিঙমদনা ঐগী কাদা অদুম চঙহুনা পাবা হৌরে। অনৌবা জগৎ অমদা খোঙদাবনি। ঙকই, কি, নুঙাই। লৈখিদ্রবা কোঙ্গায় অমনা মাগী মাগী ওইবা লৈহৌবশিংদা নীঁঙমখিরবা, মবুক থু'খিদবা তাকম কয়া পাউদম্মিংতুন কোয়শেন শেয়বা, নাকোংদা কন্নিদা নাপোন ওইনা তাবন-চিংবগী রা অসুম অসুম পাক্লকপদা কিরকপগুম্বা, হেক তুম্মংলকপগুম তৌই। অদুবু, খঙনীংবা হেক্লিল্লকপগা, ভয়ানক রমগী মহাউগা অনী ভূখিহুনা অহিং ফনা থেঙলক্কাও, তুম্বা কাউহনা অতম পাথাপ। ইমানা "থেঙমল্লে তুম্মো" হায়ররবতদা ফম্মুং চঁহি। তুম্বদি য়াখিদে, পোকপা থা তরামুক্তা, লৈত্রবা মতু' থা অহুম মরিদা উনখিবা, অহানবা লকথংনখিবা ইবেন, ইয়াম্বা অনৌগী নুংদা তাখিবা নুংশিবা লঙুম অনীনা মিথুক্তা চোং-থোক্তুনা লেপদি। অঙাং ওইরিবা ইয়াম্বনা ঐনা থত্তুনা ইমাগা কানখিবা, য়াম্নোবগুম ইমোতেথী মমা কৌখিবা, মনাং খুংখিদবা নীঁঙমখিদবদগী ইমা উননীংবগুম মতোমদ লাকপা ঙমদবা মতা মবেন পুংনা লাকপগুম তৌবা—পুম্নমক মথং মথং অসুম অসুম থন্থরু নেংঙানবা বানা ঙাইখি।

পানগী জগত্তা তাউহনা লৈরম্বদগী নুংগী জগত্তা খোঙদাবা হৌখি। অথুপ্পা লম্বী অমা উবগুম তৌখি। পুনশিগী নোংজু নুংশাদা পোম্বাতম অচৌবা অমা ওইখি। নীংসিংলকই মতাংসিদা কবি সোনেগী "দি স্কে লার্ক", শক্লীংলকই মাগী লৈশক মতেম্ —

য়াঙিন্নৈ শরুক মখোয়গা
অরা-নুঙাই নীমক।
হান্নু পুক্তা থগুই হৃগা
চাউত্রে লম্মল হৃম্মক।
থল্লু মখোই থোঙ্গাল তাই পি
ফুই হেক হেক মায় লীক্লং ঈরী।

থা তরাগী অঙাং, খঙবগী থাক্লা কয়াম বাংবা, নীংসিংবগী পাংগয়া কয়াম কনবা খঙদে ঐ; খঁঙি, নীংসিংই অদুবু ঐ থা তরাদা খোকখিবা খোদোক; ওইনাখি, ওইনরি অহনা জানগী লম্বী ইশাগী পুনশিখোঙভমদা। অঙকপনি, অঙকপমক্লি সংসার।

## মাপলম্বা মতাং

# ঐখোয়গী য়ুম

ঐখোয়গী য়ুমদি স্নাইস্কুল মোইরাংখোম সোপাইজম লৈরক মাইবা লৈকাইদনি। লৈরক্তি চায়রগা ঐখোয়গীসিদি লৈরম্লক্তি নত্তে। থূনা পিক্না চংপস্থ নত্তে, তোল্লোবস্থ নত্তে; স্নাইস্কুল লমজাওগা নম্বুল খোঙবালগী লমীগা শম্বা লম্বেল অচৌবনি। মাইবা লৈকাই লম্বেল অসিগী নাক য়েং অনী তূনা তাই। ঐখোয়গী য়ুম্না লম্বেল্লিগী অরাংগী য়ুম শয়েংগী ময়ায় মপা ওইরপ লৈ। মথা থংবা য়ুমজাউ খাজ্রাং অহুম কোয়া সাবা চনবা ইংখোলগী শরুক অমা ইথোংগা মপাবুং মপাবুং পোক্মিরবা ইবৌশিং অমদা খাইখিবনা ঐখোয়গী ইংখোলদি লম্বেলগা হেক তাইনবমক্তি থোক্লে। অহুবু লমজত্তদি ঐখোয়গীনি। লম্বেলগী ঐখোয়গী খোঙ্গাল য়েৌবফাওসি শাক্না চাউনা চুয়া, কাইরেল কাইজাউ চংশা য়ানা মতম পূয়মক্তা লূনা নান্না থম্মি।

ইথৌগী লাইগুরু থূভমদি নিতাইবাত্তনি, পোকপস্থ নিতাইবাত্তা অহুম পোকপনি। খোমজোম লালগী মমাঙ ওইরপ্না, মহারাজ শূরচন্দ্র সনা হাজক্তা, মনাও ইবুঙো পাকা সনা শগোল হজবনা নিতাইবাংকী লাই গুরুগী থূভমহু ইথৌ সনাখ্যা স্নাইস্কুল লাকপা নিতাইবাং তাবগী লালগী মল্লোমগা লয়া ময়োল ওইবগা, অনী পাহূনা মংহ্লোবদগী লৈকাইসিদা লেঙলকপনি। পাখি কোমথি কোবী শীংনাংনা থম্না হৌবা মফম অমা ওইরম্বদগী ইথৌনা সেমগৎপনি। অহুবু ঐনা খঙসকপা মতমহুদদি অরু অহেল পাম্বা মীয়োল কয়ানা মথং মথং সেমগৎ সাগৎলম্বগুম গুক্না নীংথিনা ফজবা ইংখোল অমা ওইরয়ে।

ইথৌদি ফজবা নীংথিজবগী পূজারীনি হায়বা তাই। মশা লূজবা নাজবদ নত্তনা য়ুম ইংখোলস্থ লূনা হেম্না হৈনা লৈনা ফজনা নীংথিজনা সেমহুনা থম্মি। খোজাল বাগী কালোক মখোঙ মরিগী অমা কোয়গা

মরী চংপি লৈ মপাল অনী নাকল নাকন্দা অমমম থাই। মপাল অনীতুনা কালোক অগ পূময়োম য়োম্মি। বঝাই লৈ কোই হায়, করিদগী কৌরিবা অতুদি থওদে। লৈকা অহুম্না করিনো পাল্লি—কাউরে। মচুদি সিন্দুর অহকপনি। ইশানা উদ্ভিদতত্ত্ববিং নত্তবগা থিরুদবগা মশক ভগেংনা হায়বদি ওমজে। অতুগা বাঙ্গলাদেশদা নৌনা সাবগুম্বরা খওদে মমিং অমদি চংনৈ—কৌনৈ [বাগানবিলাস। কোবমক য়াই। মকুম মথাদা পূমগাও ঙাওনা পূময়োম য়োম্মা শাংলকপদি অঙকপা ফংনা নীংথিজৈ—মিংফম হোংবা য়ানা থোকই। কবি ওইরমবা, মহোশা কোবো লাইরেম্মনা মবুক্রাং হেদৌ মকা লাম হরাউ তন্নায়বত্রম শংশং উরবা য়াই। নোংপোকী কালোক মখোঙ মপা চপ চানা সনা লমজৈ মরিয়োম হুইমুক বাংন', খা বাং, মমাঙ শঙ্গোয়গী থাগী দারী মচৌন্দগী নোংপোক পনখোঙ ফাওবা চুমম্রিং থাবা, মথক কুপ্পা, ফক্লাং তৈবা তেপ অমগী মখোঙ ফাওবা লৈরীরগা বূনাম নাপী পরেং থাই। পরে'সিগী মথংদা, নোংপোক পরেংদা কবোকলৈ পরেং অমুক থুংনা থাই। মপাল চাউন চ উনা, মরাং কায়না পূমশঙ শংনা হোই। নো'চুপকী কালোক মখোঙ মপ' চপ চানা অমুক [মমাঙ্গীদোনা মপাম্ন চপ চানা সনা লমজৈ অহুয়োম লৈরী। অতুদগী, মমাঙ শঙ্গোয়গী খাগী দারীগা মপা চানা পরে' থমতুনা নো'চুপলোমদা সনা লমজৈ অনী কলপ অমুক্ন লৈরীয়মগা থূনীংথেক সানা চংথিতুনা থাগী রাচেংনা হৈরোই লুনা কজনা খাবা শমন্দা চিক্রুই। অসিদমু মপাল অকোয়বদা বূনাম নাপী থাই। মথংদা মনুংগী পরেং অনীদা, নোংপোকা খাগদা কবোকলৈ পরেং থাই। নোংচুপকা পরে'দনা গোলাপ অঙাওবা, অঙোবা, কৃষ্ণমূর্ত্তি, সেউটি থাই। শমন পরে'দনা চম্পা, সোলোম, কমলা থাই। নোংপোক, নোংচুপ, অরাংগী মনুংগী পরেংদা কুন্দালৈ অঙাওবা, অঙোবা পরেং অমা চেল্লি। মকম অসি—ময়ায় মরোল চপচানা পুংলোল পাম্বী অচোবা অমা হোই। মখোঙ মঙ মঙা তরুক কজনা লো'ত্তি, মত্তোমদনা পূমথন থনবদোনা উই—ফজৈ। মকম মতেক অসিমত্তি লৈককামিসু হায়বা য়াবা লৈকোয়সু কোথা য়াবা মতালি। হৈখোও লৈঙখোওশিং অসি মতম পূমমক্তা লুনা নাফা থম্বি—ফজৈ।

শুমাঙ বৃন্দাদেবী চবুতর ময়াদা কামিনীকুসুম পাম্বী অমগা জবাকুসুম পাম্বী অমগা শাত্রা' মতোম পুংনা পুংবা, খোংনাং সানা, ফনা ৱাংনা ৱাংনা ফজনা তৌই। যাতি পুষ্প পাম্বী অমগা যাতি কুপ্পি পাম্বী অমগা অনীনা অমমম য়েংলি।

মমাঙ শঙ্গোয় মচিদগী সনা লাইজমুক চংগোরপ, শুম্মাঙ্গীনা চীংখৈ কাজুম ময়াদা, অৱাংগী পরিংগীনা নোংপোক মচীন্দা থোঙ্গালগী কালোক্কা মঙ' চাউবা ৱাংবা চপমান্নবা কোল্লগা নাক য়েং অনৌদগী মধুমালতি পাম্বীনা পুংম্লোম য়োম্না য়েংলি। ম লোক অসি ইংখোলগী চাংখৈ চিংথক্তা লৈবা পুখ্রীগী লম্বী মচীন্দনি। লম্বীসি সনা লমৈজ মরীরোম খা ৱাং চেনবনি। নাক য়েংকী লম্না হুবোম থুবোম্মুক ৱাংনা চল্লি। অতোংবা মচীল পরেংনীদা থোঙ্গালগীদোনা লৈ থাই। লৈগী জাত্তা চিঙ' খেন্নবা হায়নবু মল্লিকা, মালতী, কুন্দাৈর অঙাংবা অঙৌবনা খিও' নম্না চংলি—অংবনি। গোলাপ, কবোকলৈ মপাল অমনীদি অদুম মথেংলি। গোলাপ্তা কৃষ্ণমূর্তিসি ইথোন য়াম্না পাম্মি, লুনা তৌই, ৱাচেং ফজ ফজনা কোয়না কোয়না থাহুনা য়োকই, থম্মি।

লম্বীসিগী নোংপোক, শঙ্গোয়গী অৱাং, পুখ্রীগীনা মখা, নোংপোক্তা ইংখোলগী পল্লিনা হৈবা লম মতেক অসি থোঙ্গালগী লৈ লৈগী কনবা মতেক অহুত্তৱনি। হুবোম অহুম্লোম ৱাংবা ইংখোলগী নোংপোক পল্লিগী মখোঙ পরেংদা লৈ মখল মখল থাই। পুখ্রীরোম থংবা পরেংদা উ পঙ-চাউদি চাউদবা পাবা অমা হোই। থোঙইন পরেং চানা থাবদোনা তৌই। হৈতেং, ভাইবেল, তুমিংলাগুখা ভাকি। শঙ্গোয়রোম থংব পরেংদনা হৈনী' পাম্বী অচৌবা অমগা হৈখা পাম্বী অচৌবা অমগা হোই। উপাল, হৈপাল পরেংনা কোল্লিবা লমখৈসিগী মনুংসিদি লৈকোল্লি। মল্লিকা, মালতী, গোলাপ, কবোকলৈনচিংবা লৈ মখল মখল মখোঙ ৱুনাম নাপীনা কোয়শিন কোয়শিল মায়গৈ মরি থুংনা থুংনা থাই। হৈপাল উপাল কারকশিংদা মেলৈ, লৈস্না, য়েরুমলৈ, কাকলৈনচিংবা উরৈ মখল মখল থাই। নীংথিনা ফজনা সেম্নবা হৈ লৈগী কোল অসিগী ময়োন্দা গোবর্দ্ধন অমা লৈ। গোবর্দ্ধন অসি থুবোম মরিরোম ৱাংই, তরেং নীপাল্লোম

শাংই। য়েংবদা তরাই তরাই হেক্ত খিনবা মান্দে। শ্রীকুণ্ড, কৃষ্ণকুণ্ড অনী ফজনা সেম্লগা অনীগী সঙ্গমদগী লোইরোই লোইরোই হৌগৎলি। ময়াই অত্নরাইদা পোংভি, চাউই, রাংই। অসদগী অমুক লোইরোই ঙম্লপ হুইথরকই। চৌংগী চাংও' চৌংথেক গিরিরাজগা কাবক মাম্লনা সেম্মি। গিরিরাজ মুকুট, মুখারবিন্দ, রামকৃষ্ণ মন্দির ফনা মপা লাক্না সেম্মি। অকোয়বদা কুণ্ড মশাং সুনা মপা চানা চানা য়াত্তুনা সেম্মি। ভক্ত অমগী ভক্তিগী মিৎফমা নীংথিনা য়াত্তুনা সেম্বনা ওইবা তাই য়েংবদা নুংশি। ইধৌদদি মসি গিরিরাজগী চুম্নগী প্রতীক নত্তে, গিরিরাজমক্তি, মতেক অসি ব্রজভূম্মক্তি। মফম অসি শেংনবা শুমজিৎ অমা তৌঙাল থম্মি—ঝাড়ু কৌই। শেংবা খোংপগী থবকপু গিরিরাজগী ঝাড়ু সেবা চঙবা হায়। ঐখোয় কনাগুম্বা অমনা শোয়হুনা শুমজিৎ শিংপা হায়রুরবদি ইধৌগী মবুক্তীং নুংশিরপ তৌবগুম হেক হেক উই। মশানা তপচবা, চৈগন থাংগন্দবা মীওই অমা ওইবনা চৈ থাংদেদি হায়ববু ঐখোয়গী পুক্নীংদা থীনা য়োনখিবগুম্বা অমা হেক হেক ফাওই, অহুনা ঐখোয় ইশা ইশানা য়াম্না চেকশিন্নে। নুমিৎ খুদিংগী মন্ত্র সোনবা লোইহনা বৃন্দাদেবীদা নির্ম্মাল্য, শঙ্খজল কৎলবা তুং গিরিরাজ পরিক্রমা তৌবা, অষ্টাঙ্গ প্রণাম কৎপা কায়দে থক। মেরাগী গোবর্দ্ধন পূজা নুমিত্তা গিরিরাজসিগী পূজা যণ পূজাগা কোন্ননা কৎপসি ইমুংগী কাবক চাউবা, নত্তে, ফনা নীংথিনা চাউবা ধর্ম্মগী থৌরম অমনি।

মতাংসিদা রাফম অমবু নীংসিংলকই। খুৎনাং চাহুনা মোৎশিল্লরুবা, ইবদা ময়েক তাদ্রবা শ্লেট ঐখোয় অঙাংশিংনা য়ুমদদি মৈতানগা ঈশিংগনা ফেংনরবসু স্কুলদদি মোদোনলৈ মনানা হেক হেক ফেংনৈ। অহু তম.. তুনা নোংমা গোবর্দ্ধনসিগী চঙভমদা খাত্রাং থাবা মোদোনলৈ পাম্বী অমদগী মনা অমা, খঙদে কদাইদগীনো থক তৌদবনি ঐ, থংকে তৌরুরে। ইধৌনা লাপ্পা উবদগী "ইবুঙো ইবুঙো তৌহৈদে তৌহৈদে" লাউরকখি। "বৃন্দাবন্নি, অরেম্বদা উনা অমফাও থৎহৈদে" তাখি মতোল "থক তৌগনুকো, ইশৃদি ময়ম ওকপনি"। অসুক কম্না লুনা পুই মফমসি ইধৌনা।

শুম্মাঙ পাকই, চাউই। পালা নীফু কোয়রগা ফক্লোল অনী অহুম

থাবা কোম্না চয় থম্মি। য়ুম উগীনি, তুংম্বী থানা কুপ্পি, চাউই—কং মঙানি। নাক য়েত্তা শঙতপ অমমম ভাই। খাগীনা মী পোং লংফে ঈফৈ লাকপা লৈনবনি—অয়াম্বা মতমদা তথেম ময়াংদগী ঈশৈ তম্বা লাকপশিংনা লৈ। অবাংগীনা পোং চৈ থম্লে, মপূংমক্তি ফৌগুখোঙনি। অরাং শঙ্গোয় মচা অমগা লৈ। রা উ য়ান্নহনা সাবনি। লূনা নাম্না অহুম থম্মি। নোংমা ফাদোক ইশৈ নুংশৈ তিন্নবা, থাশি থানিল একাদশী মেরা নিয়মগী লাইরিক লাইগু ভোবা, উৎসব নুংসবকী বসোই হৌবগুম্বদদা শীজিন্নৈ। অসি নভবনা ইমুংনা করি করিগুম্বা মতমনা খাঙ, পানয়োং সাবা থোক্লবমা শীজিন্নৈ।

ফৌগুখোঙ ময়াদা অরাংদা তাইবেল অচৌবা অমা হৌই। মহুদা মোক্লামহে পাম্বা অচৌবা অমা লেংলি। মনাক্তা পানা মনা পাম্বী অমসু হৌই, নাকুপ্পিনি, হৈগ্রোং পাম্বীমদা য়েংলি। পরেং ওইনা হৈখা, মাহৈল, চোরফোন হৌই। অরাং শঙ্গোয়গী অরাং থংবা পরেংদনা চংবী লাম্নাই পবেং হৌই। ফৌগুখোঙ্গী মনাদা পামিন জামিন মপাল অহমথক হৌই—তেকথ তেকথ পাল্লি। হৈখোঙসিদগী মনাংগী চাকথুম শঙতপ য়োবক্কাও লফু হৈ হৌই।

খাগী ইখোশিং অমগী ইংখোল শরুক্কা তাইনবা পরেং অহুদি, থোঙ্গালগী হৈ লৈ কোন অগগী অবোইবদা ইমুং অনাগী চখোক চৎশিন মরম অমত্তং ফাংলগা এনশাং নাপী থানভম ওইনৈ। মতম অয়াম্বদা মতম মতমগী মনা মশীংনা ইশংদ শংহনা লৈ। খাগী শঙতপকী মনীং ওইরপ্না কৈ পিক্তকপা অমা লৈবফাও মনা মশীংনা অহুম কল্লি।

মখাগী য়ুম অনী লোন্নবা পরেংসিদি উ রা অমত্তা হৌদে। রাদা রাচেং লেংহনা খাবা শম্বল অমত্তং তরু তরু চেল্লিবহনা লোইরে। কৈগী মপা অহরাইদগীদি য়েংখো পরেং হৌই, শম্বল মশানা অহুম ওইরে। মনাংগী পরেংগা অরাংগী পরেংগা অনীদদি উ রা কৃক কৃক ঈন্ননা হৌই। রাকোল উকোলনা ইমং মংই। শম্বল্ রাপল পরেংনা অগম ওইজরে। শঙ্গোয়গী মমাঙ পরেংদনা পল্লি মখোঙ থুংনা বাসন্তীনা কুংনা শাংথ লেংথ মরী অমগা অমগা য়েংশিল, পঙয়েত্ত য়েংশিল, পল্লি মশা লোইনা কোল হৌই।

পুনশিগী

লৈপাক্ত্রা লাকপদা লৈনা পুময়োম পুময়োম য়োম্মি। লৈগী লৈ, লৈগী লৈ, লৈগী লৈ ঙাক্ত। য়েংবদা ঙক্লা নীংথিজৈ। নীংসিংলুবদা ঙসি নীংসিংলকই পোয়েট্ রার্ডস্‌রার্থকী "দি ডেফোদিলস্"—শক্লীংলকই থম্মে।ই:

বাসন্তীনা পরেং পরেং
তম্মি লৈশাং পল্লি পরেং।
তেল্লি থরান তগুপ তরেং
নিংথৌ তুরেল থুংনা পরেং।
উবি 'মুক্ত জগোইজবা
থেক্লা নৌনা চাম্মা চাম্মা।

উমং রামংনা ইকোয় কোয়বা, হৈনা লৈনা ইথন থনবা, হৈপাক্ত্রাদা হৈনা চরোং চরোং-চরোং, তুম্বক তুম্বক, তেকথ তেকথ পানবা, লৈপাক্ত্রাদা লৈনা পরেং পরেং, চবোং চরোং হাইথ হাইথ শাংপা, মতৈ মরোং এনগং নাপীনা তনৌ তনৌ ইশং ইশং, লেঙলেঙ লেঙলেঙ চংপা, লাকোয়া পুল্লপ পুল্লপ অনেম অৱাং পুন্না পুন্না তা অশংবা লারাক শাংথ লেংথ শল, হৈরাঙ লউ লউ য়ান্তবা, লিক্লাচুম্পি লৈতাচুম্পি হৈরাং পাম্বী মচু মচুগী চেক্লা অপিখক্লি কয়া কয়ানা তংপা লৈত চাক্তাবা, তলা খুদিংদা কায়দোংবা চেক্লাখোন্না নুংশিবা অনেম অৱাং খোঙ্গাং পু তংপা লৈত শৈরাংবা, কোজেং চারো খোইগী কাংলূপ পুম্বনা লেপ্পা লৈত নুংশিনা নিংনিংনরবা, তপোবনগুম ঈংনা মেঙনা তরু তচেল চিপক ঙাক্সবা ইংখোম্নি ঐখোয়গীদো। স্বর্গনি, স্বর্গনিদো—স্বর্গগী নন্দন-কাননি, নত্তে, লময়োন্দুমক্লি স্বর্গগী কশ্যপকীনা তপোবন—চীংদুম শীরু ইপোক্লা বিধাতাগী শাপ্পা মাঙখরবা ঙসিদি। অতুনি কদৌনি, কপ্পুই লাক্লরোই, রারুই ফংলরোই।

শক্লম্বোইদো সিনা ভগবান শঙ্করাচার্য্যনা মাগী "মোহমুদ্গর"

কনানা নঙ্গী তালোয়,
কনানা নঙ্গী নচা।
অমত্বনিসে সংসার।

## তরাম্লুবা মতাং

# ঐখোয়গী ইমুং

ইমুং খুদিংমক মদোম য়ুংই হায়, মশা অনরা অনীরা নল্লে খরবু চেল্লবসু লৌখিদ্রি হায় তৌবা ঙাক্কি। ঐখোয়গী ইমুংদি মদোম য়ুংত্রা য়ুংদে, মশা লৌখত্রা লৌহদে, মরোল নাইনা চৎলি। থম্বালগুম্বনি। মচা তারগনা—থমজেং, লৈরীক, লৈকা হায়বা মতাবা ; পূল্লগনা—থম্বাল কৌবা মতাবা ; অংনি—অহুমক্কি। অমম্বামদা, নুংমিংকা গ্রহশিংগা মশা মশাগী মখুত্তম অমমম নাইনববসু থানবা ইয়ামক য়াদবা, পূন্না নুমিৎকী মতিক মঙল, খর দি মঙালফাও, তাংদুনা ইমুং ওইহনা হিংমিন্নবা, পাম্মিন্নবা ডাবা—অহুম্বনি। অমুক্কা, কেন্দ্র অমত্তগী পবিধি মরোল ময়াম চৎপ-গুম্বনি—তংনা থানবা ইয়াদি য়াদবা। অহুনা ঐখোয়গী ইমুংদি খাইগীগা মান্নদে, তোপতোপ্পা মওং অমা চৎলি।

হান্না মচা অমুক্ত তাথোকখিসি। ময়ায়দা ঐখোয় লৈরে—থমজেংনি। হেক মমাঙদা ইধৌ সনখ্যাশিং অমা, হেক মনীংদনা পাবুং সনাখ্যাশিং অহুম লৈবে, খাদা ইধৌশিং অমসু লৈরি—লৈরীক্কি। ইধৌ সনাখ্যাগী মমাঙ ওইরপ্পা মাইবুঙোশিং পরেং অমা লৈরে, পরেংসিগী মনীং ওইরপ্পা ইমাইবেম্মশিং অমা লৈরে—লৈকানি। নিংথেমচা ময়ূম পরেং অনী, হাউবম পবেং অমা, লৌরেম্বম পরেং অমা—পবেংশিংসিগা ঐখোয়গা পূল্লগা ঐখোয় মাইবমগী ইমুংনি।

অসিদা অমগসু লৈরি। থানা মঙাম্না নুমিত্তগী তাংবা কোম্বনা পৃথিবীগা কোম্বগুম ঐখোয় ইমুংগীমক্তু ওইবা ইধৌ সনাখ্যাগীসু অহুম মওইবা ইমুং অমসু ঐখোয় ইমুংগী পরিকর অসিদা য়াওরি।

ইধৌ সনাখ্যাসি নরসিংহ মহারাজগী হেক মশূ ইবুঙোশিং অমনি—শূরেন্নি। নিংথৌ ফুঙ্গামক্তা সনা ঈচীন্দা পোকপা সনাখ্যাশিংসি মবোক

মবোক্তী য়ুম্নাক তাং নক্রে তাক্ত তাক্নবা লমখৈগী মমিং তাং মিংখৈনে। লোইশং অমা পাল, ফম অমা নাইবা থোক্লগনা ফম্না অতুম মিংখৈনে। ইধৌ সনাখ্যাসিদি ফম নাইরুদবনা মবোক্তী য়ুম্নাক্না মিংখৈনে। সোগাইজম্বা বলরাম জেনেবেলগী মচেম্না মচল্লা, তাংদাংবা হায়বা ডমদ্রে—কাউরে, অমনা পোকপদগী সোগাইজম সনাখা হায়না খঙৈ। নাম্বক্তি সনা-য়াইমনি।

মতম অসিগী নিংথৌ মচা মণ্ অয়্বা মবায়বক থীনা থীবা ডাক্তা ওইনা তৌই। মশাগী মগুণ হাক্না চত্তবসু য়াদব, অঙনা থবক্তসু অচোপ অরেম লেনা পায়দবসু য়াদবা, লৈবাক নিংথৌ পন্দসু হৃতিশনা চুম শো পায় অনৌবা খোঙচং অমা চংখিবনা মতৌশাগী মকম, মশিক্তা মগুণগী অতাবি অপাল অপিল লোয়্নশঙদনি হায়, নত্র অমদনি হায় পানা পাম্নবগী থুদোংসু ফংদবা—অদনা মীরেম ওইনা হিংবদা তাবগুথ অমা ওইনা তৌই। শাগী লালগী শিনফমদ, মায়পুরেকপা পারা মখোয়গী মচামশূশিংনা অমুক হেন্নহুম রাবগুম তৌই হায়। নুপীগী মপম্না মপুং ওইনা হিংবনা নম্নি—তিংই। তৌডম খুডনবগী অয়াম্বনা য়াইফখিবা পারোল পুরোলশিংনা অরাবা ডহাক ডহাক পোলাননবম্ব চৌবর, নুং শগোয়্নচিংবদা চঙ্খি। পুনশিগী জুয়াদা জুয়ারীম জুয়ারী ওইনা চিংবনা কোঙ্গায়নি। লোক্তবা নুপীনা হুং কনব, মগুণ লৈবা, অচৌবা মচা-মশূগাগুম্বা নত্ত্রবদি মখোয়গী তুরাল য়ামগল্লি। নুপী মপাম্না মপুং ওইনা হিংবা তাবগুম তৌরবা মখোয়গীদি মতুং মপা মপামক্তী কয়ব, খরদংদি মরৈরগা তুয়াম থিবা, ওক্তবশীদা চনবদি অতুম মতাই, মখোয় অয়াম্বদা মন্নুম মকৈ নাংথিনা পানব রানা থোকপদ নওনা মপুনশিসু কাং খোং চাইগল্লি। য়েংনুবদা ডসি পুনশি তুংহল উরকই নোংজা মখোয় সনা ঈচৌম্বা পোকপা নিংথৌ মচামশূশিংগী অরাবা মপুনশি থোডজং, নাংসিংলকই তেংথারোল অমা কবিমনা লকখিবা

চত্তে পুনশি কদোনুংদা কায়দনা লক্তম।

ইধৌ সনাখ্যাসি শা লালগী মহৈদ মতম্বৌবা, অতৈ অপাল অপিল মচামশূদোনা পুং ইবৈ, লাইরিক লাইওদি মনা অমত্ত হৈহৌদবা মীশক

অমা ওইবনা চংশিনবা মতমগী থেংচত্রা চৃশীনবা বানা থোকপা, নত্তে, শুরুউম উমদন শুকম্না ময়দবা মীওই অমা ওইনা অদুম মথোক্লবনি। অমুম্নু মরাইনক থীবা অমনা, ঐখোয়গী ঐজ্ঞা পোকপা ইখৌ য়াইস্কুল লাকপা নিংথাইনাং চাংবগী লান্দা নোংমৈনা পানবদগী ওয়থংবা থূং অসি থবক পঙশী শাক্তিম্নবসু য়াদে। অদুনা, থোগল তৌরিবা ঐজ্ঞাবোক্কী মথক্তা তিংবগীদমক্তি থীনা ননবা তানবনি. ননবনি।

ঐজ্ঞাবোক্কি ঐখোয়গী ইখৌগা তেক পোক্মিন্নবনি—মচল অহন্নি, তিংগোং নৈমা কৌই। ইখৌনা পীবা মথন্দগা মচল অনীদংগা য়ুংবনা মচল অনীবু মায়া লূনা তৌক্তে। ঐজ্ঞাবোক্কী লৈত-লাইর, অবা-নং অপুম্বা শরুক য়াই, অরাং অপা অপুম্বা উম্মখৈ মেল্লি। ইকুশিঙ্গ মরি, ইমাশিঙ্গ অনীনি ঐজ্ঞাবোক্কা পোকপা। মখোয় পূম্নমক ঐখোয়গী য়ুমদা অয়ুক নুমিদাং নৈতনা লৈবা ডাক্লি।

মরীসি অসিদ নত্রি, ঐখোয়গী ঐজ্ঞাগা ইখৌ সনাখ্যাগা অনীসি মপাদুং মপারুং পোক্মিন্নবা মচৌন মোপ্পানি। মচৌন মোপ্পা ওইবগী নুংশিনবগী মংক্কা ইখৌগী মথুং শোক্কুনা মপাক্কল ইফ ফনা শোনবদোনা থোকপংগী য়ায়া নুডাইতন লূনা তেই। মরক মরক্তা, "ঐখোয়গী তাইবুডোসে পাবুং সনাখ্যাগী লান্দা শোকখিবনা অসুক বারিবনিনে, য়েংবিনিদুনাই ঐদ মডাইরেনে" ত য়বা তায় হেক হেক মীগা বারী সাবদা।

মচল মচল লৌননসু লৌনবনি, ইখৌ অনীসি হান্নদগীসু য়াম্বা নুংশিন-বকপনি। অদুগা ওইনা লৌমিন্নবকপা, তিন্নবকপনি। চুম্না তিন্নবদ নত্তনা, ঐখোয়গী ইখৌনসু মধুচন্দ্র মহারাজগী মশূনা পোকপমা ওইবগা হিদাকফু ফিদা, চাবা থকপা অয়াম্বা অদুম হান্নদগী তিন্নহনা লাক্লবনি।

মরম পূম্নমক্তি লৈবনা মতম অদুগী নিংথৌ মচামশূশিংগী চাবা থকপদা য়াম্বা চেকশিনবা, অয়া-য়াদগী বাফমসি ঐখোয়গীদা পঙচঙ চঙদে—শংলৈ লৈতে। ইখৌ সনাখ্যাসি কোয়প অদুম মচংলি। অদুনা. য়ুমদা তোঙাম্বুবনি, ইমুংদি অমত্ত ওইনা অদুম মরৈবনি—অমত্তনি।

ঙসি শ্রীকুণ্ডদা লৈরিবা নাওল গোবিন্দ মন্দিরসি নরসিংহ মহারাজনা য়ুবরাজ ওইরিঙৈদা কংপনি। অদুনা য়ুবরাজ কুঞ্জ হায়নসু খঙনৈ। ঐনা

চংশৎলকপনা অহুম লৈরিদ্রে। অতোম্বগী মমিংনা সেতুসনা কৌই। নৈতে মচাদা ইঙান চানবা পেণ্ড রেভিনিউ অফিসার ওইহনা ফুংগাগী মায়রোং ওইরম্মি। অদুবু মপুনশি তেল্লকপনা মনুং মতম চাদনা থুপখি। ইকুশিঙ্গ অহম্না পোক্লম্বা মণিসনাগা তোম্বীসনাগা মচীন মনাও অনীম এস.টি. ও, এস ডি. সিগা ওইজনা মীরক মশক কাবক নাইনা চিঞ্জরম্বনি। অদুবু অরাবনি, ডন্না ডন্না লৈশিনবনা ইমুং মপু পান্দবা চায়বহ ওইতোরে। তৌঞ্জিঞ্জি খিওং মশক নাইরপ ফুংগাগী মায়রোং লেপ্লিবা চায়ববু ইকুশিঙ্গ অতোম্বনা পোক্লম্বা, জবাহরলাল নেহরু ইউনিভরসিটি সেন্টর অব পোষ্ট গ্রেজুয়েট ষ্টডিজগী মেথমেটিক্স ডিপার্টমেন্টগী হেড্ ওইনা সনা মহায়রে।

মনীংগী পাবুং সনখাশিং অহুম্না ঐখোয়গী ঐজ্ঞাগা হেক পোক্লিন্নবা ওধে সনাখ্যা অহলগা য়াইমগনা পোকপনি। ইখোশিং ডন্না ডন্না লৈখিদবদগী ইখোগা ঐজ্ঞাগনা কোনশিল্লুবনি, ইথোল লেপফন্দুনা থম্বনি। অমুক নুং দাংদগী চৌনা থবক পোরম পুম্নমক্পা য়েংবনি। পাবুংশিং অমনা ইনাশিঙ্গ অতোম্বা অমা লৌ চনবগী ক য়নহন ইনাশিঙ্গ অহন্দু ইচেম অমগা ইনাও অমগা—মচা অনী কোন্দুনা, মশা শিবফাওবমক্তি নত্তে, মপুনসিগী শারেনবা মতাং অমদি ঐখোয়দা অহুমবু লেনখিবনি। অহুনা অসিমসু য়ুমদ তোল্লবনি, ইমুংদি অমওওবনি—অমত্তনি। পাবুংশিং অসি পুং-ইশৈ পোইনা চোং, মনোহর শাইদনা মপুং ওইনা চংলি। পাবুং অহম্না অতোপচৌসনা কৌই, খোল য়ৈ, মনিং কাবক চংলি, পাবুং য়াইমনা কঞ্চনসনা কৌই, মনোহরশাই তোই ইশৈ শকপনি; পাবুতোম্দি পুংসু ইশৈসু অনীমক অহুম পুই. অহুবু মিংফম নাইবমক্তি থোক্কে। অহুবু, য়াইক্লুপ লাকপগী ফুংগগী চংনরকাপ, ইশৈ তৌবা হায়বহমদি অহুম মডাকপি। ইনাওশিংগী পবেংদদি লৈবাক নিংথৌ শন্দা মশক পঙ্-নাই নাইবা য়াওদ্রবসু ইচাশিং অমদি ডাক্তর বেদজিৎ হায়না মীরক থর অহুম তিনখচ্চরকই।

হাউবমগীনা মাইবুঙোশিং অহুম্মি। ঐখোয়গী ঐজ্ঞাগী মপাবুং মপাবুং পোক্লিন্নবা মচেমশিং অমনা পোকপনি। অসিমসু অসিনি, অমুক অমনা ঐখোয়গী ঐজ্ঞা পোকপা অবোইবেম্বগী মপু ডাক্তি। গরীবনিবাজ মহারাজ

সনাহাক্তক্তা চুম্বঙ ভাংবল লোই মাপল চাখিবা অকোং হাউবা সেনাপতিগী মচা নরসিংহ মহারাজ সমা চাক্তকী বিনোদ মন্ত্রীগী মশূনি। অবোইবেম্বনা মন্ত্রীগী হেক পোক্লিন্নবা মচন্নি, অদুনা, ঐজ্ঞাগদি মরী অনী অদুম তুনরবনি। ঐনা খঙলকপদা মাইবুঙোখোয়গী ইখোম্ ঐজ্ঞাম্ অনীমক লৈরমদ্রে। ইখোগা ঐজ্ঞাগনা চাউগোল অদুম কোল্লি ; মাইবুংঙো অচলগী লুচোংবম্ ঐখোয়না অদুম হোংঙি। য়াইমদি, ইখোগা ঐজ্ঞাগগী মচা পিবা লৈতবনা, মুখাগিগী দমক পূমলো লোই। অদুনা মপা তংখাই অমনা হাউবন্নি, অমুক তংখাই অমনা মাইবন্নি। ফুংগাসিগী হৌজিক অদুক লেপ্লিবা হায়ববু হেণ্ডিগ্রাফ্‌ট এণ্ড ডিজাইনগী ডিরেক্টর ওইরম্বা শ্যামসুন্দর মস্তায়রে।

লৌরেম্বমগীম্ অসিমঙায়—অমত্তনি। ইমাইবেম্বা অমা লৈরিবসি মাইবুঙোশিংগীনা মপাবুংশিং অমনা পোকপা, অদুনা মপাবুং মপাবু' পোক্লিন্নবা মচেম, ঐজ্ঞাগীনা মপাবুং মপাবু' পোক্লিন্নবা মচেমশিং অমনা পোকপা মচা, ঐজ্ঞাপোকপা অবোইবেম্বগীনা নক্রবা মঙনি—মশিং অমনি। অদুনা, ইখোগা ঐজ্ঞাগা অনানা লুনা নুংশিনা তৌজবা মচা নিঙোন্নিনি। য়ুমদ তোপ্পবনি, ইমুং অমত্তনি। লৈত-লাইরা, অরাং অপা পূম্নমক অদুম ময়েংলবনি। ইম্ফাল কলেজগী ইংলিস ডিপার্টমেন্টকা হেড কামাখ্যা কুমারনা ফুংগাসিগী মায়রেংনি।

য়ুমন্নাম অসিগী ময়েংল ওইরিবা ঐখোয়গী য়ুমগী মীকোক নীপালনি লেডদবা মঙানি, চৎনা থোক্না লৈবনা অহুম্নি। ইখোনে, ঐজ্ঞানে, ইমানে, ইমান্নায়মনে ঐনে—ঐখোয় মঙানা লেডদনা লৈবনি। মামোয়ায়মনে ঐজ্ঞাগী মপা ইবেন থোইদিংজাম্বীনে ইমানা মনাও সানা কোনবা ইন্দোমচা অমুবীনে—মখোয় অহুমসিনা চৎনা থোক্না লৈবনি। মখোয় অহুমসিদি অমুক্তগী নুমিৎ তাবফাও হেক হেক লৈ, নুমিদাং হেক হেক চৎলি। মাম্মোয়ায়মনা নুমিদাং চল্লিবনা ঐখোয়গী রিটায়ার্ড ডিরেক্টর শ্যামসুন্দর পোকপা মাম্মোতোন সিলেট্রী লাইরিক তম্বা চৎখিবনা য়ুমদা মাম্মোহনপা ইনেগদ ঙায়দুনা হনবনি। ইবেম্বা চৎলিবনা মচানিপা অমথক লৈ, ঐজ্ঞানা মোপ্‌াদ মোপ্‌া ওইনা লুনা তৌই। থেম্বি মহাক্তা নুমিদাং নুমিদাংদি মাগীদা লৈহনবিয়ু, অদুদগী ঐজ্ঞানা থাবনি। ইন্দোমচা

অমুবীসি থাংজম নিঙ্ঙোম্নি। ঐনা শঙলকপদা ইন্দোমচা পোকপা ইপুদি লৈরংম্রে, ইবেন্দ চায়রম্লে। ইন্দোমচা য়াওদ্রবদি তুম্বা ইহাঙ চাংঙি, নুঙাইতে চায়রুনা হল্লনবনি।

ইথোদগী হৌনা ঐখোয় ইমুংগী মীকোক ভরেংকী ভম্বাক্কা নমগা লোইনমক ঐগী তক্তি। অখঙ অউবা, নুংশিবা ইমুংগী অমখক্ত মুংবা অঙাং ওইরুবনা ঐখোয়গী অপূনবা ইমুংগী য়ুমথোঙ থুদিংমসু ইনীং ভম্মা পাল্লি। থক্তা কাকয়েল থাদা শবিদনি লৈরিব। কোয়, চংলি, শান্নে। খোঙবু লৈবাক ভাবা শাদে—অমনা হেক্ক কোল্লি, পোয়, পশ্মি, লেং-বাদা পুই; শাদে—চুম্মাং কাংঙি। মহুদা অথুকপা, অকিবমদি অহুম চেম্নি। অমনা কোল্লিই অমন হেক্ক মুল্লি, নুংশিহুনা য়াম্না লক্লে, নৈ, ওংলি। "চারগে, য়োংলগে" হেক্ত তৌই, মনিং মনা হেক্ত লাউথোকই, ফাক্লোকই। মরৈগা তমহুনা অকি অকিবা বিকার কয়া কম্না পুথোকই। ঐ য়াম্না কি, কপ্পি। কিদ কিরে খঙলবদা নোক্কুনা কোন্নুনা খেপ্পি। মাম্মোত্তোনগা পাবুংত্তোনগা অনীসিনা খিংসু হেল্লি। অনীসিগা থেংনদবা অসিনি ঐনা নৌংশিবা ঐগী নাংদম খোংঙমদা। অতৈদি থরা লংবা খোংপা, মায়দা বাইশিন্দুনা শায়বগুম্বা তৌরগা অহুম মতোকই। অনীগা থেংনরুবা খোঙহনবদি ঐহাক মায় মিং ইঙাঙ ভাংনা ইমুং হেক হেক চঙি। থঙি ময়াম লোইনবা লক্কবিবক্লে অমনা—নোকই। মাম্মোত্তোল্লা পাবুংতোল্লা অনা ওইরমগনি হায়বসু অহুম হেপ্লক মপঙনৈ। ঐজ্ঞানা ঐ ভানবা মথন্দ সোক্লবা মাহুনা তেক তেক হায় "থঙনিদো চসিদি, তোগেদো মখোয়, ইশু লক্কপনু লক্কগনু য়াদবা, বাংগোলবু ওইরিগদ্রা ইবোতোম্বীবু ওইরিগদ্রা—অহুদংদদি খঙদেদ।" অহুদগীদি ঐ অহুম ক্ষরে, চোংথোক্কুনা মীশক অহুম তাক্লে। "ইবেন্না হোরেল ফুদোরিনি" হায়হুনা হেক হেক থেমহুনা লোই।

পোয়েট কৌপরগী অালেকজাণ্ডর সেলকার্কনা পাল্লবসি ইথত্তনি মী কনামত্ত লৈতবা, মী অমত্তনা খোঙদাত্রিবা। অহবু মহাক্কী কনামত্তনা য়েংলয়রোইদোবা হক্কী নাপন্দা অবাবা, নুঙাইতবা অমগী মমিদি তাবা অহুম উই। মনীং তম্মা হাইনা হুম্না পাল্লবনি থঙনা থঙনা মশাদা অথুকপ

হংগোইবা অমদি ইচেন্দ চেৎলৈ। শা কৈনা মশক খঙবিদনুনে ভৌবিমনখিবদগী মশাদা অকিবা, তুজুংবা, হংগোইবা অমা পোকপনা লৈভাবা, লৈভানা পাঙবা ঙমদে—মুকঙম্মক ঙমদে। চুম্মি, ঙক্ষম থোক্কবননি। তাক্লৱিবা মফম, ওন-থোইনা লৈমিন্নক্ৱিবা পরেং, মখোয়না হুল্লিবা শাহুল থুক্লীং-ঙাইগী থুক্লীংঙাই কিনিঙাইগী কিনিঙাই ঙাক্লি। ঐগীদি কদায়! হায়বিব-শিংসি থোক্কে ঐঙোন্দা অমত্তমু। পানবনি ঐদি মীরক্লা, ঐবু নুংশিবা ময়ামগী মরক্লা। তমজবনি ইনীং নুংশিবা মখোয় ময়ায়া "তমজো" হায়বা মতা; লৈজরুবনি হক মখোয়দা নুংশিবা মখোয় ময়ায়া "লৈজো" হায়বা মতা। অহুবু পূক্লীংদি রাই ইচিন চিল্লি খক কোমদে। সেলকার্ককী মথম্মোইদা অথুকপা, অকিবা, তুজুংবা অমা থোঙম খুদিং ইফাওদ ফাওবা অহুনা মবুক্লীং মাগী খক লৈভাদবগুম ঐগী থম্মোইদসু অহুম ইচেন্দ চেৎলৈ, লৈভাবা, লৈভানা পাঙবা খক ঙমদে। মসি ময়াম পূয়মক্লা নুংশিবিনা, চানবিমনবদগীনি। পায়রিবা মফম মওংদি মখেয়রগা পূক্লীং লৈভাদবদি অঙ্কানি। সেলকার্ককী মতম ঐহাক্লা ইশাগী ইথম্মোই মপাউ পান্দুনা শক্লুবা থোক্লবা,

শক্লমগনি

পাল্লি ঐনা য়ুম য়ুম খুদিংমক
লৈত্তে কনা য়েংশিনবা হক।
ভৌই ঐবু লুনা লোইনমক
নীপা খঙদে নুপী খিবিস্নক।
নুংশিরু ঐবু ফায় হেক্তমক,
য়াদেদো কদৌ থাও কৌবা খক,
লাউই 'হুনা থরায়সে লক লক,
ঙমদে 'মুক্ত লৈভাজবা খক।

## তরামাথোইম্বা মতাং

# ইমুংগী লোঞ্চং

ঐখোয়গী ইমূং অসি য়াম্না ঈংনা পাল্লি। চফুগা ইরানগসু নোংমা ফাদোক মকেৎনৈ চায়নৈ। অদুবু, ঐখোয়গী ইমুংদা অমগা অমগা নোংমা ফাদোক কেৎনবা পোৎনবগী রাকম থোইনা নীংসিংবা ঙমদে। মসি ইথোগা ঐজ্ঞাগা অনীনা ফজনা চৎখিবনরা নত্রে ইমুংগী মীশীং য়ামদবা, কেৎননিঙাই মীশক য়াওদবনরা নহ্লিক্তরে নুঙাইতবা করিগুম্বা অমা লৈরফাওসু তুমিন তুমিন য়ৈশিন্নখিগুম্বা, লেমথোক্লখিগুম্বমা তৌবনরা—অমনদি ওইবা তাই নত্রগা অছুম্বক্লা পাঙ্লনা ঈংনা অদুম চৎলম্বসু য়াই। তৌবগীসু ইমুংগী মীথিংশিং অসি মশা মশাগী মশক অমসুং মপো মুম্না মুম্না খঙনা কায়দনা অদুম চৎনবগুম উই, অমগা অমগা য়াম্না নুংশিননা লৈনবগুম তৌই। ঐহাক ইশানা অঙাংমক ওইরিবৈ অসুম্না অদুম খঙবগুম তৌই।

ইথোনা ঐজ্ঞাদা ইবেম্মা হায়বদগী নোংমত্ত কায়দে। করিগুম্বা অমা হায়না মতমদা পুক্নীংদা নুঙাইতবা অমা লৈবগুম তৌরফাওদা রাঙাও কায়দে, ফজনা পুক্নীংগী মপাউ অদুম পী। ঐজ্ঞা মশানসু কিনা য়েংনা অদুম চৎলি, ইমাখোয়দসু "নপাবুং মবুক্নীং নুংশিরপ তৌবনি, নীংখি নীংথিনা চৎলু ইচাশা ঙসিদি" অদুম বারক রাতেম্মি। ইমাপা ইমাইবেম-য়াইমগনসু ইথোনা নোংমত্ত মমিং ফান্দুনা কৌদে, য়াম্না নুংশিনা "ইমাহল, ইমায়াইমা" কৌই। মচানি হায়দুনা অকনবা বাহৈ খক শীজিন্নদে। "ইপাদি মদু পামদে" হায়রবদি লোইরবা বাফম্নি লৌনৈ—কিনৈ। মাম্মো-য়াইমদসু অদুমঙায়, মুখাম্নিগী থমজবা মচানি, নোংমত্ত মমিং লাক্লা কৌদে, য়াম্না নুংশিনা "ইপা" কৌই। করিগুম্বমা তৌহন্নিংলবদা "ইপা, ইপাদি অদু পাম্মিদ," তৌহন্নিংত্রগনা "ইপাদি অদু পামদেদো ইপা" লোইরে অসিনা মপাম্বচাগী হায়ববু। ঐজ্ঞাসু অদুমঙায়, মচানুপীনীপা

অহুমসিবু "চাউবা, চাউবীহল, চাউবীয়াইমা" কৌই। ঈংনা "ইমাদি অহ্ নানীংই, অহ্ নানীংদে" লোইরে ৱারকপা। ইধৌদনা "পাবুং" কৌই। ৱাঙাঙ ৱাফম থৃদিংদা "জগে বিগে" অমত্তু অমুক্ত কায়দে। মাম্মোনা ইমাখোয়দা ঐজ্ঞানা কৌবদৌনা অহুম কৌই। ৱা অমা হায়বা পাখোল অমা শীবা মতমদা নুংশিনা "চাউবীহল চাউবীয়াইমা তামোদা অহ্ থর তৌ" হায়। করিগুম্বা শিন্নবা থবক অমা শোয়হনা মবুক নুঙাই-তবগুম তৌরফাও, অকনবা ৱা শীজন্নদে 'ইচলশা, কাউরবোইরে নখোয়দে" লোইরে অহুম। ইমা থঙদে ইমায়ায়মা থঙদে, থবক অমা পায়হনা লৈরফাও "তামো কাউরে" ফুক তৌগক্তুনা মাম্মোগী থবক্তু পায় হেক্তু। ইধৌগা ঐজ্ঞাগা অনীমক্তা কিনা চংপগুম মাম্মোদসু চংলি অহুম ইমা অনীমক। মাম্মোগী মাঙদা নোক থেদে, ৱা অমা হায়বা তারবদা "তাম্মো. অংম্মত্তু তৌবিউ" হারবসি য়াম্মা কিনা তপ্প হায়। ইমাগা ইমায়ায়মগসু থক্সি খাসি ফজনা নাইনা অহুম চংমৈ। নুংশিনা "ইচেম্মা, য়াইমা" হায়না তিন্নৈ। ইমায়ায়মনা ইমাবু কিনা চংলি। ইমানসু করিগুম্বমা হায়বদা নুংশিনা "য়াইমা, ইচেমদা মহুমত্তু তৌবিয়ুবা" হায়বগুম্বা ৱাঙাঙদনা মপুং ওইনা ঙাংজি। ময়াংসিদা খোল থরা কল্লিবা, জগে বিগে য়াওদবা, জবেঙ জবেঙ ৱায়াম শৃরিবসি ইবেল থোইদিংজাম্বীদনি। মানা কিনা লুনা চংলিবসি ইধৌদদনি, অইতদি মনিত্তা থাকপদা থুম্লিপোং নত্তে। ঐজ্ঞাদগী তৌনা মাম্মোয়াইমা, ইমা, ইনায়ায়মা ইন্দোমচা মুবী ফাওবসিদদি ঙাঙনাংবদ ঙাঙবা, ৱাবকপদ থংব ঙাক্লি, খোঙথাং য়েংহনা ঙাঙবনি। ঐদদি মাবু ঙাম্ম, ঐনা তৌরিমখৈ য়াই। অহ্দা অমদি লৈ, ঐসে লমহেনবা নিঙাই চাউবা অঙাংসু নত্তে অহাওবা অঙাংসু নত্তে, হায়বা খোৎপা ইয়া য়াবা অঙাং ওইনা তৌবনি। ইন্দোমচা মুবীসিদি ঙাওরপ হৌবনি, অহুবু ময়াম কিবনরা ইমুংদদি মঙ্গংই, ইমাদদনি মানা নাউথি থর সাবা।

ঐনা থঙলকপদা ইবেন থোইদিংজাম্বীসি পোক্লা পুমক্তৌ ঙৌরম্লে। মথাং শোল্লপ তৌরে, চৈত্ত অমা পায়রগা মঙোন্দা নুঙাইগুম উরে। অহুবু, মচু মমেন শিদে, ময়া ভেঙ্গে, মনা পঙদে, মমিং থৌরি, অহলগী কাউজল

থীবা চঙদ্রি, বা ঙাঙবা কল্লি। ঐখোয়গীদা ঐজ্ঞাগা কোম্নদুনা অদুম লৈবদগী মচানিপানা ঐজ্ঞাদা কন্না চান্নমন্থুনা নুমিদাং নুমিদাংদং অদুক লৈরুবননি। ময়ুম পঙপাপ লাপ্তে, ঐখোয়গী মনীং লৈরক্তা য়ুম্নোল অমনীদং চংলগা অদুম মরি। নুমিৎ থুদিং নুমিৎ থোক্লীং থোক্না তৌরকপদা হেক্ক য়োরকই। য়োবকপগা ইমাহোয়দা "নমা হৌদ্রিনরা" হেক্ক হংজি। পাউথুম ঙাইদে, অদুক মচংবনি, থঁড়ি মশানা লোইনা ঐজ্ঞাগী লেঙথংপা মতম নত্তে হায়বা, চঁডি ফম্মেল ফম্নাডদা য়াতে থেডনগী শাউদুনা, শাউই থডসনু মতা ফজুনা থীনা চৈবা হেই "সনা ইবেম্মদি লেডখংপিদ্রিবোইয়ে"। "ইমা লাক্লররা, হৌগংলগে তৌপংলগে" খুম্মি ঐজ্ঞানা। "ইমা লাক্লবরবু চাযজবা সারিয়ে মমাম্ন ইকাইগেদি তাম্নদ্রদনা" চৈনা চৈনা ঐজ্ঞাগী থুদা হৃম্নাদগী মচাক্কী তিদাকফু ডান্তক লোই, ফুংগাদা চডদুনা হিদাক তাল্লগা থকই। থক্কা থক্কা অমম চৈ, লেপ্রে। মচাক্কী থক্লিবা হিদাক্তুবু ভাব তানা থক্লিগদবা থডদে। "ইমাইপেম্মা, সুক থেডনা তৌদুনা মী করম ডইনদৌবিবা, ঐখোয়নি থডজবাক্তনে, পামজদেদ করিনো" ঙাঁচি চৈ অমম পেলেং পেদ্রেং মুরুম মুরুম। ঐজ্ঞাসু পরপ পরপ অদুম লেডথংলে। চান কুম্নগা পরপ পরপ লোইশিন্নুনা ইমুংদা লেডশিল্লকই, ফুংগাদা মাম্নোক্ল। তেক উবদা ফুক তৌগংলগা, ঐজ্ঞাগী অয়ুক নুমিদাং ফানবা গোবর্ধনগী হৃদোং হিদাকফু মচা অমা লৈ, অদু তাম্লো লৌরুরগা, মচাক্ক লৈচাক্লবা তিদাক অদু পান্দুনা, শাউবদি ফদ্রি "ফানবিরোসে ইবেম্মা শাউবংননা পী। লেপত্রি, লেপ্তে ঙাঙবা চৈবা। চৈনা চৈনা কোল লীক এনশাং নাপী ঙা চাক থিদুনা ঐগী চারা রাম্নবা চাক থোংবি। থোংনা থোংনা ঐজ্ঞাদা "হায়বা ইন্দদুনা চতী অঙাং পিশক নহাক্কা ম্নেত্তুম মনা উদ্রে, নম্না নারে ননাম্নু থিত্ত ঙায়রে মরাইনা পঙজরনি" চৈ লেপ্তুনা অদুম। ঐজ্ঞানা হৃদোং ফাম্না ফান্না "ঐনা না পঙ, মিৎ তাঙ—তৌরগা কদৌনি নং লৈদবো, নংনা অমুক নোনা হোৎনথংপা তারেদনা হা—" খুম্মি ঐজ্ঞানা নোক্মি নোক্মি। "ঐনবু লৈথবা ম্নারবদি ফৈনে, তৌবিগেনে, য়ারোইদৌরিবসিনিনে, লুরিবো" খুম্মি তনহল ইবেম্না মশা মউ হম্বুনা লৈনা লৈনা য়েং। "নং কদাইদই চংপা ম্নাগদগে ঐ লৈরিদবো,

নোংথক কারে নখোঙ থূনীং অকায়বহ্ লাক্লুনা চিংথনি, লৈনুং চঙলে নপোক নশম অহ্ হাযুন্ পায়হ্নুনা চিংখংনি, করম চত্তোরি নং চা'' ঐজ্ঞানা মমিংনে মনানে মঙক্লে, মথুংনে অভিনয় তৌহ্নুনা কুম্মৈ ত্তৌবি। অ'তনা "থীদ অঙাওবীসিদে'' হায়হ্নুনা হেক নোকই, চৈবা হেক লেপ্পি।

ইবেনগা ঐজ্ঞাগা অনীগী অয়ুক্কী কুম্মসিদি মথন্ন মথেল্লি। ঐজ্ঞাগী খুদাগী থুয়া নমঙা অসি ইবেনগী বিজার্ডনি, হিদাকফু ঙ'কম্মি। কনাগুম্বনা করিগুম্বমগী ঙগাক খৈদোক থাংদোক্লবস্ু থাংদোক্লুবা মীওননি হায় ঐজ্ঞা মশাননি চায় অমুক খুংফম সেমজিল্লিবনি। নোংমদি কাউনবগুম্বা অমা তৌরবরা খুংফম কায়হ্নুনা ইবেন্না মাবদা ফংদ্রে। ঐজ্ঞা দশা তারে, দশা হায়বহ্নবু লৈপাকপোকপগী অপাইবনি, শনিগীন ময়াই চল্লকপগী অশাউবনা মাঙোইনা য়েংবা শাথিবা মিৎয়েংনি। "নঙবু নীংথাদগী কোল্লকপবু শিবা তুশিংকত্রা হায়রগা, হিদাকফু ঙাম্বক্কী মফমফাও লৈতবা'' খুদা ময়াদ' ঙেক ফমথরে। প্রেম্মা থানা হারৌখিবরা খঙদে মমিত্তা মপি তাখি, মনমগী ফিগী ফিনা পায়গত্নুনা মপি তৈথোক তৈথোক্লা "ঐনা হিংলুহ্নুনা করি কান্নবিবা'' মথবায় হেক্ক শোক্লা হীকখি। ঐজ্ঞা মফম মবা' খঙদ্রে, লৈপাক্কা কদ্রে, ফন্ন চোংথত্নুনা অনীগুবা ফি পোহ্নুনা "চায় ইচাশা নবেনগী হিদাকফু চাম্বক্রি'' হায়না হায়না পরপ পরপ খিবে, ফংলে, "ইমা সে, নপুশিংনা লাল্লবনি, ঐসু ওক্লবা হায়বহ্নুনি, ঙরাং ইমাগী খিজিহল্লোদ্রে, ঙাওরবরা নংবু, নঙ্গী নপিহ্ কনাদা তাদৌরিবনো'' ঐজ্ঞাসু মখোল ওল্লে, মখুত্তা পী। তাঙ্গাসিদা ইমারা ইমায় ইমরা কাউরে তাংদাংবা হায়বা ঙমদ্রে চেন-শিল্লকখি "ইবেন শাওরনু, ঐখোয়না শোয়প্রবনি'' হায়না হায়না ঙাম্বক পোহ্নুনা হিদাক তঙ্লান চান্দুনা পানশিল "হয়েংমখৈ তৌররোই'' হায়হ্নুনা থেম্লখি—ঈংখি। অঙকপনি প্রেম! য়োয়বু য়োয়হৈ মচাশিংগা মখোয়গী মপীশিংগা—অনীগী প্রেম নীংসিংলুবদা থম্মোইনা হেক হেক হংবগুম তৌই "মবোক মবোক্কা মপী মপীগা--অনী অসিবু মখোয়দা কনানা হক্লিবা!

লক্নীংলকই মতাংসিদা প্রেমগী মগুণ মতেম্না—

প্রেম্না লিংবা জগৎনিদো পুবনিদো প্রেম্না,
পুনবনিদো প্রেম্না তেংবাল চিংবনিদো প্রেম্না।

ইবেম্মি চহি চাম্মগা অহুম পুনশি। মানা তুবসি শিরমদাই নুমিৎ খরদনি—খৃত্তা থেকপা য়াবনি। মতাক্না হেক তুবদা ঐখোয়গী ঐজ্ঞাসি ইচুাও চুাওই। ইবেল লৈতবদা ঐজ্ঞানা কপ্পও অচুংওবগা পাংথক্নি। ১৮ নিপা লৈনা লৈনা ঐখোয়না হোৎনহুনা চাপ্রাসী অমা ওইজবদগী মচৌক্লাংপ্লু খব খব অ্যম চাজ চাজনা, ইবেনগী শ্রাক্কগী মপৃংদি "ইমাগীনি" হায়না ঐজ্ঞানা পৃই। ফুল ইধোগা ঐজ্ঞাগনা বৃন্দাবন্দা পুহনা শিবখরদ চনখি। কয়াদ কনথবা প্রেমগী লীপুল!

ইবেম্না লৈরিই ময়াম, ইধোদনি য়াওদবা, চাকচা তোকপগী ছত্তাক চুহাক পোঞামিন্নবা মতমদা থাইনা হায়দুনা তৌরগা য়ুম্বাল খুনবাল লাইনীং লাইশোল, লোক্কং নুংজং, লৈবাক নিংথো, অকল অথো—থা না লোইব নত্তে, পৃম্নমক্কী মরীদা রারী রাতাই কয়া কয়া তোই, জ্ঞান কয়া কয়া তাকই, রারে ইবনা অয়াম্বা মতমদা

"চাইহদবা চাগনু নয়া পুনশিনি,
য়েংহৈদবা য়েংগনু নমিৎ উগনি,
তাইহদবা তাগনু ননা তাগনি,
য়াহিপ চাকচা ফজবা তম্মু মী ওইনি,
লাইগুরুগী য়াথংনি খংহু লাইরাংনি,
ইবেম্না তাক্লমগদবনি সিদনি—
থক কাউনু ইশৃশা খঙহো লেঙদবনি"

হায়দুনা হেক হেক লোইশিল্লি।

মশাদি মুকুন্দীনি, শিনফম্না মপৌনি। কয়াদ রাংথ্রবা ফংলিবা শিক্ষাদি। নত্তে শিক্ষাদ, কোম্নরিবনি দীক্ষামু-- চৎলিবনি, ওইরিবনি মশানা অহুম চপচানা। চহী চাম্মগা অহুম পুনশিবদা তেকখিদে ময়া, তাখিদে মমিৎ, পখিদে মনা। শিরমদাই, মখুৎনা মঙ হেক হেক লাম্না

ফংলফাও য়েক্তুম মনাদা মহুৎনা লং চেক চেক লেংহনা মহাক্কী মপোক্কী ধর্ম্মগী মচা, মশানা অপোকপা ইচানিংঙোন্নি খঙজখিবা ঐজ্ঞাগী অমুক নুমিদাংগী খাহুক্লেং নংখাং শেগায় অরাক পুথোক পুথোক্লুনা ফোংপা তাইবং হৌজিক ফাওবা শংশং শংশং উবি। নেম্ববা থাক ফাওবদা লৈরিবা নীংথিবা শিক্ষাদীক্ষা সিনা তাক্লী করি! ঙন্নী ইরৈবাক ইজাতিগী থায়নচেঙগী কৃষ্টিগী ৱাংথরবা থাক।

মকা লামচৈ থংগ্নাই খল্লুবদা ঐখোয়গী মখোয়গী মচামশূনি। অদু কদায় ঙসিদি! পে কপদি ব্রাহ্মণ শাগৈদা মপোক্লুবা, মপোক্কী ধর্মদি খংসু খঙদবা, চংসু চওবা খঙ্গ চংকেসু তম্লুবা লৈতবা পরেংনা "ঐচাংদি ব্রাহ্মণ্নি" খঞ্জবা ফঞ্জবগুম ঐখোয়সু অহুনি অদানি নঞ্জবা মঞ্জবদ মহুয়বে।

মরৈবাক মজাতি নুংশিজরবা কবি দ্বিজেন্দ্রলাল রায়না তেংথাখি-বগুম উরক শাহিবা য়াওল জাতিগী পুনশিথোঙুংনদা তেংথানীংনকই ঐ ইশামক্ন ঙসি

চংঙ্গেদা ধর্ম্ম
চংঙেদো সত্য
মাঙ্গেদো পুণ্য
লৈঙ্গেদো দান—
লুপঙ্গে ঙসিদি
মৈতৈগী থরায়।

ইনুংদা ইবেম্মা পুবা থবক অসি মশক থোইনা পানবা য়াদে, নোংমা নোংমগী থোক্রদ থোক্লুবা তারু তারুবা হায়বহনি। অহদা, কায়দবা পরেং অমদি লৈতবা নত্তে। অমুক ঙস্তা চেক ফাওরকপগা ঐজ্ঞা হাল্লা লিবা, য়াহৌ থেংবগী শাউবা চৈবা, চৈনা চৈনা হিদাকফু ঙাম্বক লোহুনা ফুংগাদা হিদাক হান্দুনা থক্কা থক্কাই মুরুম মুরুম ঙাংবা— অহুম চৈবা, ঐজ্ঞা উবদা হিদাক শাউনা লানবা—অহুম চৈবা, চৈনা চৈনা ঐগী চারা রান্নবা চাক থোংবিবা, মমা মচা মায়োক্কবা, ঐজ্ঞাগী

মতৌদা নোকপা—ঈংথবা, পৃমক্তে তেবা, ঐবু মিং মায় তাবিগ্গনা পোক্ত খুৎ হাক্সানবা—চাক পাঁজবা, নুংথিল চাকচা তোকপদা মশূমচা ময়ামগা ভুচাক ফম্মিন্নগনা নূছাইনবা, থায়নগী করিগী ৱারী ৱাতাই মতেগ্না করিমা তৌবা, লোকুৎ নুংজং তাকপা, ৱারক ৱাংতেম্বা—পবেং-সিমদি রুটিন ৱার্দনি, খক কায়দে। থবক পঞ্জাউদি মতেক মতা অৱাৎ অপা, অতে অরাক মেনবনা মপৃংনি হায়বা তাই। কাচিল চড়লুবা নুমিৎনা কাংচিল কোয়া তকা শেংবা, ফিরোল শেগায় তুগায় থেংনকুবা নুমিৎনা কেপ তাঙ্গ লোইন খুদোক্তনা ফোৎপা ষাবনা ফোৎপা, হুন্দোকপ স্নাবনা হুন্দোকপা, কৈ নুং চড়লুবে অমে মরম পূম্নক য়েংশিন্দুনা তোংনবা, ইংখোলদা তাকুরে, ইংখোল অংম মপুনা—লৈতে ভুমিন ভুচাক্ত অমা নত্রে অমা। চহী মতোংগা নোম্লিবা হুৎনোমগা উবদা ইমৌনা "ওক্রে মবেল, ৱারনি" হায় না খায়া নুমিৎফাও য়াওই। ইবেন্না মৌওইবগী পুনশি খোঙভমদা পুৱিবা ৱাথক্সি—

ভিংলিমখৈবা নোম্নমগনি

শিরগা অহম পোথাকনি

হায়বত্তম তৌনা অমে উই। ৱাখল অসি মপুনশিদা চপচানা পান্দুনা চংপবা খন্দবা ভুমদে। লেপ্তে ভুচাক্ত পোথাদে ঐজ্ঞানা "ইমা হিদাক লৈরে" কৌদ্রিমখৈ। মচাক্না মগুল্লা থেংনদে থোইনা করিগুম্বা অহোবমত্ত ইমুংদা হায়বা য়াই।

নীংসিংলুবদা ইবেনবু ভসি খল্লকই থম্মোইনা মদোম তুমিন "মশাগী আয়ামক্তা মশানা লূনা শেংনা পুনশি খোঙভম্নজমল তাকপিনা পুনশিগী মশক খঙবা নীংথিনা যজনা চক্তাখবা ভুম্বরা নত্রে ইজাতিগী কনাগুম্বা মশক নাইখিদবা টেনিসন অমনা মাগী মনাকোংদা

নোম্লো কৌই হিংবা

মংলে শিবা

কামখিবরা মন্ত্রসি, খঞ্জিবরা পুনশিগী মশক"। অসুক নীংথি, অসুক ফজ্জ ঐখোয়গী ইবেন্দুগী পুনশি খোঙভম।

ইবেনগীসু ইবেনগীনি ; অতৈগীসু রায়েল পথাপ অমগী মখাদা মাগী মাগী ইমুংগী থোগাই মশা মশাগী মশিগ খঙনা খঙনা তুনিন তুমিন অহুম তৌনবগুম উই।

ইমায়াইমনা নোঙানবগা চাকখুম নুংখুম, ইমুং মনুং, কোল লৌক হেক হেক তৌই। লোইবগা শিন থাই ফনেক পোল্লি। ফনেক লোনবদা হায়নৈ, খাংনা লুপা অনী অহুম লোনবদ ইমা মাইমনা মঙা লোই। থুং হাংদে—ফনেক লাকপা লেপ্তে অমুক্ত। মরক মরক্ত, ইমুংগী ওইনবা খাংঙদা ফি বোপ সাই।

ইমানা তুলসিবোং মাংগোল লোংই সূর্যগী ধূপ লৈ ঈশিং কংলি, ইথোগী সেবাগী দায় পুই। সেন দি খর কুবি, লৃ হেন্দসু য়াদে। ফক অরোনব অমা ফম্নেন্দা ইথোগী, ফক অরোনবা অমনা ফক্লাং শাক্মোঙদা ব্রাহ্মণ নিংথৌচাশিং অরাকপগী—য়াম্না তোয়নসু লাকই অহুম, ফক অমনা অমুক যম্মেন উথোকহেন্দা লাইরিক লাইশু তম্বা লাকপা ব্রাহ্মণ নিংথৌচাশিংগী, মাংগোল মাহুংশ ও ফক অমগসু অতৈ ছাত্রশিংগী অরাকপা মী পোংগী থাই। ব্রাহ্মণ নিংথৌমচা অচৌ অচৌবা হিদাকফু ফিদা তিম্নবশিংগী হিদাকফু থম্বাল সাবা লুপাগী তোংগৈ পানবা অমা পীথাই মখোহ্নদা লৃনা থম্মি। হিদাকফুদা পাম্নবা লাইরে অনী অমা অহুম অংসু সাংনা তাঙমদা হাপ্নুনা লৃনা থম্মি। ইথো মশাদগী শাক্তিম্নবনা খোদ হিদাকফু পোংরোবি অমা রবরগী তোংগৈ চিম্নাইবি অমগা খেউগী মমৈ মকোক লুপা য়োম্বি, অকেবি খুবোমমুক শাংবা অমগা অনীসি কোম্নবা থম্মি। ইথো মশাদ ঙাম্ন হায়, ছাত্রশিং করিশিং লাইরিক লাইশু তম্বি হায়, অদুদা রবরগী তোংগৈ শাজিমৈ। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব অপাল অপিল ফম্মিম্নবা মতমদা বেঙারগী থোঙদা থূত্তা থোংগনা ফানবা মতাংদনা খেউগী শাজিমৈ। হিদাকফু অনীমক অমুক অমুক নুংথিল অমুক—অনীরক মহী হোংই।

ইথোগী চীনগুপ্নবা থোরাংসু ইকুপ কুপ্নবা নত্তে। হিদাক মৈথুম কুপ্না মোম্না তকথায়রগা মৈত্তে থুম তোত্তুনা পোরোম অমগা লাকোম্ন অমদা থম্মি, ঈশিং শেঙ্গেং খুজাই অরুবা অমদা পিল্লি। পোরোম

চায়রিগসি তরাই তরাইবা পয়া মতেক অমা হেক নত্তে। লৈমনিংথোগী ফুজরু লোয়শঙনা সেম্বহুমক তাদ্রবসু মওং মত্তৌ কাবক অহুম মমাম্নবনিনা সেম্বদ খুং শরখিং অহুম মচঁত্তি। পৈয়া থারপ থম্বা, মচীল কাবক কাবক শুগাইবা, মতোল মচীল তুম্নপ হুইথবা, মতোন্দগী ময়ায়ফাও থায়দোকপা অসিনি সেংগদোরিবা। ফুজরুগী খুংসেমগা খেন্নরিবা চায়ববু মখোয়গী মতুম তাবা, মতোল অথায়বা নাম্ম কোনশিন্দুনা থম্বা মশা য়ায়া নাহল্লবা অসিদনি। মসি হৈনরকপসু হৈনরকপনি, অহুদা, ইধোগী য়া খিত্তং শোনবনা তৌদবা য়াদ্রবা অমনি। লান্দা ককচীংদা থা তক্রুক লোই লৈবদা থীনা হকচাং ঈখিবা, অমাইবশিংনা অকনবা হিদাকচাক্ত থাখিবা—অহুদগী য়াদা পানখিবনি হায়।

অয়ুক্তা ইধোগী কায়দবা থবক পরেং অমা চৎলি। চীনশুপ্লে, মনুং লেচুশিল্লে, অর্দ্ধস্নান তৌরে, বৃন্দারণ্যগী মৃত্তিকা নম্নে, গোবর্দ্ধনগী ঝাডু সেবা তৌরে, অহুদগী খুং শা শেংদোক্নুনা ফম্ভম ফক্তা খুদোং ফান্দুনা হুতাক লৈতাবা। মতুংগীদি লাই রক তম্বিরে তম্বীবা, অতৈ অমা তৌবা তারে তৌবা অসিনি। ইধোনা ঝাডু সেবা তৌবা লেইরুহুনা ফক্তা হেক লেঙশিনবদা তাম্বক তেংনৌস বিদা তারা হাপ্তুনা হুহাক মাংঙোইননা হান্দুনা থম্নবা মথন্দ মৈ চাক্রীং চাক্রীং তৌরবা হিদাক্ত লানশিন্দুনা তোংজে পান্দুনা খুত্তা হেক পীরম্নবা ইমাগী সেবাগী থোগাই লে ইরে, মশাগী মশিন পায়বা য়ারে—অহুম পায়রে। অহুনা অয়ুক্তী থবক থাবা মতম ফাওবা কায়দনা অহুম ফম্বা য়ারে—ফম্নে।

ইমায় ইমনা ফনেক লোনবদা ফাওবগুম ইমানা ফুরিং খুদাং লাউবি খুংনা ফিরিল লোবি তুবদা ফাওই। খায়না ফুরিংমদা শিকিহুম, শিকিহুম আনা লোবদা ইমানা শিকিমঙা লুপাম্মথাইগা লোই। অহুবু খুং পঙহাঙ হাঙদে—লাকই, তংপা লৈতে, ফুরিং অহুম। লাক্লিবসি ফজৈ চায়হুনা তাম্নরকপগী ঙাক্লু নত্রি, মরম অমসু লৈরি।

ঐখোয়গী হাওবমগী মাম্মোহক্সি ইশৈসু তৌই, মনোহরশাইগা য়ায়া হৈ, অহুবু ফুরিং তুবনা মহাক্কী শিনফম মপুং ওই। চুম্না হৈ চায়বদ নত্তে, মমিং য়ায়া চৎলি। নিংথৌ পনগী পুম্নমক অপাল অপিলশিংগী লোইনমক,

অকে অমোশিংগী খোগোৎপা মাম্মোহনগীদা লাকপা ঙাক্লি। ইমাসি মাম্মোহম্মা অঙাং ওইনা তম্বিখিবদগী ফিরিল লৌবিদা হুৎলোইখিদুনা অতুম অতুম শুখিবদগী মতুং অমা তাখিদুনা মমিং চংখিবনি। অদুনা পঙচত্ত মাম্মোগীদমু কান্নবা ইমাগীদমু রাক্তবা অমা থোকখিবনি।

হরাউ কুম্মৈ লুহোং খোঙদোং খর তাম্বা মতম ফুরিং লাকপা খর পাবা মতমদদি পাংম্মোংসু অতুম মপানখৎপি, মসাই।

ঐজ্ঞাদি তরেং নাইবা য়াম্না তৈ, লংহৌ তাল্লি। অমুক নুংথিন্দা মচাক লাংঙি—তাল্লি। নুমিদাং তরেং নাই, নত্রে, লং লংঙি। লশিং ফৌবা, মনবা, তকপা, কাম্পা, তাবা পুম্নমক্তা নোংমগী শকক অয়াম্বা অতুম কোইম্নে। ইবেন্দু অয়াম্বদা অমে চৈম্নে। মরক মরক্তা ঐজ্ঞাগী ওইনমু থাং পাংম্মোংসু অতুম মপাল্লি। অবু, সারদি অমাখা ইমাখোম্মনা অচঙ অচঙ সাবা ঙাক্লি। ঐজ্ঞাগী কায়লব, কায়বা য়াদবা ইমুংগী খোগাইমক্তি চান-থকুবা য়োংবা শীনবনা।

মাম্মোয়াইমগী থবক অমা মশক থোইনা নইদে—য়াম্নি। নীপাগী থবক পুম্নমক মাম্মোগীনি। ওয়াঙ খেল্লোং, চৈকোল লৈকোল, ইংখোল শম্বল, শীং য়েন পুম্নমক য়োংশিনবা, ইখোনা শানকপদা ঙচাক লাইবিক লাইওসু মতম্বা—ঙচাক্ত শদে মাম্মোসু ইশা তৌই, মনোংরশাই য়াওই। পালা য়াওবা নুমিত্তা খরদা কোম্বাদোনা থোকপা মঙায়।

থায়দগী কোম্না চিনবনা ইন্দোমচা মুবানি। অমুক ইমায়াইমগী থবক পাংই, অদগী ইমাগা য়াওই। মী লাকপগী সেবা তৌই। ইমুংগী মীকোক থুদিং পাখোল তৌই। ফি সারে লংচাক চাকই। লশিং শুরে মরম পুম্নমক্তা চৈম্নে। পোং অরাংপা লৈবা চংনি ঙচাক্ত হাঙদে। খিত্তং কোম্নপ তৌবা তাঙ্গাদনা ঐগা-ঙগী মতম মতমগী শান্নপোং মানা ঙমজবা হৈজবমখৈ লাহবা শীনবা—অসিনি মাগী লোইবা লৈতবা নোংমগী থোগাই।

অসুম থবক তৌনা তৌনা, চাকী মতম ওইরকপগুম হেক তৌবদা ঐজ্ঞানা ইবেন্দা "ইমা নং করি চানীংই" হেক হেক হংই। চুম্না অদুক হংবা নত্রে, ইবেম্না চানীংই হায়বহ মহাক্নীদ ওইরবসু থোংগদৌরিবনি।

অদুম হংন-হায়নরক্রবদি ইমার ইমায়াইমরা, চাক্কী লেং থোকপা অমা হায়নবা ভাইদে, অদুম হৌগংখরে ঈরু মায়থনবা থোরাং অদুম তৌখরে।

কৈথেনগী দায়মা, ইবেম্মা পুবা ভুমদ্রবনিনা, ঐজ্ঞাগীনি। চাক ঈশিং হৌরম্নবা মরম পুম্নমক ইবেন্দা সিগা সিগা হাম্নবদু লোইনা শিম্নরম্নগা ইন্দোমচা মুবী পুদুনা ঐজ্ঞানা কৈথেল হেক হেক লেঁপ্তি।

থবক পুম্নমক মশা মশানা অদম খঙনা খঙনা, করিমত্ত লৌতানবা লৈতনা, পুনখিবনা ইমুংগী করিমত্ত তোদে, ইমুং মহী লাভদে, ঈংনা ভপ্পা লৈতানা লেপ্লে পুম্নমক অদুম নোংমা নোংমগী পুনশি। নীংসিংলকই মত্তাং অসিদা রেভরেণ্ড টোড্কী রাফয়

পথাপ চংপা জগৎকী ধর্ম্মনি

থারে লোইনা ময়ামগী দায়, রংশি থাবা ইশাগীদি। চাউখ্রবনি ঐগী দায়, য়ামখ্রবনি ঐগী থবক—রাবন ভপ হেক ভারিবনি। অমুক চবা হেক ধানবগী মাপ্মোগী নংগন্দা কোনবা, কোম্না কোম্না গুম্মাঙ থেল্লোং চৈকোল লৈকোল শেংবা য়াওবা চিখ নাম্বুহৌবা উনা শীংনা ফত্ত হৌদি "অদু লৈহৌরে অদা লৈতৌরে" হেক হেক ভাকপা—ফনা লুবা ফনা কুপ্পা থবক্তি ঐনা নংগন্দা ভৌরিবা থবক্মি, কদায়দা অদু কদায়দা অদা অমত্ত চিখদনা য়েংদুনা ভাক্লিবনি। মাপ্মোগী থবক পরেংমা লোইরে, কুম্মে ঐসু নমদগী, চঙলে তুমিন ইধৌগী তম্বাক্তা লাইরিক তম্বিরিভৈদা, ময়েক অমনী ফারে, লোম্না হায়দুনা য়েংই, খঙলে চীন্দা পক্লে। হৌগৎ-লক্লে চংলে "রামঃ রামৌ রামাঃ"। ইবেম্মা লশিং মল্লিভৈ তুশিল্লুরে লশিংদা। হৌগৎলে অমুক, চঙলে ঐজ্ঞানা লং লংলিভৈ সেগাদা, মহী ম্লাওদবা খোমদু লৌবুম থন্না উমদুনা কন্না কন্না চিংলে। থোক্লে মহী, কংলে লৌ—চংলে ইমাগী মনাক্তা। ফুরিং কন্না তুরি, সেগাদা লিংশিল্লি—খঁভি ইমানা খোম থক্কদৌরে। "অমুক্ত চুপ মতৌ, অদুগা শাম্নরু, ইমা ফুরিং লোইথোক্কে মাপ্মোহন্না "পীরো" হায়রবনি"। চুপ্লে, চংলে। ইমায়াইমা ফমেক কন্না লোল্লি। কোল্লে মনমগন্দা। 'লেঙ্গনুহায় য়েত্তুম শোয়জনি হায়, ঐদি ইমোননি হেক্ত হায়নি মপু লাকপদা" লোম্না লোম্না অদুম ভাঁপ্তি। মীকোক সুরে, ইন্দোমচাদ ভায়রে, য়েংবদা উরে, লাইগী লৈ

হেক্লি। চৎলে মনাক্তা, লৈ হেকপা য়াওরে। "ইন্দোমচা নং শঙ্গ সাবিগেরা নত্রে মতম মতমদুগী ঐনা থোকপমা হংদুনা মরা লৌরে—লোইরে। চৎলে মনীংদরা মমাঙদরা, খঙদে থোঙনা পূবা হায়গদরা পুক্লীংনা চেনবা হায়গদরা, চৎলি অহুম পঙচৎ হৈ খর ঘেং লৈ খর য়েং উচেক খর য়েং—কৃষ্ণৈগী কৃষ্ণৈ ঙাক্লি ঐঙোন্দা। অমনা "অা চারগে" হায়রে, ঙম্নগা মিহুল তোদমখৈ চেল্লক্লে, লোৎলরে ইমুংদা। ফাগ্রগনা মখোয়না লক্ক-নিঙাই সোইনা লক্লরে। ঐনা য়ায়া কিনা উবদা থেমহনা থারক্লে। ঐনা মিৎ মায় পূমঙাঙ ঙাঙহনা লাক্লে—ময়াম্না নোকফেৎ নোকফেৎ তৌনরে। ঐ শাউরে, অফংবা ফম্মু'মদা কাহনা তিপ্লে। 'ইশ্বুর লক্লবা কনানো তৌগেদো" লাউরকই ঐঙ্গানা ঐ তানবা। পুক্লীং লুপ্পে, হরাউরে ঐ, ঙাক্লে ঐঙ্গাদা মীশক, অহনি অদানি। "ঐনা চত্থে কনু হায়দরা, শাম্লো সিদা সুম" হায়না হায়না "মুনী নচাগী কবোক্লো পুবিরকউ খর" ইন্দো-মচাদা থোদারে। কবোক পুরকলে—চারে। ইন্দোমচাগনি হায় ঐনা থোকপনি হায় অহুম ঙহাক শান্নবে। অগী মতুংনা নোংমগী থোক্ল থোক্লবা অহুম লাক্লে। অচৎপা অমগা মতুং ইন্দুনা কোয় হায়, করিনে করিনো অমা অহুম তৌরে। অসিনা অয়ুক্কী পারেংনি, নুংথিলগী সু পরেংমা অহুম লৈ।

মখাগী ইধোনা পোকপা ইন্দোল অমা লৈ। অহল ওইনা পোকপনি। ঐঙোন্দগী চহী অহুমলোমদ হনবনি। ঐবু য়ায়া লুনা তৌই—হেক হেক পোয়। ঐনা তৌরিমখৈ য়াই। মানা ঐঙোন্দা লাইফদিবি শান্নবা তম্বি, কাং থরো শান্নবা তম্বি। মমান্নবশিং লাক্লগা থবী ফুকপি মায়রেল ফুকপি শান্নবা য়াওংল্লি। সেবোতি কাওনরে কাও বা তম্বি--য়াওহল্লি। হরে-তুপ শান্নরে হরেতুপ সাহল্লি। ক্কাক ক্কাক শান্নরে ইচ খোমদোল্ল সাহল্লি। রাস শান্নরে কৃষ্ণ সাহল্লি। লুহোংবি সান্নরে, বর সাহল্লি। উরাউবি অহাবি, রাহায়বি, শীংখুনবি, অবা শগোল তোংবি, চৈতেক লোৎপি অমাং-গোরোয়, পৃম্মাং, অশোক শেং—লোইনমক মহাক্লা তম্বি য়াওহল্লি। হৈবা থঙদে, হৈতবা থঙদে, ঐবু ইচিংদ চিংই। ঐসু নুঙাইবোই করিবোই ফম্মু ফম্মি, চৎলু চৎলি, চোংঙু চোংঙি, চেল্লু চেল্লি—তপ তাই।

য়ুমদা লাক্লে শংদে। য়েংথোগী শগোল থোই, কাঙৈজ কাঙক্রম পুথোক্লুনা শাগ্নে, নুংশিং মপী পাই, য়েংথো মতোন্দা পুনবা তেলংগা পাই, খুং মচা উংহনা শাগ্নে—উংদ্রগা অক্ষংবা মীদা তাইনৈ। নুপী খঙদে নঁপা খঙদে, থেংনবমনা উঙবী—ঐনা অউঙবা খুংদা "উঁঙে উঁঙে" খুবাক খুতনা চোংখ্রি। তেল মচাগা শাঁঙুৎ তেনগা পুথোক্লুনা কাপ্তুনা শাগ্নে—থম্মি। চৈপেৎ শীংনাংগী অমুক ঈল্লি। শাইরোং মচা পুথোকই, লৈবাক্কী মরূ মচা অতাংবা হাপ্তুনা কাপ্তুনা শাগ্নে—খুবীদা পাল্লি নাড্রনা ফ্রং ফ্রং চোং-হনা কপ্পি। ময়াম "কৈনো কৈনো" চেক্লোক্লরকই, খঙনৈ, নোক্লে। মাঙ থারকপমনা কোল্লি, ফায় "মন্ত্র সোনগেসে, মরাইনা ফজনি"—সোল্লি খুবী ফাহনা কাম্মি ফূ ফূ। নুংথিলগী পরেংসিগা লোইরগা নোংমগী ঐগী ইথো লোইরে তায়বা য়াদ্রি। নুমিদাংগীসু মরৈ। নোংমা ফাদোক্লি য়াম্না চিনবসু লৈ।

করি করিগুম্বা নোংগী য়ানি। লাই থাউমৈ থানবা মতমদা মথাগী ইন্দোমচানা লোইরে—চৎলি। অবোক্লা য়ারী লী। পেবেৎকীনি তায় হনুবা হনুবীনা পান থাবগীনি হায়, অমা অতুম ইত্তত্তনা লী। থোইনা তোংবা লৈত্তে অতুবু ঐহোন্দা ইনৌদা লৌনা থোকই, ইনুংদ নুঙাই। অবোক্লা মশিংনে মনাকে মখোলগা ওন অভিনয় তৌবহনি নুঙাইরিবসে। তৌদোং লম্বোইবগী মখুংথংদগী পেবেৎ সনাতোম্বীনা পাইবা মতাং, হনুবা হনুবীনা য়োংয়াম হৌরকপদা খরুংদা লোংপা মতাং অনীসিনি ঐগী থরায় তাবি হায়বসি। অবোক্লী অভিনয়দা ঐনা পুম্নমক্লগী পুক্লোন তেন্না খোয়দারিবা নুঙাইরিবসি মতাং অনীসিগীহনি। অভিনয়গা কোপ্পনা য়ুম্না ফায়। য়ুমদা তেক লাকপগা ঐনা অবোক্লী অভিনয়হ চপ চানা তৌহনা অমুক লী। ঐজ্ঞাদি "করম দোবা করম দোবা অমুক্লা তৌ অমুক্লা তৌ" হায়হনা ফর ফর হাইমখৈ নোকই। ইথোদি "ইতৈমসিনা অঙাংদা ওন্থোক ওন্থোকপা ঙাক্ত তম্বিহনা" হায়হনা নোকক্ষেত্ত তৌই। ইমাগা ইমায়াইম-গদি ইথো কিবদগী মচীল খুম খুমহনা খাঁঙি।

ময়ামসিনি ঐগী ইপৌ, ইমুংগী থোদাং, নোংমগী দায়। নীংসিংলুবদা ঙসি, খঙদে করিগীনো, শিম্বগে তৌরকই মিত্তা পি। খাঁঙি ঙহাক

তুমিন, উরকই অহৌবু নুংশিবা চেংলৌ ময়াম মতমগী তোরৈ তুংথুপ কয়াদা লাইঙ্গ কোংগোল তাকপগুম মথং মথং অমমম অমমম চিপক চিপক মুংখরবা। অরাবনি পুনশি—মীওইবগী পুনশি।

উখিদরে অমুক চন নুংশিবা চেংলৌশিংদো। চাখিদরে মখোয়গী নুংশিবা খোনফমশিংদো। নোংমা ফাদোক অচিকপা পুংভমদা অংক নীংসিংলুবদা মঙাহরে। তেংথাখি নোংমা নাংসিংলু চেংলৌশিং

নোংজা ইচিক হুন্তবক থানা নোংক্ষাইনরকপা
মাগেম য়াওল থৌগনবা কৌক্ষেং খোল্লম চাম্মনা
ইপোম্বরক ইখোল্লোয় খোল্লম্মদা তাজনা
ইচিক শাহবেল রাম্বরকপা তাঙাসিনা নুংশিবা
কাউকরন রাংনম মায়থোং মরুপ নুংশিবা
অকাউ ফিজং নাইতে কাউ য়েংলে মনা তুম্মিন্না
লুরুক লিংলু পিরাং চেল মতংনবা রাইতেনা
তৌম্ম মপাউ কয়াগী চাম্নপাইরনশিবা।
নীংসিংলকই চেংলৌশিং পুনশি তুংথুপ হুদিংদা
তাকখ্রবা কোংগোলগুম মথং মথং অমমম,
তুংথুপ হুদিং অসুম মা লিংকৌ পিনা মাংদা থা
থোংনৈ নুংশি থিনিক্লক কপমিন্নৈজে অমমম।
তাখি নুংশি খোজেন্না "তুম্ম'বনা মংলে মচ"
তাখি ফিজং অকাউবা— নম্মী মচদম নঙ্গী মচ!

মতামায়ানা স্মৃতিগী শক্তম লৌ মীবু অমুক কপফন, ভ্রান্তিগী শক্তম লৌ অমুক নোকচল জগৎমঙ্গসিনা শাগ্নরিবা কুইমসি উরকপদা ঋষিগী খোঁগল তৌগনা জগৎপোকপী ইমাগী মখোড খুয়া থম্বান্দা কৎনীংঙকই ভক্তি

যা দেবী সর্বভূতেষু স্মৃতিরূপেণ সংস্থিতা
নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমো নমঃ।
যা দেবী সর্বভূতেষু ভ্রান্তিরূপেণ সংস্থিতা
নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমো নমঃ।

## তরামিথোইস্থবা মতাং

# নুঙাইবা কুম্মৈ অমা

নোংমা অয়ুক্তনি। লাকই পাচা লোয়শঙ্গী মী অমা। "করিনো লাইগ" হায়ি ঐজ্ঞ না। শ্রীযুৎ সনা য়াথং—ঙসি নুংথিল লৈপোক কৈরুংবগী দোলাল মমাঙদা সনাইবেম্মশিং পূম্মমক সম্পোং সুনা লেঙথোক্তবা য়াদে, মৈগী গাড়ী অনী চন্দক তথেন্দগী লাক্লিবসি সনা মিংয়েং তাবিহৌদবা য়াদে, চক্ষংকে লাকচবনি, ঐজ্ঞা। ইনেমশি ইবেম্ম দি চক্ষংলম্লবরা! হান্না চক্ষংলম্লে ঐজ্ঞা। ফরে ফরেহৃদি। মতম অসি নরসিংহ মহারাজনা পোকপা সনাইবেম্মশিং অনী লৈরিঃ অমনা শ্রীকুণ্ডদা নাওল গোবিন্দগী সেবা পুজনা লৈ য়ুমশঙবী কৌই, অমনা, অসিদা লৈ, য়াইস্কুল লোক্লাউবুংদনি—থাবল সনা কৌই। মাইবমদা ওংবদগী মাইবম সনাখা হায়না খঙৌন। ঐজ্ঞানা চংলিবাস মাইবম সনাখাদ্রনি। লেঙবা থোংপা পূম্মক্তা ঐজ্ঞাগা থোইনা থানম। অহনি চংলিবসি।

তখেল নিংথৌ, মহারাজ রাধাকিশোর মাণিক্য বাহাদুর মহারাজ বীরবিক্রমকিশোর মাণিক্য বাহাদুরগী মথৌনি মপাবু মহারাজ বীরেন্দ্র-কিশোর মাণিক্য বাহাদুরবু পোকপনি। মৈদিঙু মহারাজ দেবেন্দ্রসিংহ ঢাকা তাবনা পোকপা মহারাণী রত্নমঞ্জরী লৌবনি। নরসিংহ মহারাজগা দেবেন্দ্র মহারাজগা অনীসি পোক্মিন্নবা মচীন্মনাওনি। অহনা মহারাজ চূড়াচান্দগীদি মরীনি, মবেনশিজ লৌবনি, মহারাজসিনা পোকপা মহারাজ বীরেন্দ্রকিশোর মণিপুরদা খোঙলেঙলকখি। করিগী চায়বত্থদি অঙাং য়াম্না ওইবা মতম্মিনা খঙদে। কার অঙৌবা অচৌবা অনী য়াওরকই—অনীসিনি মৈগী গাড়ী হায়রিবসি।

নুমিথ্মা হায়বা ঙমদ্রে। ইশামক্কী চহী মতাং খঙদ্রিবা মতম্মি। নুমিৎ অহু হিয়াং নুমিৎনি। নিংথৌ লেঙলকপগী তান্নবনি। লৈবাক্কী লাংবল হিয়াঙ নত্রে। মতম অসি হৌজিক্কী সনা কোনুংগী থাঙ্গবাত সিদি

মঙদফাওবসু মঙদ্রিবা মতম্নি। হিয়াঙ খঙদে, নোকাখেলা খঙদে, ভুরেল অচোবদা তৌবা ঙাক্নি। হি তান্নবসি লাংজমৈদা লন নাপ্পগা থোংবুথোংগী লমখৈ ফাওবসিদা তানৈ। সনাকোনুংদগী হিয়াঙ্গী অকুম অকা অনৌদা য়েংগদৌরিবনি মৈগী গাড়ী।

তুমিন তারবা তু খো'দা নু'শিং হাইফেং লাং ঈশিংনা হাইরপ ঈওল তম ইপোম খিত্তং লাকপগুম ঐখোয়গী ইমুংদসু নিংথৌ লাগৈ লাক্লবদগী মশাগী নিতিগী খোঙচত্তা খিত্তংদং থোইদোকপা খিত্তংদং য়াঙ-শীনবা পাক্লবা ঈহুল মচামা তপ্পপ ফাওবগুবা অমা উই। ইবেল হনুবী ফাওবদা মবুক খিত্তং লাঙলপ তৌবগুবা উই। ইথোদদনি উপ্রিবা। নুংশিং তারবসু কন্না চৌ'দি থক লেঙদবা মতুদনা মরেঙবা মহাইবগুম ইথোদি অহুম লেম্না লৈ। ঐ অমা লা'ঙি, চো'ঙি, শকই—

মৈগী গাড়ী য়েংগনি
ঐখোয় 'জ্ঞাগা চৎকনি।

ইন্দোমচামুবীমা ঐদোনদি লাঙদে, মচীন্দি থোকই—

ঐসু চৎকনি ইবুঙো,
ইচম্মনা পুবিনি
নংদ নত্তে ইবুঙো!

ঙসিদি ইমাখোয় কনামত্ত শিল থাদে। ইমানা চেঙহী মন্নাল থি, ফুংনবা থৌরাংঙি। ইমায়াইমনা শমজিরৈ, নাপ্পৈল, নাচোমগী লৈ থি, সেম্নবা থৌরাং তৌই। ইবেম্না উপু শার'দগী সম্পোৎ পুখোক্লনা ভকই, ফে'ঙি। ঐজ্ঞানা ফনেক ফিরোল, লীক কোল খুম্মি নাচি মদোম তুমিন মমাম্মচা অহুমগী য়ে'ই। সনা রুপা সেম সাই। ফনেক ইনফি সিগা সিগা পাবা য়েংত্রা খঙদে পোল্লাংখোক্তা ফনেক্মা ইনফিমা কোন্ন-কোন্না ফোই, য়াল্লি; মাম্মোয়াইমনা মাগী উড়ণী ফৈজোম, ফুরিৎ ছরৈবি পুথোকই, য়াম্মোকই। ইবেম্না সম্পোৎ ফেংনা ফেংনা ঐজ্ঞাদা "ইমাগী ফিরোন্দুবু চাউবী" হায়রকই। "ঙসাইনা হান্না চৈগোক্তা য়েংজরে ইবেম্মা, নপোক্লদ ফানবা হোৎনো" খুম্মি। "থীদ অঙাওবীসিদে, নংদি হৌরোই হায়" নুঙাইনে মমামচা থবক তৌনা তৌনা। ইন্দোমচামুবীসু মাগী

জয়পুরগা ফনেক্কা পুথোক্লগা য়াম্মোকই। ঐদনি ফিরোলগী বাখল তৌদ্রিবা, নুঙাইবা রাগদা ইশৈগী পঙক্তি অমা অউ অউবা মীশক পান্দুনা শকপদ থংলিবা।

মাম্মো উরে মাম্মোদা পান্দুনা শকই—
মাম্মোগা ঐগা চৎকনি,
মৈগী গাড়ী য়েংগনি,

ঐজ্জা হেক উবদা ঐজ্জাদা পান্দুনা শকই—
ঐজ্জাগা ঐগা চৎকনি,
মৈগী গাড়ী য়েংগনি।

উশনা কবিনি ঐ মতাংহৃদদি, হস্থনি করম খংহল কবিতাগী ঈহৌ থক্কনি করম খংখক কবিতাগী ঈচেল। খক্তে, হন্দে ঈহৌ, শকই লেপ্তে শকই অহুম।

নাসোল পীক্লপ চেল্লি, ইনিল পঙথোক খোক্তে হায়বদনি, ইমুং ইরাঙ লাঙদবা নত্তে, মবাংশ্তি। করিগীসু লাঙলোই। অনৌবা খুনেৎকী ছাত্তা অহুক উরিবা হায়ববু একাগাড়ীগা শগোলগাডীগা অনীসিদনি। অসিসু খুত্তা থেকপদা খুংশা লোইনা তুবা বারিবনি। শগোলগাডী অহেনবদা শ্রীযুৎকী সনা খুনেৎ চারচাকা, এডুকেসন মেম্বর শোগাইজাম্বা ইবোচাউবগী চারচাকা—ঐনা কাউরবনরা, অনীসিদবু নীংসিংই। শগোলগাডী অচম্বদা সনাকোনুংগী শরগা খুল্লকী থরগদনি। সনা কোনুংগীদা শর হায়রুরিবসি মশীং চপ চাবা হায়বা ঙমদ্রবনা মহায়রুবদনি। ইয়াম্মক য়ামদবদি নত্তেদনগা হায়বা মশীং অহুদি থোকপা নত্তে। খুল্লকীসু মশীং চপচানা হায়বদি কুইমনগ্নবনিনা ঙম্মরোই। মতম অহুমক্তদি খুত্তা থেক্কনা সুনা থাবা ঙম্মী। এডুকেসন মেম্বর সোগাইজাম্বা ইবোচাউবগীদি চার-চাকাদ নত্তনা অচম্বা চাকা অনী পানবিসু লৈরম্মী। অহুগা রায় বাহাদুর রিসকলাল, চৈরাপ কোর্টকী চেয়ারমেন নিংথৌজাম্বা চন্দ্রমুখ, পঞ্চায় মেম্বর থাঙজবা মণিকচান্দ, মুতুম্বা নীলবাবুনচিংবা মখোয় থর অমগা

লোইনরম্মি। অসি নত্তবা খোইশ্রাম কর্ণগী মচাকখর য়াম্নপোত্তে তৌদুনা পানখৎপা অমগা লৈরম্মি। অসিরাইগদবু ঙায়বরা খল্লী—নীংসিংবা ঙমদ্রে। একাগাড়ীদসু অদুমঙায়। গাডী মশক মখিং ফাওবা পম্না খৃত্তা থেক্নুনা থাবা য়াবা মতম্নি। অমদি তোমখিল ওইনা তৌদুনা তৌজিক ফাওদুম নীংসিংলি। সনাখ্যাহল রাজা ডুম্ব্রসিংহগী হূনেং একাগাড়ীদি সনবিম হম্বরনি। সনবিমদা ইম্ফাকদা অতনবা তাবা ওইবগা চরকা চাউদুনা থোইখোইবা মশক অমা ওইনা তৌবগা ঐখোয় অঙাং খৃদিংনা লম-জেল চেনবনচিংবা শান্নবদা ঐদি "সনবিম্নি" হায়না থানৈ। শগোলগাডী একাগাড়ীফাও মশীং খৃত্তা থেকপা য়ানা লৈবা, অয়াম্বা অরাপ্পা ওজাদা অঙকপা য়েংনীঙাই ওইনা থোক্লিবা মতমসিদা য়েংনাংলোই করম মৈগী গাডী, লাঙলোই করিগী পূক্লীং মমিংফাও তাবদা ঢক্লীংঙাই ওইনা থোক্লবসিদা। ইম্‌ংনা অতল নীংথিনা পানবা, লোক্কং নাইনা চংপগা উ বা তৌদবা লাউদবদনি।

ফি রোল, লীক কেন, পোংলোই সম্পোং মেংবা লোইরকপদা চাউবা, ইমাদা নচল হেন্দা অমুক কোকন, য়ুরবনি মচীন নৌপা অদুম হেক লোয়নরকউ হায়রকই ঐজ্ঞন মান্নোন। পন্দে মাম্নো, অমুক নুংথিলগী ফি অমা তম্না হোং লেম্ব্রে অদুম।

কোক্ল হায়রিবা মীশিং ঐখোয়গী ইমাইবেম তোম্বীনি। লুইদ্রোম ওংভি। ঐখোয়গী ইতোম্ন সুবেদার লেজর মেঘচন্দ্রনি। মতম অসিদদি জমাদার ওইরি—পুলিশ লাইনদা লৈ। ময়ুংসু য়াইস্কুল তিরুহনব লৈকাই-দনি—পুলিশ লাইনগা অদুম হেক্ত লেম্নরবনি। ঐখোয়গসু পঙলাপ লাপ্নদবা, লৈকম অনীমক্ত হেক লোয়নবনিনা থিনবসু য়াদবা মফম্নি। মাম্নোগা মচীন মৌপা অদুম হেক্ত ফাওরক্রে। হাম্না শাগৈদগী পাও ফংবনি খঙদে, কোক্লবদুদা ভাবনা ফংবনি খঙদ্রে মী অমা অদুমলোয়ন-রক্রে। ঐজ্ঞাগা মমাম্মচা করি করি হায়নবা অদুদি খঙদ্রে, ঐদি কবিগী নুংশিৎ চঙলিবনিনা ঙাওরি ইশৈদা অদুম। লোয়নরকপা নীপা অদুদা পোচ্ছে অয়াম্বা পুহল্লগা ইমাইবেম তোম্বীনা করি করিনো হৎনা পায়বা য়াবা পোং মচা অমনী পায়দুনা থোকপদি উই, অদুগা চৎনা চৎনা

'পঙ্গেঙ্ গেঙ্গলকপা ফত্রে, চঙ্থোক চঙশিল নুঙাইরোই, মী অমা ঙাইনবা শীঙ্গমগে" হায়বমা তায়। ঐঙোন্দা অমুক নোক্লা নোক্লা "চোথে পাখংবা, নং ইশৈদা ঙাওদুনা লৈদুনা ঐবু কোদবনিকো, খঙনি" হায়। ইধোনা কোবা তমদুনা কোরিবনি। ঐগা য়াম্না চান্নরবস্তু নুমিত্তুদি কবিনিনা স্বর্গদা অমৃতগী নেশাদা তাউদুনা লৈবনিনা ঐনা থোওইবিদ্রে। নোক্লা নোক্লা অদুম হনখ্রে থবক্তগা অথুবনিনা।

নুংথিল্লি, চংলমদাইনি। ঐগী ইকে ইহান হান্না সেম্মি ইমানা। ঐ কয়া য়ানীংঙাক্তে। ইমানা ঐগী ইবুক খঙবনিনা ধমকানা হান্না মাঙ থাই "লম তেন্দ হেল্লু পুবোই তেক্ত"। কিদুনা ঐ তৌরিমথৈ অদুম য়ারে। ফৈজোম মপাল অঙাংবা মোইরাংফি চনবা অমা শেংলি, ফুরিং অপাবা শংবোই লাকপোই তৌব্রা অমা, কাউরে, লিংলি। লীকয়াল পরেং অমগা সনরিক পরেং অমগা শি। খুজীসু শি। খোঙদা খোঙজী নাদা নাইন অনীসিদি ইমানা য়াদদুনা ফনা চাউরফাও শি। খোংজিদি হায়না হায়না চহী মঙা তকক অদুরাইদদি মরোথোক্লে, অদুবু, নাইন্দি ক্লাস থি ফোর ফাওবা অদুম য়াল্লি ওক্তাশিংনা "পেনা খোংবা পেনা খোংবা" কৌই। অদুনা খোঙজিগা সনাগদি হান্না অদুম লৈরে। শমগা মোকপিদুনা শাংজিল্লে, ময়ামদুগা শেক্তিল চাশিল্লে—নুঙাইতবগী খম থেংলে। অদুদা অমুক্তু 'ফি বোল মোংকনি, তুমিন ফম্মু" হায়বা হুকুম অকনবা অমসু নল্লিবনি। অদুদা মৈগী গাড়ী য়েংনীংবনা অহেন ঙাইবা খাঙবদা তাদুনা অদুম য়ানা য়ানা মপাঙলে। ঐজ্ঞাগোয় ইমাখোমসু লোইনবা মকে সেয়রে। লৈগা শৃগা লীক্লা কোলগা, খৃজিগা নাচিগা ফিরেলগী জাক্তা অবোইবি ঙাক্ত শেং মখোয় খৃদিংমক সোবাবেনগী রম্ভা, মেনকা, উর্ব্বশী ঙাক্ত ওনখবে। ইবেন্দনি লীক কোল শিদবা, তুলশীগী মমিং থোকপা, লেক মচু ফজনা লোকপা পরেং অহুমদং চোল্লপ শিবা। অদু নাপ্পদদি ফুল্লা নাচোমলা, কাউরে, অমদি থেংলি। নীংসিংলুবদা ঙসি ইবেনগী নুংথিল্লগী মশক্তম নীংসিংলকই ভগবান শঙ্করাচার্য্যগী "মোহমুদ্গার" মতেক্না, শক্লীংলকই ঐসু মওং তম—

মল্লে হকচাং ঙৌরে কোক,
চংলি চৈশুনা কোক কোক।

পোরী চহী মঙ্খাং শোন,
পুরি হুবু আশা কোল।
চিল্লি নাদা নাপ্পলৈ,
থল্লীবোইদো হিংলি ঐ।
অমম্বনিকো আশা,
মীংঙইবগী হে আশা!

ঐখোয়গী ইমুং অচোবগী মীপুম পুম্নমক্না অহুমশুবায়। মাগী মাগী লৈজ লৈজবা লোইনা শেংচা মকে লোইনা সেম লাক্নরে লোইনা ঐখোয়দগী হৌনবা। তাক্লাসিদা মাইবমগী সনাখানু লেংলক্রে অবোট-বেম্মায়াইমনা থোগল তৌদুনা। পুম্নমক চেম্মোক্লুনা থুরম্নরে। ইনেমশি ইবেম্মা লেঙলকপদ ঙাইরম্বনি, লেংলসি ঐজ্ঞা, "ইবেয়াইমা ইনম্মগী লোইবা কুইরম্বনি চংলসি, ইবেম্মা নং লোইনা শিনয়রেকো" হায়রগা ঐজ্ঞানা তরাম তবাম তরাও তরাও ওক্রে—খোঙশাংলে সনাখানা মাঙদা, ময়াম্মা তুংওইনরপ থোগল তৌ। ঐখোয়গী ইমা, ইমে ল ইবেম ময়ামগী নুমিত্তুগী মঙং নাংসিংলুনদা অমুক্ক নাংসিংলকই চট্টিকানগী শরদর্শনাগী মতেক্লা, শক্লাংলকই ঐসু খিত্তং মতো তম—

ময়াদে শমজিমত্ত
শমজিরৈ হাপ্তবা।
ঊদে নাপ্লমত্ত
ফুল অমা থেত্তবা।
খঙদে নাইম্নত্ত
নাচোম্মা চিন্দবা।
লৈতে ঙকশম্বত্ত
লীক্লাংমা শিদবা।
লৈপাক্লি লোইনবা
লৈরাং লৈশাং তম্বা

নত্রে লৈশাং তম্বা
উরীনি লোইনবা।
য়েংগে চংশা লৈনা
সেম্মুবোইদো লাইনা
মৈতৈগী চনুরা
নীংথিবী লাইলুড়া !

চংলে ঐশোয় কুম্মুক্কি, মরী মরী, মথং মথং, য়ৌরে মফম। মীনা ফিড়ৌ ফোখরে। কনাগী সড়ক্ কনাগী তোর্ব্বাল—মীগী মীড়াক। লৈপোক কৈরুংবগী দালান মখোড় মীনা পুময়োম, মতোল মীনা পুমথল। মফম খুদিং খোড়ফম্মা হাড়দে, চীংলু চাইরু চন্দে—কুককুক্কি। মীগী ঈপাক, মীগী ইপোম, মীগী ঈথক,—অঙ্গদা অমুক্ক্ক ইনিল। "করম্মো, খোঙহৌ খরা থিনগ্রমাল্লে, কবম লানশীনবা" খন্নরে—রানরে। তাঞ্জা-সিদা ইমাইবেমতোম্বীনা "ঐশোয় লাকপা য়েংউ" থাদোবকপা খুড়া-ইবুঙ্গোগী আদর্শগী গোক লাইকু অমদগী থেংনরে। মানা য়াম্মা রানা লময়ান্দুনা অপাল অপিল চনুরাশিংগী কল্লিবা মফমগ উচিন নাচিন য়োরে। অড়কপনি য়েংবদা, অড়কপনি উবদা।

ফরাংজি ফিবুম্মা পরেং পরেং—মরোল মরোল। মথক্তা মোন্দেক্কা অমুক পরেং পরেং—মরোল মরোল। মমাঙদা খুদোং হিদাকফু মচীল মতোল সনায়োম্বা, মচীল সনায়োম্বা মতোল লুপায়োম্বা পরেং পরেং—মরোল মরোল। খুদিশেল, কাওশেল, কাগোক্কা অমুক পরেং পরেং—মরোল মরোল। নিংথৌরেলগী মচাশিং শূরেলশিং, শূরোলশিং হেল্লী থাল্লি মোন্দেকথক মতিক্কা মগুণগা চীংনা লেম। নরসিংহ মহারাজনা পোকপা সনাইবেম্মা থাবল সনা, চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা পোকপা সনাইবেম্মশিং—অমুসনা, ফান্দেংসনা, থারাক সনা, নগোল হঞ্জবী, শূরচন্দ্র মহারাজনা পোকপা সনাইবেম্মশিং—ওম্বী সনা, খোমদোন সনা, কুলচন্দ্র মহারাজনা পোকপা সনাতোম্বী, নিংথৌরোল মিংথৌরোলগী যুবরাজ, মন্ত্রী, সেনাপতি, হঞ্জবা, লানা লাকপশিংগী মচামশূ সনাইবেম্মশিং—শূরেল, শূরোল, শূথাং পরেং পরেং, কনান থারুগনি, হেল্লি, থাল্লি,

নীংথিরি, অতিয়াদা থরান্নিচাক ফুরুপ পরেং পবেংনা নাইতোম নাইতোম ঙানবগুম, মচামশু মচামশুশিংনা পুমকোয় পুমকোয় কোয়। লাইরৈবাক্কী লাইরৈমা নীংথিবী শচীনা মালেমদা চেল্লুগে মতা শক্লোন চাম্মা চাম্মা লৌ, মফম্মদা ল ইলুড়াশিংনা কোয়, মফম্মদা লাইকোনগী লাইরেম্মশিংনা কোয়, মফম্মদনা গান্ধর্ব্বীশিংনা, অমুক অমদনা কিন্নরীশিংনা কোয়…… পরেং পরেং, মরোল মরোল, লৈকোয় থুংমা চেল্লবগুম নীংথিরি। অঙকপা কৃম্মৈনি নীংথিজরবা, থাবদা মরাংলগদবা—অহুম মরাংলবা।

হিয়াঙ কুম্বদা উনতৌদবা তাই অয়াম্বগী রাঙাঙ তাবদা। উনহৌ-ভমসু থোইনা লৈতে—সাজ্জোন্না লমদাংনা, থোঙদনা চংপা মতম ওইবনা, তরাই তরাই চেক ফুগৎনরকপসু নত্তে, লমসু অনকপা ঙাক নত্তে। ঙাইরি, পৌরাংনা ঙাইনরি, য়েংনরি মায়গৈ শাড়ীগী তোয়না তোয়না খোরাংনা মিংফম থুদিং তিল্লিবা।

তারক্লে খঙহৌদনা হিগারকপগী বাঝাই মখোল। খোংবুথোং পঙলপ লাপ্লবা নত্তে পুলিস লাইনগা। মখোল অসুম নকশিল্লক্লে। মী পুম্নমক চরাং মশা পান্নরে, নত্তে, খোইরেল মশা পান্নবনি। পুম্নিল নিল্লবনি। "লাকপা তারে লাকপা তারে, লান্নবনি" অসিদননি নিল্লিবা পুম্নিল—খোইরেল লৌশিং লৌশিংনি, লক্ষ লক্ষনি, কোটি কোটিনি শাইরিবা।

য়ৌরক্লে অহুম ঙহাক্কী মনুংদা হিগা পরেং। লেঙলক্লে বিষ্ণু লগোলথক্কা পে থাল, চৈগোক্কা খ্বায়গী মাঙদা পুং লেল মোইবুংনা থোগাল তৌ। কংনরে ভক্তি তিল্লিবা পুম্নমক—নীপা নুপী নহা অহল লোইনবা। লাক্লে মথংদা ঙাইনরিবা কার অনৌহু। "সিনি সিনি" বা বা নোংথক নোংখা পুম্নিল। "কদায় মৈদি কদায়।" "মনুংদনে মনুংদা, ঈল্লিবনে মনুংদ।" "হোয়নহায়, হোয়নহায়, মৈথুগী মৈথুঙাক।" গাড়ী অনীহু মনীং মৈথু উতোং হুক্তে। শাইজিন্দা ঈশিং পুবদোনা নাক য়েং অনীদগী চেসিস ময়ুং থুংনা য়োং মপাক অনী চীরুহুনা পাল্লি। মৈথু গাড়ী মনীং থুংনা পুল্লপ পুল্লপ ফু ফু চেক কামথোকই। "মনুংদা তোংলিবা কাঙবুসো শারিনিদ।" "শারদবু করম তোংলুনি।" "মৈথু কাল্লি মতাসিদবু শারমদবা

চৌনদেদা, খরদি মশারমগনিদা !" "চোয়নে, খরদি শাবা মতাইদা।" "শাবা শাদবদি লায়বু লায়রি ইবেমশা, হৈদকো নঙ্গী সরকার চায়বসে ; লাই-নিকো—লাই নত্তেগা হায়বা ঐদদি মঙমঙবরোইকো !" "উম মানি লাইনি, মিংনা হেক শং শং উবা লাইনি।" খরনা ভাঙলগা খরনা তাবা নত্তে। লোইনমক—মীপূম খুদিংমক মাশী মাগী থোকপা পঙাংদ ভাঙনবনি, তাবিনবা য়েংলুবা নত্তে।

পূমমক অসি মিংকুপ খরদগী রানি। বাঝাই লাকপনা অতুম হাল্লে। বাঝাই লাকপদগীদি নিল্লবা খংনেম অতুম নেমগরে। খঙদে করিগীনো! বাঝাইগা তাইননা নোংমৈ শায়বা সিফাই পরেং, মথংদা তুরুক সবারী—অঙাংবা খোঁগাডা চাপ্পা শগোলথক্ত কোয়েং চাউনা চাউনা মমৈ শাংনা শাংনা থাধ-থাধনা য়েং। অতুগী মথংদা তিরোয় পরেং। মথংদা অমুক নিংথৌ শেনবা থাঙ্গা তাগা পরেং। অতুফাওবা উন রাইমুক। খঙদে অতুসু করিগীনো! সেঙলক্তে হৌজিক্তি শ্রীযুৎ লাংগোইথক্তা শেম্বাং মহুম্মু। নাক য়েং অনীদা শামাম্নবা লাংগোইথক্তা অমদনা তিগাউ অমদনা খোঁগল থাঙ। চৎলি, ইল্লি খোঁগল খুনেং শাগী মনিংদা লোয়িন পেনা। মতুংদা ইল্লি থোগল অমুক শামুগী পরেং অঙম্বশিং মনমদা থোং। মতুংদনা লেঙলি, ইল্লি, শমজি খাইরি নীপা নুপী নহা অহল অঙাংনুবী—লোইবা খম্বা কোবা লৈতে। কুম্মৈগী কুম্মৈ ভাক্তি অমা য়েংবদা অতুম হেক্কক ওক্রবা।

লোইরে কুম্মৈ। চৎনরে লোইনা মচিৎ মচিৎ পুল্লপ পুল্লপ চাইনা চাইনা মাইগৈ মরি। সনাইবেমশিংগীদি সম্পোং কোম্নবনিনা খোঁগল মচা মনাইশিংনা পোৎশী পোৎলোইবা হোংনরি। ঐখোয়গীদনি খর কোম্লিবা। পোং চৈ পূমমক ইমাইবেমতোম্না "মী থারক্তে লাক্তিফাও খর য়েংউ" হায়তুনা সিপাই মচা অমনীদ শিম্নরম অতুম থোরক্লে, দোলালগী থোং মপা হেন্দোক্লীং হেন্দোক্লীং তোরে। তাঞ্জাসিদা শামু ভাওরে হায়তুনা মী পক্কায়দা কায়তুনা চেম্নরে। ঐখোয়সু "করয়ো করয়ো" ইপা পাখৎ-নরে। অতুবু, লাইকু অমদগী অগঙবা সিফাই অঙাকপা খর নক্কা লৈরমতুনা দোলান মাংগোন্দা ঐখোয়বু পুখত্তুনা থম্মিরে। ঐখোয় ইশাদনদি

কাবা বারগদোরবনি, মখোয়গী মতেংনা ঙম্বনি। মখোয়নগা অহুম পঙসাপ লাপ্তনা লৈবগা মক্ষমগা খিত্তং থুপ্লগা ঐখোয় ইশাগীদি পূক্নীং লুয়প মতৌরে। অহুবু খোংগুম্মক তাবদি নত্রে লায়্রংনরিবা ময়ামদু উবদা। অমনা তুই, অমনা চিংখংলি, অমনা পেংধুই, অমনা চৈ, অমনা লাউই, অমনা কপ্লি--অঙকপগী থৌদোনি, অৱাবগী মশক্নি। কাক খরদনা অখঙ অরাক অমদগী কিহুনা কায়বদা, চোঁঙা খরদনা হৌদোঙ উহুনা লাঙবদা, শেন্দাং খরদনা লিল উহুনা থুক্কুনা নিনবদা মিপাইনবা মীনি। শামু ঙাওরে হায়দুনা কায়নবদা লৈতাগদবা খর অহুম মতাঙবনি।

শামু ঙাওই হায়বসু মচুঙ্গা, থোইনা ঙাওবা নত্তে হায়বসু ময়াবা, লৈবাক্তীনা কায়ভম খোক্কুনা মকায়বগী রাশি থোক্লিবদে। শামু মচা অঙাওবা পোকপা কুইন্নিব অমা য়াওরনি। কনায়দগীনো মরক্তা হেক চেনশিল্লকপা, ময়ায়্না "কৈনোনহায় কৈনোনহায়" তৌনহুনা ইরাঙ হেক লাঙবা, মহাক্সু ইঙাও ঙাওনা মনাত্তোন মচাহু হাইর হাইরহুনা মীরক্তা লম্বী নাইবদি নত্তবনিনা খর থেং খর ঙা খর রাই পঙচেন হেক চেনবা, মপীনা কোনা কোনা লমফাওবা হেক য়াদহুনা খর হেক কংঙাওনবা, মপীনসু নুংশা থীরুবরা মাহুতনা খায়া খায়া মচা তমহুনা মখোঙ খর কল্লপ থাংজিল্লকপা, মাহুতনা "মী পোং শোক পল্লবদি" কিহুনা "অরাংবা অরাংবা" হায়হুনা লম্বা য়ানশিল্লকপা—অহদনি কায়রিবসি, পঙ্কায়দ, কায়ভ্রিবসি।

কায়হুনা খোংগুন য়াওদনা চেয়রবনিনা অতু অতা, তেকপ' কায়বা অমাঙ অতা, অশোক অপন···থোকপা হৌনবমখৈ থোক্লবনি। অহুবু, লাইকু অমনা ওইবা তাই অশোক অপন থোক্লবসু অশি অরাক্লক্তি য়াওই, থোকই হায়বা থোইনা তাদে। অশি অরাঙুং থোক্তে হায়বদনি, লোইরবনি অহুম মীপুম থুদিংমক।

ঐখোয়দি চেয়-খোংনবসু য়াওবা নত্রে, চৈগোক্তা খোঙাপ মঙা তরাদ শিস্তং রাখিবনি। থুগ্রসু লুয়া থুপ্লবনি। অহুমক্তদা ঙহাক পাখং-খিবগা ময়ামগী কাংখোং উবগা ফিডমদি অহুম য়োনা কায়রবনি। থোক্লে অহুম কুম্মেদা কুম্মে, কুম্মেদ কুম্মে—লায়্রংনরে লোইরে।

নীংসিংলুবদা হৌজিক্তি নোক্লীংলে মীগী চৌনবা, শক্লীংলক্লে—শক্তম শক্কোক্লে—

কৈদা শমজিরৈ,
কৈদা নাপলৈ,
কৈদা নাচোমলৈ।
লোইরে অহুম মিকুপ্‌মদা,
লোইগ্রে অহুম খোঙভম্মদা।

অয়ুক্তগী সেখা
লৈমশিজই মকে
ইমানা সেম্বিবা
ঐহাক ইশাই ইকে
ত্তিনগ্রে অহুম কাং খোংভুদা
শামু ভাওবই চেন্নবদা।

লোইরে কদৌনি,
জগৎ মাগীনি
মাগী কুম্মৈনি—
শামৈ মাদি কুম্মৈদা কুম্মৈ,
শামৈ কাম্নদে কুম্মৈদ কুম্মৈ।

সাবা শীবা
শীবা সাবা
মাগী মনাংনি
মাগী মথৌনি।

কাম্নরে ঙসি
হয়েং ত্তিম্নি,
ত্তিম্লে ঙসি
হয়েং কাম্ননি।

শীবদা জোইবা
কায়বদা খল্বা
মাগী খোঙচংনি,
মাগী শথাপ্লি।

ম্লেংবা হৈরে নুঙাইবা,
ম্লেংবা হৈত্রে মরাবা,
অসিডাক্কি মাই কুম্মে,
অসিডাক্কি মাই কুম্মে।

## তরাহুমদোইস্থুবা মতাং
# পুনশিগী অহানবা মনা

নোংমা অয়ুক্তনি, ফনা তুলি, ঐখোয়গী ইকুশিজশিং অমা লেঙলকই। কাকৈথেল্দগীনি, সনায়াইমা কোই। ঐনা খর খর খঙলকফাও ঐজ্ঞাবোক্ক। ইকুশিজ মরীপা ঐখোয়গী ইমুংদা লৈরম্বগা, তোয়নসু উনবনা ঐনসু কোয়দবা ঐবুসু লুনা তৌবা মীশক্তি। ইকুশিজসিনা লেঙলকপা খুদিং ঐগী চানবা পোং অমা হেক তম্লকই। নুমিত্তসু অহুম য়াওরকই—গোল মিঠাইনি। ঐনা ঐখোয় থোঙ'লগী লৈকোন্দা শায়হুনা লৈরিঙৈদনি লেঙলকপা। "হায় ইমো মিঠাই লৌজরো" কোই। চেস্থোক্লুনা মিঠাইহ্ন লৌরগা "কাকৈথেল মাম্মো লাকঐ" চেনশিল্লি য়ুম্মোমদা। ময়াম্মা "কৈদা চংলুই অসুক ঙম্না, লাউ লাউ চঙলকউ" হায়না ইমুংদ ইমুং ওইনা হরাও হরাও, তরাম তরাম তৌই লোইনমক্লা।

ইমা ফুরিৎ তুরি। মাম্মোনা "ঐ ইচেম্মা উনবা লাক্লিবনি" হায়না হায়না ফম্মি ইমাগী নাক্তা। "নং মিঠাইদি চারে, মাম্মোদি খুরুম্মবরা" হায় ইমানা। ঐনা মিঠাই অমা উম ময়োম্মা খুত্তা পায় ফং শাংনা খুরুম্মি। মাম্মোনা "মরম ওকত্রেদা ইমাক্তে" হায়হুনা ঐবু কোনখৎ কোনখৎনা "ইচেম্মা ইম্মোসে গদাধর সাহন্দবা য়াদ্রে" হায়। "নমাক্তি চায়ন্থনা মি মরুম্মুক্ত চাউরিবসিবু নশোয়হ্ন তাম্না কনানা থিম্দোক থিঙ্জিন তৌবা" খুম্মি ইমানা। "কৈসু কায়দে অহ্নগীদি, ইরাইনঃ লাকলাক্লুনা তম্বিজনি, হয়েং লীলা প নখংলবা—শান্নগদবা নক্লবা কান্দা ইচেম্মনা আদা মরিনি মঙানিদং লৈরগা লোটরেদনা" তাথৈ মতোল মাম্মোনা। ইমাদি সাবদি সাহম্নীংলম্বরা "ফরে অহ্নদি পাবুংদা হঙ্গংলম্মো" হায়রে। মচীন-মৌপ্াগী থাকফাউদি অহুম মরোইনরে।

তাঙ্গাসিমক্তা ইধৌসু কদায়দনো লেঙথোক্লবদগী "ঐথোই সনায়াইমা নত্রা" হেক লেঙশিল্লকই। মাম্মোনা খুরম খুরম্মা "ইম্মোসি গদাধর

সাহন্সি হন্সংকে লাক্লিবা" খুম্মি। ইধোৗগীদি মশাগী পাময়বি অমা ওইনা থোক্লুবরা খঙদে, ইকোম কোম্না "নচেমগবু য়ানরবরা, মাম্মগীদি য়াই, অদুম তাম্নদুনা তৌ কোক তাকপিরক্লে। কায়দে—সাবা তারে।

ঐ ঙসাইমথৈ মাম্মোগী মমাঙদা অদুম ফম্মি। ঐবু শেগা পাম্ন-দুনা ইনথৎলগা "লেপ্পু মাম্মই মাঙদা, হায়য়ু হৈত্রা য়েংগে" হায়দুনা কোক্লা খুবাং অনী লোম্নদুনা থম্বা তম্বীরে, হায়রকই অদুগা অমমমত ওইনা শাংলপ, চিংলপ, লাউরপ—

ওহে—প্রভু—প্রাণ—নাথ
মোর—শিরে—বজ্রা—ঘাত

ঐসু মিঠাইগী ময়াইননি খঙদে, পাম্লুবননি খঙদে, চপ চানা মথা মথং খুম্মি। খুম্বদা য়াদগী মিঠাই লৈবাক্লা পোপ তাই। ঐগী থর ম্ননি— থরাম্ননা চোংথোকখিবনি, করম্না পুরুগনি। কোক্লগী খুং অনী থাদোকব-ফাও নংফাত্তনা মিঠাই অতাবা অদুদা থোক চাইথদুনা কিৎ নম্লে। তাম্না অমা চারুবদগী "ঘাত" হেক তাবদা থোক্লুরে। মশানা কোম্নবা অভিনয়গুম অদুম থোকখরে। ঐদি ইমুংগী কবোক্লিনা ঐগী ইত্তৌ মথৌ মথৌ লেপ্পুনা য়েংলিবনি লোইনমক। ময়াম পুম্নমক চপমান্ননা "হৈরে হৈরে, পাল্লে পাল্লে" নোক্লে রা। ঐনা ইকাইখাং ইমাগী তম্বাক্লা চোংশিন্দুনা য়োংনা অকিখাং মমায়মথৈ লোৎপগুম ইমায়মথৈ লোংলে অদুম।

মাম্মোনা নোংমা নীনি নোংমা নানি মরক মরক ক্লোক্মু সঙ্কীর্তনগী জগোইসু হেক হেক তম্বিরে। ঐসু নোংমা নোংমগী থর থর অদুম হৈবসু মহৈরক্লে।

গদাধর গৌরলীলাগী মশক নাইরপ্পা শকুম অমনি, লীলাসিনা প্রেমাবতার শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী পুনশিগী মপু ওইবা শরুক পান্দুনা শারবনি, মংংনা পূর্ব্বাশ্রমগী লৌদুনা থোনবনি হায়বা ঐখোয় বৈষ্ণব সমাজদা অদুম মখঙনৈ। অদুবু, ঐখোয়গী লৈবাক্লিদা লীলাসি চৌখিবা, চৎলকপা মও, তাররিবা ফিভম অসিগী থোক্নমক্তি অমাবা থরদনা মখঙবনি। অদুনা জাতিগী কৃষ্টিগী নীংথিজবা মশক অমা ওইরিবা

লৈপ সিগী লৈখোড় খিত্তংদ ওইরবসু মতাং অসিদ উৎলম্বনা চুমগদরা খল্লুই। অহেনা উৎলি খিত্তং মথাদা লৈলাগা লৈখোড়।

মৈত্রবাক অসিদা কৃষ্ণ উপ সনা চঙলকপাস তুবি চরাইরোংবা (মহারাজ নীলাম্বর) সনা হাক্তক্লনি। শ্রীক্ষেত্রদগী বনমালী বায়না ইসি নহাবম গুরু অরিবম ফুংগানা সেবা চংলিব মদনমোহন ঠাকুর অসি লেঙথোরকপনি। নিংথৌনা তরাম ওক্তনা মন্দির কতুনা সেবা চংখিবনি। অদুবু মচা ইবুংঙো মৈদিংঙু পাম্হৈবা (মহারাজ গরীবনিবাজ) সনা হাক্তক্লদি ধর্ম্মসি মরম থানা চায়খি। শ্রীহট্টদগী (সিলেট) লাকপা রামায়েত শান্তিদাসগী শিক্ষাদীক্ষা না পুমশুম শুমখিনা মৈদিংঙু পাম্হৈবা রামান্দী ধর্ম্মদা চঙ্খি, ধর্ম্মসি লৈবাক নিংথৌগী ধর্ম্মগী খুতম ফংখি। অদুবু নিংথৌ মশানা ফমংগুম্বগা লোয়নন ধর্ম্মসিসু মবাহ্য অমম পুমচায় চায়খি। চিংশাইনা ফম্বাল হেক কাবদা মদুধো সনা হাক্তকা নিমান্দী ধর্ম্মসি মরাম্ন অমুক তনগাঙ কাম্খি। কাংলে কহনা মশাদি ওইবা গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম্মদা লুপশিনবা তাখি—লুপশিনখি।

রামগোপাল বৈরাগী মৈতৈ মচানি—ডাংবম ফুংগাদা পোকপনি। গোপাল কৃষ্ণ ভক্তনি, সিরুব বাসি মাধবেন্দ্র পুরীগুম গোবিন্দদর্শন ফংবা ভক্তনি। মহাক্কী থৌজান্ননি জয়সিংহ মহারাজগা থম্মোইদা ভক্তিগী মরু তখিবা, ভক্তি লৈতিকানা ময়োল চোং নোংমা নোংমগী মরেপ তান মপুং মরে ফাখিবা, মমৈদা তেঙাউদ দর্শন ফংখিবা, নিংথৌ খুতম তক্তিল্লবা তুং গোবিন্দ নিরূপণ তৌ মহারাস কংলবা, ইসি রাজর্ষি মিংথোন্না শৈশক্লিরবা।

পোকই লাইনা মী, সেম্মি লাইনা মী। পোকই মীনা লাই, সেম্মি মীনা লাই। পোক্লে জয়সিংহ সেম্লে ভক্ত থোইখোহবা। পোক্লে ভক্তনা ভগবান—চোংথোক্লে ভগবান শ্রীগোবিন্দগী বিগ্রহদা। পাল্লে থরায় শ্রীবিগ্রহ প্রেম ভক্তিনা বিম্বাবতীগী, রাজর্ষিগী ভক্তিনা মূর্তি পান্দুনা চোংথোক্লবী মৈত্রবাক্কী মীরাবাই। ওল্লে পূণভূম মণিপুর নীংথিবা শ্রীধাম।

রাজর্ষিনা হিয়াঙ্গৈ একাদশীদগী পূর্ণিমাফাও—মঙানিচুপ্পা কংখিবা মহারাস পোকখি নিংথৌরোল মথং মথং ধর্ম্মগী যাত্রা কম্না, ধর্ম্মগী

ক্ষেত্রদা লৈংথিবা নাটা বলা কয়া। পোকখিবনি গৌরলীলা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সনাহাক্তক্তা।

ভাংবা মালা সাধক্কি, কবিনি, লৈবাকনিংথৌ পনগী অচৌবা ওজানি। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তক্তা সনা পুক্কৌ মতুংইন্না গৌরলীলা অসি ডক্ত কবিসনা হৌদোক্লম্বনি। "অদ্বৈত ভোজন" না মপুং ওইনা শাগ্লবনি।

লীলাসিনা মপুং মচৈ লৈংথিনা ফাবমক্কি মহারাজ চূড়াচান্দ সনা হাক্তক্তনি। লৈবাক নিংথৌ পনগী ইশৈগী ওজা, কলাকার অমা ওইনসু ফাওখিবা নিংথৌজাম্ব মিথু ব্রজবাসী মপা লৈতনা ফাওখিবদগী মৈমৈথংদদি ঐজা উপকাজাউ চায়বগা লৈনকা তেক্ত মথন্তনখিবা ওজা কামেশ-চন্দ্রবা উপকাজাউ শর্ম্মা অনীনা জগাই, মাধাই অনীগী শক্লমদা পুংনা লীলাদা "জগাইমাধাই উদ্ধার" হাপচিল্লনা শাগ্লবা হৌই। মথংদা "অভিরাম মিলন" লৈবাকনিংথৌ পনগী অফাওবা ওজা অয়েকপা চাগেমতোম্ন হাপচিল্লি। "নদীয়া নাগর" নচিংবা থরনা মনোহরদাস ফাওখিবা লৈবাকসু ওজা ওইখিবা সনাখা নিংথৌবাং সনাহ্জ টুবনা হাপ্পনি। নাগরীগী শক্লমদা মপুং ওইবা শকক ইহান চাম্না থাখিবা, মতুংদসু হেক হেক বুংখিবদি সনাখাম্বা পোকপা নিংথৌবাং সনাজাউবী চায়না ফাওখিবী সনাইবেম্ব্রনি। হৌজিক লীলাসিনা অমুক হেন্না মপুং মচৈ ফাবগুম শাগ্লক্লিবসিদি গৌরলীলাগী জগাই, গোষ্ঠলীলাগী নন্দ সাবদা ফাওরবা, নাটাকলাদা অরাংবা মিংফম লৈবনা সঙ্গীতনাটক একাদেমীগী এবার্ড ফংলবা লৈবাক্কী ওজা থোনাউজাম্বা কুঞ্জকিশোরগী কৃতিদগীনি। "বালালীলা, সার্ব্বভৌমমিলন" নচিংবা পুম্নমক ওজাসিনা হাপ্পনি।

ঐখোয় ইশানা অভাং ওইরিবৈ, ইশামক্তা গদাধর, মহাপ্রভুগী শক্লমদা কৃষ্ণা মতম অচুরাইদদি অকোনবগী পরেং বাল্যলীলানচিংবসি য়াওদ্রি। গদাধর সাবা মতাং অসিরাইদদি নগরকীর্ত্তনগী কীর্ত্তনীয়াশিংগী শরুক-ফাও ইশৈ তৌবা ওজাশিংগী পরেংনচুম অচুম পুরি।

থৈকুরে মতাংনা থর, তারসি হৌজিক্কি অমুক রারীগী পরিংদা। লীলা নুমিৎ তম্লে। ইধৌনা নুমিৎ, থাবাল য়েংলে। মাম্মোনা লৌরগ্না

ইমাগা ঐগা ক্বাকৈথেল চংলে—নুমিৎ মঙ্গানি তরুক্কি লৈরে। নুমিৎ থৃদিংগী তথা য়াওরে—থরসু চৎশিল্লে। নোংমা নীনি চল্লকপা অহূরাইদা জগাই মাধাই সাগদোবা অনীহূ লাকই। শগোলশেমগী ওজা তোমচৌগা, মশানা মাধাই সারবসু সনখ্যা জগাই সাবা হায়না লৈবাক্তা খঙনখিবা সনাখ্যা সনাজ্ঞাউবগনি। অনীসি ওজা নিথুগা ওজা ঠাকুরগা হেক শম্নবা লৈবাক্তী ওজানি। মখোয়সি মশা মশানা মশা মশাগী মপা ওইবা ওজা ভাক্তি। মৌনাউজাখা কুঞ্জকিশোর, শরাংদেখা মেরা—ওজা অনীনা মখোয়বু শিংহৌবনি।

মাম্পোনা ওজা অনীবু নুমিৎ থৃদিংগী ভুহাক ডগাক লাকপিনবা হায়। মখোয়সু অহূম য়াই। য়ারিবসি মখো কোমহূনা য়াবা নত্তে, প্রেমদগানি। ঐখোয়গী মাম্পোসি অভাং ওইনা ইশৈদগী হৌবনি। ইশৈদগী তৌহূনা ইশৈ অহূম তৌরবসু মশানা লীলা য়াম্না পাম্মি। রাম লীলাগাদসু হনু-মানগা অহূম সাই। গৌরলীলাদসু জগাই অহূম সাই, তৌয়দবসু নত্তে, ভন্না লৈখিদবদগী মিংফম নাইখিদবনি। শগোলশেম ওজাগী সেবক্তি। অমনা ওজানা "মাই" হায়বা ভমদবনি। ওজানগা মৈথংপা ভমদহূনা "তোয় তাম্নখিবগা মাম্মোগা ওজা সনাখ্যাগসু মশা মশা প্রেমসম্বন্ধ অনীনা পুন্নবগা অহূম মপ্পানবনি। নিংথৌ ফুংগা তিম্নদ্রবসু নরসিংহ কার্ত্তা—অনীগী চংনবিনা মিংগৌ নাইনবা, মাম্মোনা ওজা সনখ্যাদা "ইচা ইবুঙো" হায়না লোয়নবগী মথক্তা ইথোগী মরী অমগা নোংপগা অমুক হেন্না নকশিন্নবগুম থোকপনা প্রেম্না অহূম ককপা ভমদবনি। অহূনা লাকখি নুমিৎ থৃদিং ওজা অনীমক।

তম্বদা ঐখোয়না জগাই মাধাইগী মতুং পরপ পরপ ইনবা, মখোয়না তকথোরকপা, ঐখোয়না অমুক তকশিনবগাহূ শান্নবা মখল অমা ওইনা থোকপগুম তৌই—য়াম্না নুঙাই। অহূনা মহাপ্রভুগা নিত্যানন্দগা অনীনা সারিবা জগোই, তৌরিবা অভিনয়শিংহূ থর মান থর মান্দ অমুক সা অমুক তম, তল্লগসু অমুক মরেপ অমুক মতোক, হৈনীংলক্লগা অমুক ময়াও থর মসা, হরাউ হরাউ ফনা হৈনীংনা ঐ অহূম শরুক য়াই। অঙাং অপিকপা ওইবহূদা "মানা থোকপা" হায়হূনা থম্নবরা থঙদে

"শাউ শাউ, তৌ তৌ" দি মতায়, খিবদি পঙুগি থিদে। লীলা তম্বদা ঐনা থরাই হেন্না য়াওবা মতাংসু জগাই মাধাইগী সিনি। ওয়ি মরিনি নোংমা লেপ্পনা তোংনবকপগা মখোয়গী অশিনয়শিংদ ঐনা য়ায়া খবায় তেক তেক তানা খেংবগা জগাই মাধই অনাংগী মশক মতৌসি ঐ মুম্না খঙলে। খঙবা হায়ববু ইতোমদসু মগোমগী খুংগাই খোঙথাং, মখোয়গী রাঙাঙ খোনফমগাথংদ মতেক মতেক নীংসিংনা চংদুনা শায়রে। অদুদগী অমনা সনাখংস ইখোংগী মবীদগী ইমা ব "ই. ইবেম্মা" হায়নে য়ায়া লুনা তৌই। লেঙলকপগা ঐবু তেক তেক কোন্দুনা নান্দুনা নাওা ফম্নান্দুনা তৌবদগীসু অমুক তেন্ন তোংনরে—কোইদ্রে শগোলশেম চুফা-বুসু থোইনা কোইদ্রে।

লীলাসি কাইকাহেল্লা শয়মে, কবিগীনো মহাদ, এস্পবম লৈক ইনা খাবম লাকপগী মগুপ্তা শায়রে। তৌনবি চংনবি মথুং ইন্ন শয়গদবা নোংমা মমাঙ্গা লাইনা ক্যব কংপগাদ মগুপ অসদা কহেল। লীলা খুংলোয়নবনি হায়বগা কবিগীনো মহাদ, লেইনংক্তি নল্লগা মথং মতাংগী মপুং মপূংশি নোংমা মগুপ সদা ফনা মুম্না তম্মি। জগাই মাধাইগী মতাংনা হেন্না হেইনা তম্মি, ঐসু লোইনা অদুম ইমাও য়াগে।

লীলা নুংইকো বানি। নুমিথু ইশানা তোগাইক, নুমিৎ খুশিংনা কনামতনা তৌদোক্ত। তোবেশ য়ায়া বাবগনি, মতম খব থেঙলসু য়াই, তম্বা চুমদেগা খন্নবনরা মহাদে। মিং মায় তারগা চার বানগে তৌবদ চাক্কা মৈত্ত থুম মচেংমগা, আলু অচানবা অনাহমগা শক্তোম, নুমদাং খঙইনা খাৱম্ব তাই, খরগা চিনি অহাংবা মচেং পাত্রপ তৌবা অমগা লৈরম্মি। "ইবেন এনশাদি" হংলুবদা "চুসিদি নং লই সাগদৌরিবনি, চু চাইরে, অসিদ চাবা তারে; চংক্ত চুমরে ইনংগী বোরাগা তৌনা লীলাগী চাক থোংগদবা" হায়না হায়না ইবেম্মা চাক্কা থিবিরে, আলুগা মেংশায়বিরে। চাক খব শম্মোক্লগা থুম নোইথাইবা খর চাইশিনবিরে। অহানবা, এনশাং উদবগী পুক্কীং নুংশিগে তৌবগুম তৌরম্বদ "নং চুসিদি লাই সাদৌরিবনি" হায়বা বাহ্ তেক তাবদা পুক্কীংদা করিগুম্বা ভাব অমা তৌখিবরা করিনো নুংশি খোচ্ছিবা থোইনা তৌরুদনা

অংম চারে। চারা হানবা লোইরনা ঐনা উম্মাংদা ঙহাক শান্নরিঙেদা ইমানা 'ঈশিং শারে, ঈরুথোক্লসি" কৌরকই। ঐসু লাই সাগদৌরিবনি চাংবা নুংঙাইবা রাখল অমনা অহুম পুংনা লৈবনা তুমিন অহুম য়ারে।

মতু অসি সাপোন সুধা থীনা মাংবা মতম্মি। শোক্ল পায়রুবদা কোক লু তুম্নবা মতাংনি অংনা উতি মঠীনা পাল্লি। মতম অসিগী ফিশ্‌ ফিজাম উতি লাকপা মঠী তানবনি। ফিরোল অমোং অরাক্তা উতি শীজিন্নবগুম কোক লু শেংবা, তকচাং শেংবদসু উতি অহুম শীজিন্ন। কোক্ল অচথাউ তৈরগা উতি লুরবদি কোজোলগা করিগা অমুক্ল তেম্না শেংই হাম্বহনা অংয়সু অয়াম্বা তৌনি। অংগা চেংহী অনৌবা নন্ত্রে অফুংপনা মতোল তাই।

"ঙসিদি ইচা লাই সাগদৌরিবনি, লৈবাক থোক্লদৌবিবনি" খল্লুবরা শংদে ইমানা, ঐগী ইরুনবা লাঙলম্ব পোংলমসি নুমিং খুদিংগীগা মান্নদে, ময়াম্মি। ফাল অমগা খোংচাংমশেল অমগা তান্না থাই। কোম্পাক মচা অমদা উতি অচুম্বা খর, লীক্লি তেংগোং অমদা অচাথাউ ঐগী তৈনবদ ওকবা খিত্তং অমগা অমুক পুরকই। ঈশিং অশাবা তেক মচা অমসু পুথোরক্লনা খিল্লি। চেংঙী অফুংপসু খর লৌরুই। অহুদগী ঐবু ফান্দা ফঙ্কাল্লে। কোক্লা অচাথাউ খব তৈবিরে। উতি লৌর লৌরগুনা ঐগী শম অশাংবহ্ন হকশং তকখতুনা কোঙ্গোল তেক তেক লৌথোক্লনা লুবিরে। কোক য়াম্না নাই, অহুবু লাই সাবগী হৌনবিনি হায়দুনা ঙুগং ঙুগতুনা অহুম খাংহি। ঐসি অঙাংমক ওইরবসু নারুম মোংপা, কপ্লাক, খূনীং, খূমিং নুরাগা থাংবসি পঙতৌ তৌদে। তৌদে কদৌনি। কোক লুবিব্রবা মতুংদা ইমানা মায়, নারুম, ঙকশম, খূনীং, কপ্লাক, খূমিং, য়াঙলেন্নচিংবা পূম্নমক্লি ঈকহুদৈ মচাহু কাবক কাবক লৈশিন্দুনা অমুক তকখংলকপসি লোইবা লৈখিদ্রে। ঐ য়াম্না নারে, পি তারে। ইমানা উরহুনা "থীদা পাঙদবসিদি, নূরা ননবদা কপ্লিসিবো" নোকই। ঐ শাউনীংই, করিমত হায়বদি ঙমদে। ঙাক্রানা মশোং ফন্দুনা হাইবগুম হেক হাই। অহুবু ইমাদা করিমত্ত চঙদে। তকপমথৈ তক্লগা অমুক ঈশিং লুম্ব্‌ লুম্ব্‌ শাবহুনা কোক লু হকচাং খোঙ খূৎ অমুক খর চাইথ অমুক তক পঙফেংদ ফেং

পঙচামদ চাম লোইবা লৈতে। খিত্তং কোম্বা হায়ববু তাশিল্লম্বা খুদৈঙ্ তাশিল্লে, শন্দোক্লে, নাপ্রে ভকপদা। মমৈদ মমৈথংদদি উচিন নাচিন মরোইরক্লে—মরোইরে। বন্দী মকোক্লগদরা খল্লুই, অদুবু তন্দা অমুক তাখি। ফজনা কংনা তৈথোকপমথৈ তৈথোক্লগা মাংগোন্দা থাংলে, ফিদা অমদা থম্লে, শমজেং অমা লৌরুদুনা ঐগী অথোকপা অশাংবা শম অদু ফজনা হাত্তোকপিবে। হাংপা লোইরগা থাউ অহিংবা খরা অমুক নানশিল্লে, অমুক হাংলে। শংজেং হাংপসিসু নুঙাইতে, নারি নারি তৌই—শুগং শুগং খাঁডি। হেক লোইবদা ঐ দশা কোক্লেদনা খল্লুই, ফুক হোৎলকে তৌরুই, অদুবু ইমানা তাপ ফাদুনা কিং নমথৈ, নমথ নমথনা দগুগী য়াথং তাউথবকই "ঐনা ইরু কারক্রিফাও নং ফিদাসিনই সুক্লেঙ লেঙবা য়াদে"। লোইরে অদুম, তাথবে দগি। ওম্মোক্লা অরাবা দশা মতাংমনি মিত্র ওইবা গ্রহনা বক্র তৌদুনা অরিগী শকুম লৌবগা চপ মান্নগ্নে। মহিংজো হায়বদুনরা উকপ ইরৈমক লৈতর্বদি থেক্লমগ্রে। ইবেন্না চিনি চফু অমা কোংনবা পশিং কোম্লনা "নমা অঙাওবীদুনা ইশূবু লাক্লরম্মিসিবো, সে অসি চাদুনা লৈয়ু" পীরে। ঐ চিনি চফুগা লৈবাক হরাই খোংনাং মনাগা য়াম্না পাম্মি। দগি ফংলবসু অরাবা অদুম মকাউরে, কে কপগা অদুম অক্ষা মওইরে।

মতম অরোইদদি লংলা ঙম্না হৌনৈ, লোইবসু পঙথেঙ থেঙদে—সঙ্কারতি অরোইদা অদুম মথোকই। লীলাগী মীথিং অসি নুমিং উথোং য়োনিং য়োমা তৌবা অরোইদা মগুপ কানবা তৌই, দারীগা কুম্লকপা অরোইদদি অথেঙ অঙল লোইনা শুই, লীলা অদুম হোই।

মতম অসি ঘড়ী মশক পম্মুং খঙনম্রি। অপাল অপিল য়াম্নকতাং থমদোং মতমগী ঈরাং খঙবা চংপা খরদনা শীজিন্নদবা য়াদনা অনেক মশীজিন্নবনি। লাইনা থাবা ঘড়ীনা অপঙ অশিং পূম্নমক চপমান্নবা চংনরিবা মতম্মি। জগৎ পুম্বা লাইনা থাবা ঘড়ী শীজিন্নবা ঙাক্লি, অদুবু, মৈতৈ ঐখোয়না শীজিন্নবগুম শীজিন্নবা ঙম্নগনি হায়বা থাজদে। ঐখোয়গীদি য়েংহৌ-ঙ্কৈদলী গুরুশিংনা য়ুমদা কা—খোঙচৎ য়াগুনা থম্বিরম্মি।

ঐখোয় মৈতৈগী য়ুমদি নোংশোক লোইনা ওল্লি। লাইগীগা নিংথৌগীগা অনৌসিদং নত্তনা অতৈ পূম্নমক্কি খায়ুম লৈনা সাবা ঙাক্কি। মসি হকচাং যোক্নবা, পুনশিন্নংশানবা লাইগুরুশিংনা পীনরম্বা পথাপ্নি। নুমিৎনা নোংমগী নোংপোক্কুগী নোংচুপ ভাল্লকপা খোংহকমদা, মৈতৈ য়ুমগী শাই-জিন পরেংদা পোল্লি পোর্ল্লি চংপদৌনা থোকই। থোক্লকপদা ফক্লাংদা মঙাল তাই। মানা কারকপা মতুং ইন্না মঙাল ফক্লাংদগী শীঙ্খোঙদা, শীঙ্খোঙদগী মাংগোল ময়ায়দা, মাংগোল ময়ায়দগী উখোক্কেন্দা, উখোক্-কেন্দগী দারী মচীন, দারী মচীন্দগী চুরী তাভম, অদুদগী অসুম অসুম তপ্না তপ্না চংখিদুনা য়ুমজি তুম্বং, য়াচঙবদা থম্মি। লৈবাক নিংথৌগী পন্দসু মরম্নাইগী নোংমগী পুনশ্রিখোংভমদসু নুমিৎকী খোঙভম য়েংদুনা চংলৈ। য়ুমওং য়ুমসা, মায়ওন, কায়াং অমত্ত ওইবনা লৈবাক অপূম্বা ঘড়ী অমত্তদা চংনবগুম থোকপনা হায়নবা, থানবা মতম্চিংবদা অমত্ত কাযনদে। অংগা অমনা, জগৎকী মপুনা নুমিৎকী মশক ওইনা তাইবং-বাল ঐখোয়খিবিক্কপু নোংমা কৌবা পুনশিংগী অয়ুক নোংহানবদা অমুক কোন্থোক য়াচংবদা অমুক কোনশিল ভৌরিবনি থাজমল নুমিৎপু জগৎ-পোকপমক্কি ইপামক্কি কিনা লুনা চচ্চমল মাগী খোংচৎ য়েংনা চৎলক্মল থবক্কী মতমসু ভমজবমহৈ ঙাক্লা চৎপনা পুনশিংগী মিৎয়েং অমা ওই। হায়নথবা থানথবদা পংশোয়সু শোয়নদে। মদুমক্কসু জাতি অসি লেম্না লূনা তিংলকপনি, পাল্লকপনি। অদুবু হৌজিক্কি কদায়। মতমগী বেভার মাস্তো পূম্মাঙ।

ঐখোয়সু নুমিৎকী খোঙভম্ লমগী অরাপ অনক য়েং, হায়নখিবা মতম কায়দনবা সেম সারে। মগ্নাম চঙদুনা ঐবু গদাধরগী চংনবি ফিজোল শেৎপিরে। গুলামচু ফৈজোম মপাল অমুবা চনবা অমা শেৎলে, গুগ্না থাধে। নুংশেল থিনবা, চারীক পরেং ইকোয় কোয়না নাক য়েং য়াম্থবা ধরা অমা খাঙদা ফায়। খোঙদা নূপুর, খোঙজী, ঘুঙ্ঘুর, খুত্তা খুজি, খুৎনম, খুদোপ, শাম্বোমদা তাল, মঙ্গলসূত্র, নাদা মকর কুণ্ডল— থোম্লে, লোইরে বাই চিনবগী অমুক্তং। অদুবু লোইদ্রি, লেংদা উত্তরীয় অমগা নওগ অমগসু থোমজীল্লকই। মদুসু শরবু ফক্নি, নুংঙাইতবদি

লীক্নি। লীকথক, লীকথা লীরক, লীকয়ায়, লীকথাঙ, লীক্লোই, লীক-খোম—লীক্লোল লোইনা সুবিনি, হয়েংনি শিরিবা। লীকশক অহুমদি কাউবু কাউদ্রি। ঐগী ইশাগী লীকয়াল পরেংনা লীকথক ওই, বকুল পরেং অচোনবা অমনা লীকখোম ওই। মথক্কী পরেংশিংদা কাংলাক-ফাং অমসু য়াওই। ভুক্তি নুম্বনা থেংখরে তেক তেক চিংথবদোনা তৌই। অহৌদগী কোক্তা কিনারনা মতোক মশোং পানবা, শেনমায়গা পরেং পরেং য়াম্না থিনবা, থা তংখাই সাবা ভুবি অমা—মচুদি চাগোক্লা অশংবরা, অঙাঙবরা কাউবে, নীংশিংবা থেক্লে, উম্নি। ফি পাম্বা কোক্ষোন থিনবা হয়িং পাইবা, মপান ওঙী চনব অংসু লেংদা কোংগোম তাশাল শ উন্তল ওল্লি। ঐ ইশা অফা অপুম্বরবসু, পেখলেই সম্পোং ময়াম, ইশাদা পুন্নমনা থোক্লবসু লাই সাবিবনি খনবগা, অরা অরাক লৈতেং মথামদা মুল্ল-বগা অহুম পুরে হরাউ হরাউ।

চংলে য়োরে শান্নভম। "মন্দিরগা লাই হুবম্মু" হায়না খুরম্মে। কায়ে মণ্ডপ—ফম্মে ছত্রাক মোডা মচামদা। হতক্কী মনুংদা, মচুম মচুনা চানা চংপা লৈবাক্লি, সুরে লোইনা লৈলাগী মৈরিং। ব ভুনগী মকোক-শিংদ নত্তনা, ধর্ম্মগী ভাব কয়া চেংনা লৈবা লৈবাক্লি, লাক্লরে লুপা অভাং নহা পাখং অহল লম্মল মরী মরী পরেং পরেং পুল্লপ পুল্লপ মথং মথং গৌরাঙ্গগী লীলা দর্শন তৌগনা পাপ মচেং সমংওং কোকচতৌরবদি মতা খোৱাংবা খোঙভমদা।

প্রেমাবতার শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব নবদ্বীপ ধামদা থোকখদাবনি। অদুনা, লৌনৈ বৈষ্ণবশিংনা গুপ্তবৃন্দাবন্নি নবদ্বীপধাম। মৈত্রবাক্তুদি শ্রীগোবিন্দনা থোঙদাবনি, অহুনা গুপ্ত নত্তে, প্রকটনি— অনীসুবা বৃন্দাবন্নি। মহুমক্তা প্রেম-মার্গনা মৈরবাক পোক্লভম লমদমদা মরায় চায়থরক্লবদা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীপাট ক্ষেত্রদা নোংহোনা অমুক ফৃগৎলুরিবনি। অনীসুবা বৃন্দাবন অসিগী পূর্ণবিকাশ মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তক্তনি।

ঐগোম্বনা অঙাং ওইরিঙৈ মতমহৌগী সমাজদি মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তক্কীসি ইকায় কায়দনা অহুম লৈবনি। সমাজগী ফজে ফম্বিবা সমাজ পুরিবা মীশকশিং অসি মহারাজ গম্ভীরসিংহ সনা হাক্তক্তগী

মহারাজ কুলচন্দ্রধ্বজ সনা হাক্তকফাওগী পরেং ডাক্লি। গম্ভীরসিংহ মহা-রাজগীদি শূরোলগী পরেংদ ডায়রবসু, নরসিংহ, দেবেন্দ্র, চন্দ্রকীর্ত্তি, শূরচন্দ্র, কুলচন্দ্রধ্বজ—মহারাজশিংসিগীদি চারোলগী পরেং লৈরি। সমাজগী লোঝং করিমত্ত তোংদ্রি। রাখন্দা খণ্ডদে মিংয়েংদা খণ্ডদে লৈত্রি ঝরিগুম্বা অতোংবমত্ত। লেংদ্রি থাজবা—কায়দ্রি মচেৎমত্ত। মখোয়দদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব প্রেমাবতারনি, রাধাকৃষ্ণ অনীগী অপূনবা শক্তম্নি, ঐখোয় কলিগী জীব লানবিগে কুম্লকপনি। তায় মখোয়দি মনাদা চৈতন্যদেবনা নুংশিনা কৌবিবা—

ইল্লু জীব ঐগী ইতুং
পীগে কৃষ্ণ খুৎফং খুৎফং।

"মতাক্তনা, মতাক্তী কৃপাদনা কলিগী পাপ কোক্লগদবনি—লান্নগদবনি; মতাক্তা পীনবা প্রেমগী মার্গদনা নিত্যধাম য়ৌনগদবনি—রাধাকৃষ্ণগী নিত্য লীলাদা শরুক য়াবা, লৌগল চঙবা ফংনগদবনি" য়েৌনা থাজবা থরায় ডাক্লি।

পোকচগে পামজ্জে লমতুই ওইনফাও
বৃন্দাবন্দা নুংশিবা;
পামজদে ঐদি নিশ্রেয়সসু
অপবর্গ কৌনবা অদুসু।

দীক্ষা ফংবা থম্মোই ডাক্লি। রাৎকনি করম ভাবুক—থল্লে পাবে, পোকখায়দৌরে মণ্ডপ। হৌবা তারে লীলা, কোয়রে পালা, লেপ্লেময়ায়দা মহাপ্রভু, নিত্যানন্দ, ঐ গদাধর। লেপ্পনি ঐনা মরক খন্দুনা ঐখোয় অহুম। ঐখোয় অহুমক খুৎ অনী অনীমক রাংনা রাংনা থাদৎতুনা লাউরে রাংনা খোল্লে খোম্থাং হাপ্তুনা

হরিবোল, হরিবোল, বল হরিবোল।

খোংলে মোইবুং, হৌরে ইশৈ। ঐখোয় অহুম্না খুৎ নাম্মন, অতম্না মুদ্রা, অমুক নাম্মনা বরদা সা সাহনা লেপ্লে। মরক মরক্তা হরিবোলসু অমুক লাউই, ঈশৈগী মতুং ইন্না খোঙফম অমনিসু অহুক তপ্না লাক্লা লৈনা খোংনা মথাংঙি। মখোয় অনীদি ফজনা তোই, ঐদি ইনীং থর

অতুম মচংলি। মখোয়না ৈল লাকপা খর খেক নৌবত্ন য়াওনীংলগা ময়াওই, য়াওনীংদ্রগা অতুম মতোকই, খুৎ থাঙজুনা লাউবতুমদি থক চিথদে।

ইশৈ চশৈ, চশ্খরি অতুম চপ্তম থোকপা নীংথিনা মথং মথং। লাক্লে নামপ্রচার—নগরকীর্তনগী মতাং। পালা পরেং অনী ভারে। মচীল অনীদা নিত্যানন্দগা গৌরগা অময়ম লেপ্লে, ঐনা ময়ায়দা মখোয় অনীগী মরক্তা লেপ্লে। নগরকীর্তন হৌরে। মকোক চিংলিবা লাই অনীনা চংথোক চংশিল জগোই তেক তেক সাই। ঐসু মতু ইন ইন্দুনা মখোয়দোনা য়াম্না থেক্লোদ্রবসু অতুম সাই, য়াওই লোইনা চরাউ তরাউ। ইমাদি ঐবুদ য়েংবা ভাই, ঐনা খেক্লে মাসু থেকপগুম তৌই, ঐনা চাইরে মাসু হাইবগুম তৌই। ঐত্তাদা য়েংই—অতুম মতৌই। ঐ য়াম্না হৈর-বোইরে খইজ্ঞ ইতোমদ, হৈনিংবা হেল্লি, য়াওই অতুমগী থরায়মক য়াওনা।

অহুবু অবাবনি। লাকখি থুনমক জগাই মাধাই নোংম্ব নোংম্ব মীরক থায় মখুৎ থন্না খল। "কনা কনানো সিদে" লাউই খাই, মিহল চেনগুম চেনগানৈ। মাঙ্খি খোংগুন, লৈশিদে মচেংমত্তু, কাউখি পুমকাউ মরিনি মচানি নুমিৎ হুদিং শয়রক্রবা, ঐবুসু লুনা তৌবা শক্তা অনীহুনি হায়বা। মমায়দা ত্রিপুণ্ড্রক, অশাংবা অয়েকপা পীতম্ব অহাপ্না অশাংবা মকোই, মমায় মখজাই পুমচাউ, মঙক্তা পদ্মমালা, মখুৎ অনীদা—মপাম্বোমদসু মখুদাংদসু অনীরক অহুমক অনীরক অহুমক হেক হেক য়েংপা রুদ্রাক্ষ-মালা, মশা পুম্নমক পুমভাঙ, মঙক থজীল মখোয় মপাম্বোম মরু খুবোম—অমুবা তিলক্তা পুম্মু, মখুজেংদা য়োংকৌ খুজি, মখাঙদা লেঙট অঙাংবা ফিঙৌনা মখাঙ লাক নীঙ্গি চাপ্পা, মখোঙদা ঘুঙ্গুর, শেগাদা য়োংকৌ মৃষল্, চাঙবা শকপদা অকিবা মুদ্রা ময়াম—কিখি, খুকখি, মিপাই থবাইখি, থনখি "কৈদগীনো অনীসিদে", খৈস্থে "করিগুম্বা ভাপ ফাহনা চারবদি।"

কিগা কিরে থুক্ক থুক্লে, অহুদা অমুক্ষু অকিবা অভিনয়। য়েংজি, য়েংদবা জমদে, উংলিবা কুম্মেহবু নক্তে, মশক্রুবুনি। অয়েং খুদিং অউ খুদিং তু খাও খাও; মখোল অতা খুদিং খায় খায়—ভয়ানক রসগী মশক—অহিংবা মশক, শং শং। লোইরে, লোইরবনি ঐ হকচাং অমদা,

মিনা অমদা, থরায়না অমদা--চোংথোক্লরবনি তোঙাল তোঙাল, তিন-দ্রবনি, তৌনদ্রবনি তিনবগী রাখল।

লোইরে মখোয়গী অভিনয়। কীর্তন অমুক চংপা তারে। চৌগংনরে লোইনা ময়াম। ঐদি চৌগংপা কাউরে। কনানো অমনা তাকপোই লাকপোই চিংখংপোই করিবোই চৌগংলে—মঙদনি অকিবা, য়াওদে জ্ঞান। কীর্তন চংপদা সাদ্রে জগোই, কাউরে পুমকাউ জগোই সাগনি চায়বা। ইমাখোয় করম তৌরিগদৌনো খঙদে—উদে অমত্ত। "গধাধরসে য়াম্না কিরমাল্লে অদু" "ইমনবাসনা" অনকপা ভাবুক থরনা চায়নগুমসু তাগুম লাকুম মতৌই—মুম্নসু খঙদে। ঐগী চায়রবু নিত্যানন্দগী খঙদে অমগী খঙদে মকম খিও থুম্না ফানবদনি তোংনরিবা। অমগী মকুম থুপ থুপ্নুনা পঙইন্দ ইনবা নিঙ্গি কিরু কিরু জগাই মাধাইদা—লোইরে সিনা। কীর্তন্না অমুক তকশিল মখোয়না অমুক তকথোক তপ্না তপ্না তপ্না তৌবি-মখৈ ঐ থব থাঙবা হুম্মি—থাঙলম্মি অদুম। জগাইবা মাধাইবা, কিখিবদগী মশক মুম্না চায়বা ঙমদ্রে, অমনা য়োংকী মুখল পায়ংনা শাথিনা লাউহ্নুনা চেনশিল্লকপা অমা থোকখি। ঐগী অরোইবনি। কীর্তনগী ময়াম ফাওনো "শিরেদনা" চেক্ক মচেল্লে ঐখোয়গী ঐজ্ঞাগী মনাক য়োনবা, য়োবগা ফন চোংশিন্দুনা তম্পাক্তা চেক্ক মরোংলে। মণ্ডপ পোকথায়হৌরে, পোকথায়রে নোকখিবনা। জগাই মাধাইসু কায়রমগনি শোয়রোই, মখোয়গী অভিনয়। ঐদি হুম্মাং অনপ্পা কারবনি, পুমচোং চোংলবনি, মিহুল দ্রঙ দ্রঙ কাওববনি। মনাও ফাম্লবা লৈমশিজ পুম্নমক ঐবু লুনা তৌবা ঙাক্ক ওইবনা "কবয়ো করয়ো" লোইনা নুংশা থীনববনি। মায়োদি সূত্র ফম্ভুমদগী ঐবু ফাজিনবা নংচৌদনা ঐগা তুংথ মাঙথ অদুম ঐজ্ঞাগী নাক অদুম য়োমিল্লরবনি। অদুদগী প্রপ প্রপ ঈশিংগা লোক্রুহনা অদুম তৌরবনি। অসোমদা ইমাখোয় ঐজ্ঞাখোয়দি মফি মরোল অফবনিগা চায়বা কাউহ্নুনা "লোইরে অঙাংসিদি মাঙলে মত্তা" ইনফিনা হুম্মাং তৈথোক্পা য়াও হুম্মাই হুবা য়াও তৌনরবনি—লীলাগা চঙদ্রবনি। অদুবু ঐ করিসুদি তৌদ্রে। তৌরুগনি করিগী। মবেলগী অকি অখঙ চঙদবা ফিনা পায়রবা, তম্পাক্তা লৈরবা মশু ওইবা অঙাং কনানা কনং কনাবুনো কিরুগদৌরিবা।

নীংশিংলকই মতাংসিদা নহা ওইরিবৈ ইখিবা শৈরেং মচা অমা—

অঙকপনি ইবুঙো নঙী কুম্মসে
য়েংহনবা খঙবা নত্তে নঙী নতৌসে।
পীনরি নারদা
থোরবা লিংজেন্দি
মবেনগী কিদবা ফিজিদা।
পোনবনি মখাদি
তেংবানবু পুম্বদি
খঙ্গলি মিকুপ্তা
নাবাবু পুকচেন্দি
মবেনগী ফিজিবু পাইবদা।
অঙকপনি ইবুঙো নঙী কুম্মসে,
য়েংহনবা খঙবা নত্তে নঙী নতৌসে।

অকি অমং লোইনা কোক্লে, হৈ বা চাহনা ঈংলে। ময়াম পুম্নমক্না "করি কিরিবনো, করিসু তৌরোই, নঙা খঙনবা ওজা অনীহনি, মমায় মমিৎ য়েকশিনবনি, মখোয়না লীলা তম্মদা তৌবদু কাউরবরা" হায়হনা ময়াম পুম্নমক্না হায়রে—ঐ অহদদি নে পুমত্তা তারে। লুহপ তুবি লীক কোল ফিরোল লোইনা সেমজিন খোচ্ছিনবিরগা ঐজানা নীংথিনা তম্পাক্তা পল্লে—ঐসু ঙহাক কুম্মি য়েংলে।

ঙহাক অহুম খোংগুন তানা ফমুবা তুং মাম্মোনা সূত্র ফজমদগী লেঙলক্লনা "মাম্ম থিজিল্লগে লাকও" হায়হনা লোররে। চঙলে মণ্ডপ ময়ায়। ময়ামগী মতুং ইন্দুনা ঐগী মতাং মতাংগী তৌফম থোকপা পুম্নমক লোইনা খোংগুন তানা মথং মখং তৌরে।

লীলা লোইশিল্লক্লে। মহাপ্রভুনা সন্ন্যাসধর্ম লৌবগী পাউ ফংবদা ভক্ত পুম্নমক মাগী, মাগী বিলাপকী শরুক লোইনা অভিনয়গা কোয়-কোয়না তোপ্পসু পুন্নসু উৎনরে। ঐগী শরুক্তু লাক্লে। অতাং ওইরি-বৈদগী ঐসি খোল লোনা চাউনা লাকই। ঐনা পিশক পিক্লা পোল

ইরো লোনা ইচাউ চাউনা ঐগী অৱাশা শ্লোক মতেক অদু ময়েক শেংনা হায়বদুদা মণ্ডপ ময়োল অকোয়বদা ফম্লিবা ভাবুকশিং অদুদা নুংশিনা থোক্লু্বগুম তৌবরা লোইনা ঐঙোন্দা য়েংবগুম ইতৌ তৌই। মখোয়দা য়ায়া নুম্ভাইনমক তেক থোকখিবদি ঐনা

হা হা প্রাণনাথ গৌরহরি,

কি হইল কি হইল

হায়দুনা তুবা মঙ্ং অদুনি। খায়না তুনবদি হান্না নীং লৈত্তারগা কৈনা মখুৎ হাইদুনা লৈমায় তাবনি। ঐদি অদু হৈতে। অকোয়গী "কি হইল" গা কোয়না খুৎ অনী লৈবাক্তা নম্নগা থোঙ অনী কাউথোক্লুনা উপ্ল, তারগা অমুক চেপ্তুনা হিপ্পনি। অদুদদি ভাবুক পুম্নমক অসি হোৎ-না নোকখিবদগী মণ্ডপ অদুম তেক্ত পোকখায়বনি।

ঐনা হৌগৎলকপদা ঐবু য়েং য়েংদুনা মপ্লাম পুম্নমক পঙনোক্ত নোকখরে। ঐদি ঐবুনি হায়বা খঙদে। থুরেমখৈ পাবুং খাবম লাকপা লেঙশিল্লক্লুনা "ইচানা মতোল্লে, হৈখ্রে" হায়দুনা লুপা অমা পীরৈ হায়গদরা থারৈ হায়গদরা, খুত্তা হাপ্লে। লুপাদো কাউদ্রি শমজ্জিলৈবিনি।

ফংখি অসুম শমজ্জিলৈবি অমা, পঙবগী মনানি, পুনশিগী অহানবা।

## তরামরিস্সুবা মতাং

# অরাবা নংবা অহানবা

খ্রীষ্টগী কুমজা ১৮৯১ দনি মণিপুর বৃটিশনা লৌবা। সীমান্ত পরিরক্ষা-নীতিগী রাথম্নরা খঙদে নিংথৌ খুভর্মাদ মুথৎতে, ইন্দিয়ান ইন্দিয়া ওইনা অতুম থম্মি। মহারাজ নরসিংহগী থারাদা যুবরাজ ফুংগা থিত্নুনা নিংথৌ হাপ্পি। ভুবন যুবরাজনা পোকপা য়াইস্কুলাকপা নিতাইবাং তাবনা কোনবা চাউবীম্নাইমা সনা মায়থুম্বিনা পোকপা ইতোন তোনবা অমুসনানা। চুড়াচান্দ মিংথোল লৌত্নুনা নিংথৌ ওই।

মহারাজসিগী সনা হাক্কম্মিমক্তি মণিপুরী জাতিগী ইতিহাসদা যুগান্তরগী মতম্নি। অরিবা যুগনা মরাম্ন চাম্নবা, নোংমা নোংমগী অসুম অসুম চ মথরকপা, অনৌবা যুগনা মমী তম্বা, নোংমা নোংমগী অসুম অসুম মচান তুমথৎলকপা, মপাল ফগৎলকপা—মতমগী ম্নাওন মতাংনি। শাসনগী ক্ষেত্রদা লাকখি ইহান হান্না অচৌবা ম্নাওন অমা। অরিবা নীতি চাইদোকপা চাইদৎপা ম্নাবমখৈ হাইদোক্লে, চাইদৎলে, অনৌবা নীতি পুশিনবা থাংজিনবা ম্নাবমখৈনা পুশিল্লে, থাংজিল্লে। ইন্দিয়ান ইন্দিয়াগী অতৈ লৈবাকশিংদা চৎলিবা শাসনগা থোং মান্নবপ থল্লে। লাক্লিবা অতোংবসিনা পীশি অপাল অপিল নিংথৌ মচামশুশিংদদি অরাবা, নুঙাইতবা, কাংলোং চাইবা পুনশিংগী শাথিবা খোংচম অমা, অহুবু থাবিথি লৈবাক মীয়ামগীদি অরাবা, রাশরবা, শাথিশরব পোংলুম অমা।

লৈবাক হিংনবা "নিংথৌ পাম্লিত্তৈ মতম" হায়না খঙনবা অরিবা যুগদা অকনবা শাথিবা পথাপ অমা চৎলম্মি লৈবাংম্নিদা। চহী তরামঙা হেক সুবদা মীপুম খুদিংমক লৈবাক নিংথৌগী থৌগাই পুই। অপাল অপিল নিংথৌ মচা মশু, লৈবাক নিংথৌ পনগী অথাবা শিনফম পুবা শাগৈগী মীশক নত্তবা মীপুম খুদিংমক লঙজারোয় কায়। লঙজারোয় কাবা হায়বা শিনফম অসি পুবা মীশিং অসিদি মী অমা ওইনা মশাবু

মশানা শীজিন্নজবা ভমজদ্রবা নোংদম থীরবা নাইফম ওংবা মীগা অম্মা অতুম মওইরবনি। বৃটিশনা পাল্লবদা পথাপ অসি মৃৎখিবদগী মীয়ামগী পুনশিনা পুরম্বা শাখিবা শাপ অমা কোকখি—পুনশিগী রাখরবা পোৎলুম অমা থ'থা থাখি, মী নাক্কন্দ তোল্লবা সোর কোম্না তোনবা ভমজখি। চাকতোঙ ভ'তোঙবা মতমগা ওইশিল্লে, বৃটিশগী মঙাল্লা শাহো লাহৌগা লৈতরে, মীয়াম্না ময়ুম ময়ুমদা লৈতানগা খিন্দুনগা প'ভ্রে—অতুদদি লৈবাক্না কৌনখি যুগ অসিবু "তিংথো ফোয়ৗতুনা পানবা যুগ"।

হায়রবমক হ্নাই মতম অসি তিংথো ফোয়ৗতুনা পানবা যুগ। চাবা থকপগী থোইনা খল্লুনিহাই লৈতে, পোৎলম পুন্নমক হোঙমন্দুনা মমৈদদি শাপতুম ওইনা থোক্লে। মতাং মতোংদা অতুম মউরক্কনি।

হায়নৈ—

তম্নিভৈ লাইনা প ন্নিভৈ, ঐগোয়গী লৈবাক্নিদা চলৌপুংদ চাক থোকই, য়ুশোপুংদা য়ু শোই, ভাম্নান্দা ভা ফ'ই, শায়াম্দা শা পাল্লি। হায়রিবসি মীনা পানবা মতমদসু অতুম মথোকপনি। লাংগোল য়োৎলম অমত্তং চেনবদা ফৌনা চরোং চুম্না চুম্না উপথ উপথ অতুম মপানবনি, য়োংলৈ পরেং অমত্তং কাইবদা, মহৈ মরোং মনা মশীংনা মখল মখল, পুমশং পুমশং পুমথল পুমথল অতুম পড়পাল মপানবনি; থাম্মুল পরেং অমা হনবদা হৈনা রানা হাইথ হাইথ তেকথ তেকথ পুময়োম পুময়োম অতুম হেক্ক মপানবনি। তু থোং পাৎ কোম খোংবাল লুপলাংদা ভাগী ভা ভাক; চৌংদা মান্দা লশিংগী লশিং ভাক; চৌংয়াদা তময়াদা কত্রংগী কত্রং ভাক; লমদা তুদা রাগী রাকোল, উগী উকোল, শৌংগী শৌংগোল, লাগী লাকোল; মফম মফম খুদিং থুমগী পেরে—থুমগী কৈথেল—লৈতবনি রাৎপা কোব-মত্ত। ফৌ সংবাইদা শিকি, ভারুক ভাতোল য়াংখৈ হুম্ফু চনবদা পৈশা অমা, চলৌ থুম্বাক্সদা পৈশা অনী, লশিং কোকথোং পোল্লাং অমদা তাঙলবদা শিকি মঙা, অঙাংগী চিনি চফুমদা পৈশা মল্লেক্সা থাদরগা পাই অমা হনবা—অসিঙাক্লি। অকে অমৌ অরু অহেল অনাল অরাক্কী পোৎ চৈদসু অতু ভাক্লি। য়ুমদা থোকপসু লমদগী লাকপসু অতুম পঙহোঙ মহোংভি। চেক লীশিংমদা লুপা তরাদ মপী গাড়ীমম্না খোংচৎ মরিপী

লুপামতনি। সনা মোহর (তোলা) দা মনা সনাদা লুপা তরাগা তরুক্তনি। জাপানী সিল্ক অনানবা অফবদা গজদা শিকি, শিকি পৈশা মরিগুম্বননি, সুপরফাইন লোং ক্লোথনচিংবসু মখায়গা মখায় আনাগুম্বগা অহুরাইদা অহুম চৎপা ডাক্লি।

অহোং অচাউগী যুগতসু অৱা অনং লৈতববুদি নত্তে, অহুদা হিংবগী চঙদফদবা পোত্তি ঐখোয়গী লৈবাক্তা মশানা অহোঙ অচাউগী লম্নিনা হিংবদা পঙৱা ৱাবা, চারা হেনবদি খক থোক্তে, মী পূম্নমক মৰুক্তদি থম্না লোইনা হিংবা ডাক্লি।

অহোঙ অচাউসিনা লৈবাক্তী মাঙনবা মরম তশেংনা অমমক ওইদ্রনসু ওইনা থোকখি। শঙজারোয়দা পুনশিগী অখাবা মহাও থীনা তংলুরবা, তংলকপদগী নীংঙমদ্রবা মপাগী পবেংনা নগা ওইবা মচাশিংবু "ঐখোয় লৈরিভৈ নুঙাইজসনু, নুঙাইজহৌসনু মতা" মতমহ্গী হিংবা কোম্বা পানবা লাইবা মওংহুগা পাহ্না কোমথা থানখি। অহুনা মম্নুম মকৈ পাস্ত্রিবা নগা পাখংগী পরেংসিদি ইকোম ইকোম কোম্না অহুম লৈনৈ। খর হায়না তানবা য়ানা পোকপশিংনা ইমুংগী মনুং মপালগী থবক নোংমগী অহুক খর মম্লাওবা, থোইদোক্তা মায়পূনরুবদি তৌদবা, অহনশিংনসু থোইনা পঙথি থিবিদবা, খর লম্নেন ,তুহেন পোকপশিংনা পক্লোয়দা মকোম্বা পংচত্ত মচৎপা, হক্লিল্লক্লগা চাক্ত মচারবা, মচাবা—অহনি। কোমথা থাহ্না কংডাওননা চৎলিবা মচাশিং "ঐখোয় লৈরিভৈ, ঐখোয়না কোন-বিরিভৈ অসিদা লাইরিক লাইত নত্রে মচৈ মশাং অমা তমজসনু, তমজ-হৌসনু" হায়বা ৱাখল্লিমদি মখোয় মপালিংদা ইচঙ চঙদবা ইরৈ লৈতব-তম তৌই। মরমদি লৈত্তবা নত্তে।

মতম কুইনা লেগা থা খুংখা থং, খুহ্ং ইন লাকপগী হৌনবা মখোয় মসি লৈবাক্তী লাসন্দা মশাগী লৈকম থোকপা হক পূমকাউ কাউরবনি, পূম্নীং নীংসিংদ্রবনি, নত্তে, পূমখঙদু খঙদ্রবনি। "লাইরিক লাইত তম্বা চায়বসিদি লৈবাকনিংথৌ পন্দা ৱায়েন থৌদাগী শরুক য়ারগদবা অপাল অপিল মচামশূশিংগীদনি, ঐখোয় লৈবাক খুম্লাই ইচা ইশূশিংগী নত্তে" খনবগুম তৌবনি, খনবনি। তক্লসিরা, মতমসিরা, খনবা কাংবুশিংগীসু

তম্নবগী খুদোং লৈতে। স্কুল খরদনি লৈরিবা। লৈবাক্কী অপূনবা ওইনা ম্নেংলবদি লৈতবগুম্বনি। অঙাং থাবা য়াদে, চংপা ঙমদে থাপ্লা তাম্না লৈমনবনা। পোৎ হোঙলবসু শেল্লি নংই। শেন তিংহনা মচা সেম্বগী সামর্থ্য লৈনদে। অসি পৃম্নমক্ত অসিনি, লৈরি অরুবা অমসু। মীপৃম খৃদিংমক, নীপা খঙদে নূপা, শম্মদি য়াম্না লুনা তৌনৈ, য়াম্না কিনা চংনৈ। ইংরাজী হৈরগা শা চারক্কনি, য়ু থকলক্কনি, জাং তারক্কনি, ইমুংগীসু মশাগীসু লৈবাক্কীসু অমাঙবা অচৌবা অমা ওইগনি হায়বা বাখল্লিমসু লৈবাক খুন্নাইদনা নত্তে অপাল অপিল অয়াম্বনসু মবুক্তা অহুম চেৎনা পুনবনি। অহনা স্কুল লাইব্রিক তম্বপী বাখল অসি পঙতো তৌনদে, সুকতৌবু তৌদে হায়রবসু থোইনা লাল্লোই মতম অহগাদদি। মতমসিনা অহুক পাম্নরিবা অরুবা বিদ্যাদা পুং ইশৈ বৈষ্ণব গ্রন্থনচিংবা খরসিদনি। অসিসু লৈবাক খৃন্নাইগী মচামশৃশিংগীদি তম্বগী খুদোং লৈতবগুম্বনি, লৈতে।

অমরোমদনা, মখোয় খুন্নাইগী মীওইশিং অসিদি মপুনশিদা নুঙাইবা, য়াইফবা, চাউখৎপা পঙফং ফংলক্রবনি; অরাংবা থপ্লোই অচৌবা বাখল চঙদ্রবনি মখোয়দা। মবুক্ত থল্লগা লোইরে লাক্লবনি, লমদম্না পোৎ মরাং কায়বা, হোঙবা, চাউবা লম ওইবনা মবুকমখৈদি অহুম মথঙ্গরকপা। অহনা য়াম্না চম্না হিংঙি, চংলি মশোম্নদি। ইস্নোকপনি মখোয়দি লোইনা লাইদা লাইবঙা। পুই মখোয়না মবুক্তা "চরোংনা য়াংপা খয়াওসু তিংথো চায়, লাইনা য়াংপা খয়াত্তি করি হেম্নি!" "নূপীগাদবু খর লুবনি. নাপাগীদি মাগী মাগী থোকপা অহুম লাকচগনি" সু খন্দোকই মখোয়না।

পৃম্নমক্লি লৈবনা মচাশিংগী তুংগী মরমদ থোইনা নাচুংলুদবা মীওইঙাক্লি মতমদুগী খুন্নাইগী মপাগী পরেংদো।

অসুম তৌই হায়হনা অঙাং পৃম্নমক মাঙলবরা হায়বহুদি নত্তে — মাঙদে। যুগ কয়া নীংদম পাল্লক্রবা হিংলক্লবা লৈবাক্লি; অরাংবা থাঙ্কী সংস্কৃতি সভ্যতাগী মপু ওইরবা জাতিনি। জাতিগী শিক্ষা দীক্ষা জাতিগী আদর্শনা অঙাংদি অহুম মহোইবনি। অহনা ডাক্তর মার্শেলগুম্বা দর্শীনা "শিক্ষাদি নুংশিত্তা পাই" লাউরম্লিবহনি। তক্ষম অপাম্বনা নাইরুদ্রবসু লৈবাক্না

মশাগী অঙাংশিংদু অতুম মতম্থিবা কনি, অঙম মসেমজবমি। ইচাউ শাকপম মপা থোক্লুবা লমগী শরুক খব শাখিনা লোকপগুম মচুগী মাওরা ভারুবা লৈবাক্কী শরুক খবদম থানা লোক্লুবনি। লোক্লুবা মরুংগী কোঙ্গায়মদি ফনা শাখিনা মাঙ্খি। মশা মশা নকনা সমাজগী মাতুংনহাউসু অতুম মওইখি।

কোমথা থাববা কৈচাওনববা অচাং পাবা অসিগা কোঙ্গায় কোঙ্গায় জুরাবনা মপুনশিগী শিনফম ওইখি। অনৌবা শাসনগী পথাপ্পা মখুতম কায়রবা, মপুনশি কাংলো চাইরবা, শা জানগী মাইদ মতম্মোবনা হিংনবগী লম্বী মুংশিন্দুনা লেখাতম ফংদ্রবা অপাল অপিল কাইদুগী অয়াম্বনা য়াইফবিদ্রে লোঙ্গাতম ওইবকপ খুনু তুমবা, চৌবব শরুনা, শগোল তাম্লবনচিংবা লেন থানবি মশাম্বশি অসি নাংবা কায়রবা মপুনশিগী অয়া পোংনবা ওইনা চেক চেক শাগ্রে। মসিদা মথোয় শিক্ষা ফংখিবনি, দীক্ষা লৌখিবনি। তংনগী তাসদা ওনশিনখিদ্রনা তরেংবা জুরারী ওইখিবনি। মফম মফম চুশিনদা ক্ষেপ লিংনা শাম্লখিবনি।

ইম্ফালগী কাচিন কোয়াশিংদসু অকোয়বা অনক অরাপ লম পৃথক্রেসু জুরাবগী নংশিং অকনবা অমা পোকখি। রাজ সরকারনা তুমিন উশিন-খচজিন্নদনা লৈথোকপা য়ারক্রে। গরমেন্টনা খিগংনবা ফানক হুকুম অমা আইনগী থোংদা সরকারগী তাউংরে থানাগা অচৌবা মথৌ অমা ওইরে।

হুকুমগী মতু ইপ্ল থানানা থবক পায়খংলে। থানাগী নুংথৌবি হায়বরু খম থেংলে। গরমেন্টনা মকোক্তি অপাল অপিল নিংথৌ মচামশু হাক্রুনি। অনৌবা শাসন্না মথোয়বু তুংৎপদোনা থোকপনা, অমরোমদদি তুসু তুহৎ-লিবনি মথোয়গী হিংনবগী মরীদা করি থোইদোকপমম্ত য়েংবিবা লৈতবনা বুক্তা রারুম লোইনা লৈ, মরী লেমসু খায়। চংলুবদা মথোয় খুদিংমক্তা হায় “থবক্তি পীদনা করিদোনি, ঐবু লৌ উ হায়বরা!” চৌবরগী খুনুগীরা হৌদোক্লুরে “ঐনা সরকারগী লেঙ্গাওদি লোক্লুদেনা, অতুক চুহাক পোথানবনিদ্রা, লোথাবসু য়াররোইদরা!” চেজিলুরে মমায় খুই, ইকাইবা নংই। থিজেল তাইনবা চুমদ্রে, নাশিংথোং তাইনরে। নহারোল মথোয় থানানা চুমদা লম্মল খুমগা লোয়ননা তাইনরে। জুরারী অমা ফাদবু

ফারবা অকনবা উকন অমা লৈত্রবা, নংলে অতম শোয়দ্রে। উপু, চৈ, শেল—হান্নগী মশাগী খুৎপায় শেলগা কোম্লনা। অদুনা কিনৈ কোয়েৎ অঙাংবা নতারোল জুরাবা খুদিংমক্তা। মখোয় কোয়েৎ অঙাংবা উবা য়াদে, মনম তাবা য়াদে, শা থেংনবা শক্তিনি—খোংবাল লুক্রাং রাবক উবক, ইংথোল নুংখোল শায়দে, পঙচোংদ চোং পঙলিত্ত লিং মথবায় খুবাক্তা হাপ্তুনা হেক্ত চেনবিনি। মতং চাকুবা হায়গদরা, চাকুদবা হায়গদরা, লপ্নদা মীগী ইমুং থোঙ অহাংবা ফংলবা, ইমুংদা চেনশিন্দুনা কাঞ্জা লুখাদফাও তেক্ত লোৎলি। অঙকপা মতম অতুগী ইরাংমনি।

ঐখোয়গী ইংখেলসি চিঙাখম লৈকাইগা ত.ইনৈ। তাইনৈদি তায়রগা লম্বীগাদি ফাওনদে। ফাওনবসু খুবোং চাদে। শিলেনপাৎ মরীম্নি হায় তুখুন অচৌবা অমনা খল্লী। হৌজিক্তি পৃম্মুং মুৎপদোনা তৌরে। ঐখোয়না অঙাং য়ামা এইরিচৈ মতম অতুবাইদদি ইপাল থাদদি ঈকোপ কুপ্পা পাৎ-চাউগী খোং অচৌবদোনা চেল্লা। তি কংথোক কাশিন য়াই। নুপী নহানা ঈল চিংনৈ। ঈকং থাদসু ঈশিং খরদি মতেক মতেক অতুম্নক মরৈ। নাক য়েৎ উকম রাকম ঙাক ওইনা তৌবনা অয়াম্বা মক্ষমদদি লৈখোম লৈনাসু ইকং কংদে। অতুনা লৈকাই অনীসি ইনক নক্লনা অতুম লাপ্পে। চৎনবা তারবদি মমাঙলোমদা মোইরাংখোম কৈথেল তান্না চৎলি হায়. নত্রে, ঐখোয়গী মনীংগী লম্বী চৎলি হায়, অমা তৌনৈ। অরাংগী চিঙাখম লৈকাইদগা তোপ্পোপ তানকুবা নত্তে, মখাগী য়ুম্মাম লৈকাইগসু অতুমঙাই, খোং অচৌবা মরীল অমনা অতুম মখল্লা। মতম অসিমক্তবু লৈকাইশিংসে ইনক ইনক নক্লনা তোপ্পোপ তোপ্পোপ তোঙাল তোঙাল ইমুং য়ুংনবা ঙাক ওইনা তৌই।

নোংমা শজিবু থাগী অয়ুক্তনি, অয়ুক্সক্তি নত্রে, চাকচম্বাঙ হায়বা তারে, নুমিৎ দারী কুম্লাং কুম্মাঙ তৌবকপা চাক ঈশিং থোংনবা মতম অতুরাই-মক্তনি। ঐখোয়গী ইমায়ায়মনা চাক থোংলি মতোমদ। ইবেনগা ইমাপা ঐগা ঐখোয় অহুম্না মাংগোম্দা লৈ। ইবেনগা ইমাগদি মাগী মাগী মশিন শূরি. ঐনা করিনোমা শান্নরি। ইথোসু ঐজ্ঞাসু মাম্মোসু অমত্ত লৈতে।

ইন্দোমচাম্বীসু ঐজ্ঞানা কৈথেন্দা লোয়নখি। চিঙাখম লৈকাইরোমদা পঙলাপ লাপ্তনা "থংলো থংলো, ফারো ফারো" হায়বমা তৌনরকই। "কন্নিনোনে কৈদৌরবনোনে" হায়দুনা মাংগোলগী ঐখোয় অচুম্মক দারীমচীন্দা লেপ্তুনা য়েংঙি, ইনিন্দা মত্তায় করি থোইদোকপা উদে। "নকপরা হায়ববু থর লাপ্‌মাঙ্গে, করি থোইদোকপা উদে" হায়দুনা লোইনা হুঙ্গিন্নদুনা হান্নদোনা ফম্নরে।

ঐখোয় কমথবদ মত্তায়রি, ইমায়াইমনা ইপা পাখংনা চাকলদগী খোনকম কায়রপ "হো ইবেল" হায়দুনা চেঙ্খোরক্লম হেক তৌই। ঐখোয় লোইনা ফুক হৌগত্তুনা চেনশিনখিবদা "ইমায়ায়মনা নীপা অনীশক মখোঙ লৈখোমগা ইতৈ তৈ চেনশিল্লক্লুনা লৈরে" তম্নে। ইবেম্মা ভাব তারবরা জুরার তান্নবনি হায়বা প্রপ প্রপ চঙ্খিদুনা "নওক ওক্লগা করিগীনো নহোয়না মীগী ইমুংদা অচাং নুবী কিতল্লিবা, থোকও চংস্রো" হায়দুনা অহল ওইবগী হৌনবা শাউরপ ভাংন্থোকউরে। ইমাসু ভাব তারমাঙ্গে "হা ইবুঙোহোয়, মা পোং অমত্ত তান্নরক্লেসে থোরকও চংহল্লোরবো" হায়দুনা ইফ ফনা হায়। লোৎলরিবা অনীঠুদ অমদি কাঙলম লীনা চাদবা মীনা হংগোইনরপ তৌরবা মীশক অমনি। মতাক্লা থোরক থোরক্লা "ঙহাক থুপ্পগীদমক পঙহায় হায়জবা সারিয়ে চনুবীসিনসু" হায়দুনা ইবেন্দা থীনা য়েংই। "হাইমা, শাউসু শাউবিবিয়ে ঐখোয়না লাল্লুরব্রা মরুদি লুক্কে হায়ব্রদনা" হায়দুনা ইবেম্ন পম্রং পম্রং অচুম ঙাঙনা ঙাঙনা লৈতোই। "কিজরেদ ইবেল, অসিদি মহা লাইশমঙনি হান্নবা মীশক্কি" হায় ইমানা। "কন্নিবু তৌজরগবনো ইশূসিদ, মখোয় অসিগুম্বসিনা কৈরোয় লৈকায় পুম্নমক কোয়েং অঙাংবনা রাই চাইরিবসিনি, পুন পুন্দুনা মরাইনা ফুঙনি, নিংথৌ পাল্লিডৈ নুঙাইদা, পাং তিং তিংদুনা ফুরপা নাই কাইবদো লম্মেনবশিংসে" ইবেম্না লোইবা নাইদনা লৈতোরে ঐখোয় অচুম।

লোৎলরিবা মখোয়না চুম্লিবরা, তাল্লুরিবা ইবেম্না লাল্লিবরা নত্রে তাল্লুরিবা ইবেম্ন চুম্লিবরা লোৎলরিবা মখোয়না লাল্লিবরা—মসিগী বিচার অসিদি ঐগী ইতিক ইপা থোক্রে। নৈ, থোকই সংসারসিদা অসিগুম্বা কয়া কয়া থৌরবা বুদ্ধিনা বিচারগী থোঙদা মরু হেক্ত লুকপা ভাবা, লুকপা।

কাংলম চাদবা হায়গদ্রা অঙাওবা হায়গদ্রা অঙাংনা অচৎ অথোক উংফুল চাই। উংফুল চাবা অচৎ অথোক উংফুল তৈ, মফি মোংলি, চুই—শাউই, চৈ। অচাইবা অঙাংনা নুঙাই "পাল্লে চুরে" নোকই, চোংঙি, খেকই। কনানা চুম্লিবা ! উংফুল চাইবা অঙাংনা চুম্লিবরা শাউরিবা মীনা চুম্লিবরা—খঙলুগনি কনানা ! চৎথোকই অসুম মী, উদে খঙদে ঙিন লৈ, নেংলি লিন্দা, চিকই লিন্না। কনানা লাল্লিবা, কনানা চুম্লিবা—তৌরুগনি কনানা বিচার। বিচারগী বাদি খঙদ্রে মরম অনাসিদা, লৈ অহুবু হায়নীঙাই অমত্তংদি। মরায়বক থীবনি অচৎ অথোকশিংদে। উংফুল চাইবা অঙাং থেংনরুবা, নোংদম থীবনি মী মখোয়দো লিন নেংলুবা।

সংসারসিগী নুঙাইবা হায়গদরা, অঙকপা হায়গদরা, মঙাংসিদা নীং-সিংবা য়াবমগা লৈ। লৈরিবা মীশিংসি অমত্ত শক্মান্নদে, শক্মান্নদবগুম পুক্মান্নদে পুক্মান্নদবগুম লিন্মান্নদে। লিংমান্নদবনা শাজৎ লিচৎ ভিন্নদে, রাখল নুংখল থেন্নৈ, রাপু তোঙান্নৈ। উচিগী জাংনা খল্লি "ঐগীদি চীক-থৎলগা লোইরে, ইশাগী কান্নবা কান্নদবা, চীকথৎলগা লোইরে, অদুম পঙনুংদ নুঙাই, মীগী মাঙনিংবমখৈ মাঙজসনু ঐ নুঙাইরিবদবো" চীকই, চীকথৎলি লোইনা অফং অফং। শূমগী জাংনা অমুক খল্লি "ঐদি চারগা নুঙাই, চাগনি, তুম্নবা চাগনি তুম্বদা কোন্নখিবা করিসু খনবিদে"। চাই তুম্নবা অফং অফং, নাচুংদে কদো মশা কোন্নগনি। লম্মৈগী জাংনা পুই অমুক মবুক্তা, শূমগীগা অম্মানি "চাকপনা ইথোনি, লম্জাউ খোম্নাতুম্না চাক্কনি, চীংমায় খোম্না তুনা চাক্কনি অদুম ইশা কোম্নজখিনি"। মখোয় অসে সেম্বা থোক্ত্রবনি, পোকপদগী অদুম মকোম্নদুনা লাক্রবনি। মখোয় অসিগুম্বা মীওইশিংসিনি লৈবাক্তা অরাবা শাথিনা পীরিব।।

চৈরাউবা নুমিৎনি। মৈতৈ ঐখোয়গী লৈবা নুমিৎ অমনি। নুমিৎ অসিদা অরিবা চহীবু বিদায় তৌবা অনৌবা চহীবু ওকপা নুমিৎনি। তরানি মঙানি লৈরিঙৈদগী য়ুম কৈ লোইনা শেংদুনা ঙাইনবা নুমিৎনি। ইমুংগী মী পুম্নমক অহিংদগী হৌদুনা ইমুং মাংগোল শেংবনা শেংবা, শুম্মাং থেংলোং শেংবনা শেংবা, থবক্তা খোইরেল মশা পাম্নবা নুমিৎনি। ঐগোম্নগীসু ইমুংদা লেঙদনা লৈবা কাঙবুগু লোইনা ঙত্তা ঙত্তানা হৌনরে, চৎনা থোক্লা

লৈবশিংসু অতুম ওস্তা ওস্তা য়োরনক্লে। মাগী মাগী মথো লোইনা পাম্লনরে। নুপীগী পরেংদি মথং মথং ওস্তানা হান্না অতুম ইরুনরে। নীপাগী পরেংসু কোল্লপ অতুম মথং মথং অতুম লোইনরে।

মন্দিরগী বামন্দা সিধা থিল্লুরে ইমুংদা য়ুম্লাই অনীগী সিধা সেম্লে। ইধৌনা চাইথরতুনা মন্ত্র সোনবনচিংবা হেক লোইবগা লায়িংথোগী লৈম-রেনগী খুভম শেংদোক্লে, লৈমরেলগী পুল ঈশিং থম্না হৈরে, ফিরোম্ল ফিঙাম হোংলে। ঐত্তানা অশেম্বা সিধা অনীমু থিল্লে। থোইরু থাউমি কংলে। কুসুমলৈ, কোম্বীরৈ, লৈরিনচিংবা লৈদা ওংবা লৈরম কয়া, মেলৈ, মেলৈ লৈস্নানচিংবা উদা ওংবা লৈখল কয়া লাংলে, কারে হৈরুক অথুম অহাউ হাম্পেং কাংওবিনা মকোক তোং; হৈরী, মাইক্লে, নোংগাংহৈনচিংবা লকোই লতং চুপ্তো। খুরম্লে, নিরে লোইনা মঙ্গল।

থোংলে চাক ইমাগা ইমায়াম্লমগা অনী চঙতুনা। ইম অনীদত্ নত্তে, ঐত্তাফাও লেংশিল্লি। অমুক চাক থোংবা উরবগুম তৌবনা ঐহেন্দা অঙকপা নুঙাইবা অমা ওইনা থেকখি। "ঐখোয় ঐত্তা চাক থোংলে, ঐখোয় ঐত্তা চাক থোংলে" হায়তুনা ঐনা খুবাক খুতনা চোংই। ময়াম্না নোকই। ঐনা হায়রিবতুনা করি, ময়াম্না নোক্লিবতনা করি—খঙদে, হায়বা ওমদে। উনা অকংবা কেল্লকপা উবদা লাইলুচানা নোংথক্লা লংগোই সাবগুম উবা কবিনি অঙাং, অতুনা মাগীদি থোক্লু খোক্লুবা হায়বতনি, অঙাংদদি পুম্নমক কুম্মগী কুম্মে ঙাকি। কবিসি অঙাওবা মীরোল থুংবদা অয়াবা থানৈ অঙাও অফেগী মতৌ য়েংলগা মীনা হেক হেক নোকপা মউই। অতুমক্তা নোক্রবসু ময়াই।

নুমিৎসি মথেল লুকোয়সু য়ামদ্রে—তরা কুম্নুক্তুম শুরবা য়াই। ঙসিগী চাকথোংসিদা অঙকপা অনী য়াওই। অমনা, চাক এনশাং থোংবা খুদিং-কুরাও অঙৌবা মশা অমা হেক হেক লুপ্লি করি হায়রিবা খঙদে। অমুক অমনা, অথা অরাক অশীন অকম লোইনা পুমজিন ঙৌবা অমগা য়াওই, য়ামদে—শিত্তনি শিং, খিত্তসু অতুম মথুংই, চাবদি চাদবা য়াদে মত্তঃ লোইনা চানৈ। ঐদি পাউ অতক তম্বদনি খঙদে করিগীনো হংম্ববা। দ্রবাগুণ খঙবা

কাঙবুনরা কনাগুম্বা বৈজ্ঞানিকশিংনরা খঙ্গদবা মঙাম্বরে। পঙলু লুবমক নম্রবসু শরুক খিত্তংদদি জাতিগী মহৈ মশিং খঙবদা মকাম্বগদ্রা খন্দবা ঙমদে।

চাক ঈশিং লে ইরক্লে। ইধৌনা ঠাকুরগী প্রাস দি ঙহাক য়েংখিসি য়েংনবি। লাকপসু অদুম লাক্লে। মফম অনীদগীনি—অমনা ঐখোয়গী লৈকাইগী মন্দিরদগীনি, অতৈগা অমনা রাধামাধব মন্দিরদনি। লাক্লিবা লাইরুক অনীসি চুম্বগী লাইরুক অমা অদুক থিনবা হৌনৈ হাম্বদুনা মথিম্লবা মতাংদু নত্তে, ফজ-ফজনা মরাং কায়না কায়না তেংগোংকা তেংগোংকা দোনাগা দোনাগা লাকোয়গা লাকোয়গা বিক বিক থন্না থন্না সেম সেমদুনা মী অনী অনী চঙনা থিল্লক্লিবনি।

লৈকাই পুরিনা ব্রাহ্মণসি ইধৌগী গুরুনন্দন্নি। গুরুভাই ওইবগী নুংশিনবদ নত্তনা ইধৌদা বৈষ্ণবগ্রন্থগী শরুকমখৈ তম্বনা ওজা সেবক সম্বন্ধ অমসু অমুক থোম্বনা য়াম্না নকশিন্নৈ। ইমাহোয় লোইনবা পাবুং কোই ঐসু ইধৌ কোই। মন্দিরদা করিগুম্বা উৎসব মেলা অমা থোক-পদা ঐখোয় ইমুংগী মী অমত্ত চিথদে—অমুক্ত চিথবা লৈতে। "ঙসিদি মহাপ্রসাদ খরদ মফংহল্লো য়ুমদা অসুম মখূল্লগে" হায়নবদগী ময়াম পুম্নমক্কী ওক্লবা মতাংগুম অদুম তেক্ত থিল্লকপনি।

রাধামাধব মন্দিরগসু ঐখোয়গী ইমুংগা মরী অদুম কন্না লৈনৈ। লাই অসি ইধৌ চিঙাখম নোংথোনবগীনি। ফমগী মিংথোম্না চিঙাখম নোংথোনবা হায়না চংখিবনি, নাম্মক্তি ইবুংঙোহন্নি। ইধৌ নোংথোনবগা ঐখোয়গী ইধৌ পোকপা ইধৌ মাইব্যা মুহোদার (মোহরদার) গা, নামদি ইধৌগীসু ইবুঙোহম্নি, অনীসি মচীম্নাওনি, মধুচন্দ্র মহারাজগী মশূঙাক্তি; ইধৌ নোংথোনবনা সনাইবেম্মা ফম্ফাসনানা পোকপনি ঐখোয়গী ইধৌনা সনাইবেম্মা ফজবীসনানা পোকপনি। অদুনা ঐখোয়গী ইধৌসি ইধৌ নোংথোনবগী মচীম্নাও মচানি। চুম্বগী মচীম্নাও মচা ওইবদ নত্তনা ঐখোয়গী ইধৌসি ইধৌ নোংথোনবগী য়েখংবা পাম্মোম্নি—পানবা ইম্না য়াদনা অদুম মরোয়নরবনি। লৈবাক নিংথৌ পম্না কৌরফাওদা ইধৌ নোংথোনবনা ওক্তুনা অদুম থম্লবনি।

মতম অসি মমাঙ্গী নিংথৌশিংনা পোকপা সনখ্যাশিং ফনা লৈরি।

নরসিংহ মহারাজনা পোকপা দেবেন্দ্র মহারাজনা পোকপফাও য়াওরি। শূরেনগী পরেংদদি লাবণ্যচন্দ্র মহারাজগীফাও লৈরি। অতৈ অপাল অপিল অঙম অথোশিংগী পরেংদসু অহুমডায়। মন্দির অমা সেবা চৎপা হায়বসি মমাঙ্গী যুগগী ফজবি লোঞ্চং অমা ওইরম্বা তাই। চারোনগী পরেংদসু শূরোনগী পরেংদসু অয়াম্বনা লাইগুরুনা কৎলম্বা ঠাকুরগী সেবা চৎপা ডাক্কি। গোবিন্দগী সেবানা লৈবাক নিংথৌ পনগীনি, বিজয় গোবিন্দনা গোবিন্দগী পরিং ইন মন্ত্রী পুনশিবনা চৎলম্বা সেবাগী পরিং মন্ত্রী ফুংগা পুম্বনা কদায়দা শোয়খিগদগে মতা কায়দনা থম চৎপনা অনৌওবা গোবিন্দগী সেবা মতম অহুম মচৎপনি। সেবা অনৌসি নত্তবা অতৈদগীদি ইথৌ নোংথোনবগীনা ইনীং নীংথিবগুম লৈবাক্তা অহুম মউনৈ।

সংসারসিদা য়াইফনা পোকপা, য়াইফনা তিংবা, য়াইফনা লোইবা মী পোক্তবা নত্তে। ইথৌ নোংথোনবমক অমনি। লৈবাক্কী অচৌবা মেজর অমনা পোক, নিংথৌরেল অমগী মশু ওই চীথোং চাউনা লাক্লে। পাল্লিবা নিংথৌরেল অমগী লৈমখুবী পোক, মতৌক্তা মগুণগা পা, চৈরাপকী তাণ্ডবল ফম অচারো পরী য়াইথ্রি থাগী কাগোক শেল লুপা য়াইথ্রি কা অনংবা মশক কৌবদ খঙদ মপুনশি লেনখিবা য়াইফবা মপোক্কি। অসিগুম্বা মপোক অসিনা ঈশ্বর ভক্তি লৈববদা সেবা ফজরোইদবা করি লৈ।

শিক্ষা দীক্ষা ফজনা ফংবা মীদি মথয়োই লূনবা ঈশ্বরদা চঙজে, মশানা ঙমজবা শরুক ঈশ্বরদা কচ্ছে, মানা পেনবিবনা লোকজনার্দ্দনগী সেবা মবুক্তা পেন্না তৌজে। মথোয় অসিদি হৌজিক্কী পুনশিগা তুংগীগা অনীদা তুংগীনা য়েংনা চৎলি, তুংগীদমক নম্মা হিংই; নুঙাইবা মঙলান অমদা নুঙাইবা মঙলোন অমা মঙ পুনশি খোংচময়বনা সংসারগী মৈশা লাংনা লাংনা লাংদবগুম তৌই। নুংশানা কল্লে কন্না উরুমদদি খিং মপোংথা-বগুম মথোয়সিসু অরাবা সংসারগী মৈশা মথোয়গী নুঙাইবা মঙলানগী মরুমদা অহুম খিং মকোক্লে—পোপ্পানৈ। অদুনা সেবাগী খোংচমদা নীংফনবা তৌদে ভক্তি লৈবা মীদি।

রাধা মাধব ইথৌ নোংথোনবগী থরায়নি। পল্লী "করম্বা আভরণা কজগনি", য়েংই "শৃঙ্গারনা, শৃঙ্গারবেশনা করি করম তৌরি"। অদুনা

দর্শনদা লাইদ লাই ওইনা ঙাক্লি তেল্লৌ সিংহাসনদা রাধামাধব। তৌই পালন মপুং ওইবা পর্বদিনশিং নীংথিনা ঙমজবা শরুক। ফাওই ফজবদ নোংথোনবগী কাং, নোংথোনবগী ঝুলন, নোংথোনবগী শয়ন। তৌই পালন গোস্বামীশিংগী দিবস পুম্নমক, কংলি উৎসব চাউনা চাউনা, লাংলি ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব ভক্ত অতিথি পুম্নমক।

ইধৌ নোংথোনবগী কাং কলাবিং অমগী কন্নানা মশক পান্দুনা চোংথোকপনি। নীংথিবা চঙ্খানবা পুংফম অমদা পে কখিবরা খভদে, মাগী মওং মতৌ নীংথিবা, নুংশিবা লক্ষণ অইনা তানহুমদবনা মশানা মশাগী মপা ওইনা নোংথোনবগী কাংদি নোংথোনবগী কাংমুক ফজ্জ হায়না পাউরৌনখি। লৈ সনা কোনুংগী লৈবাক নিংথৌ পনগী মতম অহুগী য়ুম্মোল মরিহুম ছন্না নিনবা কাং চাংনা লেম্না চাউনা ফজবা, উবদা ইং হায়নবা। লৈচিল খেংনা শুক্না ছন্না নিম্না চাউবা চাং শিংকৌদি কুম্মনি অছকপা, পোকই অহুবু অথুকপমদি অছবগী থম্মোইদা। তন্না অমনিনা মতোল নেম্নেম থন্না খল অশংবা লৈমায়দা মদোম চিপক চেনবা চাং চাংদোম পিক্তকপনা পোকই নুংশিবা, পোকই অছংবা অছবগী থম্মোইদা— অসিনি। অসিমসু অসিনি, লৈরি অমুক অমসু। মতম অসিদা কাং অনীমসু য়াম্না ফাওই ফজবদ। অমনা শীংজমৈদনি, নুংবুবগা কাং হায়না খভৈন। অমনা উরিপোক্তনি, বহ্লভকী কাং হায়না চংলি। অহুবু খায অতৈগীদগী খিত্তং মচাউবা, খিত্তং মরুবগী রাদনি। ইধৌ নোংথোনবগীগা পাবা য়াবা নত্তে, চাউবা নিনবা লুবা হেনবা মওং মতৌ চানা ফজবদা মপা লৈত্রবা কাংনি। লৈগী পবেংদ পাবগা ইধৌগীনা থম্বাল চাম্মনীপাল, অফাওবা অনীমসিনা থম্বাল অরাংবা মচাম্ম। লৈবাকী অতৈ পুম্নমক্না থম্বালগী মশক্কি।

যুগগী শিক্ষা দীক্ষা, আদর্শ, বিশ্বাস মতুংইন্না সৎপাত্রদা দান তৌবা, অন্নদান্না দান পুম্নমকী অথোইবনি চংপা মীশক্কি ইধৌদি। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব, নুপী অভাং অতিথি পুম্নমক্না মবুক পেন্না অন্নদান তৌবনা পেঙ্গবা থম্মোইনি। "হয়েংদি রাধামাধবগী উৎসবনি, পকৌবা ক্ষীর হৈথরবনি, ঙসি নুমিদাংদি চারা হেন্দবা য়াদ্রে" হায়নবা য়ৌবনি।

অসুম্না নীংথিনা চাউনা লূনা চংপা রাধামাধবগী সেবানি। ঐখোয়গী ইধৌনা লাইরিক লাইসু নীংথিনা তৈবা, পুং ইশৈ নীংথিনা তৌবা মীশক অমা ওইবগা শিবমদাইদা ইধৌ পোকপা ইধৌনা ইধৌ নোংথোনবদা শিন্নরম্বগা, অমবোমদনা, ইধৌ নোংথোনবনা পোকপা ইধৌশিং অমগক্তং লৈবক্নেগা, নাংদি মঙ্গী কৌই, অদুং ওইবগা রাধামাধব মন্দিরগী পর্ব্বদিন, গোস্বামীদিবস পালম্নচিংবা পূম্নমক্কী দায় ঐখোয় ইধৌগানি। অসিমসু অসিনি, অমুক অমনা—রাসেশ্বরী পালগী দায় অসি মতম অমদা ইধৌ নোংথোনবদনা পুবদৌনা তৌই, অদুগা চংনবকপা থৌগল লোক্লং অমনসু চুম্নগী শকপদা ভাল্লম্বা ফাওবা কাঠ্রাগী ঈ, ঈ চঙবা ওক্সাশিন্দনা তৌই। অদুনা ইধৌ নোংথোনবগী দায় অসিগী অচৌবা শক্তি ঐখোয়গী ইধৌদা অদুম মতাই।

মরম পূম্নমক অসিনা ঐখোয়গী ইধৌসি ইধৌ নোংথোনবগী হকচাংনি, পাম্বোম্নি, থরাম্নৈনি। ঙসি চৈরাউবা নুমিৎসি থগৎইনা চক্রতুনা চুমদা লৈবনি। অদুনা রাধামাধবগী প্রসাদ ইমুং ওক্কনা মতা অদুম থিল্লকপনি।

ঙসিদি ঐখোয়গী ইমুংদা উৎসব য়াংতকপা অমগা মপোং পৈরে। ইমুং অচৌবগী মীহিৎ কৌবম্নবমৈথ কৌরে। লাইফম অনৌগী মথেল লুকোম্ননে ইমুংগীনে পাবদা মথেল লুকোয় য়াম্লি ওপক্ সুপরে। মীপুম খুদিংমক মাগী মাগী অপাম্বা মদুক থম্না থম্না পেম্না পেম্না চানরে। নিংথৌ পনগী উৎসবতা ফাওবা অমুক্তা থোক্কবা, থোক্নরোইদৌবা উৎসবনি, লান্সু লাক্লবনি। ঐখোয়গা ইধৌগী পুনশিগী অরোইবা থোঙতগী ইরোই লোইবা নুপ্রাইবা নুমিৎনি। অদুনা, অমরোমদনা, দেশশাস্ত্রগী অরোইবা উৎসবগুম্বনি; অমুক অমরোমদনা, পাণ্ডবগী জতুগৃহদা শঙ্খবগী মতানি। থেম্নবা হাম্নবনু উদনা খুৎফম অমনা থোক্কদৌরবা অরাবগী পাউ পাখিদে, নিংরে অমনা পাউদমখিদে।

চারে, থক্রে—লোইরে। লাম্নিংধৌ ঙৈমরেন্দা কানা টৈ লৈ পুথোক্রে, লোইনা খুমরে, চিন্নরে। ইধৌদগী হৌনা অচন অচন্দা নচা মথং মথংনা খুরুম্নরে, লাক্লিবা চঔগী মঙ্গল অাশিষ লোইনা ফংনরে। ভাক্কাসিদা ইমাইবেমতোক্সু ইধৌগা ঐজ্ঞাগগী ফিরোম্ন তমচনা খুরুম্নরে। ইধৌসু পালা

ফি অফবা অনী পুথোক্লুনা অমনা মখা থংবগী ইথৌদা কতনুনা খুরম্নুরে। অংদগী ফিরোল তনথোং হোংদনা "ঐ পাবুং খুরম্নুম্বিগে" হায়রগনা ফি অমঙ পুঙনা ইথৌ নোংথোনবগীদা অঙুম লেঙখরে।

য়ুমদনা মাম্মোনা "চক্তি চংনিংলমগনি, কিদ্দুনা চংপম্নু হায়বম্নু হুয়রোই" খল্লুবরা খঙদে, "চাউবীকল চাউবীয়াইম, নখোয় চাঙ্গা কানীংবরা, ঐ চোংথ পাখংবা (ঐরুনি) পুংনা চংকদৌরি, লোইরো থুনা" হায়রকই। ইমা অনী য়েংনৈ, নোংকৈ, মফি মবোল লৌথোক্লগনা লেংনৈ, ভহাক্রী মনুংদা মকে মকে সেমনা থোবকৈ। মাম্মোগা ঐগদি হাম্না লোইদনা নৈরবনি। অংবু মাংদি ইন্দোমচাম্বীনাম থাররে। মাদি নুপামচা ওইববম্নু হাওনা ভৌবগী ভৌনবি মশাদা কেবা মৌবগী বাখল থোইনা লৈতে, চংলগা লোইরে হায়ব দা অঙুম মবৈবনি। চংলে অংম ঐখোয় মীকোক মঙ্গা চৈবাউবগী লাই খুরখা হায়গদ্রা, অবাংবা কাবা হায়গদ্রা চীংঙ্গাদা।

ভৌবগাদি চীংঙ্গা অসি চুম্নগী অচম্বা চীং অমদি নত্তে, থায়নইদ্দগী লাইফম অকংবা অমা ওইনা অঙুম লাক্লবনি। লাইবেম্মা অমগী খুভম্নি। মিংশৈদি তথেংবী কৌবনা লায়রেম্মা চীংঙ্গালেমা তথেংবী হায়না তেংথানৈ। অকংবা লাইনি হায়দুনা য়াম্না কিনৈ। লৈবাক্তা অরা অনা থোক্লদৌবনচিংবা লৈরবা লৈবাক খঙনা তেংথা নাওইবনচিংবা ভৌদুনা তাকই হায়নৈ। খুভম্মক য়াংনা লাংপা লাইদি নত্তে। চৈরাউবা চীংগাবা লাকপাসিদা খুরম্নবা লাইমিঙ্গু বামম্না খুংম য়াদ্রনা নুমিৎসিদদা পূজা চংপা মহাদেবগী প্রতীক নুং অমা লৈ, অদুনা লোইরে। অনৌবম্নু অনৌবনি হায় । তৈবোক, কারোক্লচিংবগীদোনা লায়রোন্দা লৈবা নত্তে। অদুবু, লাই থাজবা মৈতৈ-নিনা পূম্নমক্তা মথরায় য়াওনা অঙুম খুরম্নে। বাঙ্গলাগী "লাত্তবু লাংলবা লাই হেক্ত মওই" হায়বগুম নীংসিংদবা ভমদে মতাং অসিদা মৈতৈ ইপা ইপুগী পাউরো অমা

লাইনা সেম্মি মী,

মীনা সেম্মি লাই।

অদুনা মী অমনা লাইনি খল্লবনিনা লাই অঙুম মওইরে চীংঙাগী

অসিসু । খুরয়রে মী পুম্নমক্না হুমঙ হুমঙবা পৈশা কং কত্তুনা । খুরম্মি ঐখোয়সু পৈশা কত্তুনা অতুম । য়েংলে ঙহাক চৌংথক মচী অমদগী কংলৈপুংগী অপুনবা মনীংথি ওন্না ওন্না মায়গৈ হৃদিং, তোঙান তোঙান অমুক চৌংগী, হুমগী, লোবুকী, লমজাউগী, পাংকী তুরেলগী লৈনা লৈনা মতৌশাগী পোংলম শিবিক, মীনা সাবা সেম্বা ফুরা দোলাল খিবিক সুনা । য়েংলে অমুক মীগী কৃষ্ম পুম্ন: অমুক তোঙান তোঙান অমুক য়াবমথৈ মীকোক য়েনা । চায়থবরে নুমিৎ অসুম হুমশিল্লক্লে চৌংগী নাস্রোল । হন্তরে লোইনা মী চাইনা চাইনা মরী মবা মায়গৈ মায়গৈ হৃদিং । কৃষ্ম ঐখোয়সু চৌং, হুম্নরে য়ুম মায়গৈ ।

চৌংহু পচলাপ লাক্ক নত্তে ঐখোয়গী য়ুমদগী—মাইলমুক্কী মনুংদনি । য়েৌরে হুনা অদুম য়ুম । ইবেম্না কল্লী অমদা হায়ুক য়াইহুংগা তেংশা চেহ বিক থন্না, হাপ্লগা ইমু দগী তেৈনা য়েন্নবা লুখা, শুম্নাংহ মাক্তাল, ইংখোল শংবক লোইনা খুংনা হুনাম হুনাম চাই চাইহুনা ভুম্মু লাইমু, ভুলকাহু ফজহৌদি ভানবনি হায়না লৈরম্মি । ঐদি মহোম্মা অদুম মচহলে, ইমাখোয়দি মফি মরোল পরপ পরপ তেংদোক্কনা সঙ্গাগী ইমুংগী পোং চৈ লোইশিনবা হাইরম তুরম শেংবা ইমুং মপাল অনীগী লাইগী দপ খাউইম কংনবা থেৌবাংদা অদুম চহনখরে ।

সঙ্গা য়াচহলে । হস্তু মম্নাম ইমুংদা মাগী মাগী মফম চানা চানা শিনগী হাখল থেৌবা অমত্তু তেৌনদে, ইকোম কোইস্ন । নুমিৎ মহুংনি চুপ্পা শাইহেল্লনগদবনি, হবাউ হযামদা লেনগদৌরিবনি ।

লৈকাই কা শান্নবা শীংজ্জু বোরা চানবা, চাকচা তৈজানবনচিংবা কৃষ্ম তোঙনা লৈকাই তেৌনা নুহাইগদৌরিবনি । অদনা শিনপী মপুনশিদা শিনগী হাখল চহদবনি । খবকী হাখল অমত্তু তৌনদনা তুমিন তুমিন তসুম গন্নবগুম তৌবদলা, অমুকগা শর ওন্না হৌজিল্লে, খবকগা খরা হেজিল্লে চাবনসু মথেল লুকোয় কা হেন্না য়াম্বনা মশানা অদুম খরা মচৌজিল্লে, চৌংগা হুতাক্নু কারুরে, ইমাখোয়দি য়াম্না তুম্নীংনা উরে । ঐহাক ইশা-মক্নু ঐজ্জাগী মতম্বাক্তা ইমুন য়ুম্না অদুম মতারে । অদুদি ঐজ্জানা "তায় ইচাশা, হুসিদি চাকথুম মৈ মুংহৈল্লদে, চেহ থুম্নামত্ত ওৎলুরো, হুন্তা

পোত্থানবা হায়বদগী চাক খর অতুম থোংলে, চখোম অমমমদং চানরে, চঙনরে হৌ ফম্মুং অচুম।

কৃষ্ণেপৃংনি অগং। লীলা ফান্নি পুনশি। কুম্মি লীলা মীপুম খুদিং নাপা খঙদে নুপী, উংলি লীলা মখল মথেল মাগী মাগী থোকপা। খেন্নে লোইনা মঙং। মান্নে অতুবু অমত্তুংদদি, দুঃখাস্ত হাকি লোইনা লীলা। দুঃখান্ত মশেল মান্নগনি থোঙচং—লৈবা নত্তে অতুসু, থাবসু ভূমঙদ থোঙচং মলীং। অমখক্তি—য়াইফনা তোউ য়াইফনা চংলি, অতুবু, নোংমা ইখহু খঙদ নোংমৈ শাংজুঙ চা উরোং খাইবোক য়েলনা তা উয়েল কং, উচেক কয়া কয়াগী চঙনভম, লংফৈ কয়া কয়াগী পোত্থাংম, মজেণ মণহুক কয়া কয়াগী তৈজাংম, অকোয়বা ময়মথোঙ কয়া কয়াগী পোত্থাভম—চঙনংম হৈরাং পাম্বী অচৌবা হৈনৌনা থুরেমথে মাঙবগুম খুদোং থৌব অমা তুম্না ফং লোইবা লীলানি। লীলাসি ঐখোয়গী ইথোমক্লা মশাংগী পুনশি লীলাফান্না উংখিবনি। নিংথোবেল অমগী মশূনা পোক, নিংথোবেল অমগী মশূ লৌ, লাইবিক লাইগু পুং ঈশৈ তৌ লৈবাক্কী ওজা অমা ওই ঈংনা চংলকপা নুংঙাইবা পুনশি, অচিং অমগী নৈহৌ লাংপোক অমনা, লোইখিবনি মথোঙভম মথম্মোই শাথিনা কায়না চাক চচ্চবকুল পুনশি চুপ্পা কনাদসু থোইনা কায়রুবা তৌদ।

খন্নক অসুম মীওইবগী পুনশিগী দুঃখান্ত লীলা নীংসিংলকই পোয়েট্ বেকনগী "লাইফ" কী মতেক্তা—

মালংগী কোংগোন্না, মীগী পুনশি
কাপক্কৈমুক্তং ;
তাউে মরু য়াইথীরবা চংলবা 'তুম
নাউয়োমদই মং ;
নাউসুমদা শাপ লঙ চাউরবা অতুম
'বা নংদ থং ;
ঈমায় থাম, নত্রে লৈদা ময়েক তা,
চঙগনি 'তুম লৌথিবা শিবা কা।

অহিংগী অথেঙবা তাংলোনি। নোংয়াই চবুক লোল্লবা মতুংনি। জীবজগৎনা নুঙাইনা য়াতানবা, নীঙাইদনা পোথানবা, তুমথুল কানা তুমথনবা মতম্মি। তাইবংপান শেবাংনবা জীবশিংগীনা য়াথোকপা মতম্মি। শাহিং পাম্বা কৈ থিরি লোম্না মতুংলোনবা জীবগী য়াতিপফম। মরো লৈবি শেকপি তারি লোম্না হৈংকোল, তংলি-চাবি মনীং তম্না হৈ। জ্ঞান লৈতবা, মশাগী মরাল খঙবা ঙমদবা, খঙদবা জুরাবা থোরকখিবোই তাঙ্গা খঙ লম্মল থুম্নগে ইবেলগী চৈথিমল. চুবখিবোই মৈ তমখিবা মথুংনা ঐখোয়গী মরাল লৈতবা য়ুম !

চাক্লে মৈ। তুম্নে মাংগোল নাক য়েং অনীগী শঙতপকা কোম্লনা। ফাওরক্লে মৈরা শন্দংখাদা। ফংলে মৈনিল, থোক্লে মিকপ লেংইনা ইমু, গা মীকোক—ঐদনি তাদ্রিব। জ্ঞানগী মচেৎ অমত্তু য়াওনখিদবা খঙদে চিথহোরে ঐদি অংম ফম্মুংদা—তুম্মোরে।

মঙ্খি মঙ অমা। লেংমান্নবা অঙাং অমনা চুগে তৌখি ঐহোন্দা মৈহুম অমনা হেক তেক। চুবনি খক চুদে চাম্লনা, চুগে চুগে তৌবদনি। ঐনা "তৌনু" ফনা খাম্মি—য়াদে। নোক্না নোক্না "ঐদি খঙদে ওয়, পোকচনি" তৌই অহুম "চুগে চুগে" মাপা মৈহুমহুগা মৈশা ঐহোন্দ কল্লপ ফাওবগুম তেক তৌই। ঐ মিকপ থংথোক থোকই। মৈনা ইমুং ফনা রায়শিল্লগ্নে, ইশাদা মৈশা ফনা থীনা ফাওরম্নে, মৈবাক্সা ইশাদা ফন থীনা থীনা পাল্লম্নে। ঙহাক ঙকে, থুকে তৌই, অংবু, হকে থুক্কে। "কিনু, কুম্মো, চৎসি" হায়মগুম্বা অমা তায়। ঐ খোংগুন তানা কাংথোন্দগী থুদাদা থুদাদগী লৈমায়দা কুম্মি। থুংনা মৈরি পাইরকপা অমুক হাইদোক, মৈথুনা মিত্তা চঙবা অমুক নোই, মৈশা লাংনা লাংনা চংলে তপ্না তপ্না মনীংথোঙ মপা তম। ঐনা মৈশাগা মৈথুগা মৈরাক্সা পা মিংসু পাঙবা ঙমদ, খোঙ থুনসু থাংবা য়াদ কবম্বা মতমদা মনীংথোঙ য়োগবা খল খোঙনা মাগুম লাকুম চৎলিহৈ তাঙ্গাদা মাম্মোয়াইমা মনীংথোঙদগী মৈথু মরক্তা মথম্মোই কায়না "মাম্মই চোথে" কৌউনা চেনশিল্লকখি ফমঙাউ তম্না অঙাওবা মতম। ঐ খঙতৌদে অহুম কপ্লে। মাম্মোনা চোংশিল্লক্কুনা ঐবু সুপকোন কোল অহুম চেল্লে—ঐ হিংলে।

পুনশিগী খুদোংথীবা, অরাবনি অহানবা। থেংনখি অসিগুম্বা শাথিবা কয়াসু। মতাং মতাংদা অতুম মরাকচগনি। লাংফমসিদা হিংলিবসিগুম হিংবসু অতুম মতিংদুনা তুসিফাও অসুম মরাক্লিবসিনি। পোকপা শিবা ঈশ্বরগী মহুত্তা লৈদগুম উই, খঙদে ভাবনরা। শিংজম থোকপা খোঙজম কয়াদা হিংঙি অহুম মী, হিংজম থোকপা কয়াদনা অতুম হেক্লক মশি। মসিমক্লা ওইবা ভাই পাউজেল্লম্লিবা গৌড়গী খোইখোইবা ভক্ত অমনা

কনবা থোক্লো কৃষ্ণনা
চাংলুগনি কনানা,
চাংপা থোক্লো কৃষ্ণনা
কল্লুগনি কনানা!

শক্তিবু লাকয়েম্লি—অশিং অরান থা। পোংলম খিবিক জগৎকী ল উরবনি মংম্লা লোইনা খাউ খাউ। মৈ মনম তাবা য়াদ্রবনি—থাম্নবনা তেক্ত মতাল্লবা। অমরোমদনা, ঈশিং থেংনা রাবা মতম্লি। পুখ্রি য়েংই কংবা, খোংবাল য়েংই কংবা, তুবেল ফংই তংপা চাংফম্লি। মৈহৌ লাংপোক থোক্লবদা হিংদ্রবা মতাংনি। তৌক্লিক্লোনা ফায়ার ব্রিগেড লৈবসু নত্তে, মঙদফাও মঙদ্রি। মৈদবু চাক্লবা তুম্বা শোয়দ্রবনি।

হৃৎ কনবা কোল্লুপ্লি ঐখোয়—নাপাদনা কুন কুম্থানি। কৈরোয় লৈকাই, ঈবী ইতা অনক অরাপ্সু লোইনা চেন্নরকই। লৈবাক নিংথৌ পনগী এম. এস. পি., আসাম রাইফলস অনীমক্তু অতুম লোইনা লাকই। অদুবু কদোনি! মৈগা ঈশিংগা অনীদা ঈশিংনা নোঙ্গী নৌই—তৌনিংঙাই লৈতে। পোং চি খরা কনবা য়াবা কনবা, মৈ মৈথাং লানখিদনবা শেনবা, লোইবে অসিনা। চাক্লে, তুম্লে অতুম ঐখোয়গী য়ুম। উনা, উনা, য়েংনা য়েংনা তাবে উং, খিল্লে উংপৃং ঐখোয়গী য়ুম। কায়খি থম্মোই। খঙদে কদায়ফাও! মপোক থীনা পোক মমা নৌনা কায়বা অঙাংনা মমা নীংসিং কোয়না কোয়না য়েং, উবদি ফংদ পিনা লোম্বা মথম্মোইগী চৈনা মশানা তম্বা ঙম্বরা।

পুনশিগী

নীংসিংলুবদা ঙসি উরকই নোংহো ঐগী চহী মঙাগী মিংনা উখিবা তনিক তনিক মৈশা রানা থাদ্ধিবা ঐখোয়গী য়ুম, ফাওরকই নুংদা নোংহো ঐগী চহী মঙাগী হকচাংদা লাংখিবা মৈশা মহাকথং — শিম্বুরকই পি. খম্বে করিগী।

হে ঈশ্বর,
থোঙ্গাক্লৈবা হে মপু,
পীনোগবা থোক্কবা
অসিগুম্বা অরাবা
কনাদসু করিনুং।

## তরামঙাস্থবা মতাং

# সংসার মশক খঙবা হৌবা

ঐ মৈদগী চিংলে। মাম্মোনা কোন্দুনা চেম্মোরক্লে। মমাড শঙ্গোয় মচি তেক য়ৌবদা "চোথে লৈরে চাউবীচল" লাউই মাম্মোনা। "অভাং লৈরে হায়এ" বা লাউই ময়াম। চেনশিন্নরকই লোইনা ইমুং মনুং; ফুজিল্লকই ইমা, ঐজ্ঞা, ইমায়াইমা। অঙাওবী মতম্নি অহুম্মক; মশম মনা পূম্ফা ফাই, পুনশিনবগী বাখল চঙদে মখোয়দা; মপান্থোম মপান্থোম অরৈমখৈ তিংথোক্লে, অমুক্কা শাংদোকপা য়াররবদি মতানি; মখোল ইশি ইশি শি, ইশেল ইশেল শেল্লি, লাউই অহুবু তানবা হুম্মখৈ "ইমাগী ইবুঙো, ইবেনগী ইবুঙো, ইন্দোনগী ইবুঙো"। য়েংদে মখোয় অমনা অমা, উদে কনানা কনা; ঐবুদনি উরিবা, তম্নরিবা মখোয় খুদিংমক্লা। খঙদে পুঙমদবা অরাবা খংগোক কোকপসি চাওবরা মী।

ঐ মাম্মোনা অহুম কোল্লি। ইমানা ওক্লীংবনি, ওক্লে তৌই; ওক্লে হেক তৌবদা ঐজ্ঞাগী পান্থোম উই, মশাগী মপান্থোম খঙহল হঞ্জিল্লি। অঙকপনি লোকৎ, অঙকপনি থক্লি খাসি বেভার। চানীংলে চানীংদে খোরাংলে খোরাংদে—খংগক্লি অরাম খোরাং। অকনবা ঈচেম্না চীঙ্খোঙ রাই ঈরম মাঙ ঙহাক ইহল ঈপনবগুম লেপখি ইমা নুংবংননা ঙহাক।

ওক্লে ঐজ্ঞানা ঐ। "ইবেনগী ইবুঙো, বারুরেদা ইবেম্দ" কপ্লি ঐজ্ঞা মথাদা ঐবু চেজেং কোল; কপ্লে ইমা, কপ্লে ইমায়াইমা। কপ্লে ঐসু অহুম। অয়াকপা নুংশাগী মৈশা নোংনা ইনবা মতম ইল্লি পিনা থম্মোইগী অকনবা মৈচাক। কপ্না কপ্না ঐজ্ঞানা পুশিল্লে ঐ শঙ্গোয় মনুংদা, পোৎ চৈ পৈবা ময়াদা লেঙশিন্দুনা কোল্লে তম্বাক্লা। ঐজ্ঞাগী খোম অকংবহ্ চিংনা চিংনা অহুম তুমথরে।

মোংঙানবগী রানি। মিকপ খোক্লকপদা সনা রূপা, ফি রোল, অরূ অহেল পূম্নমক পৈবা গালিচাগী মচি অমদা ফিনা কোনবা মোন অমা খাঙ, লৈরুম অমা শুপ হিপ্লম্মি ঐ। ঐনা হিপ্লম্লিবা শুপ্লম্লিবা পোচ্ছক অনী অসি হুসিফাও নীংসিংলিবগী মরম লৈতবা নত্তে। অনী অসি ঐখোয়- ইমুংনা হী য়াইদোনা লুনা তৌই। গালিচাসি নরসিংহ মহারাজ সনা হাক্লক্লীনি, চূড়াচান্দ মহারাজ ফাওদদি নিংথৌবোল তরুক সুরবনি। রাসগুম্বা কূম্মি অচৌবা নিংথৌ কুম্বা অপাল অপিলগী শ্রাদ্ধগুম্বা অচৌবা কর্ম্মদা নত্তনা অতৈ কূম্মি খুদে কর্ম্ম খুদে, মচা মশূদা থক পীদে, অদুনা, ফনা মত্তুনরফাও, নত্তে ফনা মল্লফাও, অহংপা হৈ লৈ অমতা থীনা তপ্রি, ময়েক শেংনা অতুম মৈবরি। হৈ লৈশিং অদু গোলাপকুম্বা, খরদ নত্তনা থোইনা মশক খুদে। অহাউবা মনম নুংশিবা ঙাক্নি চায়বদি তায়। অনা ঐনা য়াম্না মিতাই। তিংদবু তিংথোক্লবা, খুংনা হৈশিং অদু শোক্লুনা তংই, হাউবদোনা তৌই—হাউই; লৈশিং অদু শোক্লুনা নম্মি, নুংশিবদোনা তৌই—নুংশি; লৈশিং অদুগী মথক্লা শুহাক এন্দুনা শান্নে। থোংপগুম মেঙবগুম মনম নুংশিবা ফাওবগুম তৌই—ফাওই, থোংলি, মেঁঙি। অনে, ঐনা য়াম্না খোইদাই—খোইদাইজ। লৈরুমসিনা ঐখোয় ঐজ্ঞাগী অউন লৈকম্মি। ঐখোয় মৈতৈগী লুহোঙবদা ফমুং পোৎলোই লৈরুম্না য়োয়ৈম্ন -য়োমদবা য়াদে। অপাল অপিল মচা মশূ নুঙাই য়াইফবা নম্রবদি অউন্নবা চুমদবনা হেক হেক বায়নৈ। লৈকাইগী বায়নবা থম্বনা ঐখোয়গী লৈকমসি পক শীজিন্নদে, অদুনা ঐহাক ইশাদা অপাম্ব অমা পোকই। পুদবু পুথোক্লবা, অমুক্তং ইশাদা থোংবা থক তোক্তে। অপাম্বা, থরায়না তাবা পোংশক অনী হেক হকথেংনবগ্নদা, তাইবংদা হিংবা মঙদা পানবা অঙাংনি, ফুং লাউথি— মঙ্গী লমদা খোঙদাখি। অদুবু, কয়া কুইনগীনো! লাকখি থুনমক হেক থংনবা মিকুপ্তা মৈশুৎ মৈনম, তাখি মীগী মখোল, খোঙথাং মখোল তয়াং-তশোইনবা হাথু হাথুনবা। নীংসিংখি তন্নমক অহিংগী অরাবা থৌদোক।

কায়খি মঙলান। হৌপংখি ফুক। উখি ঐখোয়গী নুংশিরবা য়ুমজাউ,

মশা অনীগা কৈগা কোম্নরা উৎপৃং ওইনা খিল্লিবা। কাখিৎবরা খঙদে থম্মোই, তাদে, মিত্রা পি। য়েংই, য়েংই অঙম শংদ্রিক খঙদে থম্মোই মানা করি খল্লিবা! উৎকা কোন অঙদা মৈরিদি থোক্রে মৈখুদি হেক তেক কারকই মফম মফমদা, থম্মোই, নৌহৌ নৌহৌ হেক হেক কাই, তেক হেক নিঙ্খায়—মৈতাল তাই। অতিং অমদা অরাবা পৃঙ্গোয় খরগী মনুংদা মুমগী ইংখোলগী তোংলিবা মঙং ওইবিবা ফিভম উবদা অঙাং ওইবা থম্মোইদা খঙদে করি পানখিবা।

য়েংই ফনা কুইনা অংম মঙ ওই চা ওই। তারকই মিত্রা অসুম অসুম চাইবিবা পোংয়ামগী মমি পরেং পরেং, য়েংই মঙদা লোইনা মথং মথং নীংসিংলকই ঐগী ইপোং ইচ থরায়না তানা তানশিল্লকপা, পৈশিল্লকপা। য়েংই কোয়না কোয়না কৈদা পৈরি, উদে অমত্ত—

ঐগী চৈথেং অপাইবি ময়াম, ঐগী কাংঙ্গ তুংগোনবি, কাঙহু, কাঙদ্রুম; ঐগী শাইরেং মচা, মরুগী থাউ, মরু ময়াম; ঐগী তেল শাঁইদুদ তেঁঞ্জ, তেঁঞ্জ উতোং, ঐগী য়েংদোগী শংগোল. বাগী কালোক কাংখোঙ অওনবি, ঐগী নুংশিৎমপা থম্বালসাবি. অচম্বি, ঐগী মখোঙ পানবি লাইগী কাং লাইলাংপিদোল. ঐগী খুং; ঐগী উকাং; লাইধী-লুনাক, তল-শাম্মু-শগোল, লৈবাক্সী শল শগোল চফু ইরাল, পুখম-তেংগোং, কম্বী-কেগাম, মৈ চঙবা-চঙদবা, চিনি চফু অহাঙবা ময়াম, কাংখিল মপৈ· লৈতে অমত্ত। কায়খি থম্মোই, তাখি মিত্রা পি। ক্রোরপতি অমনা নোংমা থংমুৎ মুৎপদা ঐনা রাবমুক রারমগদ্রা খঙদে। ঐহাক ইশাগীদি লোইরবনি অঙুম, অমুক হৌগৎপা ভমগনি হায়বগী লৈত্রবনি আশা ঐঙোন্দা সুক্লে।

তাই পি, তাই অসুম চদূম চদূম। তাঞ্জাসিদা লেঙশিল্লকই ঐজ্ঞা, খঙদে চীঙ্গুপ্পুবরা! মান্দি মাল্লি, অদুবু, নুমিৎ খূদিংদোনা মায়থোং মকা লাম্বদি নত্তে। অতিং নোংশোইবা চেপ্লক্তবগা ঐগী কপ-লাউরুবগা মৈগী নুঙাইখিদবগা পৃম্মক মকই। অদুবু, অঙকপনি প্রেম! ঐনা কপ্পা উবদা মশাগী অরাবা নুঙাইতবা লোইনা কাউ, পরপ পরপ চেনশিল্লকই, তম্বাক্তা লৌশিন্দুনা "ইশূবু কনানা কদোবগে" কোন্দুনা চুপ্পি। নোংনা পৃংখন খল্লবা

থানা নোং খরা পারপ তৌবা মফমদা মশক্সক উদ্রবসু মঙাম্নদি নোংমাম্ন শরগী মথৈ চাল চহাক চানফুং তৌবা মতম থোকখি ঐজ্ঞাগী মাম্নথোং। তমখি ঐজ্ঞাদা পিগা ঈরোম্নননা ঐগী অরাবা, নুঙাইতবা। মতেক্সত্তং তমখৎ-লকপদা প্রেম্না মা"ওইননা "ইবেম্না লোইনা পীনি ইশূগী অমস্ত রাত্তনা। ম্লেংঙোই, হৌজিক নবেনগা নাউতোইদরা মাম্মুতোম্নীহোইদরা চাক থোংহনা চরা রাম্স্থোকউরো, ইশূদি মরমওকপিনি" হাম্নরা হাম্ননা ইবেন থোইদিং-জাম্নীদা "ইমা, অঙাংসে, মনাও তোরৈঙানবা হোইদরা (ডাঃ বেদজিৎকী মপাবুং নরজিৎ সনাবুনি) মাগী মাম্মুতোম্নীহোইদরা (ফাল্গুনী আই. এ. এসগী মপাবুং মনিসনাবুনি) মহাক্না চৎকে ফাম্নবমদা চারাগা রাম্নবা তৌবিরুসে" শিন্নে-চৎলি নাউ হোইদা (তোরৈঙানব হোইদা)।

ঐপোম্নগী ইমুংদি নিপা ম্নাম্মি। অহ্নগী মথক্সা কৈরোম্ন লৈকাই মচাশিংনে ইথৌগী অরাপ-অনক লাইরিক্সা ইশৈগা অনীমক্সী সেবকশিংনে ঙাই শেন মরুপ মপিজ্ঞাশিংনে লোইনা চঙহনা অম্নুক চাকচমাঙদা অচাইবা পূম্নমক লোইনা তকশিল খোৎচিল হিংহৌবা শঙ্গোম্ন অরাংগীসু নোং-পোক্সীসু অনীমক থাজিল-খোৎচিন্দুনা মতম থরা থাঙনবা শীল্লে। অমরোম-দনা, ম্নুম অমা তম্সা সাদবা ম্নাদে আপৎকম্ননি, ঙসিমক পূংভম তাক্সা অমা ম্লেংহনা যাত্রা হুল্লোগদবনি হাম্ননা ঐগোই ইথৌগা পক্সবা উ মখল উম্নেবনচিংবা লোইনবা ইথৌ নোংথোনবনা শীনবিহনা নুংথিল মখা থংবা ইংখোল পরেংদা যাত্রা অমা অহন হুল্লে।

সেবকশিং, ঙাই শেনশিং, মরুপ মপিজ্ঞাশিংনচিংবগী মনুংদা অম্নাম্ননা উ রা, রাচেৎ পম্না, শীং ইনচিংবা ম্নুমগী মচাক অম্নাম্না পাংখি। মপূংনা ইথৌ নোংথোনবনা লেপখি। মহারাজ, বড়সেনাপতি, অতৈ মম্নাম্নুংশিং-নসু শেনগী তেংবাং পীনখি। অসুম্না শঙ্গোম্ন মওংদি ওইরগা নোং-পোক্সসু মাংগোল নাইবা অরাং পরেংদসু মাংগোল পরেং অমা চেনবা, মনীংদনা শগোল ফিগল অমা তাবা ম্নুম অমা থামুক্সী মনুংদা লোই হোংজিনখি। হিপফম চাকম খঙলমদবদগী সোর খিত্তংদি কোম্নপ হোনব-ত্তম থোকখি। অহ্নবু, কোফুর্ খুগাইরগা তুম্না লেম্নগী অপঙলাই অহ্নদি চুভম থোক্সবনা চুদ্রবসু মওং চাদবা খুদোং অমহ্নদি মতম্না মমাম্ন লৈখিবনা

ঐখোয়স্মু অহুম মচাখি, অবাবা কোঙ্গায় তুমিন অহুম মখাঙবা ভাখি—খাঙ্খি। অবাবনি শক্ল্বদা ঙসি।

লৈরম্মি, লৈরম্বনি মঙদা—মঙ্গী লৈবাক্তা, মঙদা মঙলোন মথং মথং মঙ নুঙাইবনা শিবা। ভাইবংদা হিংনা পাল্লম্বনি লাইরৈবাক্তা। হৈপাল লৈপাল সান্নরমই লোইনা ইরুপ, উচেক রান্না ওইনরম্মি লোইনা ইপাং, মরোল ইরোল শঙনরম্মি লোইনা ঐখোয়। নুমিৎনা শেলোই চীংয়াঙদা ঐদবু উরবা "কেকু ফোং" হেক্ত লক্লে, থাদি ঐন ⁻য়ান্না ঙম্মি, চেঙ্গিংবা মফমদা চেক্লি—ইয়া য়াই। স্বর্গদগী ঐগীদমক লাইনা অমুত হেক হেক খিকপিবরা খঙদে ঈশিং থুদিং লুরে লূনা মোংলে মোংনা থুম্মি লোইনা; হৈবাং থুদিং খাবা খঙদে, ফকপা খঙদে, শীনবস্মু খঙদে, থুম্মি লোইনা। শকখঙনদে অবাবা, অনংবা, নুঙাইতবা কোবা অমত্ত। খঙ্খি জগৎ নুঙাইবগী মশক্তি—নুঙাইবমক্তি। অদুবু, মৈচাকপদগীদি উখি লাল্লে রাখন্দু থুনমক। নুংশা লাকপদা ভাকপা মতম ইনুংগী ঈচিক, লোরকপগুম জগৎনা তুংইন ওল্লাংবা ওনশাউবা মশক, কায়খি মৈ অসিদগীদি নাউরা ওইহৈ পুনশিগী নুঙাইবা মঙলান, লৌখি জগৎ অবাবা শক্তম। য়েংবদা পেনবা নাইদবা অশংবা চীংয়ায় উরে তুজুংনিঙাই ওইবা উমং রামংনি, থুক্টাঙাই ওইবা শা কৈগী য়াত্তাভম্মি, মীহিংচা কয়াগী থুপ্লকম্মি; খিত্তং হৈহৌদবদা পুনশি ভরাই লোইনভম্মি। য়েংবদা পুক্লীং হূরবা ইপোয়বা লাইজ ঈপাক, লাইজ চোয় চেনবা নীংথিজবা তুরেল, খঙলে, খিত্তং হৈহৌদবদা মীরোভমগী মীরোভম ভাক্তি। পোকখি রাখন্না মদোম তুমিন অঙাং ওইরিবা থম্মোইগী কাজুম্মদা সংসার নুঙাইবগী শরুক ভাক নত্তে, অবাবগীস্মু শরুক্তি। অমম অঙাল, অরা নুঙাই, অকা অকুম, অনং অকোম, অহোঙ অভাঙ ··· তুফাং চেনবা লমলৈনি হায়বা খঙবগুমশত্তৌখি। কায়খি ফনা থীনা নাউরা মঙলান; তাখি—খোঙদাবা হৌখি, অবা-নুঙাইগী তাইবংকোন্দা। খঙবা হৌখি কাবক সংসারগী মশক। সংসারগী মশক্ত নত্তনা খঙবা হৌখি মীওইবগী মশক্ক্ত কাবক খর অদুম।

হায়নৈ— লোৎপা য়াদে মীহাৎপা—
লোল্লী মরোল নুং উ

লোল্লী মরোল উচেক রায়া,
নোংমা নম্রে নোংমা
খঁডি অতুম মীহাৎপা ।

খ্ঙনরক্রে অতুম নোংমা নীনিগী মনুংদা ঐখোয়গী য়ুম মৈ থাবা মীশক। নোংমা নীনিগী মমাঙদা পুলিসনা জুরারগী তান্নরক্লুনা ঐখোয়গী ইমুংদা চেনশিল্লকখিবা ইবেম্না চৈখিবা নীপা পাখংত্রু ওইরম্লে। খঙলবসু অতুম য়ৈশিন্নরে।

শাস্ত্রনা নীপা ওইবা অমগী অততায় (আততায়ী) তরুক পী। য়ুম মৈ থাবা মীসু অততায় অমনি। শাস্ত্রগী মতুং ইন্না নিপা ওইবা অমনা মশাগী অততায় অমগী মথক্তা লম্নল খুম্লবা থোরাং অমদি থবক ফোংনা কোম্না চংবা ঙম্লম্মি। ফলাফলনা অমনি। ফৌজিক্কী আইনগী মতুং ইন্নদি লৌ মপু য়োংনা তানবা, খুজ্জাই মপু ফাদোক তাবনা খিং নম্মি। অতুনা, জ্ঞান লৈবা কোক্ত য়মনা আইনগী লীচং অসি উবদগী অরাবা নুঙাইতবা কয়া খাঙতুনা কাউথোক্লবা তোংনতুনা মতাংক্তা শয়দনবা হোংন-তুনা লৈ। খঁডি মখোয়না কৈরোয় লৈকাই লোইনবনা খঙলবসু চৈরাপ কুচুনদি আইনগী মরুমদা খঙলে খ্ঙনা খঙবিরোই, নুঙাইতবদ মথোইগনি। অসিমসু অসিনি লৈরি অমসু অমুক। চুম্লে চুম্না লাম্লম নম্বা রাথোক অমগী লাম্বা চাদবা মীশক অমগা পাতুনা লোয়শঙদা লেপমিন্নবা, দোলাই পাবনা মিং ফান্দুনা তরাক তরাক কোবা, কৌত্রিফাও নুংশা ফোবা, অঙম্বগী মমাঙদা রাশকপনি রাশকপা, খুরুং খুদক খৃৎ লোম্লতুনা রাকং রাথুম তৌবনচিংবা হংগোইবদগী অপাল অপিল মচা মশু কোঙ্গায়মনা অমাঙবা কয়া অতুম খাঁডি। অতুনোং অতুম পূময়ৈ য়ৈশিনখরে—কাউথোক্লরে।

ঐগসু খঙনৈ, য়ায়া য়ুম্না খঙনৈ। ঐখোই মাম্মোয়াইমগী মমান্নবমগী মনাওনি। মশক মতৌসু ফজে, মীসু পঙফৎ ফত্তবা নত্তে, কঁঙাওনবা কাঙলম চাদবা অঙাওবা হায়বতুনি। মহাক্নু জ্ঞান তারক্লবা মতমদদি নুঙাইখিদে হায়বা ঐখোয়সু মশাগী পুনশি খোঙঙমদগী অতুম খঙখি। মহাক্কী মশক মতৌ, ইমুং মনুং য়েংলুরগসু মতুম্মক শাথিগনি খন্দবনি।

অহবু থোকখি। লৈনি লৈমায়মদবগুম মীনি চেক মীয়াম্নবা নত্তে হায়বা রাখনমদি পোকখিবগুম তৌখি ইমম মম্বা ঐগী অঙাং এইবা থম্মোইদা।

মরায় কাঙ্গলকপরা খংদে নোংমা, ক্লাস ফাইভ সিকস্ তম্লিবৈ অঙ্-রাইদনি, শান্নখি মতেক্ল' ইংনা। নীংসিংলকই হৈসি—

য়েম্মি লৈরাং কেতকী
চোরাইসাবি লৈকানা।
শাঁহেল গুলাপ লৈনুংশি
য়েম্মি লৈথোক ত্রিংখংনা।
নীংথিজবী বাসন্তী
তোংডি তীন নাতোনজাবি।

ফজরবী চৌংগী লম
থল্লি লৈদো শাকৈনা।
নীংথিরবী তমগী লম
কোইদো থল্লি লিন কাঙনা
পুনশি লায়না লোইনভম
মহূ পানবা চাম্মনা।

উরেম্না কোনুং কৈ
ফজদরা কৈজাউদো।
শাম্মি 'হবু চায় শাহিং
কিনৈ লাকই চায় মীহিং
উরি শংশং সিফাইদো
ফাখিবদো অহৈঙ।

ফজৈদনা লিন মথৈ
য়েংবা ফজদরদো।
চেল্লি 'হবু থীনা হূ
চিকই শি মী কাম্মি হূ।

পুনশিগী

ভারেদনা শিবদো
লিম্বু শারো থেংনৈভে।

লৈদো কৈদা কৈরোদ
লৈদো লিন্দা মহূদ।
লৈদো 'নীমক মীদদি
পূম্না মচীন থোনদি।
চিক্লে মীনা হূ কাম্নদো
লাক্লে থবাম্ন মাংঙিদো।

মাঙদে লৈশক কাম্নদে লৈ
লৈখোক লিনথাক ম্নেংপা লৈ।
থঙদে ভরাই চাম্না থক
লুম্নিবনি অসিমক।
চাবা ম্নাদে খোঙভম থক
মাঙজৈ হৈত্রে থাম্নুথক।

নীংথি ফজৈ চারুন্
ফরম্মনি থল্লুন্।
মহূ পূবা জগৎনি,
মরো লৈবা সংসারনি।
লানগী লান ভাক্কি পুনশি
হৈত্রে শিনিদো লানশি।

## তরাতরুকস্নুবা মতাং

# ইথোদা পানবা চৈনা

মুম মৈ চাকপা মতুং তরানি মঙানি অসি মী লাকপগী অতং অথম কোৎবা লৈখিদে। অমা লাকই অমা চংলি, অমা চংলি অমা লাকই—চৌরি নাপ্পনি। সেবাসু তরাইবা অমা ওইনা থোকখিদে, পঙ্গাউদ পঙ্গাউ অমা তাখি। মী অমা লাকপগী ফিদা অমা থাবা, অয়ুক্তনা চিদাক চাপ্পুক অমা হানবা নুংথিল্লনা পানা মতপ অমা লানবা অসিনা পরেং অহুম সাগ্রবনা ইমাথোয় সেবাগী থোগাই পুবশিংসিদি তপ অহুম মতারবনি। অহুবু মথোয় মীথিং ময়াম্বা, শান্দোক শাক্লিন শিন্দোক শিক্লিন তৌমবা ময়াবনা মথোয়গীদি সোর তোম্নবা মতম থর অহুম মরৈ। ইথোগা ঐজ্ঞাগা অনীগীদি সোর তোম্নবা মতম লৈতবদোনা তৌবনি—লৈতবনি। নিপা অরাকপা মখৈনা ইথোদা নুপী তরাকপা মখৈনা ঐজ্ঞাদা চঁডি। ইথোগা ঐজ্ঞাগা অনীনা মথোয়গা মায়োক্লৈ, চৌক্লোক্লৈ। শংদে অয়ুক নুংথিল মিকুপমক্ত, নুমিদাং ওহাক পোপ্পাবনা লোইরে।

ঐখোই য়ুমসি মমাঙ ইকোক কোকপদগী চাকপনি, মনীং ময়াদগী নত্তে, অহুনা, মীনা থাবনি হায়বা অহুম মতাবনি। অহুবু, ইথোদদি করিগীনো থঙদে থোক্তবদোনা তৌই। অরাকপা অয়াম্বনা চিংনবা মীশক হংই। ইথৌনা খক খুমদে। মায়থোংদদি ইকায়বগীনি থঙদে মুঙাইতবগীনি থঙদে, মমি অমদি তাবগুম তৌই। "ঐগী রাও হায়বা মতা অমা লাকপরা, থীনা চাকখরে; অহুবু, কমদোনি, ঈশ্বরগী লীলানিদো" হেক হেক থৈহুনা খুম্মি মায় লৈরপ্পি হায় লুক্রপ্পি হায়। রাহং মতোন তাবা ঙমদে, তাদে। ইথৌনা রারী অতৈ অমা সাহুনা লাক্লিবা মীগী মবুক শিনবা হেক হেক ম্নেংই।

মীশি মীনা, মৈহো লাংপোক, শা লাল, ঈশিং ঈচাউ মখোয়সি মশানা কাং খোংনি। মখোয় নংলবা লৈকাই খণ্ডদে থুনগং, লৈবাক খণ্ডদে ইমুংনা কাং খোং ওনবদি মশানা তাবনি। অদুনা, য়ুম মৈ চাকপা মতুং তরানি মঙানি অসি ঐখোয়গী ইমুং কাং খোং ওল্লি। তূম্বা হিপ্পা, চাবা থকপা মফম খণ্ডদে, মওং তাদে মতম নাইদে—নোংমা নোংমগী থোক্লুবা মওংদা অদুম পঙচৎ হায়বদুনি। থুদোং চাদ্রে চাদনা, থবক্তা চিল্লে চিম্মা ঐগী অমা ইবেম্মা দায় পূমলো লৌখিবনা পঙ্কায় কায়দে। অতৈ পূম্নমক্তীদি, ইধোদগী হৌনা. থবক্তা মতম্না মওং অমত্তু তাদে. অদুক শোয়দনবা শীনবা মতা ওইনা অদুম তৌই। অমরোমদনা, অরাক অথং নংমিম্নবা, কাং খোং ওল্লিবা ইমুংগী লৈতানবা, মচীন থুপচিন্নবা রাখন্না পুনবা ঙাক ওইবনা কনানা করি ওইরি হায়বা চাউয়েং অদুক য়েংনবা নত্তনা কুপশিন্না য়েংনবা ঙম্বা, য়েংনবা মতম নত্তে। অদুনা মৈ চাকপগী চৈনানা ইধোদা থায়দগী হেন্না থীনা পাল্লিবা, চৈনাশোলগী মমিনা মায়থোংদা তারিবা উনরে উননা চুমগী অদুক নুঙাইতভম থোকপনা নুঙাই-তদুনা মতৌবনি অদুম লৌনবগুম তৌখি মতম থরদুদি।

মৈ চাকপা নোঙানবদা হৌখিবা ঐশোয়গী য়ুমসি শঙ্গোয় মওংদদি সারগা কাসু য়াম্বা থৎসু চঙবা য়ুমদানি। মমাঙ মাংগোল নাই লাইথল তাই; মনুং, কা অহুম য়াংলি; মনীং, কৈ শকপা শগোল ফিগল অমা তাই; অরাং পরেং, মাংগোল চিক্তা শগোল ফিগল মচীল ফাও মাংগোল অথূবা চেল্লি। য়ুম্বী লোয় লোয়খাঙনচিংবা লোইনবা উ ঙাক্লি—উগী মুম্নি। মনুংগী উশিংনা শীংজংদ চারবসু মপানগীশিংদি আরামদার লোইনা চায়। মথক্তা ইখা চেল্লগা ইমোম্না থানা ফজনা কুপ্লি। মৈহো লাংপোক অমগী শঙ্গুম্নবা শঙদা মসি থোকফম থোক্তবনি। থোক্লিবসি ইধো নোং-থোনবনা মভিক মগুণ লৈবা লৈবাক নিংথৌগী পনগী মঙাল চাউনা অঙম্বা অমসু ওইবা. থম্মোয় পানবা মতোল অমসু ওই, "শিরমদাইদা ইয়াম্বনা শিম্নরম্বা ইচানি—ইচামক্লি" থল ঐখোই ইধোদা থমখিবা প্রেম পূম্নমক অসিদগীনি। উয়েবা, ইকুপ্পা, শীংখাবা, রাইহৈবা পূম্নমক ইধোগী মী ঙাক্লি। অরাং অপা অয়াম্বা ইধোনা মেনবনি। কোটতগী লেঙথরক-

পগা নোংমগী অমুক লেৎলকপা শোয়দবনি। অরাবা মতাং অসিদা ইচাগী মবুক্কীং করিনা খিত্তং পোথাজগদগে য়েংনা চৎপিবনি। মতাং অসিদা অমগা নীংসিংলকই। "ইচাগীসি চাকখুমগী মতেক অমত্তং নাইবিদ্রবদি লৈবা য়াম্না চিঙ্গনি, কা মচা অমত্তংগা তপথোক্কবা য়াদ্রে" অরাং পাংনা তপথোকপিখি। থোকখি কাবক নীংথিবা, রাসি লৈবা য়ুম মচা অমা। কাবক ঈংনবগুম তৌখি মৈশা লাংলুরবা ইমুং। নীংসিংলকই মতাংসিদা। ঋষিগী মপাউ অমা—

কোক্ক গঙ্গানা
পাপ্পা মশাগী পাপ।
পূণ্যগী পূণ্যনা
কোকচৈ গঙ্গানা
মশাদা চুহৌবা পাপকী পাপ।

পাপকী মহাকথং গঙ্গানা হেক হেক নৈরবসু লুক্তবগুম পূণ্যগা শম্নবদা অমুক হেক হেক জগৎসিমু ফত্তবগী মনুনা নরক হেক হেক ওইরবসু অফবগী মঙাম্না স্বর্গ অমুক হেক হেক ওই। পাপ অমনা মৈচুরম চাক্লবা ইমুং চাখি শান্তিগী ঈরা পূণ্য অমগী হৃত্তা।

য়ুম তরানি কুম্নিগী মনুংদা অমুক নুংখিল পানা কম্না শৃহুনা অহুম লোইরে। য়ুমজতবা য়াবা নুমিৎ অমা য়েংলে। লাই গুরু অমনী, উয়েবশিং, কৈরোয় লৈকাইগী অরাভম পুবিবশিং পুম্নমক চাক খাঙহনা য়ুমজঙলে। ইধৌনোংথোনবা লুক হাবা লোইহনা ফমেন্দা লেঙশিল্লি। ঐখোয়গী ইধৌনা দণ্ডবৎ তৌনা খুরম্মি। খঙদে করিগীনো, কপ্লকই হিক্কা হিক্কা খুরম খুরম অহুম। "কপফেদে ঙসি করিনো ইচাশা, ইতোল লৈনা, তাইবুঙো লৈতে তৌবরা, হোগৎলো, হোগৎলো, কোক্লনি ইচাগী অরাবা লোইনমক" নানবি ইধৌ নোংথোনবনা মিৎলুদদি শিরাং। হোগৎলে ইধৌ, ঙাঙদে রাদি মচেৎমত্ত, তৈথোকই লেংয়াল খুদৈ মতোম্না মিৎকী পি। "ইমুংগী তৌজগদবা তৌজরো, ইপাসু চৎলগে" তাকপিরকই য়াথং ইধৌ নোংথোনবনা ইধৌদা নুংশিনা য়েং। লেম্বৎ লেম্বৎনা অরাং

শঙ্গোয়দা থবক শান্দুনা লৈবা ঐজ্ঞাদা "ইবেম্ম, ইতৈ চৎলে" তাক-পিরকই অমূক য়াথং। ঐজ্ঞানা চেনশিল্লক্লুনা 'ইতৈবুঙো, ননাই ঐ লৈজ-হৌরে খুরম্মি। ইধৌগীদা মকুগা মমৌগা থোক্লরবসু নিংথেম মমুমগী মরীনা কনবা নিংথৌ মচিন্ননাও অনৌগী অমনা নিঙোলমচা অমনা পিবা মচা ওইনবনা অনীমক্লা মরী কায়দনা অহুম চৎনবনি। থোগল মনাই অনীগা ইধৌ অহুম লেঙথোক্লে! ঐথোয়গী ইধৌনা থোঙ্গাল ফাও থোগল তৌরগা খুরমহুনা অহুম লৈহৌরে।

ইধৌনা ইধৌ নোংথোনবা খুরম্বদা কপখিবা অহু মম্মা অহুম থোকখি অঙাং ওইরিবা ঐগী থম্মোইদা। ইধৌ নোংথোনবমক্লুদসু অহুম মম্নপ মথোক্লমগনি। অহুবু তরানি মঙানি মতুংদা মনিল খিত্তং ফংখি। অরাকপা মীনা চিংনবা মীশক হংবদা ইধৌনা শক খুমদবা, ইকাইনুংশিবা মতৌ থুপ্নবা মায় লৈরপ নম্রে লুক্লপ বা থৈনা হেক হেক পুবা অহুগী বাফম্মা মপাবুং শকপা ইধৌ নোংথোনবা খুরম্বদা ফুগৎলকপঙম তৌখিবনি হায়বা অহুম খঙলে। মীগী থম্মোইনুংদা থুপ্তুনা লৈবা অরাবা নুংশিবা কয়ানা মী মহাক্লৌ ওইবা লাইঙক্লুগী পরেংদা লৈবা মীশক উবদা ফুগৎ-লকপসি অহুম মহৌশানি।

নোংমা নুংথিল অঙনবদনি। চাকচা তোক্লুনা থায় ঙহাক পোথানবা মতমহুমক্লি। ইধৌনা নুংথিল ঙহাক পোথাবাসি মপান্দা ঙাক্ত পোথাই। নুমিত্তু ইধৌ পোংথাদ্রি, খুদোং ফাল্লি। ঐনা ইধৌগী তুংদা, পোথাভম থারিবা ফিগী মতাই ওইরপ চেপথরকপা ঙাইবা ওইনা চেপ্লপ লোংলপ হিপ্লগা ফিকোন্দুনা কোকথাঙ হাপ্লঃ উ মোন অথুপ্লগী ঐঙোন্দা ঙক্লা থোকপ্রবা মশা অনী লোঙনভম মপৃং অহু খুদোঙ্গীনা মখুল খুদিং মাহুনা শাম্নরি, খুংহৈবগী মঙণ থাগৎপদা মুল্লি। তাঙ্গসিদা ঐজ্ঞানা খুদোং হিদাকফু মচা পায়হুনা হেক লেঙথোরক শীংদোঙগী ফক্তা তপ্লা ফমধ-ফমধনা বাহৌরকই—

ঐজ্ঞা — পাবুংগী পোথাবদি কায়রগদরা, অহুবু বা অমত্তংদদি···

ইধৌ — করিনিনা ?

ঐজ্ঞা — পাবুংগী ইনুং নুংঙাইতবা, চাবা থকপা তুবা হিম্না পুম্নমক্তা

মহৌশাগুম তৌদবা, মও অমা ইচং চংপগুম্বা অমা তৌবসিদা ঐখোয় লোইনা নুংশা থীনরে। চুপ্মি, নুংঙাইভম থোক্কে. য়ুম মৈ তুনা চাক্লে, ফৌ চেং থীনা শোক্লে। য়ুম অমা পানবদা তাবা হৌনবা, তাদবা য়াদবা পোং চৈ লোইনবা তুম্লে। করি নুংঙাইভম লৈ। অহুবু কৈদৌনি, লাইবক্নি। অহমকপু গোবিন্দগী কৃপাদগী ঐখোয় কনামতা শোয় ঙাম্বা য়াওদে, পোং চৈ অরু অহেল, অরং অরাক অমত্ত মাঙদে। ইপা ইচা, ইরুপ ইপিক্কা পূম্নমক্কা নুংশিবিবনিনা ইথা থাজদনা, থুরেম্মপৈ য়ুমদুম ফজনা লেপ্লে। গোবিন্দগী কৃপা অমুক্কা লৈরগা হায়গীগুম অমুক্কা য়ুম কৈ ফজনা সাহনা মপানগনি। পাবুংনা করি অহুক নুঙাইরুরিব্রিবনো। নুংঙাইতবা করিমত তৌবিরুনু। অহৈ শরুকপুদি গোবিন্দহুম থুরমজসি।

ইধৌ করিমত্ত থুমদে। তুমিন লৈমায় য়েংহনা তায়, খুত্তা ভোংঙৈ পায়রবসু চিংদে। ঐজ্ঞানা ঙহাক য়েংলগা মতোল তাই।

সিগী রাবসিদি, অমরোমদদি, কৈসু লৈত্তেনা। থীনা রারবা কয়া থেংনরক্লে। লোই কৃষ্ণরে, তোম্বিঙাই তে ক্লুরে, থা ভরুক্কি লক্লিদা হিংলুবা। নোংমত্ত মিংকী পি কংদবনি। পাবুংগীবু কপকদরা পাবুং সনখ্যাগীবু কপকদর, ওঃ মতমদো. রানা লেনখিদা শিসি শিঙমদ হিংসি হিংঙমদ ঙারোয় চোংখিবদো।

লংলি ঙহাক ঐজ্ঞা। হিদাকফু মনীং লৈমায়দা শোত্নুনা পায়না পায়না মিংকী পি তৈথোকই, তৈথোক তৈথোক্লা তাই মতোল—

অহ্নদগী অমুক, নুমিংনা চপ য়ুংবা মতম চাক চখোম অমত্তং চাগে হেক তৌরকপদা মৈনীংসু কৃম্বিবা অততায়নি মত্তা তাইবুঙো শগোল-হঞ্জবনা "হোৌজিম্মক চত্তবা য়াদে, শামুনা য়ুম চিংথেক্কনি" তাম্মোক্লবা, কোয়ঙাওনপিবা—ইংথোল কফুংসিদা কৌবি শৌংনাং, কাঙ তুমিং, তিনফা কাকফৈ, লিন কাঙ মরক্তা শঙ খন্দুনা লেললকপা — ওঃ। ইমাইবুঙোদো শিরম্লোইদোবনিদো, নমহুনা হেক শিহনবনিদো।

রা লংত্রে পূম্নং, তাখিদ্রে মতোল অমুক। মিংফম নাইদনা মিংফম থম লৈখি তুমিন ঐজ্ঞা মিংলুদদি পিগী ঈরা।

ঙসাইমথৈ তুমিন লৈরম্বদি ইধৌ। মতাংসিদদি রা অমনীদং হায়রকই—

ইধৌ — করি থোইনা বারুনু, ঐ করিসু তৌদে, অদুক খিত্তং মনুংঙাইতবা হায়বদুনি। রাদবু অমত্তং লৈ । লোই কুম্নুবা চোপ্তেদো নিংথৌ খুভম শীংনরুবনি, শিরম্বা থোক্লবসু চোপ্তেদো, অয়াম্বগী শিনভম অদুম থোকপনি । সনাখ্যা শগোলহঞ্জবনা য়ুম ইংখোল মংহ্লোবসু অতত্তাম্ব তানরুবননি, মংহ্লোভম থোক্লুনা মংহ্লোবনি, খাংবোক্লা কফুথক্লা খাঙলবসু চোপ্তেদো, খাঙলভম থোক্লুনা অদুম মখাঙলবনি, রাভম থোক্লুনা অদুম মরারবনি। অদুদা, চন্দক্লৌসিমদি থৌনা চোপ্পা অমা চেন্নরি। ইরাল লৈতনা অরাবসু নংবা চোপ্পা অমসু লঙবগুম তৌবা থোকই। মীনা ময়ূম মৈ থাবিবা মীশক্তি হায়বমদি থোকপা মতারবনি। অসিনি ঐনা য়াম্না হেক নুঙাইত্রিবা, ইকাইরিবা ।

ঐজ্ঞা — উম্ মচুম্মি লাম্ভে অদুসু। অদুবু অঙাং অঙাওবনা উংফুল চাইশিল্লে হায়দুনা হেক্সক মমোংলনি হায়বদি নত্তে। পাবুংবু কনানা করিবু খন্নগবনো! নুংঙাইতবা তৌবিরুনু অদুমক্তা ওইরবদি ।

মী ঈশ্বরগী অথুপ্পা খুংসেম্নি। মঙোন্দনি খুংসেম্না মপৃং ফাবা, খুংসেম লৌশিংনা লোইনা তিনবা। মহাক্তি বিশ্বজগংকী অসুপ্পা মশক্তি, ঈশ্বরগী খুপ্পভম, ফোঙনভম অনৌমক্তি। শকই অদুনা আগমনা—

> যদ্ ইহাস্তি তদন্যত্র
> যন্নেহাস্তি ন তৎ ক্বচিৎ ।
> ( সিদা লৈরে লৈ অতৈদা
> সিদা লৈত্রে লৈতে কৈদা ।)

মী মশক খঙবা লুই. লুবদ নত্তে, খঙবা ঙমদে—খঙদে। ঋষিশিংনা মশক তাক্লবা হোৎনবদা, পোকখিবনি বেদ, বেদান্ত দর্শন, উপনিষদ, তত্ত্ব, ভাষ্য, টীকা, টিপ্পনী কয়া। অদুবু, মখোয় মশেন্মক্ত মূকৈ ; লখী ভিন্নদে, রারেশ তৈনৈ; মশক তঙ তানা খঙবা ঙমদে। ঙসিফাওবা মীগী থম্মোইগী মরেপ, রাখলগী মরাং, লৌচংকী লমদাং, অরেপ্পমত্ত পুথোকপা ঙমদ্রি। অসিদি থম্ব থম্মো, হকথেংনবা ঙম্বা মীগী মশাগী মশকফাও লোইনা

খঙবা ঙমদ্রি, খঙদবনা নম্মি। হৌজিক্ মশক থিবা লেপ্পা নত্তে। দর্শী জ্ঞানীশিংনা কন্নঃ অদুম থিনৈ, তত্ত্ব কয়া কয়া পুথোকই; অ বু মুয়া খঙবা লৈতে। জগৎপু খুজিল মমায় থোংবা ঙম্নবতদা খঙদবনি। অদুদি ঈশ্বরদগীনি। অদুনদি খঙনি হায়বা উত্রে। মী অসুম অঙকপা. অথুশ্বা খঙবা ঙমদবা অমা ওইনা অদুম লৈবা মতারবনি।

মী জীবজগৎকী মনুং চন্দবা নত্তে. চল্লি। অদুবু চন্দবদোনা অদুম তোই। জীবজগৎকী পথাপ চত্তবা নত্তে মী, চৎলি। অদুবু, চত্তবদোনা অদুম তোই।

জীবজগত্তা শা ঙা, উচেক রান্না, তীল কাঙ, কোক্সেং কৌয়া—জীব মখল কয়া কয়ানি। মখল খুদিংমক্কী পরেংনা অমুক মরোল মরোলনি—লোইবা নাইবা নত্তে। পরেং পরেংগী জীবশিং ময়াম ময়াম ওইরবসু অমত্তনি। অমা, অমখক্কনা ময়াম অদুম থোকপগুম্বনি। শাচৌ লৈহৌ, চাউবা পিকপা, মচু মমেল, পাংগল নুংগল, শাজৎ লীচৎ, চীঙ্গাক পুচাক মচা মরাক, মখোং নুংখোং, মতীক মঙল, মতৌং মঙাল—চপ মান্নে অমগা অমগা করিমত্ত হেন্নদে। মতম্মা জীবজগত্তা অহোংবা পুরকপসু লৈতে। এহেল্লৌঙৈগী ফিভম কান্নদনা অদুম চৎলি।

মীসু জীবনি। জীবগী পরেং চৎপদু মাগীসু অদুম চৎলি। চত্তি চৎলগা ময়ামা অমত্ত ওইবা অমত্তনা ময়াম থোকপগুম্বা মচৎ অদুদি চত্তে। পরেংগী মীথিৎশিং অদু ইমান মান্ননা ইখেল অদুম মখেন্নে। মীসু জীবনিনা জীব অতৈগুম চায় থকই, তুম্মি হিপ্পি, হিংনবা য়েংঙি পান্নবা থোরাংঙি। অদুবু জীব অতৈনা পুম্মান মান্ননা চৎপদু মীদি তোদে। য়াহিপ চাকচা মিৎয়েং থোরাং পুম্নমক লোইনা খেন্ননা অদুম চৎলি মীগীদি।

মী—মীং না, কোক লু, চীন য়া, খোঙ খুৎনচিংবা পানবা লোইনা মান্নে; কান্নাৎ ফিথুপ নাইবা য়াৎপা অদুম মান্নে। মান্নরবরা মান্নদে "তা" দা লোইনা খেন্নে। কোক্কা লুদা, চীন্দা য়াগা, খোঙদা খুত্তা লোইনা খেন্নে। অদুগুম, লেপ পো শাওংদসু অদুম খেন্নে। কনানা রাংঙি কনানা নেম্মি, কনানা চাউই, কনানা পিকই, কনানা নোয় কনানা কংঙি, কনানা থায় কনানা পায়, কনানা তোনগানৈ কনানা ফুন্নৈনৈ—

অমত্ত মায়দে। কুচু কুমেন্দসু অদুনত্তাই। কনানা চৌই কনানা মূই, কনানা তোকুনৈ কনানা মূরৈনৈ, কনানা তোকুশংদানৈ কনানা মূরৈশংবানৈ, কনানা তোরোক কনানা মুতুক লোইনা থেম্নে। শঙ্গা পূমাদসু অহুম থেম্নে। কনানা মায়থোং ফজে, কনানা তুংমান ফজে, কনানা শগোল শঙ্গা তাই কনানা শেঙ্গোম্ন শঙ্গা তাই, কনানা মিত্তা নাতা ফজে কনানা চিন্দা মাতা ফজে। মতৌ মওংদা মেংলবসু অহুমগী অহুমত্তাই। কনানা ঈংখি কনানা খেংখি কনানা নোই কনানা কল্লি, কনানা মেঁখি কনানা থোই, কনানা থোংলি কনানা শোই। কন্দানবা, কম্ফানবা, চগংনবা শিগনবা, চগম্নবা চুগম্নবা কয়া কয়ানি।

খেম্নরিবা পূম্নমক অসে অরেম্বা নত্তে মরোল অরুবা অমা কোম্নরিবনি। মতাং অসিদা ভগবানগী বাকা অমত্তং চান্না নীংসিংখিসি—

চাতুর্ব্বণ্যং ময়া সৃষ্টং গুণকর্ম্মবিভাগশঃ
(চতুর্ব্বর্ণাই ঐপুম সৃদিং সেমাংনি ঐনা গুণকর্ম্ম য়েং)

গুণ, কর্ম্মগী মতুং ইন্না মী জগত্তা খেম্ননা লাকই। শংহো লৈহো, শক চু, কুচু কুমেন, মরেপ মচাল, মশক মতৌ খেম্নরে, খেম্ননা চৌই। সংস্কার, লোয়নরকপা গুণবুনি, অহুম মখেম্নে। খেম্নে চায়বসি খোইনা খোন্দানা চান্না অহুম তাকই। কনাগী মখোম্না ঈংই, কনাগীনা মেঁখি, কনাগীনা নোই, কনাগী মখোম্না চৌই, কনাগীনা লাউই, কনাগীনা ঙংখি কনাগী মখোম্না য়াকই, কনাগীনা শেল্লি, কনাগীনা লোম্মি—লে ইবা লৈবা নত্তে, শক খেম্নবা মতুং ইন্না অহুম চৎপনি। বাচাঙ শাঙাচ, বাচৈ য়াতা, লোকং নুংচৎ, লীচৎ শাজৎ, মতীং মঙাল, চীন্দং চীঙ্গাউ, য়াচিপ চাকচা, বাখল নুংখল, মতীক মঙল, মিংয়েং থোয়াং—লোইনমক অহুম খেম্নে। অসিনোংদগীনি লাইগুরু অথঙ অচৈশিংনা মীগী পূকখোল য়েংঙুনা লাই, লাইপোক, মীথোই মীচেল, মী, মীথী, মীথীবোং, মীতপাল চান্না মী মখল খায়রম্নিবা। লাইগী লীচৎ চৎপা মীবু লাই, লাইগী লীচৎ চৎপা মীনা পোক্লবা মীবু লাইপোক, মীগী মনুংদা থোইখোইবা গুণ চেনবা মীবু মীথোই মীচেল, মীগী মগুণ চেনবা মীবু মী, মীগী গুণদা

নোবা মীচাক ওইবা মীবু মীথী (মীতোকচা), চাক্ত মচাবা মরোশিংদি বাংপা মীবু মীথীবো', মীনিদি হায়রগা মীদি ওইদবা মীবু মীতম্বাল হায়রুবদনি। থায়রিবা অসিমক্খু অং্ক মওং অমদা মশায়রুবনি। পরেং তামিন্নবা মীশকশিং জীবজগ'কীদোনা ময়াম্না অমত্ত ওইবা অমত্তনা ময়াম থোকপ মওং অংদি নত্তে। লাইগুরুগী থাক্তা লৈবা কপিল, কনাদ, ব্যাস, জৈমিনি, পতঞ্জলি, গোতম—ঋষি তরুক্তা অদুম মতাকই। মথোয় শনী অংম তৈনৈ, বাখল অংম থৈনৈ, অংনা দর্শন তরুক অসুম পোক্লম্লিনসিনি।

সংস্কার ফনা লাকপা মীদা মশাগী সংস্কারগী মওং মতৌ মতুং ইন্না রজঃ গুণননি হায় সত্ত্ব গুণননি হায় মপূং ওই। সংস্কার ফত্তনা লাকপদনা তমঃ গুণনা মপূং ওই। সত্ত্বনা মপূং ওইবা মীনা "ত্যাগে সুখম্" (থাদোক পদা লৈ নুংহাইবা) হায়বা নীতি চংপা হৌই, মশাগী থোইনা রেংদনা চংপা তম্মি, কর্ম্মগীদমক্ত কর্ম্ম তৌবা হৌই—তৌই। রজংনা মপূং ওইবা মীনা "সুপ্তস্য সিংহস্য ন প্রবিশন্তি মুখে মৃগাঃ" (অতূম্বা নোংশাগী খয়াত্তা তারদে শজি শংহাই) হায়বা জ্যান্দা চংপা হৌই, মশাগী হুম্মাংমন্না মবুক থন্নবা য়েংবা তম্মি, ফলগীদমক কর্ম্ম তৌব হৌই—তৌই। তমঃনা মপূং ওইবা মীনা "ঋণং কৃত্বা ঘৃতং পিবেৎ" (মীগী মরলফাও পূংনা ঘীদি চাবা তাই) হায়বা লাচং চংপা হৌই, মশাগীদ য়েংহনা চংপা তম্মি, মীগী হাংপনচিংবা তৌবা তৌই—তৌই। মমাঙী অনীদনা শিক্ষা, দীক্ষানা মথৌ শংঙি, অকোনবগীসিদনা শিক্ষানা মরো হাপ্পি, দীক্ষা চঙদে মঙোন্দা। সত্ত্বগী মীনা নোংমা নোংমগী থবিগুম হেল্লকই থাবুম তাল্লকই। রজংগী মীনা নোংমা নোংমগী নুমিৎকুম কারকই, য়োয়ময়ায় অপানবগী অনীসুবা খুভম তম্লকই। তমঃগী মীনা নোংমা নোংমগী ফৈধরকই, শাগী খুভম তমথরকই। খুদোংদ ফংবদা শানা নুমিথা শোকপগুম সত্ত্ব রজঃ তমগী মীবু হাত্তুনা হেক হেক চায়। চানবগী খুদোংসু ফংই অদুম তরাই। "ঐনা মী কনাগী মাঙনবা তৌরুদে, ঐগী মাঙনবা মী কনানা তৌবিরগবনো" পূই মবুক্তা অফবা মীনা। "ঐনা মী কনাগী ফনবা তৌরুদে, ঐগী ফনবা মী কনানা তৌবিরগবনো" পূই মবুক্তা ফত্তবা মীনা। অদুনা ফত্তবা মীনা অফবা মীবু হাত্তুনা চায় অংম তরাই।

অদুবু ফত্তবনা চারে চানা, মাগী মথৃত্তা থেংলাং থেংখাং শিরে শিনা জয়দি পোলোইদ পোলোইদা অফবগী মথৃত্তা অদুম ভারে—ভাই। "যত্র ধর্ম্মঃ তত্র জয় ( ধর্ম্ম লৈবা মফমদা লাকচৈ অদুম জয়) থম্ভৈনে লোইনা অদুম। শোয়দে থক. ওইবদি য়াই হিংলিঙৈ নত্রে শিরবা তুং। অফবা মীনা লাইগী খুভম কাবা উদবা নত্তে ইতিহাসগী লামায়দা। লাংনবি ঈশ, ঈশা, বুদ্ধ, জৈন, নিতাই, চৈতৈ—শক্লরি মগুণ। ঈরোক্লা নুংথোঙ হাং ঈচেল ভম নোংমা নোংমগী ইপাল লাক অচৌবা তুরেল ওই মালেম থুংনা চেল সমুদ্র য়োবগুম মীগী লোয়নরকপা সংস্কার শিক্ষা, দীক্ষা, সাধনা মপুং ফারবদা পী মশাদা অরাংবা খুভম, করিগুম্বদা লাইগী। অদুনা, অফফত্ত অনীগী খেন্নবসি পোলোইদ পোলোইদদি নোংথক্কা লৈখাগা অনীনা ভৈনবগুম অদুম থোক্লে। অদুবু, অরাবদি মীনা মীগী মশক্কুদি মুন্না খন্ডবা মঙম্মদরে—খঙদরে অসিনি।

মীগী মতীক মঙল চাউই। পৃথ্বী কোল্লিবা সমুদ্রগী ঈরেপ ভক্লা খঙবা ঙম্মি। ঈচেল লীবা ঙম্মি। ঈওলগী চাং লোইনা ফাবা ঙম্মি—হৃৎলাই লৈ। অদুবু খুরবা থেল্লবা মীগী থম্মোইগী ঈরেপ্তি ভম্বা ঙমদে, ঈচেলসু মাবা ঙমদে, ঈওলগী চাংসু ফাবা ঙমদে—হৃৎলাই লৈত্তে। নোংথক নোংখা অনীনা কোল্লিবা নুংশিংকী চাং পাদম্বা ঙম্মি। নুংশিংকী খোঙজেল, খোঙথাং, শাফু লোইনা মতীং থেক্লা খঙবা ঙম্মি—হৃৎলাই লৈ। পিক্লবা মীগী কোক্লা কোল্লিবা রাখলগী চাংদি পাদম্বা ঙমদে; খোঙজেল খোঙ-থাং খোঙচৌ শাফু অমত্তসু মুন্না খঙবা ঙমদে—হৃৎলাই লৈত্তে। অনুমানচিংবা প্রমানা কাবক অদুক ফাবা মঙাম। অদুসু সংস্কার খেন্নবনা সিদ্ধান্ত রারেপ কৌবদো অদুম ভৈনৈ। থম্মোই পানবা কনা মীনা মরাল লৈবা মী কনাগী মরাল ঙাকপিবদা, কনানা মশাগী সংস্কার মতুং ইন্না থাংগৎকনি থম্মোই পানবা মীদুবু লাইগী থাক্তা, সোনগনি মদোম তুমিন মথম্মোইনা "Forgiveness is divine" লাইগী লীচৎনি ঙাকপিবা। অমুক কনা অমনদি মশাগী সংস্কারনা থাধগনি—শীথগনি মীশক্তুবু পাঙদবা থাক্তা হায়গনি চাউনা "Forgiveness is cowardice" পাঙদবনি ঙাকপিবা।

নীংসিংলকই মতাংসিদা লাইগুরুশিংনা সংস্কার শেম্নবদগী মী মীনা পুনবা য়াপু পাউরোনবা য়াক্ষম অমা—

দোলাইতোংবা মচামদা ইরোইতোংবা মচামনা খংনবা চোরকই। দোলাইতোংবা মচাদুনা মপা চেম্থনি কিত্তনা খুমদে। খুমদবা উবদা "হৈ কিবরা পাঙদবা" তাথরকই মতোল ইরোইতোংবা মচাত্তনা। "কিনা নত্তে ইপা চেম্থনি তৌবনি, তুমিন লৈয়ু" খুম্মকই মবুক্কী অশাউবা ফাজিন্দুনা ভপ্না দোলাইতোংবা মচাত্তনা। য়াত্তু ভাবদা ইরোইতোংবা মচাদুনা করেম্মনা চাম্মরকই "ইহে, নপা দোলাই তোংডি সিরা, অত্তগী ওইরেসে। নপানা দোলাই তোংলগা কৈদৌরে!" মতোকখরদরা খল্লুই দোলাইতোংবা মচাদুনা। তোকপদি থাম্মা ইশৈত্তম চোংলক্লে—

নপানা দোলাই মতোংবা<br>
ইপানা ইরোই মতোংবা<br>
কিরগা কি মচাহক্কো<br>
তোকপিগে মীকিথি মীপাংউদ।

দোলাইতোংবা মচাদু তুমিন মরু লুক, হম্না য়েংলমদ, অত্তম ময়ুম তাম্না প্রপ প্রপ চংখরে। ইরোইতোংবা মচাদুনা মাবু উরিমথে হেম্না হেম্না কম্না কম্না লাউখত্তুনা ইশৈ অত্তম চোংহৌরে।

মী মশাগী গুণ কর্ম্মনা মশক লাকই, চহুভম য়াংলি, তিনডম চিংডি, ফুকপ ফুংগা তম্মি, চহুলুবা মফম, তিল্লুবা ফুংগা, তারুবা থাক, অপুনবগা চূনবা সংস্কার হাপ্পি। প্রত্যাদেশনি—লাইগী য়াথং। শিক্ষা, দীক্ষা, বাতাবরণনা মচু লোক্লে নীংথিবা হেল্লি; শঙলে কায়দে ফিভম। তৌই মথো অত্তম। পুরাণ, ইতিহাসগী লারোল লামায় কয়া কয়াদা থেংনৈ ঐখোয়না অরংবা থুদম কয়া কয়া।

মহাভারতকী লাল চল্লে তরানি। ভীষ্ম লোইশিন্দবা য়াদে। অর্জুন থারে মাঙদা শিখণ্ডী। কাপ্পি শিখণ্ডী তেন থুবাম থুবাম থোর খোরবা। ভীষ্ম, মশাগী সংক্ষত্রীয়গী সংস্কারনা পাহৈদে নপুংসকা লাল, থারে থুংলাই, থাঙখি চৈনা তুমিন ময়া ক্রক চিক্লা তেম্না তুবুম থুদিং লেং-শিল্লক্লে লেংশিন তুবফাও।

হলদীঘাটকী লানফম্ভি। তুরে লোইনা রাজপুত অথোবশিং। রাণা প্রতাপ মশা শিবা য়াদ্রি মিবারগী মশুং। মমায় ওল্লে, চেল্লে চৈতক-থক্তা। তান্নরি মুগল লালোয় অনী মথুং মথুত্তা তা। শিবদা নম্লে। উরে সক্তসিং ময়াম্বা য়েংথিবদগী ওইগ্রবা মুহব্বৎ খাঁ। কাভলে মথম্মোইদা রাজপুতকী সংস্কার কাউরে য়েংথিবা, থুক্লে মথম্মোই "শিরো ভৈয়া লোইরে মিবার, লে ইরে রাজপুত'। "কন্দবা য়াদে ভৈয়া" তাম্নরে শগোল শয়াংথক, হাংলে মুগল লালোয় অনী। ময়াম্ববু পুকথেম্মী ঁত্তি, থেক্তে মচীন্দা ভৈয়া, কৌরকই "নীলা ঘোড়াকা আসবার' শগোল কারু নেৎপা। য়েংই হন্না প্রতাপ, উই মনাও, থুকই মিবারগী, হুন্নি চৈতক্তা ঈরোক বাংমা।

চৈতক চোক্রবনি মশা পূমচোক অকনবা লান্দা শাম্ম থেংনবদা থেংথাং থেংথাং, লোইরবনি পূম্মোই মবুক্তো কম্নদা থাবদা মুগলগী তা কাওপ্পগী। অরোইবা নুংশা থিং হুল্লকপনি ঈরোক বাংমা। থিংখিবা নুংশা মুৎখ্রে অহুম, তারে শগোলয়াই তোর্ব্বান্দা শদাক, লেখ্খিদ্রে অমুক। মম্লে রাণা, থুকখি "লোইবেদো মিবার গুসি, লোইরেদো রাজপুত পূম্মোই"।

"বারুনু কারু নেৎপা, মংবু কনগে লাকপনি মিবারগীদমক, ঐখোয় রাজপুতকীদমক; হাংলে মুগল অনী, লোরো ঐগী শগোল" চাঙ্গোই-রকই সক্তসিং মিংলুদদি প্রেমগী পিরাং। কংলে শগোল ময়াম্বদা থুরম। কোম্নখি ভৈয়া ভৈয়া।

সিনি সংস্কারগী মতিক, মঙল, মঙাল। সিনি সংস্কারগী লীচৎ, ফনা সেম্লে সেম্না, সেনদোক্লে সেমদোক্তা চিরবা কান্দদি মশাগীদা পোপ অহুম মতাবা। মৈবু উংনা থুম্বা য়াদবা, সনাবু ঙদিনা য়োম্লে মক্তবা অহুগুমনি।

ইথোগী সংস্কারনা ইথোগীনি ঐগী সংস্কারনা ঐগীনি। ইথোগী সংস্কারগী মশক তশেংনা খঙবা ঐগী ইত্তিক্তী মথুত্তা লৈতে; ইথোদনা মথঙজবনি। অহুবু পোকপদগী চহী তরামুক খরদং কম্না ইথোগী শেগাদা তম্পাক্তা লাকপনা খঙবা উবা ঙম্বা মওং খরদগী অসিগী মথৈদি হায়বা মঙম্মি। ঐখোয়গী ইথোসি লূবা পামজবা, মশানা লূজবা, মফম মতম মওং পূম্নমক্তা লূনা চচ্চবা মীওইনি। লম্বীদা অঙাংনা উৎফুল চাইনরম্বদা হকথেংননমক

উফুল খাঙলুপ্রবসু, মনিল খিত্তং লাংখিবদা অদুম লূরে লূনা মোংলম্মনি কিদবা ঙমদবা মীশক অদুগা অম্মানি—অদুমক্তি। মীগী খঙদে জীবগী খঙদে শউম অমা খিত্তং ফংবদা মবুক্তা অথুকপা অমা হেক পোক ইকাই-থীবিনা নাথুপ্লজবগুম করিগুম্বা হ'গোইবা মনম নক্লে মনিল খিত্তং লাংবদা মশা ইচংদ হংগোইজবা, তিন্নুবগী লোইবা লৈজদবা থম্মোই মতানি। অদুনো'দগী ওইরবরা খঙদে মুমসু মরাল লৈতনা মাঙবা, থম্মোইদসু ইকাই-নুংশি পানবা।

অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু মসিনা থম্মোইগী লৈনা অমদি ওইখিবগুম তোই। পুনশি তেন্না লাক্লবদি মাই। তেন্না লাক্লমক্ম অমুক্তা তেন্না মৈশিনবদুম থোকখিবরা হন্দবা ঙমখিদে। মৈচাকপদগী চহী মঙা তরুক্মক্তনি থাঙথরম্বা। অদগী লৈখিদে অদুম, পানখিদে মুম মপু। অরাবনি, অরাবমক্তি সংসার!

খলঃ করোতি দুর্বৃত্তং
নূনং ফলতি সাধুষু।
দশাননো হরেৎ সীতাং
বন্ধনং স্যাৎ মহোদধেঃ।

চৈ কানবনা ফত্তবনা
চৈ চাবমা অফশিংনা।
সীতা হুবনা দশানন (রাবণ)
ম্লোহ্লিং থাংবনা উদধি (সমুদ্র)।

ফত্তবনা ফত্তবা তৌবা অফবনা চৈ খাঙবা থোকলিবনি তত্তনা জগৎসিদা। নোংগুম্মবনি অদুনোং ঈশ্বরনা তত্তনা, শক্লবনি অদুনা ভগবান্না

পরিত্রাণায় সাধুনাং বিনাশায় চ দুষ্কৃতাম্
ধর্ম্মসংস্থাপনার্থায় সম্ভবামি যুগে যুগে।
(কনবিনবা অফবশিং লোইশিন্নবা ফত্তবশিং
ধর্ম্মগী ঈমোং হাপ্লবা নোংগুম্মি ঐনা যুগ যুগ থুদিং)

### তরাতরেৎশুবা মতাং

# ইশৈ অমা

নোংমা অমুক্তনি। অমুক্তিদি হায়রগা মওল্লিদনা হায়বহৃদি থোক্লে। অয়াম্বনা শিন থানরবা, চাক্কী ঈশিংগী লাওনরক্ষপা মতমহুনি। ঐখোয়গীসু ইমাখোয় শিন থারে। ইমায়াইমা ঈরু মাস্বথনবা থোরাং তৌপরে, ইমানা অমুক ইধৌদা লাইরিক লাইশু তবা লাক্রবা মমামগী অচাই অশেং লোইশিন খোচ্চিনবা তোংনরি। ঐজ্ঞাদি লোইবা তানবনবা খওদে লং কম্না লংডি। ইবেন্না হিদাক কম্না চিংডি, ঐজ্ঞাগী মৈ চাক্লিবনি। হিদাক মনম লাক্লে. মৈথু ফনা নীংথিনা থোক্লে। হিদাক মৈ চাক্লবদে ঐজ্ঞাগী অমুক নুমিদাংগী বৃন্দাবনগী খুদোং হিদাকফু মচাহুদা পাল্লগা "সে হিদাক্তো থক্লো, ইমা নঙ্গীঙ্গ লোইবিরগে" হায়হুনা পী। ঐজ্ঞানা হিদাক লোনা লোনা "ইহে, ঐদি বা অমা ইকাউ কাউইদা" হায়না হায়না "চাউবীহল লৈবরা" কৌই ইমাবু। ইমা লাকপা উবদা ননম্বা পশোত্তবু ফি পুরক্তে, অলাকলিদি হংচিংনি, নং শং ডুতাক্তা হাইদোক্লুগেরা ইমাদা" হায়। ইমা খুদৈ মতুপ অমা লৌরগা মশম পুম্না পুম্না থোঙ্গাল্লোম চংলি। ঐ তুলসীবোংগী জবাকুসুম মখোঙদা শাম্নহুনা লৈ। ইমা চংপা উবহুদা "ইমা ঐ লাক্লে" চেম্থোকই। "লাউ, মাঙ থারো" হায়হুনা ঐ অহুম চংলে।

ইমা, কৈদনো ঐপোয়না চংলিবা?

শলুংত্রেল ময়ুমদা।

মৈতৈগী ফজবি লোক্লং অমা। ফম্নাই ফানাইবা কনাগুম্বা অমগী য়ুম নক্লে ইমুং তাকপদা য়ুম্নাক হায়নদে। ফম অহুদা তাংহুনা তাক্লে। মসি অমরোমদা তরাই হেক্ত খওনবা ওইনা থোক্লবসু, মরুমক্তি বেডার তৌবনি। ঐখোয়না চংলিবা ইমুং অসি নোংথোনবম্বি। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তত্তা শলুং পুরেল ওইখিবা অমগী ইমুংনি। অহুনা ইমুংসি শলুংপু-রেল্লয়ুম হায়না খঙনৈ, পোইরৈ তাদা শলুংত্রেল্লয়ুম হায়রুবদনি।

শমু: পুরেনগী ইমু: অসি মচাঃমনাও অনীনা লেপ্পি। অনীমক পু: তৌই। অহন্দি ওজা গোপাপ হায়না কাওই। লৈবাক্কী ওস্তানি, গোবিন্দগী ছিদংনি। হওবসু কাবু কাখিবরা। কাউরে, অরেপ্পা হায়বা ভমগ্রে। নরসিংহ মহারাজনা পোকপা মবুদৌ মন্ত্রীগী মশুলিংনি হায়বগুম তৌই, ইমাইবেম্মশিং অমা ওঁভি। ইমাইবেম্মসিনা পোকপা তামো অচল অসি অঙোবা কৌই। মখোয়গী লোন্দা লাইরিক হৈবদা চৈগোক্তা লৈবনি। জোনষ্টোন স্কুল লোইদুনা থবক্তী তাঙ্গা অমা ষেংদুনা লৈবনি। মশা থোইনা লৗরি খোইরিদবা, নুঙাইবা হৈবা, নুঙাইগনবা, মচীন মশা দোরো দোরো লাউবা মবুক মপাউ য়াম্না ফবা মীশক্তি। অঙাং মচা য়াম্না চাল্লি, ঐবুসু লুনা তৌই। মখোয়গী পুখ্রি য়াম্না চাউই, থম্বাল য়াম্না শাংলি। থম্বাল মতমদা ইমাগরা ঐজাগরা চৎপদা তামো লৈরমদুনা থম্বাল অমা হেক্নুনা পীখি, ঐগী নুঙাইবা থেংখি। মখোয়গীদা চৎপনি হায়বদুদা ঐগী মত্তা থম্বাল ময়াম শাৎপদ্ উখি। অদুনা ইতোমদ মতোল তাখি।

থম্বালহোয়গী তামোহোয়দা।
ঐগী লোন্দাদুদা ইমানা নোকই।
ইমা, থম্বাল শাৎলমগদ্রা ?
হৌজিক্তি কৈদা শাৎকদগে, হয়েং কাংদা।
ওঃ শাৎলম্মবদিকো—

য়োরে। তামো পুখ্রি মপাল ভিংথৌ মথক্তা ফমদুনা লৈরম্মি। ঈরুগে থোরকপা ওইবা তাই। ঐবু হাম্না কৌই, নোক্না নোক্না
"ইমো লাউহায়, তামোগা বা অমা ভাংনবি লাউ।"

মতোল তাই—
ইন্দোইবেম্মা, করিগী লেঙলকপনো ?
ইন্দোল ইনম্মা উন্নগে লাকপনি।
উম, লৈবনি, হৌজিক্ত ফি শুরম্বনি।
ইমা চঙখরে, ঐনা তামোগী নাক্তা লৈহৌরে।
ইমো নঙ্গী নহাল গদাধর সাবগী শিলোক্তো অমুক্ত থীম্ন তামোনা

থবাল হেক শাৎপগা ইনাওগী হেকপিনি, তূউ থম্না চোংশিবসে উরবরা ? নথূংকা নশাগসু ম্নাওগদবনি ।

ঐনা খূং কোক্তা তম্থম থমদুনা

হা প্রাণনাথ গৌরহরি

কি হইল কি হইল

লাউরগা নীংগাডনা হেক ফমথে, খূং অনীনা তিংথৌ মথক্তা হেক শৌই ।

হৈত্রেদা ইনাওদে ।

নোক্না নোক্না চিংশিন্দুনা পম্নগা হায়—

শ্লোক হায়রে হৈরে, ইশৈগী হৈরবদি পাবিনিডায় কনামত্ত লৈররোই, তামো ইশৈমা তম্বিগে হায়দুনা মতম্নাক্তা পম্নগা ঐগী খূজেং অনী পায়দুনা খূবাক থা থাদুনা তম্বি, শকই, শকহন্নি —

নিতাইবাৎকী চিথেক্তা,

নিতাইবাৎকী চিথেক্তা !

শীংছেলবু লৈরাং শাৎলিয়ে,

শীংছেলবু লৈরাং শাৎলিয়ে ।

শীংছেলবু কন্নি লৈনোনে,

শীংছেলবু কন্নি লৈনোনে ।

লাইদা গোড গোড কুরাওলৈ,

লাইদা গোড গোড কুরাওলৈ ।

অহুম মন্নিরক তম্বিরে, হংদি—

ফারব্রা ?

ফারনি ।

নতোমদ শকউ তাগে ।

ঐনা শকই, চুম্নে ।

তামোনা নোক্ন-নোক্নদুনা হাইথদুনা ম্নেংলগা হায়—

সত্য, ইনাওসে শোয়রোইকো ।

ইমা অহুম থোরক্লে, ইনে পশোৎনা থিন্দোরকই, হায়রকই—

চৎলসিদনা ।

ঐ হৌগৎলে। তামোনা—

ইংদাইবেম্মা, ইমোসি মী ওইদৌরি।

কৈদগীনোদা, পঙবনা শুক শুবসিদা।

পঙবহুম হায়জিল্লে, জ্ঞান তাশ্রপোংনিকো।

ঐখোয় অহুম লাক্লে। লম্বীদা ঐ ইশৈ তুমিন তুমিন ঔরাইদুনা চংলি। অদুবু, মমৈগী "গোঙ গোঙ" অদুদি ঐঙোন্দা য়াম্না নুঙাই, খোল থোক্তবা ঙমদে, ইশাসু খর খর য়াওদবা ঙমদে, য়াওই—খর খর হেক হেক হুল্লি। ইমানা হায়,

করিনোনগায়, গোঙ গোঙ হায়দুনা হেক হেক হুল্লিসিবো!

য়ুম য়োরে। ঐ ইশৈ হৈ তায়বা ঐজ্ঞাদা য়াম্না উংনীংঙি। উংকে হায়দুনা ঔরাই-ঔরাই লাক্লিবনি। ঐখোয়না চংলুবদু পঙ্কুই কুইদবা হিদাক ঙাম্থক্লক্তনি, ফাবু ফারোই, য়োবগা হেক্তবু লাকপনি। অদুনা, ঐজ্ঞাগা ইবেনগা অহুম ফম্নম্মি। হেক উবদা ঐনা হায়—

ঐজ্ঞা, ঐ ইশৈমা শক্লে!

শকউ।

ঐনা খুবাক খু-খুদুনা ইশাসু খর খর য়াওনা শকই—

নিতাইবাংকী চিথেক্তা

শীংঙেলবু লৈরাং শাংলিয়ে।

শীংঙেলবু করি লৈনোনে!

লাইদা গোঙ গোঙ কুরাওলৈ।

ইশৈ লোইবু লোইদ্রি, ইবেম্না মখোল ওল্লপ হায়রকই—

ওকএ তোকও, ঐজ্ঞা কন্ন।

ঐ খংলেপ লেপ্লি, য়েংঙি, ঐজ্ঞা মমিত্তা ঈরা চেন্না চেন্না ঐঙোন্দা য়েংলি, পুক্লীং থুক লাউই। ইবেন্দা অমুক য়েংঙি, অদুমক্তায়, মমিত্তা ঈরা চেল্লি। ঐ জ্ঞান পুম্নম মম্মি, করিনো! ইহৈ উৎপররা হায়ববু নুংশিগ্রবা অনী মপি তাহল্লে। তৌভম থঙদে, চথোক্লি কদায়, চথোকনুসি কদায়। ঐগী ফিভম "ন যযৌ ন তস্থৌ" নি। অদুবু, লাইকু অমা তনলাক লাকখি। ইধৌ মমুং অচৌবা লেঙশিল্লবদগী হেক লেঙথোরকই, লাউরকখি—

হায় চোথে, কৈদা চৎলুই ? ঈকনি খঙ্গ্রা, চৎলু
ঐ হিংলে, চৎলে অতুম পুথ্রিদা ইথোগা ।

ইশৈ অসে ঐঙোন্দা নুঙাইনা থোক্লৎসু মতুংদা অমুক্তফাও শকথিনরে, নামুঙনখরে অদুম। ঐঙ্গাগা ইবেনগা অনীনা ইশৈসি তারগা মমিঙ্গা মপি করিগী তারিবা অদুসু থিরুবা তৌদে। অতুম পূমকাউ কাউখরে। অদুবু মতম্না নোংমা তাক্লকখি ।

গম্ভীরসিংহ মহারাজগী পুনশি লোইয়ু হায়বা মতাং লাক্লে। অথঙ অহৈশিংনা যুগ অমুক্তং থৈদ্না য়েংসিরা খল্লে। মহারাজ নুমিৎ শীংবুম তরেৎনিদ' কুক্কা লেঙশিনবা তারে—লেঙশিল্লে। তরেৎনি সুবা নুমিত্তা নাপীনা শোক্লে। কালগী হুনি, কালকূটনি। যন্ত্র মন্ত্র চৎল্রে, হিদাক লাংথাক লেইনা চল্লে। হু ফাবা, ফাধবা য়াদ্রে—লুতোল তল্লে। মহারাজ লোইরে হায়বা সনা পুক্নীংদা নীংথিনা হাল্লে। অহাং ওইরিবা মচা ইবুঙো ইবেম্মা অনীগী বাখল্লা নুংনাংঙি। খংনীং নীংসিংঙি মনাও ইবুংঙো নবসিংহ—ধর্ম্মগী মশক, সত্যগী শক্তম। ইনাও, অহাং অনী। য়োনরক্লে লোইনা সনা মাঙদা ।

ইনাও !

ঐজ্জা।

অহাং অনীসি কনা কনানো ?

শ্রীযুৎনা পোকপা—

হুঁ

ঐজ্জা, সনা চরণদা য়োনখরে,

ননাই নর ঐনা পোকচবা চন্দ্রকীর্ত্তিগা তক্ষাসনাগা অনীনি ঐজ্জা !

উম, কোনগে লাউ,

কোক্লি। য়াইফহৌ, চৎলে ইয়াবা।

মহারাজ তাল্লে অরোইবা তুমখুল। খাঁঙেল্লিতৈ হৌনবি মতুং ইল্লা থিন্দোক্লে চন্দ্রকীর্ত্তি নিংথৌ মতোল ইবুঙো নরসিংহনা যুবরাজ, সেনাপতি অনী তুবা হক্কা। তাক্লে পাউ থরাউচিনা সোরারেন্দা।

সেনাপতি মনিংথৌবু মতম্বাক্তা পম পমতুনা লৈবাকী বায়েল থৌদানচিংবা

পূম্নমক লোইনা তৌই। লৈবাক মনিল নাইদনা ঈংনা পুই। লৈবাক্না "ধর্ম্মনা পাল্লি, সত্যনা পুরি" লৈশক্লে, নুঙাইরি। অদুবু, নুমিৎনা য়ক লাউবা মতমদফাও উনুংগী অশুকপা মফমদদি অমম্বনা কোম্না শাথুপ্লগুম লৈমকোলগী অথুপ্পা কাজুম মচি অমদদি অমকপনা শাথুপ্লি।

কুমুদিনী মহারাণী মনাও ইবুঙো নরসিংহগী মশক খঙদবা নত্তে, ধর্ম্ম লেবা সত্য চৎপা মীনি হায়বা মুন্না খঙি। অদুবু, থাজবদি ঙমদে। থাজগে তৌরকপদা লৈমা মশাগী মিশক্তা থোকখিবা শাধিবা, ঙমখিবা থৌদোক কয়া হেক্ত উই। নিংথেম্মাল, (লাবণ্যচন্দ্র), নিংথেময়াইমা (মধুচন্দ্র), নিংথেমতোল (চৌরজিৎ), ময়াংতাবা (মারজিৎ), মবুঙো মনিংথৌ গম্ভীর সিংহ—নিংথৌ মচান্মনাও নঙানা খুভম মিকানবদগী "য়াম্বুং য়াম্বুং ঐজ্ঞা ঐজ্ঞা" হায়না প্রেম করুখিবা নীংসিংঙি। চাণক্যনা নীতি শাস্ত্রদা "মিংথৌ মচামশু থাজফদে" লাউবগদু মহাক্তক্তা মমিৎনা শংশং উম্নিবনি। রাজনীতিগী জগত্তা "খুৎ য়েৎনা তৌবা ওইনা থাজফদে" চৎপা "মমিদা চিংনবা থুকপা" থরায়নি। নিংথেম পিশক (চন্দ্রকীর্ত্তি) কী লম্বী শেংনবা নেপ্রা, থাংগালনচিংবা লুচিংবা খরগা লৌতুনহনা গোবিন্দগী সন্ধ্যারতিদা সেনাপতিনা দণ্ডবৎ প্রণাম কংলিঙৈ মন্ত্রী ফুংগাগী সনা নবীন থাজিন্দুনা লোইশিন্নবা শীন্নখি। অদুবু, শোয়খি—কায়খিদে। সেনাপতিগী ওঈগী পাম্বোম মরুদা খরদং শাথৌরপ শোকখি। লোইরে অদুনা। মহারাণী নবীনবু কূটনীতিদা বলি পীরম্নগা নিংথেম পিশক পুহনা মনাইশিংগা লোম্না লৈবাক তন্থা থাদোকখি। চৌরজিৎ মহারাজনা সেম্নম্বা শিলোট (শ্রীহট্ট=শিলেট) কোনুংদা লৈখি।

সেনাপতি মহারাণীগী থুজিল থোয়াংনি খল্লুদবা, অতৈ নিংথৌ মচাশিংগী লাহোৌ ওইরবোই খল্লুবনা থাঙ্গী চৈনা থওইদনা "ইচা নিংথেম শোয়নি" লাউরকখি। অদুবু, শল চঙবা ওইরমদরে, শম্বম্না চাগে থেংরাংবা ওইরম্লে।

সেনাপতি সত্যব্রতনি। মশানা লাক্লে লাক্না সিংহাসন কাদে। সিলেট্টা মী তত্তনা থায়। লৈমনা য়াদে, কূটনীতিনি লোই। লৈশাক্না "ফম্বাল কাংফদে" তকশিন্মনবদগী কাদবা য়াদ্রে—কারে। মপুংদা চহী তরেৎ

পাল্লে। লাক্লে অরোইবা মতম—নোংগারে। লৈবাক্সা মহারাজ নুংশিখিবা চায়না তেংথানহোরে।

নোংগারমদাই মনাও ইবুঙো দেবেন্দ্রদা সিংহাসন শিন্নরম্মি। "করিগুম্বা ইচা নিংথেম পিশক লাক্লবা ফমগৎমগদবনি" তাকপিরম্মি। তাকপিরম্বা সনা য়াথং মতুং ইন্না মনাও ইবুঙোনা নিংখো ওইরে। চন্দ্রকীর্ত্তি লাল লাক্লে। দেবেন্দ্র ফম কৃম্লে, চাকাদা লেম্লে মহারাজ চাকা তাবা মিংথৈনখি।

মাইম্না (কুমুদিনী) মহারাণী নিংথো পোকপানি চায়চুনা ঈথক ঈরাংদা পহপাল হেক্ক পানবা লৈমা নওে। পোরম খঙবা কৃপ্না য়েংবী চংপী লৈমনি। পেব্যা পণ্ডিততা নিংথেম পিশকপু পাখংবা দর্শন তৌহন্নবা শিন্নরে। পিশুমদা অহিং অথেঙবদা পণ্ডিত নিংথৌ পুহনা চংলে। পাখংবনা ইশং থাংবা শিং শিং নানবা উতূপ মচা অতেনবা অমা ওইনা ফাওরে। নিংথেম পিশক্সা ফনা হোংনহুনসু ফাবা ঙমদ্রে—খয়োম লাকপা য়াদ্রে। পণ্ডিত নুংশা থৌরে "কবি মতৌনো।" "ফরে কংলাদা চংলসি, লাইবক য়েংলসি" লাক্লে। খাখোংদা পেঙবা ওইনা থেংনরে, অনী চঙহুনা ফারে, তৌনবি তৌরে। "হৈবগা কুইনা চহী নিফুরোম পানবা হৈত্রগা খুদি থীবা" হঙ্গিল্লে লৈমদা লাইবাউ।

মহারাণী পোথাফম খঙদে। হান্নদগী মশাদা অথুকপা অকিবা অমা অহুম লৈবনি। মনাও ইবুঙো নরসিংহদা, লঙহৈদবা মফমদা, থীনা লল্পিবনা লৈমা মশামক লৈবাক্তা শোয়নাইহুনা লৈরিবনি। মনাও ইবুঙোনা পোক্লম্বা মচা ইবুঙোশিং অম্নাম্বা মঙাল চাউনা পান্নরি। "মপাবুংগী লম্মল খুম্নকপা থোক্লবদি" খন্দুনা কিনা লৈরিহৈদা নুঙাইফাত্তবা লাইবাউগা তাশিল্লে। লুক হাবা য়াদে, চেপ্লা য়াদে, করি থোক্লগবা হায়বা অকিবা রাখল অমনা ইপুদ পুংনা তাইবংদফাও অকিবা মঙল মঙহুনা লৈরে। অসিসু অসিনি, অমুক্তা অমনা—মহারাজ নুংশিখিবগী মঙাল চাউনা পাল্লিবা মচা ইবুঙো-শিংগী মনুংদা মীকোক অনীখক য়াওরি, অমনা সনা বোরাচাউবনি অমনা অঙো সনানি। অরোনবা থোগনপাউশিংনা মীকোক অনীসিগী নোংমা নোংমগী পুরকপা মতিক মগুণগী পাউনা লৈমগী নাকোং পোক-খায়রে—য়ৈশিল্লে। অমা লাকই হায়রৈ "সনাখ্যাইবেম্মা, নচা ইবুঙোনা

পাল্লি হায়বগুমগ্রায়, থৃংকীদা য়েংলুরবদি নিতাইবাংকী নচা ইবুঙোনা য়াম্না চেল্লি, অদুগা নচা ইবুঙো অঙোৌ সনা পাবিনবা মীসু তাংগি। অমা লাকই, অমঙায়, অদুম হায়রৈ। মহারাণী তৌভম খঙদে, হোল্লি অরাবা সোর। তুরে মমৈদ মমৈদা পণ্ডিততা, "নবুঙোগী মচানি, অসিমত্তনি, পণ্ডিতনা ঙম্বমথৈ তৌবিয়ু, ঐদি নুপীজানি, ইচা নুংশিজবদনি, করি তৌনিঙায় লৈতে।" কপথি ও খোংনা লৈমা। লৈমগী মমিত্তা পি উবদগীনি খঙদে, নম্রে মীদি লম্মলগী মনাইনি থল্লবননি খঙদে নহিক্তরে নোংদম্বগী নোংদমখোল অমননি খঙদে, পণ্ডিত তৌহৈদবা তৌফদবা থবক অমা তৌগে লেপথরে। নিংথেম পিশক্লা তুগদোরিবসি কনাদনো খঙদোক্লগে লেপ্লে।

অহিং অথেঙবদা কংলা নৃংথোঙ হাংলে।

নিংথেম, কনা উই?

এঃ নিতাইবাংকী ইনাওনিনা।

খঙলে।

ইপু মথংদি?

অসিমক্তু য়াদবদগী—

ইপু তৌবিনু—

ফরে খঙজরো, কনা উই?

য়াম্বুংনিনা!

য়াম্বুং কনা?

সেনাপতি।

উম, খঙলে।

ইপু অমথক্তংদগা।

হুঁ তৌহৈদরে য়াররোই।

সিমদগী হেল্লরোই, সিমত্তংদদি।

শোয়দ্রবরা?

শোয়দ্রে।

নবুধোনা সাক্কি?

ইবুধোনা সাক্কি।

করি উঠ ?

লৈচিল নোংফাইদ মউই ।

খঙলে মিতমদ্রি ।

"নচা ইবুঙো নিতাইবাং তংবগা ময়াম্বু সেনাপতিগা মথং মথং লাইনা থাবা নিংথৌনি হঞ্জিল্লে পণ্ডিত লৈমদা পাউ ।"

অংদি কমদৌবা ?

কোম্না খন্নসি ।

নোংমগী অচিকপা রাফম্নি । পেবা, নিংথেমপিশক, নিংথৌ পোকপী তুমিন তুমিন ফম্নি । পেবানা বা তপ্প তপ্না তৌরকই—

তাও নিংথেম, ইপু বা হঙংকে ! মমাশিঙসু মুম্না তাসি । ময়াম্বু সেনাপতিসি খুংলাইদ হৈবা নত্তে দেববিদ্যাসু থেংনা হৈ । তরা লাক্লে তরাগী পাংগল, চাম্মা লাক্লে চাম্মগী পাংগল কনবা লালোয়নি । মৈত্রবাক তংখাই অমগী বাদি থম্মো, পুন্না লোইনা লেপ্লফাও মাগা পাবা রাগদৌরিবনি । মহাভারতকীদা চায়রগা অতিরথনি । কনানসু মতু নাম্বা শোকপা ড়য়োই । পাউনানা চাংয়েংবদা চোপ্পুনা লোইরবনি । নয়াম্বুংগী খুংলাইশঙ্গা থোং-নাউদা নয়াম্বুংনদি থাঙ চুঙ্গোয়গা ফং হুঞ্জিনদিবা, মহাক্ল হুল্লুবদা পনবগী বা, নয়াম্বুংগী লাল্লাউদা মহুত্রগী থাঙমক্তি তাদ্রগা মিংকুপমক্তং ময়্যপ তৌবা, নয়াম্বুংনা থ ঙী লান্দা মিবুপ অমা ময়্যপ তৌবগী অর্থ করি ওইডম থোকই হংবা, পাউনানা খঙজরে লোইরবনি খুম্বা. চংলো বিদায় তৌরক-পগী রাক্ষম মৈত্রবাক লোইনা তানরিবনি । লোম্নসু ফোংনসু নয়াম্বু শোকপিনবা লৈতে । খোইদা লংঙুবদি খরা চিকখিবা, চৈনাখোল খরা পাঙলগা তোকইদো । অখোবদা লঙবদি থবায় কাংগৎ চায়দো । অংনা য়াম্বা লুই, হৈতবা য়াদে । ননাও ইবুঙোগী বানা অযুক হেন্না লুই । নয়াম্বুংদি সাধক লালোয়নিনা নাইতোম্বু চংলি । ননাও ইবুঙোদি মঙ্গলগা লৈরে, কলাকারগা ওইরে মীতিংবে, লৈবাক তংখায় অমদি মাগীনি, নতোল ইবুঙো মহারাজ নুংশিখিবগী মশক ওইনা লৈরিবনি । য়াম্নসু চীখোল নাউখোল্লি । মতু নাম্বতং শোক্লুবদা নরসিংহ ফুংগা দেবেন্দ্র ফুংগা কবুই

ভুম্বগী খুৎ, লৈগ্রাম ভাংবগী খুৎ, হেক লৈরিবা লোইনবা হৌরক্কনি হৌগনি। হৈত্রগা ফম্বাল কোম্মনা থবায় কাংগৎ পীবা তাগনি, য়াম্না লুই।

অহৌদি ইপু কংদোবা।
পণ্ডিতনা করি তৌসি চায়রিবা!
শোয় লাকপা থোকপদি য়াদে—
হু হূঁ মাঙলেদকো।

ঐনা পাম্বদি, শোয়সু শোয়রোই—পানগনি থবক. সনা পুথম অমা পুরবা, নিংথেম্না "ঐনা নাংলিবসি থুংহনবিয়ু য়াম্মু" হায়দুনা হেক্ক নিবা অসিনি।

নিবর' হায়বু শোয়দুম শোয়দুনা ইপু।
হোয়নে, ঐসু কিনে।

নরসিংহগী মচানে। অশেংবা অথোবগী মচা অশেংবা অথোবনে। ময়ুমদা লাকপা অতিথি শক শোক্রোই। শোক্লগা ঐ শিংবিগে। পোত্তা লাউন্, ইপূ ইপু থোগল অমত্তংগা চৎকদবনি।

ফরে ইপু অহম্মা।
ইনাওগীদি কমদোবা।

মতাং অসিদদি ননাও ইবুঙোগীদি য়াম্না কোম্মি। লুকক্ষম অমত্তদা হেক হামিল্লৌ, লৌশিং তৌহনা চান্না হেক হুকহল্লু। ফিদা মপ্লোন্দা হেক ফম্মিল্লৌ। লিংবা য়াবা লোইশঙ থন থন্দুনা লিংবিয়ু। নিংথৌ য়াং-তকপা মচা অমা সেম্বিয়ু। মবুক য়াবমথৈ পেহ্লাল্লবা মতমদা নোংমা চিক্লা বাশক্লৌ। খুড়াইবুঙো মহারাজনা পাবুং মহারাজ শেনবত্তম ইনাওনা ঐবু শেনবা, পাবুং মহারাজনা খুড়াইবুঙো মহারাজ সেম্বত্তম ঐনা ইনাও সেম্বা হায়না গোবিন্দগী অগ্রদা হেক বাশক্লৌ। অনীমক্কী! ফগনি।

নোংমা নুমিদাং পেব্যাগা নিংথেম পিশক্কা পৌগল অমগা অরোনবা ফিজোন্দা সেনাপতিগী শঙ্গায়দা থুংলরে। সেনাপতি মপান্দা জপ তৌদুনা লৈ। পেব্যানা লোল্লপ "সনাথ্যা, ননাও ইবুঙো নিংথেম পিশক্লে," য়াম্মুং খুরমগনি লেঙলক্লিয়ে।

হা—পণ্ডিত, নিংথেম পিশক!
নিংথেম!

য়াম্বুং।
হৌনবি মতুং ইন্না মচীন মনাও চপমান্নবা খুরৈ।
তাঙ্গাসিদা করিনো, করি মতৌনো?
য়াম্বুং খুরুম্মীংহনা লাকপনি ঐজ্ঞা,

হায়না হায়না থোগন্দা য়াম্বুংগী ভেট। থোগল নিংথেমগী সনা খুত্তা সনা নাইন পরেং পুখম থন্না হাপ্তুনা শিন্নি। সেনাপতিগী মাভুদা থাবগা "য়াম্বুং, ননাই ঐ য়াম্বুংখোয় লাইগুরুশিংগী ঈংনা সেবা ফংজবা পীনবিয়ু" খুরুমজনা নৈ। সেনাপতি মিকুপমা মরু থোক লুকই, মরাম্ব তপ্না হাইগত্তুনা চীনগোইরকই "নিংথেম, নিংথৌ নংদি বিষ্ণুগী অংশনি, ভূসিদি অতিথিসু ওইশিল্লে, বিষ্ণুগী শক্তম অনী থোল্লে, ইয়াম্বনা ভূমজবা দানদি করি কৎলোই! ইয়াম্বা ভূসিদগী ফম্বালগী আশা থাদোক্রবনি, নতাঙ্কা ফম্বালদোয় ওইরবনি, লেভলো, ইয়াম্বা থিনগে, মী খভুলগা শোয় ভামগনি।" হাপখি অসুম সেনাপতি মশাগী আশা পুম্নমক মশাগা কোন্নবা নিংথেম পিশক্রা ভিক্ষা।

কোক্লে হৌজিক্তি সেনাপতিগী অকিবা। নিতাইবাং তানগীদ মভায়রে। চামিন্নি থক্মিন্নে ফম্মিন্নে শান্নমিন্নে। লাকপগী ফম থিন্দোকই। লৈকাই-রাকপগী লিংভম থোকপা শভুলীংদর্গা থোইনা তেন্না য়াবমখৈ লিংবি। অরোনবদা শ্রীগোবিন্দগী অগ্রদা বাশক্লে। কোকখি লোইনা অকিবা। মহারাজ মনাও ইবুঙোবু য়াবমশিল সেমখি। থাঙ্গালগুম্বা অভম্বনা চিংনখি, তত্তনা হায়খি। "নিতাইবাংকী সনা খোংনাংসে পুংমল্লে, সনাকোনুং মরুম লাংলে, মশা থাদবা য়াদ্রেসে!" "ইপু, ইখুথানি নুংশা খাভনগে পোথানগে য়োকচবনি, য়েংশিনবিরুগনু, কোনুং নুংশা লাংদ্রে, ইরান্নংনি, করিমত হায়জরোই" পী পাউখুম মহারাজনা হেক হেক।

চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ মচেত্তা চহী নিফু, মপুংদা কুম্ভাগা মাপল পাল্লে। পুনশিগী মতাং জন্মনক্ষত্রনা মশাগী অহুমসুবা য়াওলদা ক্রান্তি কাখিবা মকুইরবা নিয়তাপ্তিগী থোভভমদা খুমাঙ ফনা য়াম্না চাওশিল্লক্রবা তাঙ্গানি। সনা হকচাং ঈরে। থাগী থোঙ অচৌবগী শাথিবা লায়নানি, পুনশি কোন্নরগে লাক্লবনি। লৈবাক মাইবা চিরাই তাভবা নিংথৌ মাইবা খুরাই

তাঙবা পুম্নমক্না ঙমজ-ঙমজবমথৈ চোংনবদা করিগত কাম্নদে, মন্ত্রযন্ত্র চঙদে, হিদাক লাংথাক লোইনা চম্মি। নুংদা ঈশিং চাইবনি। নোংমা নোংমগী ঈথেং হাধবা, থোঙ থোকপগী চৈনা পুনা ঙমশিল্লক্করে। নোংমনি থুনা যাত্রা ওইরগদবগী তানফম য়েৌবক্লে। লৈবাক তংখাই অমনা য়াইক্কুল লাকপদা নাপচিক্না কাম্বা তৌনরক্লে, হৌরে লোইনা "মতম চারে ঐজ্ঞা"। "শ্রীযুৎনা চিংলিমথৈ ফম্বালনোয় ওইনি বাশকখিবনা থুপত্রিমথৈদি য়াদ্রে" ফাম্ন চেক চেক লৈবাকপু য়াইক্কুল লাকপা। "অদুবু, সাজ্ঞনদি তোবা য়ারে, তৌদবা য়াদ্রবনি, লৈবাক ঐখোয়না শংল্লনি" শীনবা হোই কোনুং মনুংগী মপালগী মশক নাইবা মীপুম কয়ানা।

মতম অদুগী মৈতৈগী অমাইবনিংদি ধ্বনন্তরী, অশ্বিনীকুমার ঙাক্লি। দেববিদ্যা চঙ্খোম্না হৈবা বৈদ্য ঙাক্লি। যাত্রাগী পুংভম ক্ষেণভম লোইনা থঁভ। মহারাজগী যাত্রাগী পুংভম ক্ষেণভম লোইনা তম্লে, কক্লে।

মহারাজ লৈরে ইদোবা অতিংগী বানি। তেংগোল লোইনা লৈরে। মিঞাগা পাউনাগা অনী লৌতুনহুনা গারট্রগী তোপক নোংমৈগা লোবা য়াবা থরা লৌনবা শীল্লে। পাউনাগা ঐখোয় ইথৌগা মী অমনী পুহুনা তোপকা নোংমৈগা ঈশিং লম্বীদা লৌরুরে। অমরোমদনা, মনুংগী মীনা মহারাজগী থক্কী পাউ তত্তনা পুরক্লি। ল ক্লে অবে ইবদা যাত্রাগী পাউ।

হৌরেময়াম পুম্নমক লাঙংনবা। অদুবু লেঙদে মরুদি, হায়রকই—

"লৈবাক মচা পুম্নমক, অমুক্ত তপথবিখিসি! ঐগী ইবুঙোন খাঁঙেল্লিঙৈ সনা হকচাং তুমদ্রিঙৈ, উৎনা নুংজোইবি চন্দ্রিঙৈ, করম লাঙ্গংসিগে!

"মহুদি মাঙবা তারে, তৌরুবা পুম্নমক উত্ত ঘী হৈবা তারনি" লাকখি চপমাম্নবা খোল্লাউ। অদুবু,

প্রাণ জাহি বরু

বচন ন জাঈ

নীতি চৎপা শাগৈদা পোকপনি। রাশক্কী দমক্ত মপাবুং ময়াম্বুং অনীগী মায়োক্তা লেপখিবা ময়াম্বুংগী মথরায় কাংগৎ লৌখিবা, মশানা লাকচবা সিংহাসনবু লৎনখিবা, মাখিবা য়াদে মতা নিংথেম পিশক্কী ফম্বালনোয় ওইনা ফমখিবা, সত্যনা ব্রত ওইবা নরসিংহগী সত্য চৎপা মচানি।

লেখিদে। ভাগ্যবিধাতানা মদোম সোল্লব্ৰু য়াই "পঁডিদা য়াইক্লুল লাকপা করিগী নোইহো লাহ্লোত্নুনা অবাবা লঙ্গদোরিবা। নয়াখনা নিংথৌ ওই নংনা নিংথৌ অথুবা ওই চারক্লে নপুনশি চুপ্পা রাজভোগ ঐনা নজী তথিবা—ওক্রিবরা, ওক্লেদনা।"

অসোমদনা মহারাজগী সনা হকচাং তুম্বা, নুঙ্গোইবি চনবা ভাইনরি। অসোমদনা হৌনবি মতুং ইন্না খাঁঙেল্লিভৈ যুবরাজ শূরচন্দ্র নিংথৌ থিন্দোক্লে। থারাউচিনা সোরারেন্দা পাউতাক্লে। মতুং ইনবা সনা হকচাং তুম্লে, নুঙ্গোইবি চল্লে।

পাউ ফংলে, লালগী যাত্রা তৌরে।

মতম অসিগী লাহ্লোগী ফজবি অমা লৈ। কংলাগী মেন্দ তান্নবনি। মেন্দা তোংত্নুনা য়াইবুং হেক থীনখিবদা লোইরে। পাল্লবা নিংথৌনা চেনখি হায় থুপখি হায় অত্নম তৌখিবা, লৈবাক্লা মেন তোংলিবা অত্নদা অত্নম চঙবা অসিনি। লৈবাক য়ারিবা মখৈ শোক্তনবা য়েংনৈ। ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদসু লাল হেক হেক শাগ্নে। পোক্লাউবিনা খুংলাই ওই। কংলা মেন অমা মফম য়াংলি। মীচঙ নাপাক তানবগা কাঙবু অমনা মেন শঁডি কাঙবু অমনা মেন তাল্লি। মেন হেক পায়বদা লোই। পূয়মক লোইনা খুংলাই থানৈ, মেন তোংবগী ক্ষৈ নাপাক অনীনা লাউই। হান্নগী নিংথৌ য়েংথোগী শগোন্দনি হায় নল্লে মশানা শগোল তোংবা সাবনি হায় চেল্লি। লালগী শিক্ষা অমনি।

খোঙহৌনা থেঙলবনিনা কোনুং চঙবা য়াররোই উনরে। লাল থৈরে। মাইশ্না মেঙ্গরগা ইকুংবা পোইলাগা অনীনা লাল তান্নরকই। য়ারোদা কাপ্পৈ। কটোরাল, রাংথৈরাকপা, আয়া পুরেল থোমজিল্লকই—কাপ্পৈ। শাঙবা বারপ থোকপনা খুরায়রাকপন্দা থৈ—অমুক কাপ্পৈ। মায়থীত্নুনা মল্লাং তান্না থৈ। তংকো, গিন্না, মনিক্লাচিংবা মকোক ওইবা মীশক তরা ফাহৌই।

খ্রীষ্টগী কুমজা ১৮৮৬ কী কালেনগী তরাগা তরেৎনি পানবা শগোল-শল নুমিত্তা হৌবা লাল্লি। য়াওরোদা নুমিৎ নীনি, খুরায়রাকপন্দা নোংমা কাপ্পবদা খুংলাই থরা নৌরপ থোকখিবনা নীংবা খুংদবদগী নৌহো

লান্দাবুরুবা ময়াংদা চঁডি। মেরাফাওগী মনুংদা মী, খুৎলাই, রসদ মরাঙ কায়না লাঙডুনা মেরা হেক চঙবদা লাল থোরকই। চীংনুংদগী অহুম লাল হোরে। নুংগাংদাংদা অকোইজাম্বা সুবেদারগী মীকোক ৩০০ না থৎলি। অহুবু নমথেক্তুনা লাকখি। ম্যোয়াংতেক্তা অকনবা লানফম থেংনখি। ইরুংবা মেজর, শংখুবা পোইলা অনীনা লাজিল থারকই। সেনাপতি, শামুহজবা, বাংখৈরাকপা, চোংথা মেজর, চোংথা পানা হাজারী থোম-জিল্লকই। অকিবা লানফম্মি মীনা তোরা তুই। নিংথৌপনগী তেংগোয়া মীশিং হেন্নখিবনা লানকোক কুম্ব্রা ফাখি। লায়ৌং হনবা তাহুনা হল্লি থরা। অহুবু থুনমক তম্পাক ময়োল পায়খি। তরামাখোইনি পানবদা নম্বোল হৈবীমপোঙ, তরানিথোইনি পানবগী অহিংদা লাঙ্গোলদা তেঙ্গোল সাখি।

মেরাগী তরাগা হুমদোইনি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎকী ইরোই-শেম্বা চীংজিলগী লানফম্বা অরোইবা, অকিবা লাম্নি। পেব্যাগী থুজিন্না স্পার্টাদা নিংথৌ অনী লোয়া পান্দুনা রাজভোগ য়েম্নহুনা চাবগুম, মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তক্তা নিংথৌ অথুবা অমগী মতম লাইনা থাবা মশাগী রাজভোগ লোইশিনখিবনা হোৎনবা পুয়মক অরেম্বা তাখি, মায়থিফিক্রক থুমখি।

য়াইস্কুল লাকপা সনা ঈ মরিগা হাজারিবাগতা লোই চৎখি। লুচিংবা কয়াদা, খরনা কৈগুম খাজ্জি, খরনা মৈত্রবাকী কাচিন কোয়া কয়াদা লোই থাজ্জি, মরাইবক থীদ থীবা খরনা মীহাৎপুংদা লফুৎ মোনখাঙনখি। ঐথোয়গী ইথৌসু ককচিংদা খাজ্জি লোই থা তরুক। সেনাপতিগী (টিকেন্দ্রজিৎ) থোজা-পগী লোইগী চৈরাক, নাই কাইবা—চৈফম অনীদগী হিংখি, রাইরি সেনাপতিদা শিন্নবিহুনা থা তরুক্তং খাঙলগা লোই কৌখৎ-পিখি। ইথৌশিং অমনা লফুৎ খাঙলবদা যোগীন্দ্র সনাগী লালগী শরাদগী হিংলকখি।

য়াইস্কুল লাকপা নিস্তাইবাত্তাবা নুংশিখিবা মহারাজ হায়না লৈবাক্তা তংথানহৌবা নরসিংহ মহারাজগী লৈবাক খোনবা মচা ওইবনা, মহাক্তা অমুক্তং পাল্লবদি লাইনীংনবদা, পেব্যা পণ্ডিতকী খুজীয়া, মহারাজ

চন্দ্রকীর্তিনা মহাকপু নিংথৌ শক্লবা থৌরাংবা, রাশক পরৈ চেংনা থাখিবা খঙনা তানরক্লবদা লৈবাক তংখাই অমনা নোংবকায়বগী চৈনা পুঙমদ "নিতাইবাত্তাবনা হেক্লে হেন্না কুরাওলৈনা লৈশিং চনঙমদবগুম, মগুণ লৈরে লৈনা নিংথৌগী চৈশীং চন্দবসিদি ঐখোয়গী সাইবক থীনমকসু থংবনি উখোংদা গোঙ গোঙ হেক থেংত্নুনা থুগাইবনচুম ফরবনি হায়না তেংথানখি। অদুনোং শক্লখিবনি লোন্না কোংনা লৈরক কোনশাংদা—

নিতাইবাংকী চিংথেক্তা
শাঁঙেলবু লৈরাং শাংলিয়ে।
শাঁঙেলবু করি লৈনোনে!
লাইদা গোঙ গোঙ কুরাওলৈ!

তাম্না, হারি, পিথাদোইগী তেংথা তাবদা অখঙবা থম্মোইদা পিরাংনা ঈহৌজবগুম ঐনা ইঙাও ঙাওনা ইশৈসি শক্রুবদা ঐখোই ঐজ্ঞাগী মথম্মোইদা মপাবুং সনাখ্যা নীংসিংলুবদগী পিরাংনা ঈহৌখিবনি। নিংথমগী লৈচিল নোংফাইনবা থাবন্দা জগৎকী পোৎলম খিবিক মুশি মুশি মথং মথং অমমম অমমম উরকপগুম হৌখরবা মতমগী মুশিনবা মঙান্দা মপুন-শিগী অরা নুঙাইগী শক্তম মুশি মুশি মথং মথং অমমম অমমম উরকপনা পিরাংনা ঈকারকপনি। চেনখিবনি অদুনোং মমিত্তা পিগী ঈরা।

পুনশি,
মীওইবগী পুনশি
রারীদ রারীনি—রারীমক্তি,
থোইনা থক লীনরুদবা।
কবিগী কাব্যনি—কাব্যমক্তি,
পঙনা থক পানরুদবা।

অরাবগী মীকপ,
নুঙাইবগী মীনোক,
অনীগী নোক্তপ,
নত্রে হায়ু কপ্নোক,

নুংশিবগী হেন্নাং,
কায়নবগী পিরাং,
অরাম্বগী চৈনা
খোরাংবগী মৈশা,
অকনবগী চৈথা,
অতোনবগী তেংথা—
খন্না খন্না লেং
ফজনা পরেং
হৈনা ফজনা সেমখৎরবা
রস মরম সুনা চাইরবা
কাব্যনি পুনশি, দুঃখান্তনি দুঃখান্ত,
মহাকবিনা হৈনা সেম্বা দুঃখান্ত ।

খণ্ডলুদে হান্নদি ঐজ্ঞাগী মশক । খণ্ডলুই চুম্নদ ইমা পোকপা ইবেন্নি । বারীনা মপুং ফারক্লবা মতমদদি খণ্ডলক্লে ঐজ্ঞাগী তশেংবা শতম । কেজবা নৌজবদ থংলবী কনাগুম্বী লাইরেম্মনা দেবতা অমগী শাপ চা স্বর্গ তুংওইনরম মর্ত্যাদা মর্ত্যাগী অবাবা লড বানা খাঙ শাপান্তগী নুমিৎ খোরাংনা ভাইবা মতম, ম্নাইফকোন্দা ওঙ সনা ঈচিন্দা পোক কেজ নৌজ-বদ থং পুনশি খোঙফম্মজ ক্রান্তি কা, মহাকবিনা মীওইবগী পুনশিবু দুঃখান্ত ওইনা সেম্মম্বনা নিয়তাপ্তিগী খোঙভমদা লীলাগী উপসংহৃতি মৈতান্না বাথৈবা বানা খোরাংনা ভাইরবী ইবেন্নি হায়বা মুন্না খঙি । নুংশিবা থোইনা হেনখি, নীংজবা মথোই কাগি । ইশানা নহা ওইরিঙৈ ইশাংগল থোইনা লৈত্রিঙৈ থুপখিবনা ভক্সোদে কাবা মখাঙখাদা নীংবা থুংনা হৈ লৈ । অদুবু কাখি হৌজিমক্তু কারি প্রেম, ভক্তি, শ্রদ্ধাগী অর্ঘ্য মিৎকী পিনা হেক হেক শেং ।

———

